# মৈত্রবাক্কী থাঙ তাগী মরোন

ভা—১। ভারোন
২। খোশারোন
৩। থেংকোরোন

(১বা শরুক)

ইরম্ম :—
শ্রীরাজকুমার সনাহল গুণেশ্বর সিংহ
য়াইস্কুল।

মমল লুপা ২৫/-

# মৈত্রবাক্কী থাঙ তাগী মরোন

তা—১। তারোন্
২। খোশারোন
৩। খেংকোরোন

(১বা শরুক)

ইজক :—
শ্রীরাজকুমার সনাহল গুণেশ্বর সিংহ
য়াইস্কুল।

মমল লুপা ২৫/-

অইবা অমসুং অফোঙবা :

শ্রীরাজকুমার সনাহল গুণেশ্বর সিংহ




প্রসিডেন্ট :

The Scientific Defence Cultural Society

Imphal, Manipur. Regd. No. 808 of 1967.

লৈফম :—য়াইস্কুল—শাংজমৈ ময়েংবম লৈকাই, ইম্ফাল, মণিপুর।

P. O. শাংজমৈ।

১বা খুৎনম—(১৯৮১) কোপি ১০০০।



নম্ফম :—বিদ্যাপতি প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি রার্কস।

লিম্না নাওরেম লৈকাই, ইম্ফাল।

# হীরম লামায়



THE FOUNDER OF SATJAL

**Rajkumar Sanahal Guneshwar Singh**

*an approved candidate of Manipur Maharaja by the Government of India in 1956.*

# নীংশিংজবা

মৈত্রবাক্কী থাঙ-তাগী মরোন অসি য়াম্না কুপ্না অমসুং অরোনবা ওইনা লৈবনি, অদুবু ঙুংশিরবা ইচিন-ইনাও অমসুং মরুপ-মপাং কয়ানা, অমসুং ঈরৈবাক্কী পুকচেল চাওবা ঈরৈবাক্কী কান্নবা তৌবা মীওই কয়ানা থিরকপা অমসুং খঙনিংবা মরমদগী, মরোনসি খরা ফোংদোকপা হৌজবনি। মসিগীদমক ঈরৈবাক্কী ঙুংশিরবা মরুপ-মপাং ইচিন ইনাও পুকচেল চাওবশিংবু ঐনা থাগৎপগা লোয়ননা লমন তৌজরি, অরোইদদা মণিপুর সরকারগী মতেং পীবিদুনা লাইরিক অসি নমজবনি, অদুগীদমক ঐনা সরকারগী লমন তৌজবনি অমসুং থাউজরোই।

—অইবা।

# ৱাহৌদোক

মৈত্রবাক্তা শিংজিন্নবিবা তা অসি মখল যামই, মরু ওইনা তগী জাংসি তরুক-তাংলং খেন্না থাগবি। চাউবা, শাংবা, মওং মান্নদে। মৈতৈ ক'তিনা শা-লান্দা শীঙ্জিন্নবমইবা তাগী জাং অসি, পৃথিবীগী লৈবাক অতেংলা শীঙ্জিন্নবা খেংনদে।

মৈতৈ ভ তিনা, মরু ওইনা শা তানবদা শীঙ্জিনৈ হাযবগী, খুংলায় অ'দগী মমি' তা হাযনা কৌনৈ।

কৈ, শামু ওক অসিনচিংবা শাদা, শীঙ্জিন্নবা তা মশক, মমিং মান্নদে। লান্দা শগোল লাম্নানা তানা খাইদগী কান্নবা হেনবা খুং-লাযনি। শগোল লাম্নানা শীঙ্জিন্নবা তা অসি, হকথ' তা, তাবোন তা, হায়না কাং ভ নি শীঙ্জিনৈ।১

হকথং তা হায সিনা মওং অমনি, চাউবা, শাংবা খন্না হেল্লি, খুং যেংনা পাযনৈ। তাবোন তা হাযবসি, হন্না তা হাযনস্থু কৌই; মাদি নমদা যেপক্তনা পুনৈ, মানা খবা তেল্লি, পিকই, য়াংই। তাবোন তাদি (হুমতা) যেক্লদা হুন্দুনা লাকচনবা তোবা তানি। হকথং তাদি, খুত্তগী থাদোক্নুনা হুন্নদে। হকথ' তাদি ফুট ১০/১২ ৱোম শাংই, তাজিন অহু মশেক নাই, মশোং নাইগনি, তানিওস্থু য়োংকী তানিও পানগনি

তানোন তাদি, তাপাক্তী তাওংনি, মশোং নাইত্রবস্থু যাই ফুট ৭/৮ ৱোম্নতা শাংবস্থু য়াই।

কুনাওম্বনা তারোন তা অস্সি, অনি থেংক্লা শীঙ্জিন্নবগী মান্নু হায়, মহুখি হকথং তানা য়েংনা পায়, তিমেন তানা ওইদা থম, অরোন

তানা নমদা পো। অমুম্না, অমনা তারোন তানবা নাক্তা য়ান, তিমন তানা নমদা থোং, খুৎমু তানা য়েৎনা পায়।

কৈদা শীজিন্নবা তানা লম্বু কৌই, তাগী জাংতগী লমুনা খুঁদগী চাউই, শাংই। শামুদা শীজিন্নবা তাদি লাংশোই কৌই, মসিনা তাগী জাংতগী পিকই অমম্বুং শাংই। ওক্তা শীজিন্নবা তাদি থ নিং কৌই। মাদি তেনগী মওং মাল্লি, য়াইমবা ওইনা চ উই, শাংই।

তাপাক হায়বা তা জাং অহুনা, মী, শা অতেনা শীজিন্নৈ, মাদি, পাকই, তেল্লি। অহুগা মৈতৈনা তাপাক জাং অমা লান্দা শীজিন্নৈ, মাদি তামাঙগী যোৎনা ফুট ৩ বোম শাংনা, পাকনা, তাগী নাকন ও নিঙই ময়া থাঙগুম খৌরা, পাক্লা শাবগা, তামাঙ অহু তাখোক্তুগী শক্তোক্লগা, মহুনা থাঙৎম য়ান্দুনা শীজিন্নবা য়াই, মহুনা উ, রা যান্দুনা লানবন শানবা শীজিন্নবা য়াই, মতোন্দুনা লৈবাক তেৎমু যাই ; মসিগী তা জাং অসি তাখোক্তি, তামাঙ, তানিঙ অনিহু যোৎনা জগো কোল্লগা তামাঙ, তানিঙ অনিহু ফুট ১ বোম শাংবা উগী মখোক ময়ায়দা পাল্লি, ত নিংমু ফুট ৩ বোম শাংই।

অমুম্না মৈতৈনা তা হায়বা খুৎলায়সি ওম্বোক-পম্বোকপা মওং নমু-নাগী তা শাহুনা শা অমমুং লান্দা শীজিন্নৈ।

শা অমমুং লান্দা থাঙ অমমুং তা শীজিন্নৈ, অহুমদি ওইবগী, মাদি তানা মরু ওইনা শীজিননৈ, মবমদি অথুবা অমমুং খুদোং চাবা থাঙনগী তানা হেল্লি।

অহুগা থাঙ পায়বা মীগা, তা পায়বা মীগা লান থেংনবদমু তা পায়বা হৈব মীনা লাকচৈ হায়না ওজাশিংনা হায়নৈ, মরম অসিদগী তাগী তারোন মরোম থরদং নীংশিংলি।

তাগী তারোন অসি মীদা শীজিননবা মরোন, শাদা শীজিননবা মরোন অহুগা চুম্নবগী তা পায়রগা, হকচাং শাজেন, তৌনবা খোসারোন, ওক্ত ওইবা খোঙগী শিংনবা চোং-কপ্পুনা তৌবা সাজেন, অহুগা তা পায়-ত্নমা খোংগোরোন চোংবা অমুম্না, মখল কয়া থোকনা থায়রি।

শা-লাল্দা খুত্তগী তাহ্ খাদোক্লা হন্দুনা থিনবা য়াদে, মহ্ খুৎলায় খাবা কৌএ। খুৎলায় খুত্তগী থাদে কপা য়াদে। করিগুম্বা তা ২/৩ সুরবদি, তারোন তানা খুত্তগী খাদোক্লা হনবা য়াই।

শা-লাল্দা তা হায়বসি ২/৩ সুনা পুনৈ। হকথং তা, তারোন তা, তিমেন তা হায়না তা মরোন মখোন পুনৈ।

হাকথং তানা য়েৎনা পায়গনি। তারোন তানা ওইদা থমগনি। তিমেন তানা নমদা পোগনি।

অপুন্না শা-লাল্দা খোউমীনা তা করম্না শীজিন্নগনি, শগোল লাম্মীনা তা করম্না শীজিন্নগনি হায়বা মরোন কুপ্পা লৈ। মহ্ পুন্নমক চাউরাকনা নীংশিংলি।

# খোসারোন

খোসারোনগী মরমদা মৈতৈ ওজাসিংনা তাকপিন্নবা মরোন থরা সুগায়না নীংশিংলি।

খোসারোন হায়বসি তা পায়রগা খোউ য়াংনা চোংহনা, লয়হনা, হন্দুনা হকচাং শাজল তৌবা মখল অমনি। খোসাবদা খাউদি পায়নদে। খুৎ য়েৎনা তা পায়রগা, ওইগী নাকল্দা চুক ওইগী খুৎনা পায়হনা খোসানৈ।

মৈতৈবাগী খোসারোনসি মরু ওইবদি মরিত্তনি। মরিসিংগী অমমমদা, ২।৩।৪।৫।৬।৭ খোক্লা খায়হনা, অমদি ওজা অমগা, অাতাপপা ওজা অমগীগা খোসারোন মরোন অমত্তদা, খোউচোং য়ামদবা মরমদগী খোসারোন অসি ২৪/২৫ রোম খোক্লা খায়রি।

তা খোসারোন অপুনবী মমিং—

১। মৈতৈ খোসা—১। (১) অনোয় খোসা, হিকম নোঙুনগী মরোন।
২। (২) পলাল্দবী খোসা, লাইশ্রম মুক্তাসিংগী মরোন।

২। কপুই খোসা—

৩। ( ১ ) কপুই খুলেন খোসা, লাইশ্রম মুক্তাশিংগী মবোন।

৪। ( ২ ) কপুই যেনগাও খোসা হিজম নৌতুনগী মবোন।

৫। ( ৩ ) ঙামৈ কপুই „ তোংব্রম চাওযাইমগী মবোন।

৩। তাংখুল খোসা—

৬। ( ১ ) তাংখুল খোসা, হিজম নৌতুনগী মবোন।

৭। ( ২ ) তাংখুল খোসা, লইশ্রম মুক্তাগী মবোন।

৮। ( ৩ ) ঙথো তাংখুল খোসা, তোংব্রম চাওযাইমগী মবোন।

৯। ( ৪ ) ৎ „ „ „ „

১০। ( ৫ ) খুঞ্জ উ-লৈচাউ „ „ „ „

১১। ( ৬ ) লৈতাক খুন্ত ক „ „ „ „

১২। ( ৭ ) পদ্মিং-নমাউ „ „ „ „

৪। মবাম খোসা—

১৩। ( ১ ) মবাম মচা খোসা, হিজম নৌতুনগী মবোন।

১৪। ( ২ ) মবাম মচা „ লাইশ্রম মুক্তাগী মবোন।

১৫। ( ৩ ) মবাম মচা „ তোংব্রম চাওযাইমগী মবোন।

১৬। ( ১ ) মবাম অচৌবা খোসা, হিজম নৌতুনগী মবোন।

১৭। ( ২ ) মবাম অচৌবা খোসা, লাইশ্রম মুক্তাগী মবোন।

১৮। ( ৩ ) „ „ „ তোংব্রম চাওযাইমগী মবোন।

১৯। ( ১ ) মবাম চুংসেপপা „ হিজম নৌতুনগী মবোন।

২০। ( ২ ) „ „ „ তোংব্রম চাওযাইমগী মবোন।

২১। ( ১ ) „ চুংসেৎপা „ লাইশ্রম মুক্তাগী মবোন।

২২। ( ১ ) „ চুংচোংবা „ „ „ „

২৩। চুপী খো (চুপ্রাবী „) „ „ „

২৪। খেন খৌসা, লাইশ্রম মুক্তাসিংগী মরোন।

২৫। পখেং মরিং খৌসা, অতোপপা ওজা অমগী মরোন।

অস্নুম্না মরুওইবা খৌসা ৪ ( ১। মৈতৈ ২। কপুই ৩। তাংখুল ৪। মরাম ) অসিদগী ওজাশিংগী মরোন মান্নদবা মরমদুগী, খৌসারোন অসি ২৪/২৫ রোম সুরি।

মসি অপুম্বসি হৌজিক লৈহৌরিবা, হান্নগী ওজাশিংনসু সুনা খঙবা, হৈবা, য়াওদে। অসি পুম্বসি খোমজিন খিজিন্দুনা ওজাশিংগী মরোন মান্নদবা পুম্বা খৌসারোনগী চোংনবা খোঙগী পাকলগা লোয়ননা খোঙ-চোং, খোঙলোন অপুম্বা খঙহৌ, লৈহৌনবা হোৎনদুনা মরোন সুগায়না নীংশিংলি।

অরাবা মরম অমনা, থাঙগীসু, তাগীসু ওজাশিংনা করম চংকদগে,-চোংগদগে, থাঙ করম হাইগদগে, করম তাকদগে, হায়বা মরোন অদুগা খোঙলোন, খুৎলোন খঙবা য়াম্না মরোন থোইনা থনমদে। ওজাশিংনা চংপা, চোংবা অদুদগী ঐনা মরোন পুথোক্তুনা খোঙচোং, পাকল য়েক্কুনা তুংদা লৈহৌনবা হোৎনজবনি।

কনাগুম্বা ওজানা থেঙ্গোরোনগী পাকল থরা থনম্বা য়াওই, মতুংসু ওজা অদুনা মশানা চোংবগা, পাকল অদুগা মান্নদে, হায়বদি য়েক্লিবা পাকল অদুগা ওজাশিংনা চোংলকপগা মান্নদে, থরা থৈদে। মরম অদুনা থেঙ্গোরোনগী পাকল, য়াম্না কুপ্না নৈনবদা, ওজানা চোংবগা, পাকলদা য়েকপগা চানরগা অচুম্বা পাকল, খোঙলোন, তুংদা লৈহৌনবা হোৎনদুনা পুখোকপনি। মরম অসিদগী থাঙ অমসুং তাগী খোঙলোন, খুৎলোনসিগী পাকল অসি সুকথম থনমদে, লৈরমদে হায়বা য়াই।

তা খৌসারোনগী মরমদা —

১। তা অসি, (১) য়েৎনা তা চুম্না পায়দুনা, খোঙ চোংবগা লোয়ননা তা লৈদুনা সাবা খৌসা।

(২) তা রাংনা খাজৎনা পাযহ্নুা চোংহ্নুা সাখা খৌআ,
(৩) তা অসি হান্না যেৎকী ফেগান্দা সেম্লগা সাবা খৌমা অমা,
(৪) তা মাঙলোমন্দা হুম্নগা চেন্দুনা ৩, ওক্লগা সাবা খৌসা অমা।

২। সলামি—(১) মথক্কী তা মপাগ অসিগী মক্কুংদা অমা পাইরগা, খোঙ তিংনা, নেম্না চেংজনা তৌবা সলামি মখোন অমা
(২) খোঙ রাংনা চেংনা তৌবা সলামি মখোন অমা।
(৩) খোঙ অসি চুম্নগী নেম্না খোঙচোংদা চোংহুনা সলামি তৌবা অমা।
(৪) তা মাঙলোমদা হুম্নগা, চেন্দুনা ৩ ওক্লগা লাংহুনা সলামি তৌবা অমা।

৩। খোঙ নিকপা, মসি উচক খোঙ তৌবসু হায।

৪। হনবা—(১) খোঙ তুংলোম কাঙখৎনা হনবা মহম অমা।
(২) খোঙ অসি নাকন্দা ক ওথোক-ক হংহাক্না হনবা অমা।

৫। সৌ অদি—(১) থুযা সৌ হাযবা অম।
(২) থুনাই সৌ হায়বা অমা।

৬। সৌ কায়বসি—(১) সৌ কাযবা হায়বা মখোন অমা।
(২) সৌ কানবা হায়বা মখোন অমা।
(৩) সৌ নেৎপা হায়বা মখোন অমা।

৭। খোঙ থীনবা।

৮। খোঙ হোৎপা, খোৎপা।

৯। উয়োক মথা সেংপা, অচুগা খোড থমা ( মিকপা )

১০। লানগী মতাংদা, ( ১ ) লান যেংবা হায়বা অমা।
( ২ ) লান কোয়বা হায়বা অমা।
( ৩ ) লান চেনবা হায়বা অমা।

১১। শাগী মতাংদা, ( ১ ) শাদি ওকশানি হায়না পল্লবা অমা, ইপন পল্লবা অমা।
( ২ ) শা থুংপা হায়বা মরোন অমা।
( ৩ ) শা থিনবা মরোন অমা। শা থিনবসি অনিবক থিনবা মরোন অমা, অহুমক থিনবা মরোন অমা।

১২। সদানি চৌফনা লেইবা অমা।

১৩। লৈভাক্ট নোংদাইনা লোইবা অমা, অসুমা খোসাবেন অসি মতাং মতাং খায়দি।

অসুম্মা তা খোসাবোন হৈদা ওজাশিং অহুমগী মরোন সুগায়না থে ঙ-লোন পাফলগা লোযননা ইজদি। ওজাশিং অহুমদুদ—

১। চিঙম নৌতুন সিংহ লাইফম লাকপা, ক্ষং চাঁডানথক নাদৈ-রাকপম লৈকাই, ইম্ফাল।

২। তোংব্রম চাওয়াইবা সিংহ সাং থাইবম্বম, বা ডম লকাই, ইম্ফাল।

৩। লাইশ্রম মুক্তা সিংহ, সাং শগোলবন্দ, ইম্ফাল।

ওজা অহুমক কপুই খোসাবোন সাবিবমই মমিং মায়দে খোড-চোংমু মায়দে, ওজা ১ না কপুই থুলেন হায়। ওজা অমনা কপুই য়েন-খাও কৌই, ওজা ১ না ভাদৈ কপুই হায়রমই। অসুম্মা কপুই খোসা-বোন অমতদা, মমিং মায়দে, খোঙচোং সাবা মায়দে।

# থেঙ্গৌরোন

থেঙ্গৌরোনগী মতাংদা, থাঙ পায়রগা থেঙ্গৌ সাবা য়াওরি। অহূনা থেঙ্গৌ সাবদা থাঙ অমদি তা পানা থেঙ্গৌ সাবা য়াই।

অদুবু ওজাশিং অপূম্বা, হায়বদি থাঙ পায়রগা থেঙ্গৌ সাবা ওজাশিং তা পায়রগা থেঙ্গৌ সাবা হৈবা ওজাশিং অপূম্বনা,

( ১ ) থাঙ পায়রগা থেঙ্গৌরোন সাবা হৈবা ওজাশিংনা. তাগী থেঙ্গৌরোন লৈবা হৌনদে হায়রি।

( ২ ) তা পায়রগা থেঙ্গৌরোন সাবা হৈবা ওজাশিংনা, থাঙ পায়রগা থেঙ্গৌরোন সাবা লৈবা হৌনদে হায়রি।

মথক্কী মরোনসি হৌজিকসু হায়নরিবনি, অদুবু ঐনা তমজহৌবা খঙজনদি, থাঙ অমসুং তাগী থেঙ্গৌরোন মরোন অনিমক তমজহৌবা, খঙজবা মরমগী. ওজাশিংনা হৈবগা মান্নবরা হায়না থিজিনজরুবদা, ওজাশিং অয়াম্বনা অনিসি লৈবোর হায়না হৌজিক তুমিন লৈনগ্রে।

থেঙ্গৌরোন সাবা হায়বসি. খোঙচাং. খোঙলোন থোইদোক্লা লুবা নাত্তে. খোঙ্গারোনগী খোঙচোং, খোঙলোনগুম হেল্লা কুপ্পা লুবা হেল্লি. অদুন্নদি ওইরগা থেঙ্গৌরোন অসি সাবা. চোংবদা, করিগুম্বা থবক অমা পাংথোকপা ডম্বা মরমদগী, থৌনিরোনসি মগুণ লৈবা মরোম্নি হায়না মমাংইন্দগী হৌনা ওজাশিং, লাই গুরুশিংনা লুনা তৌনৈ। মরম অমনা থেঙ্গৌরোন চোংবা, সাবসি, মফম পুম্বদা সাবা য়াদে, চীং-মান্দা, কৈ-খেলদা, উমং লাইগী লাইকোন্দা. কংলাদা, মী অদবা লম্মাঙনচিংবদা. লাইকমদা থেঙ্গৌরোন সাবা চোংবা তম্মে।

১। মরোন অমনা, থেঙ্গৌ কৌবদি লাইনিংথৌ পাখংবগী ময়েক ৭ কৌএ। থেন ৭ তা কাহনা সাইএ হায়বগী, থেনগৌ কৌএ হায়রি, অক্কবা রানে।

২। অতুগা মরোন অমনা, থেঙ্গো কৌবদি. পাখংবগী সাদোং তাউরোইনাই পাখংবগী মথেক্তা সাবনে, শোয়রবদি মচা-মশু ধারা পান্দে, মুংলে, পুন্সিদে, মশাদা ল্যাইথুং পাল্লে হায়মা পুরাম্না হায়রি।

৩। অতুগা অত্তোপপা মরোন অমনা, থেঙ্গোরোন হায়বসি, মী খুদিংমক সাবা য়াদে, মরমদি, মসি সাবা মীদি, শা, লান য়াম্না ফারবা. লৈবাক নিংথৌবু য়েক্লবগী মথুন্তুগী নুনবা ওয়বা, মতাঁক, মগুণ লৈবা মীনা থেঙ্গোরোন সাগদবনে হায়রি। থেঙ্গোরোন সাবদা শেংকদবা ফিরোনসু য়াম্না কুপ্না হায়রি. নিংথৌ মরা ফিনচিংবা শেংকনি, নাংখম শমজিন চিনগনি, ফজেং ফরাল থেংনি।

পায়রিবা খুৎলায় অতুসু, মশক মমিং খঙনা পায়গনি। খুৎলায় অমা হেক্তা পায়রগা সাবা য়াবা নাত্তে। অতুগা থেঙ্গোরোন সরিবা মীনা মরোন খরসু হায়গদবনি, লাউগংবনি মতু হায়দনা লাউদনা হেক্তা সাবা য়াদে; মরম অসিনা থেঙ্গোরোন হায়বসি ইচম চম্বা নাত্তে, তাকপা, তম্বা ফাওবদা মকম পুম্বদা তাকপা, তম্বা য়াদে হায়না পুরাম্না য়াম্না কুপ্না, হায়রি।

অতুবু অমুক লুরবা মরোনসি, তাকনদবা মরম্না, অমুম খঙনরকাব্রে, মুংলক্লে। অহৈবা ওজাশিংসু অয়াম্বা থুপক্লে।

হৌজিক লৈহৌরিবা ওজাশিংনা মরোন খঙদবরা নত্রগা তাক্লি-দবনরা, মরোন অমত্তং হংলুবদা খুম্বা ফাওবা খুম্বিরক্তে। তানবা ফাওবা য়াবিদে। অসিগী খল্লুবদা ঐনা তমজহৌবা, অখঙবা মরোন খরসি তৌহৈবা, তৌহৈদবা খঙদনা ইছুনা হায়দোক্লগে হায়না খন্দুনা, মরোন অপুম্বা মুগায়না ইজরে। অয়োন-অরান অপুম্বা ইবথৌ পাখংবনা তাক-পিসন্থু, ওজাশিংনা তাকপিয়ু।

———

অহানবা মতাং

# ‘তা’

# মৈতৈ থাঙ-তাগী মৈহোরোন

(গুরু পুরাণ)

মৈতৈবাক্কী থাঙ-তাগী হৌরকপা মৈহোরোন অসি, মৈতৈগী গুরু পুরাণ অমনি গুরু মৈহোরোন কৌবা পুরাণ হাপ্পবদুদা মখাগী অপুন্না ছায়রি :—

য়াহাকপু লোইবা গুরু লাইনিংথৌ পাম্‌হৈবনা চহি ৫৯ মহাক চহি ৪৭, কালেন থা ৪ নি পানবা, নোংমাইজিং হুমিৎ মুবা মতম, চাকাবা উ.খাঙদা শান্তিদাস গুরুনা মমায় নোংপোক ওল্লি, মৈতৈ খোংনাংথাবা পণ্ডিতনা মমায় অরাং ওল্লি ।

শান্তিদাসনা হায়এ, হে মৈতৈ পণ্ডিত অথোইবা, চেংলৌ শক্না হেনবা, পুক্নিং লিন্না ঙানবও ! উনবি পুক্নিং চঙবও। তাইবঙ ঙান্নরসি মালং হেন্নরসি হায়না পুরুম তেংথাবনু পাউ তারবদা,

মৈতৈ পণ্ডিত অথোইবনা, চীংনু মতীক অচোবা খযুম গুণ অচোবা লাইবু পরৈ থাংগোল্লদনা, চরৈ ফাংগে হাইদোক, কন্নং উলংগি থোকপগুম খানবি মৈহোরে।

শান্তিদাস গুরুনা, খোসবু হোংলে, লিনবু চুরে। চীংনু মতীক অঙানবা, খযুম গুণ অচোবা লাই শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মিংখে পরৈ থাগোল্লদনা ভাঙজা কোক্তা থাংগৎচবনু, খানবি মৈমুংলে ।

মৈতৈ খোংনাংথাবা পণ্ডিতনা চীঙু মতীক অঙম্বা, থয়ুম গুণ অচৌবা, সনামহি পাথংববু. তাঙজ কোক্তা থাঙ্গৎচদনা, গুরু মৈহৌরোনবু তে থাঙরকপবু, মায়গৈ সালাই ঙাল্লে, লৈহাঙ লৈখা নিল্লে। লৈরোন গুংলোন খোংলে। গুরু পণ্ডিত অনিমক য়াইবি মরাঙ হৌরে।

উম্ হুম্ অক্ অহ আক্ ইহো ইক্।

হরে রিক্ অঙ্গি চি ক্লীঁ স্বাহা॥

য়াহাকপা লোইবা গুরু, অফবা লাইবু খুরুমজদনা ইঙ্গরকে, গুরু পুরাণ; গুরু মৈহৌরোন গুরু য়ুমচঙবা।

হয়ি চক্তা ২। হয়া চক্তা হা। খুহুং চক্তা হে। লাংবা চক্তা রি। গুরু লীরি লৈমরেন য়াগবা, লৈহুং খুহুং রা। উম্ উম্, হুম্ হুম্ অঙ্ অঙ্ হুম্ তরং নালং মুল তরং মৈ তরং ঈশিং তরং ফুংশিং তরং, লৈরোন গুংলোন অহুম্বকী কংলাগি মেনবুংগী তুথুপা/হরি মন্দির মুঙাইবা, মুক্তামণি লাইশঙ নঁংগিবা,/অহিং লিক্লা তাক্তবা, গুংথিল লিক্লা কংদবা, অহিং থাউমৈ মুংতবা; গুংথিল থাউমৈ মমদবা। অক্ তংতবা, অরাই কংদবা। মৈনা রায়বা, তাংনা সম্বা। হরি ময়েক চঙনফম। অতিয়া ফৌদি আনফম। থম্ থম্ চেতপি পুকহুং লৈরোন গুংলোন ও মক্তুগী গুরু লিরি উম্ হুম্ লৈমরেন য়াগারে উম্ হুম্।

সেংদোন লিক্লা আহৌনোরে। লৈরোন লাংবু তনোরে। মনিক খোম্বি নোংঙাল্লে। চিক্ চিক্ নঙফরে, উম্ হুম্।

লৈমারনগী নঙথরিবা মহাও উবদা, গুরুনা ভিত্তোন লাংবু লাংথাক্লে। উম্ হুম্ লৈনন লাংবু লাংনপ্লে। কোঙগোই লাংবু লাংহুক্লে। মিমি কুক্ কুক্ রে রে কিশিনে থরাইনে।

গুরুনা তাইবংপানবু হুংনৌনা মচীন হেনবা তা খোঙজোম্বা মরাই কাগৎলে। ময়া চীক্লকলে। মমিং শুক্লকলে। মখো পোঙলকলে। মচী হাইরকলে। মশা য়ুংলকলে মনাতোন কাম্লকলে ময়াঙ থেক্লকলে। মমৈ থাংগৎলাক্লে। খুমাঙ খোংলকলে। খুহুং কাওরকলে।

মতু খিঙলক্লে। নোংলোন মরোন ৭, লৈরোন ৭ লাইজা ইরোম্বু হাইখায়না লৈগুং য়াবিরোক অচোনবদা লান্‌তারক্লে।

উম্‌ হুম্‌ তাইবংপানবা পুন্নমক্তা হাই হাই লাউনা, থক থক নিক-নরবদা, গুরু লৈমরেন্না তাইবংপানবু হুংওঁ, খাবাকপি থাঙশাং শত্তনা খৌবুম থম্না উম্‌দনা হাইথুরে, উম্‌ হুম্‌। শল্লাং অমনা মঙং ১০৮ খোক্লা খায়বগী মঙং অমা মরুম কুপ্পবা ভাগী মচীন অছু, অছু মরুম কুপলবা খাঙগী ময়া অনিমক্তা চেক্লাগুম চানখিল্লে। পোম্বীগুম চাল্লোক্লে। খৰ-অনি লাংবুম ওই। খোইরা হুচিল্লে। ফম্বি ফমচিল্লে। শিংলি অনি তাশিল্লে। লাইশম অনি রেংশিল্লে। হুংশি লিনৌ নপনরে উম্‌ হুম্‌।

শিংলি ১০৮ না গুরু মহাক শাদংপা উম্‌ হুম্‌। খানবি মৈমুং-কদৌরে। লাইজা ইরাউখোনবু কাপদৌরে। খংগন মালংবু হুম্‌মোই-দৌরে। নোংলোন কিম্বদৌরে। মঞ্জিংবু কিম্বদৌরে। নিংখায়দৌরে ৭ মালেমম্বু চেথায়দৌরে। থরান্‌ নারন্‌ পাইরোইদৌরে।

ভাগী মচীন্দগী চিক চিক চিবশিল্লে। খাঙগী ময়াদগী উম্‌ হুম্‌ ভা শংলে। হয়িচক্‌ চিং চিংশিল্লে। উম্‌ হুম্‌ খাঙ ভাল্লে হয়াচক।

য়াবিরোক অচোনবদা লান ভাবা ভা খানজুনাহা কৌখরে। খান-জুনাহা কৌবা গুরুদগী খোইদ কৌবা গুরু ওইখরে। খোইরী কৌবা গুরুদগী মৈ কৌবা গুরু ওইখরে। "হ" মঙাং গুরুদা ফম্বি ওইখরে, মমিং চিক কৌখরে। মচু ভাংনং ভাংখরে।

তাইবংপানবু নিংখায়গে হৌবা ভাবু খৌবুম থম্না উম্‌হুনা হাইথুরবা খাঙ খৌবুংবী কৌখ: নাউরোম গুরুদগী ইশিং কৌবা গুরু ওইখরে। "র" লুরাং গুরুদা ফম্বি ওইখরে। মমিং চিং কৌখরে মচু ভৌরোক ভৌখরে।

৫। কোনজিন তুংখাকপা লৈনুং লোনজা অরিবা পাখংবনা সুবা থাঙদি,

(১) এক এক এক তিং সেংং সেং কৌএ। লৈমরেম্না শীবা থাঙনে, মমিং সেকচুম পন্তানবা কৌএ।

(২) সিংতা থাঙ কুপকেৎ সেং মীরাংথাঙ কৌএ।

(৩) কুপকেৎ হাই ফিরোক থাঙ ( ফিরাক থাঙ ) কৌএ।

(৪) মিচুম মীরাক থাঙ কৌএ।

(৫) কবাক থাঙ তেম সাবা ( চৈঙ থাঙ ) অকোনবা থাঙ।

(৬) উরুং থাঙ ( তরুং থাঙ ) অতিংবা থাঙ।

(৭) তুবী চিরোং হাইনাইবা থাঙকক্লেন য়াসোবা থাঙ অসিনচিংবা সুইএ।

চুডনা—চুঙসোন লৈনপক্ষা কৌএ।

তা য়াইওইবা—খিনবদা মথুন লিশিং লিশিং থোকপা।

লীরুং য়াইওইবা—খাংবদা নোং খাকপগুম মখোন হোৌবা, লং রি পান্দুনা কাপপদা তেন অমনা তেন লিশিং লিশিং থোকপা, অসি সুইএ।

হী-য়াই হীগোক মচু মানবা, য়েংবদা মীগী পুক্রিং হুবা, ঙমহৎনা ঙম্বা য়াই পুইএ।

৬। লিশিং চাইবনা ( ঈশিং চাইবা ) সুবা থাঙদি—

কুঙ্ হিক্ হিকথরো কৌএ। য়েক্রবগী খুৎলায়বু মাঙহনবনে।

৭। কৌক্রনা সুবা থাঙদি—গ্রুঙ্ গ্রুঙ্ গ্রুঙ্ কৌবানি।

৮। খাংজিংনা সুবা থাঙনা—গুরুগী য়েংথাঙনে, ঘ্রেং ঘ্রেং ঘ্রেং ঙোইহিং কৌএ। চুঙনা ঙাঙ্ কুপ্ফেৎ কৌএ।

৯। খানা চাউবা রাংব্রেম্না সুবা থাঙদি—ক্রম্ ক্রম্ ক্রম্ কৌএ।

১০। নোংপোক পাম্হোইবনা সুবদি—নোংথাঙনে, ফিরাক্ থাঙ গ্রাঁ গ্রাঁক্ গ্রাঁ কৌএ।

১১। মারজিৎনা সুবা থাঙদি—লৈমরেম্না শীবা থাঙনে, মমিং হেরাম ক্রীঁ ক্রীঁ ক্রীঁ সং কৌএ।

১২। য়োইমোংবনা সুবা থাঙদি — ককয়েঙ্গ মীঙন্বা হাংপা থাঙনে, মদিং [ই] কুপ ফেং ভাঙতাংপা মীয়াক্‌থাঙকৌঐ ( ২৬৪—৩৬৪ )।

## অসি নত্তবা মৈত্রবাক্কী থাঙ-তা খুংলায়

১৩। অঙিংকোক শুরুনা সুবা থাঙদি— পিংতা থাঙ কুপফেং সেং মীয়াং থাঙ কৌঐ। কুপফেং হাই কিয়াক থাঙ কৌঐ। মিচুম মিয়াক থাঙ কৌঐ।

কবাক থাঙ চৈশু থাঙ হেম সাগনে ( তকোনবনে )।

তরুং থাঙনে ( অতিংবা ) অসি সুইঐ।

চুডনা থাঙকুপফেং কৌঐ।

১৪। নোংদা লাইবেন পাথংবনা সুবা থাঙ খুংলায়দি—

(১) চকথাঙ কৌঐ। সালাই খ চনে।

(২) থাঙ কাইরেম্বা সুইঐ।

(৩) চৈশু থাঙ ( অকোনবা ) চুম্থ ও মানবা সুইঐ।

(৪) তরুংথাঙ (অতিংবা) পোংথা মনা মানবা থাঙ অঙিংবসু সুইঐ;

(৫) কবাক থাঙ য়াইওইবা, হাইবদা মা অঙক তুপ্পা ঙমসু সুইঐ।

(৬) তং য়াইওইবা, থিনবদা মথুন লিশিং খোকপা সুইঐ।

(৭) চুডগোই য়াইওইবা, খুংলায় থিবিক্লা চঙবা ঙমদবা সুইঐ।

(৮) লীরুং য়াইওইবা, খাংবদা নোং থাকপগুম মখোল হোবা লীরি হাপতুনা কাপপদা তেন অমনা, তেন লিশিং লিশিং খোকপা সুইঐ।

(৯) খোরী কোঙ্গোই য়াইওইবা, পুক্লো হায়বদা, মথম্না য়েক্লবনু পুনবা সুইঐ।

(১০) খেঙ্গু য়াইওইবা, সুরো হায়বদা, মথম্না মীবু কুবা ঙম্বা সুইঐ

(১১) হী-য়াই হীলোক মানবা, য়েংবদা মীগী পুক্নিং হুবা শুমহৎপা শুম্বা য়াই শিয়ে।

১৫। পোইবৈত্তোনগী খাণ্ডদি—খাংস্থ কৌএ।

১৬। থরাবেনগী খাণ্ডনা—খাড জীনে।

১৭। মৈদিংগু নাওফংবগী (খৃঃ ৪২৮-৫০৮) থ ণ্ডি, বপস্থ লং কৌএ।

১৮। মৈদিংগু সমৈখাংগী (খৃঃ ৫১৮-৫৬৮) খাণ্ডনা—
(১) খোক্লেন তোংবা, (২) মিতে ‘ন্তুপ কৌবা খাণ্ড স্থইএ।

১৯। মৈদিংগু উবা কোন্থৈবগী (খৃঃ ৫৬৮-৬৫৮) খাণ্ডনা নৈ ফ-খাম্বা কৌএ।

২০। মৈদিংগু খেংজ চাগী (খৃঃ ৭৬৩-৭৭৩) খাণ্ডদি, শুম ফাবা খাণ্ড কৌএ।

২১। মৈদিংগু খুমোম্বগী (খৃঃ ১২৬৩-১২৭৮) খাণ্ডদি খুমক স্থা কৌএ।

২২। মৈদিংগু মুংশাম্বনা (খৃঃ ১৫৬২-১৫৯৭) স্থবা খাণ্ডদি খৌ-বোম্বা খাণ্ডনে। তানা খ নজুনাহা তা কৌএ। মসিনা চৌনাগী মযদ না হাংখি।

২৩। মৈদিংগু খ গেম্বনা (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) স্থবা খাণ্ডস্থ খাণ্ড খৌবোম্বা, খাংস্থনাহা তানে।

২৪। মৈদিংগু গরীবনিৱাজ পামহৈবনা (১৭০৯-১৭৫১) স্থবা খাণ্ডদি খাণ্ড খৌবোম্বনে। ত না খাংজুনাহা তানে।

খাণ্ড খৌবোম্বনা অয়াগী অঙ, কেংহুংগী কাণ্ডউদোন ফুরাগী খোণ্ডল খাণ্ডবা খনম্বা হৌজিক ফাওবা লৈবি।

২৫। মৈদিংগু কার্ত্তা চৌংথ খ স্থা হাক্তল (খৃঃ ১৭৬৩-১৭৯৮) মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বনা খৃঃ ১৭৬৬ মুবদা কার্ত্তা হাৎনবা যজ তৌদুনা

কার্ত্তাঘনী কৌবা তা অমা শাখি। খৃঃ ১৭৬৮ সুবদা, খেলেম্বনা অরাদগী লাকপদ, লৌসি পাঙ্গা খেলেম্ববু কার্ত্তাগী মনাইশিংনা ( সলা খোঙম কৌবনা ) তা অতুনা খেলেম্ববু হাংতুনা কার্ত্তা বংশ লেপখি।

২৬। মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি ( খৃঃ ১৮৫০-১৮৮৬ ) মহারাজনা থাঙ অমা লুপা ১০০০ ( লিশিং অমা ) না শামু অমগা পীতুনা লৈখি। থাঙ অতু খা দা পেটি ওইনা কোনশিন্দুনা পুবা য়াবা থাঙনি। থ'ঙ অতুগী ঃমি' লিশিং শামু হাযনা খোল্লি। মক্কেদা থৈরক্কুনা ইশিং শামু হাযনা কৌখি। থাঙ অসি খৃঃ ১৮৯১ টংগী মণিপুরগী খোং.ঙ্গামগী লান্দা, বুচিননা মণিপুরবু লৌবদা, খাঙ্গাল জেনেরেল্লা লানক্কেনবদা মহাং ইম্ফালগী মখাদা লে ক্তাক খোঙবান লৈডাং কাচিন্দা লোৎপদা থাঙ অসি খাঙ্গাল জেনেরেল্লা পুবদগী লোক্তাক্তা থাদক্লুনা মাঙহনখি।

# তাগী তারোন

শা ত'ম্নবদা মরুওইনা শীঙ্জিন্নে হায়বশী তা কৌই। তা হায়বা থুৎ নায অসি মরু ওইনা শাদা শীঙ্জিন্নে।

মৈত্রবাক্কী তা অসি মরু ওইনা ৫/৬ থোক্লা শীঙ্জিন্নে মতুদি :—

১। লম্বু তা, থাইদগী চাউ-শাংবা তা, কৈদা শীঙ্জিন্নবা থুংলাযনি।

২। লাংশোই তা থাইদগী শিকপা শাংবা তা, শামুদা শীঙ্জিন্নবানি।

৩। থংনিং তা, তেনগী মওং মানবা তা, ওক হায়বা শাদা শীঙ্জিন্নবনি।

৪। সগোল তা, ( খৌগন তা ) মসি সগোল লশীনা শীঙ্জিন্নবা তানি।

৫। হুন্নতা ( তারোল তা ) মসিমু সগোল লাম্মীনা শীজিন্নবা তানি।

৬। তাপাক মী, শা অতৈদা শীজিন্নবা তা মাংনি।

## লম্বু তা — (কৈ ফানবা নত্রগা শীজিন্নবা তা)

কৈ চনবা, ফানবদা, লম্বু হাযবা তা জাং অতুনা শীজিন্নৈ। তাগী জাংতগী লম্বু হায়বা তা অসিনা থাইদগী চাওই, শাংই।

কৈদা তা অতু পাযতুনা চণ্ডবদা, খোঙ ওইনা মাঙ থংনা চণ্ডও। তামু খুং ওইনা লোংনা পাযও। খুং যেংনা তাত্ত উপ্পা পায়ও।

খোঙ ওইত্তু তিংনা, মাঙ থানা, শীংনা-শীংনা, যেংনা তুং থংনা কোম্লপ শাংন-শাংনা ইল্লো।

তা খুংপাযদি, খুং ওইনা লোংনা, তাখোক ভকশম মপাংদা থংগংনা; তংদোন মাঙলোমদা কাপ মরুমতা; খুবাক মরুমতা, খুবোম অমবোমতা, হবচাং ভকশন মপাদা থাঙংনা, হকচাংদগী মংক্ক কাপ মরুমতা হেন্দোক্লা পায়ও। ও দোন যুংখংনা, ভকশম মপাদ থঙংনা পায়ও।

যেংকং খুংনা তু নু কোনশিন্না, খুং লোংনা, তাবু হবচংদা ওপ্পা পাযও। মিং কুপ্তুনা, সংত্রীক যেংনা, মিং চাননা, অপনবা লেতনা চণ্ডশিল্লবদি, নকশিল্লকপা মতমদা, কৈ অতু লোংনা হন্দুনা চেন-খিগনি।

কৈনা চেনখিদনবদি, নকশিল্লকপা মতমদা, মানা তম্লকদবা শাবাক-ক্ষমদি, কোক, ভকশম, খোবাদনে। অতুনা মানা তা অতু থুমাঙনা মৈথরগা, নমথংগা মখোঙ থুতুংদা লেপতুনা খোবদা লাকদবনে। মানা হন্দাতুনা চেংশিল্লকপা অতুদা, তা অতুনা লেঙদনা পায়বগা, মাগী মযাদা তাক্লগা, হবচাং তুংলোম নমথমও, খোঙকমদি লেঙগনো, হকচাং থুংথনা হল্লো, কৈনা তা তু মৈথবা, ভমহোত্রবদি মত্তোমত্তা মরাদা তানা থিনজ-গনি।

কৈনা চোংশিন্নকপদা তানা থিল্লুগনো, তানা থিনবদা মাগী মউন্দু চিংথোক চিংশিন তৌথিহুনা থাং-তা চঙলেহইএ। কৈগী মখোঙ খুমাঙন্নু য়ান্না শিংই. মীনা থাঙ-তানা থিনবা য়ানবদা পাক চঙদে, মরমদি মখোঙ অহুনা নোংথাঙ কুপপদগী হেন্না থুনা ডাকখি, অহুনা থাঙ-তা মশাদা পানবা ঙমদে, করিগুম্বা মশাদা পান্নবস্থ, মউন্দু চিংথোক চিংশিন তৌহুনা থাঙ-তা চঙবা ঙমদে, ময়াহু থৈদোকখি।

মরম অসিনা কৈ থেংনবদা থাঙ, ওইরবস্থ, তা ওইরবস্থ খুংলায়ন্সি হকচাংদগী হেন্দোকহন্দনা, হকচাংদা থুপনা পায়রো।

কৈনা মী শোকুনা, মীহু শিরবদি, কৈ অহু পঙথৈএ। মকম অহু-রাইদা অহু মরৈএ। পঙচৎ চখোক্লোইএ।

অহুনা কৈ চনবদা, ফাদা, য়াওনা হুইরোই নম্বোং কৌবা মীহুনা কৈবু থিবা, থেংননবা চঙবদা, কৈ থেনংমারাইদা, মানা কৈ অসি অসি-রাইদা লৈরে হায়বা খঙই, মগা চংখিনবা মীহু মানা লেপউ হায়না হায়রক্কনি, মানা লেপউ হায়বা মফম অহুরাইদা লেপউগনো; লৈরুগনো, লম ১/২ হন্দোক্লগা লৈয়ো। মরমদি,

হুইরোইনা কৈ থেংনগদোরে, মানা কৈ অহুনা, মচীনচাক পুরক্লে-চাও হায়না পীবনি। অহুনা কৈহুনা, হুইরোইনা লেপউ হায়বা মফমদা-লেপহুনা লৈবা মীহু লাকুনা শিগনি।

হুইরোই হায়বসি, কৈগী মমা-মপা সাবা মীনি, নাদি শাগী শারম খঙবা মীনি। কৈ ফাহুনা শিরগা হুইরোইনা তেংথাহুনা কপশিন্নে, রাগৈদি, ইপাগী ইবুঙো নংবু মীগী শা, শল, মী চারুগনু, মীগী মপোৎ শোকউগনু হায়বা য়াদহুনা, নঙ হৌজিক শোয়রবনিদো, তৌগনু হায়বা য়াদবনা অস্থুম থোকইবনিদো, অস্থুম হায়না তেংথাহুনা কপশিন্নে।

কৈ চনবা, ফাবদা কৈগা থেংনরোই হায়রবদি, হুমিং অহুগী যোগিণী-লৈবা মায়গৈদা লৈন্ন, কৈগা থেংনবা হৌনদে, মরমদি কৈ হায়বসি

যোগিণীগী শাদোংনি, অহুনা যোগিণী লৈবা মায়োংদা কৈনা লাকপা, চঙলকপা, হেক্লোকপা হৌনদে।

কৈগা থেংনগে হায়বগা, পন্নংদা নক্রগা শা লৈবা মফমদা হোৌবা নাশি, ঐতোন্দা মতোন ওনশিল্লক। মতোন্দু থংলগা ঐগী নাদা, কোক্তা ওইদবসু মতোন্দুনা তুংলোম ওন্না থেংলো, শা শোয়দনা থেংনগনি।

নক্রগা, পন্নংদা, শা লৈবা মফমদা হোৌবা, মতোন পন্নং শাদা ওনশিল্লা হোৌবা নাপী মতোন্দু থংলগা মতোন্দুনা ঐগী নাদা অমদি কোক্তা তুং ওন্না থেংলো, শোয়দনা শাগা থেংনগনি।

থেংনরোই হায়নগা, মথক্তা হায়রিবা নাপী মতোন্দু ঐগী মাঙলোম ওন্না নাদা, কোক্তা থেংলো থেংবা হৌনদে।

শাদদি পূক্কিং থুগংকনো, পূক্কিং থুগতবনা থাইদগী মরুনে।

কৈ চঙনা ফাগ হায়বদি :—

কৈ লৈবা মফমত্তু, কৈবানা চেনবা থংলগা, মপান্দা কৈদল শও, য়োংকা শারং ১/২ গী মন্নুদা চাখং অহিংবত্তু, (কৈবল মন্নু ত) উকায় তক্রগা কৈনা শারং মন্নুদা চঙহনবদা, হামেংত্তু শিদনবা থৌবি ফং চিংথংহোৌবগা, শাংগী থোঙত্তু শিংহনা কাগনি।

কৈনা হায়বসি, থৌনা মচা (থোংইরিগুম্বা) মেশ থৌনীগুম্বনা ১৮ রোম পান্না, মতুপ মতুপ ওইনা, নিপা ঈল শাবগুম কিশি কিহুন-কিহুনা সাবনি। মরাদ মযুং ফুট ১৮/১৮ রোম ওইনা সাগনি। অহুম্মা মতুপ মতুপ সানগা, মত্ অমগা অমগা শমজিন্নরগা হারবদি মতাংই মতাইদা পুনশিল্লগা কৈরাং ওইনা, পনগী মমুং থংনা কোয়না থংকনি। কৈনা হেক্লোক্তে তোবদা, কৈরাং অহুদা মখোঙনা থেংনবদা, মখোঙ খুজিন্না লোইহনা, পন্দুনা, মত্তু কৈহনা থদংনবা হোৌংনবদা, কৈরাংহনা অহুম লেংশিন্দুনা থদংপা তমদহনা, কৈহু কাবা য়াই।

## কৈনা চেগপ চোংবা।

কৈনা করিগুম্বদা, মী শানচিংবা লাকে হায়রবদি, ম না লৈরম্বা মকম অচুদগী থরা চথোক্লগা, কোম্না হায়বদি চপু চপ্লবা চেগ' ক। মচৎ

1 2 3

অম্মুন্না। নম্বর ১ দা লৈবম্বতুনা নম্বর ২ দা লাক্লগা, ২ দগী ৩ যৌনবা কোম্না চোংতুনা ৩ দা লুমহুনা, থুপতুনা লৈগল্লি। অম্মুন্না ২ দগী কোম্না চোংহনা, মাগী খোঙগুন তা-হন্দনা, মাঙহন্না ৩ দা চোংতুনা লৈগল্লি, মতদা, মী শা, অতুনা কৈগী খোঙগুন লীনকপদা, ২ ফাওবদি মাগী খোঙগুন্দু যেংতুনা লাকনি, ২ দগী মাগী খোঙগুন্না মাঙখ্রবদি, কৈত্থ অহ্রাই লম ১/২ গী মচুংদা লৈরে হংবা থঙনগনি।

করিগুম্বা ২ দগী কৈগী খোঙগুন মাঙখিবত্থ, মীহুনা, শাহুনা, কৈনা চেগপ চোংত্ৰ হায়বা থঙদহুনা, ২ দগী অতম চুমখিং চংশিল্লক্লবদি, ৩ দা কৈপিবা কৈত্থুনা, মী, শাহু মনাক নক্লবাননা ম খুশ তুনা চাগনি।

## থাঙ পামবগা কৈ খেংনবা।

পাফনিবা থাঙ অত্থ যেংলেম্ম নক্লগা ওইগী নাকল্লা, তুং ওইনা, খুৎলায়রবু লোৎনা, পুম্না পামবগা হকচাং চক্, কক্ বৈবে মদা তিংনা যেংনা লৈবগা, কৈনা চক্, কোক্ তম্না চেংশিন্দুনা লেপখৎলকপা মতমদা হকচাং হন্দোক্না খোঙফমদি লেঙদনা, থাঙহুনা কৈবু (চিংনা) ওইগী বাক্ নক্লগা য়েংকী বাক্লা থাঙ চিংনা কৈবু যাল্লো।

মৈত্তৈ লাম্বোবশিংনা মসিগী ফীবমদা কৈবু থাঙন, ওই নক্লগা য়েংকী বাক্লা কৈবু কক্লুনা কানৈ।

খুংলায় য়াওত্রবা চেনবসু শাক্রবদি।

কৈছুনা চো শিন্দুনা লেশখংলকপা মতমদা কৈগী মখাংদা খুং অনিনা বোন্দুনা লেংবাম্না মাগী মশানা, খজিন্দা শোঠুনা, কম্না ফাজিল্লো, কৈছু স্বব হোনবা ঙমদবা মথৈ কম্না কোন্দুনা ফাজিল্লো, অস্মা কীবমদা নিংগুম্বদা কৈবু লাক্চবা ঙম্ মৈতৈ অথোবা যাওখি। খুদম ওইনা, মোই-রাংগী অডাম নো বাম্না কৈ থেননা, কৈনা তানা খিল্লুরদা, কৈনা মাগী তাঙ্ক মখোঙনা খংতে তুনা ফারগা, তাঙ্ক পাকহুনা কৈগা, মোংবানগা তাঙ্ক মুন্নবদা, কৈনা ঙমহুনা তঙ্ক কৈনা মুনগ্রবদা, মোইরাং নোংদোন অথোবদা কৈনা নোংবানবু লক্লগে চেংশিল্লকপদা, নোংবাম্না কৈগী মখংদা কোন-শিন্দুনা ফংজোদবা, কৈবু হুইহংহুনা থংকে চেকুরবা মমদগী, কৈছুনা লুকণহুনা ডক্তো কৈনা লত্তুনা নোংবান তুখি। খম্বনা চেনশিন্দুনা নোংবান কনগে হায়না হেংনবদা, কৈনা লাকখিবনা হান্দুনা নোংবান কনবা ঙমহোদ্দ, কৈদি তম্লে কত্তুনা চেনখি।

তা পাবরা মী ৫'১০ না কৈ ফাংগহ নমদদি।

তা পাবরা মকাম্না কৈবু মপানা খম্না বোয়শিল্লগা, তা মহেংম্না মাঙ থানা, খেঙ শিংনকনা চৎশল্লো, তা পাবা মশামহুগী মরক্তা, মশাম্বগী তা মতাংগা কোয়না চৎশনদ্দা, তা মত্তোন ১/২ দি থংনবিবা তা মতেন অহুদগী বাপ ১ দি, ফুট ১, হুবোম মরুমাং হান্দক্লা পায়হুনা চঙও।

কৈগী মখোঙ খুমাঙ অনিংস নাম্না শিংই, মখোঙহুনা নকশিল্লক্লিবা তাদোন মযামত্ত, অমুক্তা লগহুনা কোয়না তাকখোক্লগা, চোংশিন্দুনা মী লাক্লবা হৌরকনি, অহুদা ঙসাইগী তা মত্তোন ১/২ হল্লোক্লা পায়বা তা মহোন্দুদি চিংথবা, য়াওহোদবা মবম্না ১।২ অহুনা কৈহুবু নমহুনা খিল্লো, অস্মা ময়াম অদুস্থু কৈদুবু তানা খিন্দুনা কাবা ঙমগনি।

চুই, হৌদোং, শা, কৈনচিংবা শাশিংসি, পোকপগা মমা-মপা, মচিন-মনাওশিংগা লোয়নননা পিক্লিডৈদগী সারাক তমম্তুনা শাম্নৈ, মহৌসাগী নগুণনা হৈজবনি। মখোয়গী খুৎলায়স্মু মহৌশানা, ময়া, খুজিন্নচিংবা কোম্নজে। মখোয়না লৌশিং তানা, ওজা গুরু নাইনা তমহুনা হৈবা নত্তে, মহৌশাগী মগুম্না হৈজবনি।

মীওইবদি, শাশিংগী মহৌগুম্না মশাগা কোন্নবা খুৎলায় য়াওদে, মহৈস্মু ওজা-গুরু নাইনা তমজবদি হৈতে। অদুমদি ওইরগা ঈশ্বরনা মীওইবদা পোইদাক-হেন্দোকপা খুৎলায় অমদি পীবি, মহুদি লৌশিং, জ্ঞান, বুদ্ধিনি।

মীওইবনা লৌশিংগী পাঙ্গম্না খুৎলায় ওইদুনা, তাইবংপান্দা লৈরিবা জীব পুম্বা মীওইবগী মখা পোন্না খম্বা ওমই। অমুক করি হায়গনি, জীব পানবশিংদগীস্মু হেন্দোকুনা, ঈশ্বর খুৎসেম, লাইগী শক্তি ওইবা, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনচিংবা ফাওবা মীওইবগী লৌশিংনা ফাদুনা শীজিন্নরি।

অস্মুম্না মীওইবা ঐখোয়না, লৌশিংনা ওজা, গুরু নাইনা তম্লগা তাইবংপান্দা লৈরিবা শা, ঙা, উচেকচিংবা জীব পুম্বা অদুদগী হেন্দোক-তুনা মৈ, ঈশিং, নুংশিং প্রকৃতিগী লৈরিবা পোৎ পুম্বা ফাদুনা শীজিন-নরিবা মীওইবনা, করিস্মু লৈতবা শা, ডাবু করিগী কিগদগে, করিগী মখোয়না লাকচগদগে, লৌশিংগী পাঙ্গম্না মখোয়বু মীওইবনা লাকচগ-দবনি।

# শামু

শামু হায়বা, শাগী জাত্তগী খাইদগী চাউরবা শা অসিদা৷ মৈতৈনা তাগী জাত্তগী খাইদগী পিক্লবা লাংশোই হায়বা তা জাৎ অদু শাংজিল্লে। তাগী জাত্তগী লাংশোই হায়বা তা অসিনা মপিক্লে। অমুবা লাংশোই হায়বা তা অসিনা শামুগী য়ারক্তা, খুদাদা থিন্দুনা মকোক্তা থিন্দুনা শামুবু অকিবা পীদুনা মৈতৈনা শামুবু লাক্লে।

শামুনা তাল্লগা য়ারক্তা হোৎচিল্লো হায়বসি তশেংবা পাউরোনি৷ চুমগী পাউরো নত্তে, তশেংবা রাহৈ লৌশিংনি। শামুনা তাল্লগা চেল্লবদি ংলরোই। অত্তুনা মডোল্দা চেনশিন্দুনা থেংনৌ হায়বনি।

শামুনা মী তানবদি, মনাতোন অশাংবত্থু রাংনা খাংগংতুনা তাম্লে। শামুগী মনাতোন্গা, থিল্দোরকঙবা ময়া অশাংবত্থুগী মরক অত্থুবু য়ারক কৌই। অত্থুনা শামুনা মনাতোন্ থাংগংলিডৈত্থদা, মাগী য়ারক অত্থুদা লাংশোইনা থিল্লো, মত্থদা থিনবদা শামুগী মপাঙ্গন্ লৈতে, শোট্টে, অত্থুনা মনাতোন অত্থু খংতুনা অত্থুম হন্দুনা চেনখিগনি।

অত্থুগা শামুনা হন্দুনা চেল্লবদি, মাগী মখোঙ খুত্থুংগী খুজিন্গা তাই-নবা, লৈপাক্তা তাইনবা খুদা মখোঙ অত্থুদা লাংশোইনা থিল্লো, অত্থু ওইরবদি শামুত্থু অমুক হল্লক্লরোই, অত্থুম চেনখিগনি। অদুগা খুদা অত্থুদা থিনবদা, শামুগী মশা অরুম্বত্থু মখোঙনা পুবদা ঙমদত্থুনা শামুত্থু চেনবা ঙমদে, য়াম্না রানা থাঙই।

মী অনি শুরবদি অমনা মনাঙদা লাংশোইনা য়ারক্তা থিনবা, অমনা খুদাদা লাংশোইনা থিনবদা, শামুত্থু পঙথৈ।

করিগুম্বা শামুনা তানবদা চেনগে হায়রবদি, ইশাদা য়াওরিবা ফি অত্থু ফুরিৎ ওইরবস্থু ইমফি ওইরবস্থু, করিস্থু যাওক্লগনা শেংলিবা কৈজোম অত্থু হুন্দোকত্থুনা মডোল্দা লংশিল্লগা চেল্লো৷ শামুত্থুনা ফি অত্থু শাল্লত্থুনা লৈহৌক্ল৷

অহুগা করিগুম্বা চেনবদা, মানা তাম্নরকপা অহুগী নাকন ওই, য়েক্তা, মপা খোক্তবা নাকন অমদা লম ২/৪ খৈদোকতুনা লৈরবস্মু, শ.মুহু অহুম মপা চুম্না চেনথিগনি।

করিগুম্বা চীংদা শামুনা তাম্নবদি, চীংজেপ্তা ( চীং অওম্বগী মকৈদা ) চেম্নো, চীংজেপ্তা শামুনা চেনবা, তানবা ওমদে। চীং অওম্বদা চেনখংপা অমদি চেম্বদি শামুনা লায়না ফংবা ওমই। চীংগী চীংজেপ্তা কৈনা চেম্নবদি শামুনা চীংজেপ্তা চেনবা, চংপা ওমদবনা তাম্নদে।

মৈতৈনা শামু লমশা কানবা শোঙ সারগা হিংনা কাবা ওমই। শামুনা খরা তোয়না লৈবা, লাকপা চীংগী লোকমায়দা, লৌ পরি ২রোম ( একর ৫ রোম ) কোম্না চাউবা লমদা ( ফুট ৩৬০০ = লম ৬০০ ) কোয়না লম ১০ পাক্না লম ৩ লূনা, ইকোয় কোয়না লম ৩৬০ পাক্না লম ৬০০ রোম অহু তৌরগা, মহুগী লৈপাকতুনা মপানগী অকোয়বদা লৈপন ওইনা থোল্লগা লৈপনহুগী মথক্তা ইঞ্চি ৩০ রোম্না কোম্না চাউবা, ফুট ১৫/১৬ রোম শাংবা উ কুওনা অমগা অমগা শম্নমা মুংলগা, উরি ওইরবস্মু,। খৌরী ওইরবস্মু উশিংহু য়েংশিন্দুনা কম্না পুনগনি।

শামুনা চঙবদা খুদোং চাগদবা মতা য়েংহুনা, শামু চঙকমগী মথেঙ অম্না ফাংকনি। থোঙ অহুদগী শামুশোঙ মঙুং কাওবা অদুদা শামুনা চাবা পোং চু, লফু, উশা, উনানচিংবা থমগনি। শামুশিংনা অচাপোং অহু চাহুনা অসুম অসুম চঙলকপনা, শোঙ মঙুং য়োম্রবদা, শোঙগী থোঙ অহু থিংলগা, মঙুং অহুদা শামুশিংহু চুমিং ২।৩।৪ ৫ নি ওই-রবস্মু মচিঞ্জাক পীজম্রগা, মশা চোকথরবা, শোম্লবা মতমদা, শামু মুমশা তোংদুনা মাউংশিংনা চঙলগা লমশাশিং মখোঙদা খুরৌ চন্দুনা কাগনি।

# Elephant Capturing (Samu Song)

Wild elephants are captured during the hot weather when they descend in groups to the lower regions seeking water. In places through which elephant usually pass, deep pits of fifteen feet depth and of the same diameter are very carefully dug by experienced hands.

The earth dug out is scattered at a distance to avoid suspicion for elepnants are very suspicious and keep about from dangers.

The pits are made in such a way that it would be extremely difficult for beasts that have fallen into them to climb out.

The mouth of the pit is concealed very carefully with dry sticks, leaves, grass and small shurbs, so that the whole place looks like a part of a ordinary forest.

Watchers are appointed to guard these pits, when an elephant treads over a pit, the twigs and leaves covering the top give way, and the animal falls down with a loud & frightful cry.

Watchers turn up & close the mouth of the pit with heavy logs of wood. For a few hours the animal is left to make wild efforts to effect its escape. finally it is exhousted.

# ওক ফানবা তা

লমওক হায়বা শা অহু ফানবা থংনিং হায়বা তেনগী মওং মানবা ভ-জাং অহু শীজিনৈ।

থংনিং অহুগী মচীন য়োংকী শরুক অহুগা, তাখোক্কী শরুক অহুগা মেরা থৌরাঁগুম্বা থৌরী মচানা পুন্দুনা থরা কোম্না শম্নগনি।

থংনিংগী য়োংকী শরুক তা অহুনা শাদা থিনবদা, তাখোক্কী শরুক উ অমদি রাগী শরুক (য়োংকী চগোহুগী মখুংদা থিংজিনবা শরুক) তাগী চগাদগী নাম্থোকপদা, পুল্লিবা থৌরাঁহুনা তাদোনগা, তাখোক্কা অনিহু-তোড়ান তাদনবনি।

তেনগী মওং মানবা থংনিংনা শাদা থিনবদা, তা অহুগী তাখোক অহু নাম্থোকপদা, তেনগী মওংগী তাগী মতি অহুনা শাগী মশাদা পন্দুনা অহুগা তাখোক অহুগী থৌরাঁনা পুনবগী মতোন অহুনা নাপিনচিংবদা-পনবদা, শাহুগী মশাদা তা অহুনা পন্দুনা শাহু থিনা শোকই, পনবহুনা শাহু নাহুনা চেনবা, লেঙবা ঙমদে। অহুনা শাহু মফম অহুদা তুহুনা লৈ। শাহুনা অরেঙ খুদিংগী তাখুন্দু লাওথোকপা হেল্লি, শাহুগী মশাদা-য়াম্না থীনা, লাওনা শোক্তুনা শাহু অহুম শি।

ওক্কী অশোনবা, শিফমদি মাগী চায়রুংনে, মাগী চায়রুংদা অমদি মনাতোন্দা চৈনা কুহৌবা উম্নবদি ওক্তু মপাঙন শোন্দুনা থুনা শিএ।

ওক্না হৈনবদি মীগী করাঙ তম্না মমিৎ উইশিল্লা চেনশিল্লতুনা, মনাতোন্না মীগী ওইগী থোঙ কোংতুনা লংগনি। অহুনা ওইগী থোঙ-অসি রাংনা থাঙ্গংলগা, য়েংলোমদা কৈনা লয়হুনা চোংথোকও অহুগা-লম্নশিন্দুনা ওক্কী থুহুং পায়য়ো নক্লগা চৈনা মনাতোন চায়রুংদা ফুও।

ওক থেংনবগী ফীবমদি—ওক্না মী তম্না চেনশিনবদা মমিৎ উই-শিল্লগা চেনশিল্লে, অহুনা ওক থেংনবদা; মামা চেনশিল্লকপদা করাঙ-কাক্না লেপ্পগা; য়োশিল্লকপদা, ওইগী থোঙনা য়েংলোম রাংনা চোংথথুনা

হকচাং ওইরোম লয়হুনা, ওইগী খোঙহু য়েংলোম তারগা, মাগী নাবন তুং তা-নবা চোংহুনা লয়শিল্লগা চৈনা মাগী চায়রুন্দা, মনাঙ্তন্দা ফুবদা শিএ।

করিগুম্বা ওক্লা খোঙ কোৎপা ফংজ্রবদি, মতোমতা চুমজিং চেনখি-বস্থু য়াওই। ওক্লা খোঙ কোৎহুনা লংলবদি মীহু তুরে, তুরবদি, উপ্পা তুনবা হোৎনৌও, চেপ্পা, লোংনা তুরবদি ওক্লা পুক্তা চিন্তুনা থাবোঙ থীরিন চাগনি। উপ্পা তুরবদি, লৈরবদি নঙন্দা থরা চিকনি, শোকনি, মহুনা শিবদি শিরোই।

করিগুম্বা ওক্লা চেনখিজ্রবা, ঐনা ফুকা, ফাবা ভনাংহৌজ্রবদি মানা ঐবু কোৎহুনা লংবদা উপ্পা খোঙ ২ কোর্নশিন্না খুৎ ১ না হকচাং নপ্পা নাকন অনিদা চপশিন্না উপ্পা লৈয়ো। ওক্লা পান্নদি পুক চিনখায়রগা থাবোং, খোইরা লিনশাংনচিংবা চাবা পান্নবনি। অহুনা মনাঙ্তগা ঐবু কোৎহুনা লোননবা হেৎনবদা য়াগনা, কম্না থাজহুনা লৈয়ো। অদুগা মতা চাবদা মখোঙ খুদং পায়নবা হোৎনরগা, মখোঙহু থাজংহুনা কোম্বরে লয়হুনা ফানবা হোৎনৌও।

শজি, শঙাউ, থংসা, শাক্লন মচী পানবা শা থেনবদা, মমঙ, মতুংদা চঙগনি। খগোলগুম্না মতুংলোমদা চঙলগা কাওরক্কনি, মমাঙ-লোমদা চঙলগম্থু থুমাঙনা কোৎথহুনা নেংকনি। মখোয়সি থেনবদা নাকন্দা চঙগদবনি।

ষণ্, ইরোইদি মচীদা চৈনা, য়োকখোক্লা ফুবদা মপাক্লন হরে, শোক্লে, মকেংকা ফুরগা থুনা শিয়ে।

শা অতৈদদি তাপাক হায়বা তা জাং অহুনা শিজিন্নবা য়াই।

শাওরা তান্নবদি, লেডদনা লৈয়ো, মানা চঙলকপদা মখোঙ খুচুংদা লেপ্পুনা চডসক্কনি, মানা নকপিল্লকপদা মশাম পায়দুনা ফাহনা কল্লা লাকনৌও। কিদুনা খোঙফম অমা ফাওবা হনগনো।

করিগুম্বা সি য়াওরবদি ফিত্ত মড়েন্দা লাপিল্লো, ফিড় পায়দুনা শান্নদুনা লৈখৌগনি অদুগা চেনদম্ম য়াই।

অদুগা শওরা চেন্দুনা তান্নবদা, মতগী মপাত্তদগী নাক য়েং-ওইদা লম ১/২ লাপ্পা থৈদোক্তুনা মাগী মপা পোকহল্লবদু মাদি অদুম চুনত্রিং চেনখিগনি।

করিগুম্বা শওমগা থৌ ননদা চেনদা য়াত্রবদা, খোঙ-পুং কোনশিল্লগা উপ্পা হিপক্তুনা খাঙও, পুক শোকহনগনো। শওমম্ম পুক থোইনী লানশাং খোংতে ক্তুনা চিংথক্তুনা হাংকল্লি।

অদুগা স্বর রাল্লা পীল্লা হোন্দুনা, শিংসিন্নরবদু শওমদি অশিবা মশা শোক্তে হায়নৈ।

করিগুম্বা চেল্লবদু অহুম্বরোমদা চেনগে, মগী মশামদুনা মনায়দা উপথকক্তুনা মমিং খুমত্তিন্দুনা, মমিং উন্দুনা চেনবা ভমদ।



# তা পায়বগা, থাঙ পায়বগা থেংনবা মরোন

তা পায়রগা, থাঙ পায়রা মীগা লাম্বা পাগে হায়রবদি—

তা অত্থু খুংনা পায়গনি। খুং ওই নম্রগা য়েংনা তা মতোন থংনা পায়রগা, খুং নাম্না তাত্থু মনিংলোমদা লোংনা পায়রগা যুংথনা পাগনি। তা মতোন্দু খুত্থুপ অমরোম ইম্বোক্না পায়রগা, খোঙ মাঙ থংবনা তিংনা থারগা, হক্সং-হক্দা চঙনা, মাঙ থংবা খোঙত্থু তিংনা অত্থুম মঙগনি।

করিগুম্বা থাঙনা তাদোন্দু ওইরোম নম্রগা য়েংলোম, মথক্লোম নম্রগা মখারোমদা ভাকথোকপা, য়ৈথোকপা, খৈদোকপদা, মত্থুগা ইরোয়-ইরোয়নদা তাত্থু, ওই নম্রগা য়েং, থক-খাদা চিংশিন্না, তানিঙনা ওন-থোক্লুনা থিল্লো।

তানা থিনবা মতমদা চঙশিন্না থিনগনো, তাখোক অত্থু খুংনা শীংত্তোক শীংচিন, চিংথোক-চিংশিন তৌত্থুনা থিল্লো, শংলো।

তা অত্থু খুত্তগী থাদোক্না হুন্দুনা থিনগনো, মত্থু খুংলায় থাবা কৌএ। খুংলায় লাদোকপা য়াদে, করিগুম্বদা ওরোন তানচিংবা তা ২/৩ সুনা ইশাদা য়াওরদি, তারোন তানা লংত্থুনা থিনবা য়াই, হকথং তা অমত্তা পায়রগা মত্থু থাদোকুনা লংওনা থিনগ্রবদি থাঙনা ভাকথোকগ্রগা থাঙ পায়বা মীনা লায়না লাকচখিগনি।

পায়রিবা তা অত্থু কুট ২/৩ শাংনা থিন্দোক্না পায়রবদি, থাঙনা তাগী তাথোক্তু ককখিগনি অত্থুনা খুত্থুপ ২ সুনা তাদোন শাংনা থিন্দোকনো।

তা পায়ত্থুনা লেপ্পা মতমদা, থাঙনা লাম্বা ফংবা মফম য়ৌনা লেপ-কনো, চঙগনো। তা অত্থু খুং অনিনা শীংত্তোক-শীংচিন, চিংথোক-চিংশিন তৌবা য়াবনিনা থাঙ পায়বা মীবু লাম্লবসু তানা থিনবা ফংবনে।

করিগুম্বা তাজিন অহু থাঙনা খংজোকপ্রবস্নু, খংজোক্লিবা অহুগা ইরোঙননা তাহু খুং অনিনা তানিং তামাঙ ওন্দুনা থিনবা য়াবনা, তা পায়বর্গ লাম্গা লৈনবস্নু খুদোং চাবা ওইএ।

শা-লান্দা তা হায়বসি ১/৩ পুনৈ। হকথং তানা খুং য়েংনা পায়-গনি। তারেন তানা ওইদা থমগনি। তিমেন্ তা অমদি তারোন তানা মদা পোও। করিগুম্বা মীনা তা হুল্লক্রবদি, ওই নক্রগা য়েংলোমদা লোকফন অমা থৈদোক্লা হকচাং পৈথনা খুপথরগা, খোঙফম অমদি লেপ্পুদনা খুং ওই নক্রগা য়েংনা হুল্লবইবা তাহু ওক্লুনা পায়ও।

তাপাক হায়বদা তা জাং অসি. মী, শাদা শীজিন্নবগি য়াই অহুবু শাদা তাপাকনা থিনবদা তা অহু কোল্লি, পেংথোকই অহুনা খুদোং কয়া চাদে।

মী, শাগী হকচাংগী ঈ অসি য়াম্না শাই, অশাবা ঈহুগা তাগী য়োং অহুগা থেংনবদা, তাপাক্কী য়োং অহুনা পাবা মরমদগী অশাবা ঈহুনা য়োং অহু পেংথোকতুনা কোনবনি। মরম অহুদগী লম্বু, সগোল তান-খিনবগি ঈপাক পাম্লা শানদ, মপাক অহু থানা, মশেং নাইনা তেংও-থংনা শাবনৈ।

সগোল তা ভানগি থোঁগন তা হায়বসিস্নু লম্বু তাগুম্বা, খরা পিক্লবস্নু নাশাং নাইবা তানি। মসি সগোল তোংবা লাম্মীনা পায়না মরু ওইবা তানি। থোঁগন তা হায়বসিস্নু সগোল তাগুম্বা তানি, অনতনি। নিং-থৌনচিনবা অঙম্বগিংগী থোঁগন তৌবদা, লেম্লবদা লোয়নবা মীনা পায়নবা তানি। মগিস্নু মশেং নাইবা মচেক নাইবা তানি।

তারোন তা অমদি তিমেন তা হায়বসিদি, শীকই থোইনা শাংদা মাদি নাবন্দা, নঙন্দা য়েপতুনা, পোহুনা পুনৈ, অথুবা চেকশিল্লবা মতমদা নঙন্দগী শংতুনা লংহুনা শজিন্নবা পুবনি।

২. স্নুবা মতাং

# মৈতৈ খোঙ কাঙজৈগী মৈহোৌরোন

থায়না মমাংতৈ সন্ত্য যুক্তা নিংথৌ মচা অমনা, চৈ মতোন কোয়া কাঙবা অমত্তা, মতুম তাবা পোৎ অমবু য়ৈত্থনা শান্নবদগী, চৈ মতোন কাঙবনা শান্নে হায়বদগী নিংথৌ মচাত্থগী মমিং নিংথৌ কাংবা হায়না থোনখি। নিংথৌ অত্থনা শান্নবা মশান্না অদুবু কাঙচৈ শান্নবা হায়না কৌখি। মসি খোঙ কাঙচৈ শান্নবসি।

খোঙ কাঙচৈনা হান্না শান্নরগা, মতুংদা সগোল কাঙচৈ শান্নবস্থু হৌদোকখি। খোঙ কাঙজৈ শান্নবসি, কাঙজৈরোয় ১৪ না ৭/৭ না মীচঙ অমমম ওইনা মীচঙ অনি থোক্লা থায়রগা, মথুক্তা লী মরু মতোন কোনবা, ফুট অহুম/অহুম মথায়রোম শাংবা অমমম পায়রগা, কাঙজৈবু মরক্তা লম ৮০ রোম পাকপা, মযুংনা লম ১৬০রোম শাংবা অমগী ময়ায় ৮প চাবা মক্কমনা কাংজ্রেন, রারু অশংবনা কংহল্লগা ইঞ্চি ১৪/১৫ রোম নৈন্না চাউনা কাংজ্রেম তমবু কাঙবুরেন অমনা হন্দ্রেকমদা, মথাক্লেমদা হন্দ্রে হায়না রাংনা ছনগৎলগা, নাকন অনিগী কাঙজৈরোয়শিংনা, মাগী মাগী পাঞ্জনফম য়োনা কাঙদ্রেমত্থ য়ৈত্থনা পাঞ্জন চন্নবা শান্নবনি। কাঙজৈবুদি খা-রাং ওইরবস্থু, নোংপোক-নোংচুপ ওইরবস্থু মযুং ইন্না শান্নগনি। কাঙ-জৈরোয়শিংগী লৈফম অমস্থুং লাম্বাদি—

| মীচঙ অমগী কায়জৈরোয়। | অতোপ্পা মীচঙগী কাঙজৈরোয়। |
|---|---|
| ১। পনডাকপগা | ৭। পঞ্জেনবগা পানগনি পাঞ্জনফম মনাক্তা। |
| ২। পন্নডাকচনগা | ৬। পঞ্জেনচনগা ,, |
| ৩। পন্নকচনগা | ৫। পন্নকচনগা ,, |
| ৪। লাঙজৈ (ময়ায়দা লৈবগা) | ৪। লাঙজৈগা ,, |
| ৫। পন্নকচনগা | ৩। পন্নকচনগা ,, |

৬। পঞ্জেনচনগা ২। পনঙাকচনগা ,,

৭। পঞ্জেনবগা ১। পনঙাকপগা ,, অমরোমগী পনজনকম মনাক্তা।

পনঙাকপা— খ্বাইদগী হেন্না হৈ-শিংবা, ওই-রেং চাবনা কাঙদ্রম য়ৈবদা শোয়গন্দবা মীনা পনঙাকপা ওইগনি।

পঞ্জেন্‌বা—লমজেন্‌ য়াঙবা, লাক্ল-ফানবদা হৈ-শিংবা নাম্থোকন্‌বা মীনা পঞ্জেন্‌বা ওইগনি

কাঙজৈবুং—খোঙ কাঙজৈবুংদি, সগোল কাঙজৈবুংগা চপ মান্নে। খরা পিকপন্থু, খরা চাউবন্থু য়াই। মরাক ময়ুং লন ৮০ X ১৬০ নি।

মরাক-ময়ুংগী তঙ্খায় ওইবা ময়াদা হন্তেকম ওইগনি। হন্তেকম ( centre )দা মাচঙ অনিগী লাঙজৈ অনি পানগনি। Centre forward কাঙজৈবুংগী ময়ুংগী অরোইবা অদা পাঞ্জনকম ওইগনি। Goal line মরাক্কী অরোইবা অনিনা পল্লানকম ওইগনি।

কাঙজৈ—লী মরু মতোন কোন্না কাঙবা ফুট অহুম/অহুম মখায়রোম শাংবনি।

কাঙদ্রম—রারুগী মতুম ইঞ্চি ১৪/১৫ রোম্না কোন্না চাউবা, তৌনবা সুম্থু তৈবা কাঙদ্রম ২।৩ চঙগনি।

মীরৈবাক্কী শীংনতুনা শান্নবা ফুটবলগা, খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা, রেংনিংবা পূক্নিং থৌগৎপা, কান্নবা মশান্না অমা ওইবগুম, মণিপুরগী ফা-নবী খোঙ কাঙজৈ শান্নবমুক নিপা থোকপা, কান্নবা অমম্থুং পূক্নিং থৌগৎপা, লৌশিং উৎপা, নুঙাইবা, কল্লক পেনবা মশান্না অমা লৈতে হায়বা য়াই।

কাঙজৈবুংগী মরাক-ময়ুং চাউবা অসিনা তাকপদি, মীরৈবাক্কী হোকি, ফুটবলনচিংবা মশান্নদগী মৈতৈগী খোঙ কাঙজৈ শান্নবনা লম শাংনা পাক্না চেন্‌বা হেল্লি।

অদুগা ফানবী থোঙ কাঙউদা চুম্নতা চেন্দুনা কাঙক্রেম য়েংদুনা থোমজনা পঙ্গল চল্লবা মশাগী নাত্তে, মাগী মগী লাম্বা অদু মহৈ মহৈ ফানদুনা নাম্বুক্তিনদু চোংবৈ নল্লগা ফানবদু লংনদুনা নাম্বোক্লগা কাঙ-ক্রুম য়েনবা কোননে। অদুগা মেত্তে থোঙ কাঙজৈদি চুম্নতা শান্নবা নত্তনা, লন শাংনা চেনবা, লাক্ল-ফানবা, মীবু ঙম্নবা লাকচনবা লৌশিংগা মরু ওইনা শান্নবা মশাগনি।

অসিগুম্বা নশান্না অসি পৃথিবীদা লৈতে হায়বা য়াই, লৈম্মু লৈতে। থোঙ অমত্তুং সগোল কাঙজৈ শাম্নবসি সত্ত-যুক্তা হৌদোকতুনা মথং মথং শান্নরবপনা দ্বাপুর যুক্তা লাই তরাইদা লীলা লোইবা মতুংদা মাত্তিং হায়বা লাইফনা হৌদোকতুনা সগোল কাঙজৈ শাম্নবসি অমুক পুথোকখি। মত্তিনা পোরম শান্দুনা নীচঙ অনি থোক্লা থায়রগা সগোল কাঙজৈ শাগ্নখি।

মতুং কাম্নি যুগকী শং ৭৪ শুনা চমনা লমতা থাগী থাঙজ অহানবা কুমিত্তা, মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন্ পাখংবা হাক্তকা ( ৩৩-১৫৪ ), কংলাগী লোইরেল খুল্লিন লমহান্দা, য়াঙ্গোই সগোল তৌরুনা, মথুত্তা কাঙজ পায়দুনা লাই কাঙজেরোয় ১৭ থেংনতুনা সগোল কাঙজৈ শান্নখি।

নীচঙদি দ্বাপুর যুক্তা শংখিবগী মতংদা, লাইশিংদুনা লৈরম্বা লমদমগী লাইশিংনা মতুং শিন্দুনা নাচঙ ওইনে।

অম্মুম্না মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন্ পাখংবনা মৈত্রবাক্কী নিংথৌরেন ওইনা পানবা মতম অসিদা অমুক হন্না সগোল তোংবা লাম্নী শেমগৎপা লানগী মহৈ তমদিবা, সগোল কাঙজৈ শাম্নবা, থোঙ কাঙজৈ ফানবী শান্নবা, শা তানবা, লমজেল, মুকনগী লৌ অম্নাম্বা পুথোকতুনা শান্নবা, অরাম্বাই লংথা, থাঙ-তাগী থেঙ্গোরোল মথল মথল পুথোকপা, তাগী তারোল্, খোসারোল্, থাঙগী থাঙলোল খোঙলোমগী লোয়নবা অকুপ্পা মরোল পুথোকতুনা তম্বিবা, চৈংবুরোই, অম্বুরোই অপুম্না শা, লানুগী লৌশিং, কুম্মৈ পুথোকতুনা তম্বিবা, সা-লান্দা মখৌনা-মরোলশিং থোইবা

মীবু মন্তীক চাবা মনা পীবা অমুম্না মহৈপুম্বগী মরমদা থোগৎনা, হৈনবা-হোৎলোকপিখি।

---

## খোঙ কাঙজৈগী কাঙলোন অমসুং পোৎচঙ

১। খোঙ কাঙজৈ শাম্নগে হায়রবদি, কাঙজৈবুং মরাক-ময়ুং লম ৮০×১৬০ রোম চাউবা অমা লৈতবা য়াদে। খরা হেন্না চাউবা, খরা পিকপসু য়াই।

২। কাঙজৈরোয় ১৪, মখুত্তা লীগী নরু কোলতক পানবা কাঙজৈ-ভাঙমম্ পায়বা, ৭/৭ না মীচঙ অমমম্ ওইবা, মীচঙ তনি থোকনা শান্নগনি।

৩। রারু অশংবনা কাংহল্লগা শাবা, ইঞ্চি ১৪/১৫ রোম কোন্না-চাউবা, ভৌনবা শুগু তৈবা কাঙজ্রূম ৩/৪ লৈতবা য়াদে।

৪। কাঙজৈরোয় ১৪ অদু কৈথোম্ তাখৎনা শেংকনি। ফুরিত্তি-লীংনদে। কোক্তা মীচঙ থঙনবা, তোঙান-তোঙানবা মচু মচুগী কোয়েৎ খুত্থপ ৫/৬ রোম শাংবা ফি মচু অমগী ৭ না মীচঙ অমা, অতোপ্পা মচুগী ৭ না মীচঙ অমনা য়েংকনি।

৫। কাঙজৈ হৌরমদাইদা, কাঙজৈবুংদা, কাঙজৈরোয়সিংগী-লৈকম মতুংইন্না মাগী মীচঙগী পনভাক, পঙ্জেনবনচিংবা ৭/৭ অদু মাগী-মাগী লাম্বা লাম্বা অদু লেপ্লহনা লৈনগনি।

৬। কাঙজৈরোয় মীচঙ ২ শুনা লাম্বা লাম্বা লেপ্লরবা মতুংদা-কাঙবুরেন (captain) অমনা, হল্লেকম (centre) দা কাঙজ্রূ মহু মথক-লোমদা হল্লে হায়না য়াংনা হুনগৎলগা কাঙজৈ শাম্নবা হৌগনি।

৭। হল্লে হায়না হুনগৎখিবা কাঙজ্রূ মহুনা তারকপদা, লাঙজৈ-নম্লগা অতোপ্পা কাঙজৈরোয়শিংনা কাঙজ্রূ মহু মথুংনা ওল্লগা মাঙীক

পাঙ্গনকক্লোঈদা চেন্দুনা খোম্বা নত্রগা মৈহুনা পুবা নত্রগা তারকপদা কাঙ-ৈজনা মৈহুনা, খোমহুনা পাঙ্গন চম্বা হোৎনবা য়াই।

৮। কাঙদ্রুম হস্ত্রে হুনখিবগা মীচঙ অনিমক, মাগী মাগী লাম্বা থানদে, মহৈ মহৈ ফাননবা হোৎলৈ। কাঙজৈরোয় অপুম্বা কাঙদ্রুম মৈনবা খোইনা হোৎনদে; মাগী লাম্বাহু ফাহুনা থম্বা হোৎলৈ। কনাগুম্বা কাঙ-জৈরোয় অমনা কাঙদ্রুমহু মৈখিবা, পুখিবা খোক্লগা, পুখ্রিবহুগী লাম্বা অহুনা নত্রগা অতোপ্পা মাগী মীচঙগী কাঙজৈরোয় অমনস্থ তারবা য়াই।

৯। মীচঙ অমগী কাঙজৈরোয় অমনা মাগী লাম্বাহু নত্রগা মাগী মীচঙগী অতোপ্পা কাঙজৈরোয় খুদিংমক্লা, মাগী লাম্বাহু ফানবা, নম্বা য়াই।

১০। হস্ত্রে হুনখিবগা, মীচঙ খুদিংগী কাঙজৈরোয় খুদি'না মাগী মাগী পাঙ্গনকম মৌনা কাঙদ্রুম ওকতুনা, মৈহুনা, খুংহুনা, খোমহুনা পুহুনা পাঙ্গন চম্বা হোৎনবা য়াই।

১১। খোঙ কাঙজৈদা, কাঙদ্রুমহু, কাঙজৈনা মৈবা, খেম্বা, থুংনা ওকতুনা, খুনহুনা খোম্বা, পুহুনা চেনবা, খোঙনা কাঙহুনা পুবা, ওই য়েম্বা কাঙজৈনা হাইহুনা মৈহুনা পুবা য়াই।

১২। খোঙ কাঙজৈদা, কাঙদ্রুম মখোঙনা কাঙহুনা চেনবা নত্রগা ওইরোমদা কাঙজৈ হাইহুনা কাঙদ্রুম মৈরিবা কাঙজৈরোয়হু, মাগী লাম্বাহুনা নত্রগা মাগী লাম্বাহুগী মীচঙগী কাঙজৈরোয় অমনা মখোঙহু মৈথেকপা, ফুদেকপা য়াই।

মৈথেক্লিবা মীহুনা কাঙদ্রুমহু মানা মৈবদা, খোঙনা কাঙহুনা নত্রগা ওইরোম হাইহুনা কাঙদ্রুম পুরিবহুগী মখোঙদা শোকপনি হায়না কাঙলোম্না কনখি।

(কাঙদ্রুম খোঙনা কাঙহুনা নত্রগা ওইরোম হাইহুনা কাঙদ্রুম মৈবা য়াদে হায়বনি, অহুবু কাঙরিবা মীহুনা মৈরবদি য়াই হায়বনি, শোক্লবদি বেম্বা তৌবা য়াদে)

১৩। কাঙজ্রুম মথুৎনা পায়ন্থনা পুন্থনা চেল্লিবন্থনা নত্রগা মৈয়ন্থনা চেন্দুনা পুরিবা মীন্থনা, মাবু কাবা ঙমদনবা মানা লৈগদৌরিবা পুরিবা কাঙজ্রুমন্থ শোয়দনবা, মাগী কাঙজৈজ্ঞ উরু-উরু লয়ন্থনা, য়েং-ঙই হাইন্থনা মৈয়বা য়াই, মাগী লাম্বা'দনা চঙন্থনা হাইরিবা কাংজৈজ্ঞ হাঙবা য়াদনবা কাঙজৈজ্ঞনা ওকতুনা, লৌন্থনা কাঙজ্রুম মৈয়ৎলবা নত্রগা মাবু কাবা ঙমত্রবদি চোৎপে, লাম্বা চাদে, য়েংবা ঙুংঙাইতে হায়না শিন্দোক্লে।

১৪। খোঙ কাংজৈজ্ঞদা ফানবা, লংনবা, নম্নবদি, করি অমুক হায়গনি, লাম্বান্থনা ঙম্রাদি, মাগী লাম্ব ত্থী মবুক্তা নত্রগা মথক্তা কম্রগা, কাঙজ্রুম খোম্বা ফাওবা য়াই।

১৫। অম্মুম্না নম্নবা, ফানবসি, পাঙজন হেক চনখিবগা, মহৈ মহৈ খাদোক্লে মতুং তানা ফানবা, নম্নবা য়াদে।

১৬। অম্মুম্না ফানবা, নম্নবা, লংনবদা করিগুম্বা শাউনন্থনা মৈয়নবদি য়াদে, মৈয়নবা খোক্লবদি অনিমক পোৎখাইল্লি নত্রগা শিন্দোক্লে।

১৭। করিগুম্বা লাক্ল ফানবদা মথুত্তগী কাংজৈজ্ঞ খাদোকপা য়াদে। কাঙজৈজ্ঞ খারবদি, খাদ্রিবা অন্থনা মাগী কাংজৈজ্ঞনা, কাঙজৈজ্ঞ খাবা মীন্থ ফুবা য়াই, বেম্না তৌবা য়াদে।

অন্থনা কাঙজৈজ্ঞরোয়না করিগুম্বদসু মথুত্তগী কাংজৈজ্ঞ খাদোক্লদে, করিগুম্বা মথুত্তগী নাম্বোকতুনা তাখিবা খোক্লবসু, মন্থ য়াম্না ফুনা থুম্নবা হোংলৈ।

১৮। খোঙ কাঙজৈজ্ঞদা মাগী মাম্ভি লাম্বা চাক্লবদি মাগী মাগী মীচঙ মঙুংদগী নত্রগা অতোপপা মপান্দগী ওইরবসু লাম্বা চাগদবা য়েংন্থনা শীনদোক শীনজিন তৌবা য়াই।

১৯। পাঙজন চনখা নত্তনা, কাঙজ্রুমন্থ কাংজৈজ্ঞন্দুংগী মপান্দা তাগ্রবদি অন্থগা মৈয়খোকখিবা খোক্লবসু, মপা অন্থদা অমুক লংশিল্লগা শাম্নে। কাঙজ্রুম মপান্দা তাগ্রবদি, মন্থ পন লান্নবা কৌই।

২০। পাঞ্জন চন্নবা থুদিংগী হৈক্রেকমদা কাঙত্রূম কাঙবুরেল্লা অমুক হৈক্রে হায়না হুন্দুনা শান্নবা হৌগনি।

২১। খোঙ কাঙজৈজিসি পুং ২ রোম শাগে। পাঞ্জন মশিংদা নত্রগা মতমগী তঙ্খায়দা, মীচঙ অনীহ্ন মিনিং ১০ রোম পোংখানরগা, পন ওন্দুনা অমুক হৈক্রে হুন্দুনা শান্নবা হৌনৈ।

মৈতৈ খোঙ কাঙজৈজিদি খাঙ্গেশেংনা লানগী মওংনি। চাননা য়ৈনহুনা হাংনদে হায়বতনি। করিগুম্বা শান্নবদা শোকপা, শিবা কাওবদা বেন্না তৌনদে, লৈনদে। পাঙদবনি হায়নহুম ইকায়নৈ।

খোঙ কাঙজৈদা শোকক্কম, শিক্কম য়াল্লা লৈ, অহুবু মশা মশানা মতিক চানা হৈবনিনা, খোইনা শোক্লদে, মহুদা করিগুম্বা থন্না হৈতবা য়াওরবদি, মাদি পাঞ্জন অমদগী হেন্না য়াওবদা য়াম্না ইকাইনৈ।

মৈতৈ খোঙ কাংজৈরোয়দি, মুক্রা হৈবা, লাক্রা কানবা হৈবা মীনম্ লমজেন য়াঙত্রবদি, কাংজৈ হৈবা হায়বা য়াদে। মরমদি মুক্রানা মীবু নম্বা, লংবা ঙম্লবসু, লমজেন য়াঙবা লাম্বাহ্ন কাবা ঙমহৌত্রবদি, লমজেন য়াঙবা মীহুনা কাংত্রূম পুহনা চেনখ্রগা, মাবু তানবা কংহৌত্রবদি, কাঙজৈহ্ন য়েংবা হুন্ডাইতে অমসুং নত্তা পাঞ্জন ইতৎ-তত্তনা চনখিবা য়াই অহুগা লমজেন য়াঙত্রবদি, মুক্রা হৈবা ঙাক্তনা কাঙজৈ হৈবা হায়বা য়াদে।

অহুগা লমজেন য়াঙবা ঙাক্লসু, লাক্ল-কানবা, মুক্রা ওথাক হৈত্রবদি মীহ্ন কাঙজৈ হৈবা হায়বা য়াদে। মরমদি, লমজেন য়াঙবা লাম্বাহ্ন, মুক্রা হৈবা লাম্বাহুনা কানবতা হোৎনহুনা লৈ, মানা কাহুনত্তা, নমহুনত্তা থম্লবদি, লমজেন য়াঙবা মীহ্ন কাঙত্রূম য়ৈবা ঙমদে।

(মরম অসিনা মৈতৈ খোঙ কাঙজৈরোয়দি, লমজেনসু ওথাক য়াঙবা, লাক্ল-কানবা মুক্রাসু ওথাক্ল হৈবা, মপাঙ্গনসু ওথাক কন্নবা,

হৈ-শিংবা মরিংজেন লৈবা, কাঙলান কাঙমিৎ খঙবা মীনা ওইগনি।

মথক্কী মরম অসিনা মৈতৈ খোঙ কাঙজৈদা মুক্রাগী লৌশিং, লাক্ল-ফান বগী অয়াম্বা লৌশিং য়াওবা মরম্মা খোঙ কাঙজৈদা মুক্রাগী মহৈ পুন্নে য়াওরে হায়বা য়াই।

মৈতৈ খোঙ কাঙজে মশাম্না, শাগ্নবদা লাক্ল-ফানবা য়াওবা, মীবু উম্নবা হোৎনবা, নাম্থোক্লবা হোৎনবা ফাহন্দনবা হোৎনবা, অতুগা চুম্নতা শাম্নবা নত্তনা, লম শাংনা চেনবা, লাক্ল-ফানবদা মীবু উম্নবা, লাকচনবা লৌশিংনা মরু ওইনা শাম্নবা মশাম্ননি।

মসিগী প্রমাণ্দি মীরৈবাক্কী হোকি, ফুটবলগী শাম্নবুং অমসুং মশাম্নগা প্রমাণ তৌবিয়ু। খুদম ওইনা শাম্নবুং উংচরি।

মৈতৈ খোঙ কাঙজে শাম্নবা অসি চুম্নগী লাক্ল-ফানবা, শিংনবা শা-লানগী মওংগী মশাম্না অমা ওইবতা নত্তনা, মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা খোঙ কাঙজে শাম্নবা হায়বসি, পুনশিরোন য়াওনা শাম্নবনি হায়না সাইন্টিফিক ওইনা পুথোক্কুই। ইন্দ্রি খুতুম চম্নবগী মশাম্না, হকচাং শাজেল অমগী মশাম্না ওইনা অরুবা ভাব ওইনা পুথোকলি।

কাঙজে—পায়নরিবা মতোন কোম্না কাঙবা, মরু পানবা কাঙজেসি মরু ওইরবা হকচাংগী পাঙগলগী মশক ওইবা লিঙ্গগী মশক্নি।

কাঙজ্রূম— মীওইবগী পাঙগলগী মশক ওইবা বীর্য্য (রেত) অতুনা মতুম ওইনা তাতুনা চাউথোক্লা উৎপগী মশক্নি।

তাইবং মীগী হকচাংদা, অসুম্বা মমল য়াম্নবা পুন্সিগী মশক ওইরবা বীর্য্য অসি, কাঙবু অনি থোক্লা মুম্নরি। (১) অমনা দৈববৃত্তি Rationality অমসুং (২) অসুরবৃত্তি Animality, অনিসি কাঙজেরোয় খুৎপু মীচঙ অনি থোকপগী ভাংনি।

(১) দৈববৃত্তি ওইবা ইন্দ্রি খুতুম চনবা কাঙবুনা, বীর্য্য ওইবা কাঙজ্রূম অসিবু মথক্লোমদা লুরাই লেনফুদা পুখৎসি, মতুনা মীওইবগী

কান্নবনি হায়রি। তাইবং মপুদা তিন্দুনা অয়ান্নবা থুবম কংগনি হায়রি (Rationality)।

(২) অসুরবুদ্ধি Animality ওইবা, মীওইবগী ইন্দ্রিনা হায়রি তাইবংপানবগী হৌনবা, তাইবং শেন্নবা পোৎশক্কি, তাইবং খোড়ুল্লুনা খোরুহনসি, অইবংগী দুঙ্ইবা ওইহনা পেন্নসি মসিনা তাইবংপানগী হৌনবা মীয়ামনি হায়রি।

অমুম্মা অফবা-ফত্তবা কাঙবু অনিনা, পুনশাক তাক্না তক্না, অনিগী পঞ্জেনবশিংনা মাগী মাগী মীচংগা লোয়ননা পল্লক ফাওহনা পানজন চন্নরি।

পানজন চনবদি, কাংজ্রূন পায়বা, অপাঙ্গল লৈবা, বীর্য্য লৈবা মীনা পানজন চন্নে।

অমুম্মা নৈতৈ পণ্ডিতশিংনা লৌশিং পুথোক্তুনা অমুম্মা মশান্না অসিবু অকন-অথোবগী মশান্না অমা ওইনা শান্নে।

কনাগুম্বনা কাঙদ্রূম পুথনা, পায়দুনা পানজনকম তান্না চেল্লক-পদা, কাঙদ্রূম ফংথ্রিবা, পায়থিবা, মাগী কাঙবুনা, ফংহৌদবা কাঙবুগী মপা মপা লাম্বাদু ফাহুনা শন্নে। কাঙদ্রূম পুথিবা মীহুম্বু কাংবা (ফাদবা) নত্তনা কাবম্বু য়াই।

কাঙদ্রূম পুরিবা মীহুগী মমাঙদা কৈনা তুবং চৎপা, থৎপা য়ারে, থঙনবদি কাঙদ্রূম থোম্বা ওইনা কাঙজেনা ফুদেকপা কাঙলোন্না য়াই।

কনাগুম্বনা ওইরোমদা কাঙদ্রূম য়েরবম্বু অত্তোপপা কাঙবুনা মখোড় য়েথেকপা য়াই, কাড়ুলোন্না য়াই, মরমদি, কাঙদ্রূম য়েবদা খোরুথিবনি হায়না কাঙলোন্না কনখি।

অমুম্না কাঙদ্রূম পায়থ্রিবা মীহুনা মনিং তম্না পানজন চন্নবগী খুদোং চাবা কাঙলোন্না য়াই। কাঙদ্রূম পায়থ্রিবা অদুনা মাবু ফাবা ঙমদনবা কাঙজেনা উরু উরু লৈহনা, ফাগে লাক্লিবা মীনা ফাবা ঙমদনবা হোৎনবদা কাঙলোন্না য়াই।

পান্নজন মশিং অসুবা শান্নগদবনি হায়বগী অককপা অরেপপা লৈনদে। য়ানবগী মতুংইন্না শাগ্নে।

মী অসুক্কা কাঙবু অমা ওইগনি হায়বন্স লৈরম্মদে। নমৈদা কাঙ্কবু অনমম্মদা ৭ নক্সগা ৯ না মীচঙ অমা ওইনা শান্নবনি। মসিনা য়েক্ক ৭ সল্লাই ৯ দগী অমনম লোৌবগী মরোন্নি।

---

# মৈতৈ সগোলগী মৈহৌরোন

লৈথক-লৈখারোন অমস্তুং পুন্দিজ পুরাণগী মায়েক।

অতিয়া গুরু অমদি অশিবা সনামহিনা ওইবংপান লৈশেম্বা লোইরবদা, ফুংলাংলেন অখুবদা ( অতিংকোক গুরুনা ) লৈপাক অসিদি কন্নাবু লেপহনসিবনো হায়না তানেএ।

ফুংলোংলেন অখুবনা হায়এ, অতিয়া শিদবা, অশিবা ( সনামহি ), কুনচিন তুথোকপা নংথায় ও মা নোংথৌ মখাঙ কোয়েন-ও, হান্না ফুংল-বনা লৈপাক্কী মপু ওইও হায়এ।

অতিয়া শিদবনে, অশিবা সনামহিনে অনিমক্তি নোংথৌ মখাঙ কোয়খিএ। কুনচিন তুথোকপদি লৈরোএ (লৈহৌএ)। গুরুনা অতোনবা নংদি করিগী লৈরৌবনো ( লৈহৌবনো ) চংও থৌএ।

অতোনবনা খুমএ, ঐদি গুরুগী ফানখোডতুম মকোয়চংগ, নোংথৌ মখোঙদি লৈতে হায়দুনা গুরুবু খুরুমদুনা ফমলে।

গুরুনা হায়এ, অতোনবা নংদি, ঐগী ইতিক অচৌববু করম খঙ-বনো, ঈপা অরিবনে হায়দুনা পাখঙ য়োরেনপা কৌএ।

অসাইগী নোংথৌ মখোঙ কোয়খিবা অনীমকম্মু থুংলয়ে। অতোনবদি থুংলন্নবোইএ হায়এ। শুরুনা ননাওদি হান্না থুংঙমলে, লৈপাক মপুদি মানে হায়দুনা লৌখি। তশিবা শনামহিনা হায়এ, লৈপাক অসিদি ঐনা সেম্বা লৈপাক্কে, কনা মুনফয়রোই। অপালবনা ( পাখংবনা ) লৈপাক মুনখরবদি. অশিবনা হায়এ, ঐদি থাদা লৈরগে হায়দুনা কনচাউনা ( শাউনা ) থাগী মচিন্দাকাখিয়ে।

লৈচুং চাখা খোংচোমপীগা লাইনিংথৌ কোংলোতোন লৌখিবগা ( পাখংবগা ) অনীনা তাননদুনা পুগুং চারাই গাঙপাক থায়এ।

অসাইগী থা মচিদা লৈবা অশিবনা কনচাউনা উরদুনা, থুয়াদগী উফুল লৌদুনা সাকোন সাববু উমেংকী ( তুমিংকা ) মশককুম্না শীথরকএ। মমিং সামাতোন আয়াঙবা কৌনা হায়রাই মরী নেৎথৎলে।

কোংলোতোন লৌখিবনা ( পাখংবনা ) কনচাউরবগী লৈপকপি লাং থাকৃলে। সামাতোন অয়াঙবদি লৈপকপি লাংদা থুরিডেদা, কোংলোতোন্না হাও মুক্না লেংফাই চন মোংবা তাচিন থুরো য়েৎনরে। অনীমক ঙম্নদরে। লাইরেমা চাখা খোংচোমপীনা রাকল্লে ( উরক্লে ) সামাতোন অয়াঙবগী লাংচেং কোংমা শংতোক্লে, মকোই মরাং ফোইদোক্লে। মতু-মমান ফোয়না খৌখামএ।

অতিয়া শিদবনা হায়এ, অপানবা নঙ মতোমমা শেমবদি ঙম্নরোই ; অশিবা থা মচিদা লৈবা অসিনা তৌএ। ঐ কৌথগে হায়না ডানোই সেরমপানা য়ু কৌরে। অশিবও কুমলকও হায়বদা, কুমলকলে।

অশিবা নঙগা অপানবগা নপিঙা মী শাও, থরাই সুতে থরাই হাপসে হায়রবদা অশিবনা করম সাও হায়বনো হংএ।

অতিয়া শিদবনা ঐগী ইশক তমও হায়রবদা, মী অতুবু অশিবনা শারিডেদা ; অতিয়ানা সাকোন ফানবা খোয় মরী চিংথোক্লে ; সাকোন ফারে, মমিং নারিচিং কৌএ।

অম্বুম্না পুরাণগী রাদগী সনামহি হায়বসি, সামাতোন অয়াঙবা হায়বা সাকোনবু সেম্বা মপুনি, অদুগা সনামহিগী মমিং ২০০ রোম পুরান্না হায়রি; মতুদম্বু সামাতোন অয়াঙবা হায়বসি সনামহিগী মমিংনি হায়না হায়রি। অদুনা অসিবা সনামহি হায়বসি, শগোল শেম্মা মপুম্বু ওইবা, শগোলগী মশকম্বু ওইবা লাইনি।

অদুগা মথক্কী লৈখক-লৈখারোন অমম্তুং পুদিল পুরান্দা লৈশেম্বগী মতাংদম্বু অম্বুম্না হায়রী অদুদি— অতিংকোক গুরুনা লৈপাক শেমনীংলে, মচা অতিয়াবু কো.খ.ত্নুনা হায়, নাবা নংদি কনানো? মচা অতিয়া শিদবনা, ইপাদি নংনে, হায়না খুমএ। মপানা হায়, তোনা নংনা ইপাবু খঙলবদি, ইপা অরিবনে, অসি খিবিকম্বু নংগীনে হায়না শিন্নরগা, মচা অতিয়া শিদববু তোনা নংনা লৈপাক শেমমুও হায়না শীথরকএ, মাবু অশিবা কৌএ।

অম্বুম্না পুরাণগী রাদগী অতিয়া শিদববু অশিবা কৌএ হায়রি। অদুগা অতিয়া গুরুনা সামাতোন অয়াঙবা শগোল কাবদা মমিং — মারিচিং কৌএ হায়রিবসিগা, অনীসি মশা অমত্তনি। হায়বদি, অতিয়া গুরু অশিবা হায়বসিগা সাকোন কাবা মারিচিং হায়বসিগা মশা অমত্তনি। অদুনা মৈতৈ পুরান্না সাগোন মপুবু ঈরাংপদা তেংথাবদি :—

"থাঙরাই মারহনবা নোংপোক রাইরং অতাম্বদা চিঙ, নতেহৈবা সরেন তাংগম য়াদা চিকপা! নোংপোক মালং হুমমোইবা!
য়াঙ্গোই মোইসয়া অয়াংববু খুনেৎনবা, থৌদু নুংপাকথক্তা রাএন তম্বা লাইনিংথৌও!"

অম্বুম্না শগোল মপু লাই অসিবু মৈতৈনা চীংখৈ-লাইচি মায়গৈগী অঙাকপা মপুনি হায়না ঈরাংনরি। অদুগা মৈত্রবাক্কী চীংখৈ মায়গৈগী অঙাকপা মপুম্বু মারজিং (মারচিং-মারিচিং) হায়বা লাইনি হায়না পুরান্না হায়রি; অদুগা মারচিং হায়বা লাইসি শগোলনচিংবা শাগী মপুনিম্বু হায়রি।

অতুগা, অতিয়া গুরুনা সামাত্তোন অয়াঙবা শগোল ফাবদা মনিং মারিচিং হায়না কৌই হায়রিবসি, চাংথে মায়গে ঙাকপা, শগোলচিংবা শাগী মপু মারজিং হায়বসিগা মশা অমত্তনি। মারিচিং হায়বদগী থৈরকুনা মারচিং, মারজিং হায়নখিবনি। অমুক্না অতিয়া গুরু অমদি অশিবা সনামহিনা, মাগী খুয়াগী উকুলনা শগোল হায়বা শা অসিবু শাদুনা, পুথোক্তুনা অহানবদা লৈশেম্বা থুগায়নবদা শিজিন্নখ্রবা শগোল হায়বা শাসিবু, মৈতৈনা শা-লান্দা শীজিন্নরকই। লাইগী শক্তি চংবা, লাইমক্রা শাইয়োন্দুনা ওইবা, মৈতৈ সগোলনা, লৈবাক অতৈগী সগোলদগী মগুণ হেল্লি।

অতিয়া গুরু অমসুং অশিবা সনামহিনা শাইয়োনবা. তৌবা ওয়ম্বা লাইগী শক্তি চঙলবা শগোল হায়বসিবু তেংবন্দরাইদা মৈতৈনা মরাইবক কংলগা তোংনৈ।

মৈতৈ শগোলদি পীক্লবসু মরীল লৈ। নোংমা সুমিং চুপ্পা অমা চাত্রবসু অমদি অফংবা উনা-রানা, নাপী থরা চারগা, পোত্থাবা লৈতনা, অশাংবা লম্বী চৎপা অমসুং অরাম্বা পোং পুবা ঙমই।

শা-লান্দা শীজিন্নবা শগোলনা, শা-লান থেংনবদা মখে লাংই, অকিবা লৈতে। উরক, রারক, চাং নাম্দা থুনা যাংবা চৎপা, লয়থোক-লৈশিন, হন্দোক-হজিন, চোংথোক-চোংশিল য়াম্না থুনা তৌবা ঙমই।

অমুক্না অথুবা থবক, শা-লান্দা য়াম্না কান্নবা অমসুং অথু-অকাই লংবদগী শগোলবু ইশাগা কোয়না থাকুনা থম্মে। শাগোলবদা কান্নবা শানি হায়বগী শাকোল, শাগোল, শগোল-সগোল অমুম হায়না কৌনবনি।

শগোল হায়রবসি য়াম্না য়াঙনা চেনবা ঙমই, য়াম্না য়াঙই। অতুগা য়াম্না ফজনা, কেনা থাগৎনবগী মগুং ওইনা তপন্সু চৎলি। ফাবা চেংবগুম্না চোংই, মহুবু কাক মাঙজোং কৌই; য়াম্না অঙকপা, ফজবা শগোলগী খোঙচৎনি। শগোলদি য়াম্না চায়; সুমিং চুপ্পা চাহুনত্তা লৈ। নোংমা

শুমিৎ অমা চুপ্পা চাত্রবস্তু য়াম্না য়াওনা, কোয়না চেন্দুনা য়ৌনিংবা মফম লৌবা ওম্না মরমদগী, শগোলবু য়াঙ্গোই হায়না কৌনৈ।

লান্দা কোয়না কোয়না চেন্দুনা শীজিন্নবা মরমদগী শগোলবু লাঙ্গোই হায়নসু কৌনৈ। শামুবুসু লাঙ্গোই হায়না কৌনৈ।

সংস্কৃত লোন্দসু শগোলবু শ্যেন হায়; শ্যেনগী অর্থদি; শংসণীয় গস্থতি— য়াম্না ফজনা, থাগংনবা মওং ওইনা চৎলি, য়াম্না য়াওই হায়রবনি। উচেকপুসু শ্যেন হায়, অর্থনা য়াম্না য়াওই উচেককুম্না পাইবগুম য়াওনা চেল্লি হায়র্বনি।

শগোলবু অশ্ব হায়না কৌই, অসিনা লম্বেন্দা শান-থুংনা লৈ, য়ামসু চায় হায়বগীদমক শগোলবু অশ্ব কৌই।

অসামীশিংনা সগোলবু য়াম্না কিনৈ, থুদন ওইনা :—

Assamese are generally frightened by horses. If a single trooper charges a hundred well armed Assamese, they all throw their hands up to be chained as priboners.

( Journal of Bihar : 'Grissa Research Society' Vol. I Page 191 ).

শগোলগী মমিং অমসুং মচ

অসুম্বা লাইগী শাইয়োন ওইবা, মীওইবগী মরমদসু য়াম্না কান্নরবা শগোল হায়বসিগী মরমদা, মৈতৈ ময়াম্না কুপ্পা থিজিন্দুনা থনমই, শগোলগী মচুগী মতুং ইন্না মমিং অমসুং অকবা ফত্তবা থুদম য়াম্না থওনবা থনমই, শগোলগী মশাদা ছিত্র, লায়কোইনচিংবা লৈরগা অফবা ফত্তবা থুদমসু য়াম্না কুপ্পা খওতুনা ইতুনা থনমই।

লৈবাক অতৈগী শলোলগী মরমদা ইবগা, মৈতৈনা মৈতৈ শগোলগী মরমদা ইড়না থনম্বগা মান্নদে। মৈতৈগীনা য়াম্না কুশ্না হেল্লি।

## মীরৈবাক্কী শগোল মচু

১। অরাংবা — Roan — চাউরাং লাংবা — A roan horse or cow with coat of which the prevailing colour thickly inter spersed with another.

২। অঙৌবা — White অঙৌবা, সনাবী, নোরা অসি white হায়রগা খঙনৈ, থোইদোক্না কুপথদে।

৩। কোনা — Bay

৪। কোনা মচু — Brown dusky colour inclining to redness. Dark of dusky colour inclining redness.

৫। ঙৌরুনবা — Whitish somewhat white.

৬। উৎমানবা — Gray or gray — Ash coloured horse.

৭। অমুবা কারু — Black – Dark colour.

৮। মুরৈনবা খোঙদৈ — Blackist.

৯। কোনা মচু — Chestnut -- Reddish brown.

১০। মখোঙ তাঙবা – White stocking.

১১। কোনা মচু মানবা – Brownish.

অসিগী নখৈতনি, থোইদোক্না কুপথদে।

# মৈত্রবাকী শগোল মচু অমসুং মমিং

১। অরাংবা— **Roan** মথল মরি শুই :—

(1) মঙ্গে মচুদা লাংবা-**Roan of reddish brown horse.**

(2) কোরিদা লাংবা— **Roan of trick.**

(3) কারুদা লাংবা - **Roan of black.**

(4) কোনাদা ভৌনা লাংবা — **Roan of bay** মসি থঙ্গাং অরাংবা কৌই।

২। কারু — **Black** — অমুবা মচুগী শগোলবু কারু কৌই।

৩। কাব্রং — **Grey** — মুগা মচুগী শগোলবু কাব্রং কৌই। মথল অনীনি।

(1) কাব্রং অহিংবা — **Whitish grey** — ভৌরপ ভৌরগা অরংবা মচুগী কাব্রং।

(2) কাব্রং মুরৈনবা — **Blackish grey** — মুরৈনবা মুগা মচুগী কাব্রং।

৪। কোনা — **Bay** — কোনা মচুগী শগোল জাং অনীনি।

(1) কোনা অরাঙবা — **Whitish bay** — কোনা ভৌরপ ভৌবা মচু।

(2) কোনা অরিবা মুরপ ভৌবা — **Blackish bay** — মুরপ ভৌবা মচু।

৫। কোরি — **Trick** — কোরি মচুগী শগোল জাং অনীনি।

(1) কোরি ভাংলৈনবা — **Reddish trick.**

(2) কোরি লৈমু — **Blackish trick** — মবুক শেংদবা মরৌ লৈবা শগোলনি।

৬। খোঙদৈ— **Blackish** — অমুবগা অভৌবা মচুগা য়াম্নবা, অমুবা মচুনা হেনবা মচু।

৭। খোঙদাঙ— White stocking— মংখাঙ খুকউ অমদি খুজেং কাওবা ভৌনা তাঙবা শগোল।

(1) কারু খোঙদাঙ— Black of white stocking.

(2) মঙ্গে খোঙদাঙ— Reddish brown with white stocking.

(3) কোরি কোঙদাঙ— Trick of white stocking.

৮। তুমনৌ— Grey brown— ভৌরুনবগা, ঙাংলৈনবা মচুগা য়াম্নবা মচুগী শগোল।

৯। তিনশিং— Monkeyish— য়োংমানবা মচুগী শগোল।

১০। নাত্রং— Reddish brown— মখল অনী গুই।

(1) ঙাংলৈনবা নাত্রং— Reddish brown.

(2) মমৈ, মশোং নাত্রং, মশানা কোংপিশুবা— Reddish tail of neck hair of trick body.

১১। মঙ্গে— Reddish brown মখল অহুম্নি।

(1) মঙ্গে মপ্রাম— থরা ভৌরুনবা— Grey brown.

(2) মঙ্গে থরা ঙাংলৈনবা— Reddish brown.

(3) মঙ্গে মরু- মুরৈনবা— Blackish brown.

১২। মোরা— White— মখল অনীনি।

(1) মশাপুম্বা পুমডৌ ভৌবা— White.

(2) মমৈ, মশোং ভৌরগা মশানা লৈহাও মচু —Whitish body with white tail of mane.

১৩। লৈফোন—Whitish— মশামু ভৌরগা ভৌবা পিঙ্গলা চঙবা শগোল।

১৪। সনাবী— White— সনাবী মখল অনীনি।

(1) সনাবী পুমডৌ— অভৌবা মতুগা, অমুবা মতুগা য়াম্নবা, অভৌবনা হেনবা Blackish white.

(2) মকোক মমৈ ভোবা, মশা মুবা-- Blackish b dy with white head and tail ( white ).

---

## শগোলগী ছিদ্র লাইকোয় চক্র

১। লাইশি ঃ— শগোলগী মরায়বক ময়ায়দা মতু চক্রগুম লৈবত্থু লাইশি কৌই। লাইশিত্থু, মমিৎ অনীগী মপাদগী মকোকলোমদা কাখৎনা লৈরবদি ফবা হেল্লি।

মমিৎ মপা, পি তাফম চপ চানা লৈরবদি ফত্তে। মপি ত.ফমদগী কুমথনা লৈরবস্থু কৈ। মমিৎ মপাদা লৈরবস্থু কৈ।

২। শগোলগী মনা অনীগী মনাক: নাখোঙ ম:কাক্তা লাইকোয় চক্র লৈবত্থু, থোং চপ চানা, হায়বদি, চক্র অনীত্থু মপা চান্নবা লৈরবদি কৈ। মপা চান্নব্রবদি, শগোলত্থু মবুক শেংদে, মরৌ ( trick ) লৈগল্লি, চক্র লাইকোয়ত্থু পুংদোংফম লাইকোয় কৌই।

৩। শগোলগী মঙক ; শরুম মনাক ( মঙকা মখে.ঙগা ত.ইনবা মনাক্তা ) নক্না চক্র লৈরবদি. মতু কৈ, মপুত্থু গোঙ ফিরান থানবা অচৌবা ফগ্নাইবা মী ওইগল্লি।

৪। মখোঙ থুমাঙ য়েৎ, ওই নাকল, মশাগা তাইনবদা চক্র লৈবদি, শনৃথিনৃফমদা চক্র লৈবা কৌই ; মখোঙদা লৈরগা কৈ, শগোল মশাদা লৈরবদি থুৎলাইনা শোকল্লি ফত্তে।

৫। মখৌ চরমদা চক্র অমা লৈবদি কৈ। অনী লৈরবদি ফত্তে, শগোলত্থু থানা শোকল্লি, শরাকফমদা চক্র লৈবা কৈাই।

৬। শগোলগী মখোঙ খুমাঙগী মতুংলোমদা চক্র লৈবদি য়াম্না ফত্তে ; মখোঙ কিশি লৈবা কৌই। মপুত্থ অফা, অপুন নংএ। শগোল-তুগী হাক্তক্তা মপুত্থ খুদোং চাদে ; য়াম্না ফত্তে, শগোলতু লোইগনু।

৭। শগোলগী মখোঙ খুত্থুংদা কিশি লৈবদি থোইদোকপা ফত্তবা লৈতে।

৮। শগোলগী চুবাদা চক্র লৈরবদি মপুত্থ মীনা ফুগল্লি, ফত্তে।

৯। মরাইবক ছৌনা তাঙলবদি, তাঙলিবত্থ মনাম্ভোন খর হোনফম মজুং মনাতোন মজুং চঙনা তাঙলিবত্থ দোম লৈতে ফৈ। মনাতোন মজুং য়ৌনা চঙনা তাঙক্রবদি ফত্তে।

১০। শগোল মখোঙ মরি চপ মান্ননা ছৌনা তাঙলবসু, মুনা তাঙলবসু অফবনি, ফজবনি, অফাওবনি।

১১। মখোঙ খুমাঙ নামা তাঙবদি য়াম্না ফত্তে ; লোইগনো, মপুত্থ অরাবা ফংএ।

১২। খুমাঙ নামগা, খুত্থুং নামগা তাঙবসু, কারল তাঙবা কৌএ, ফত্তে, ভরা-অনা নংএ. লোইগনো।

১৩। মখোঙ খুত্থুং নামত্তা তাঙবদি ফত্তে, অত্থগা খুত্থুং নামগা, মরাইবক খিজিক্তুংদা ওইরবসু তাঙলবদি দোষ লৈতে।

১৪। শগোল সনাবিদা হৈগোয় চঙবা হায়বদি, অভৌবা মশাদা অমুবা মচুনা কাঙদি (তাঙবদি) মরো ভৌগল্লি, মবুক শেংদে, মপুদসু ফত্তে।

১৫। কোরি মচুগী শগোলদি মরো ভৌগল্লি, মরিল চুমদে, শেংদে। কোরি মচুগী শগোলদা মখোঙ নামা তাঙবা, খুমাঙ কিশি লৈবা লোইগনো, মপু অরাবা ফংএ।

---

# শগোলগী মশাগী লাই

১। শগোলগী মখোঙ মরি অছু—

(১) য়েৎকী খূমাঙনা লামাবা লাইনা পুইএ।

(২) ওইগী খূমাঙনা তুমাবা লাইনা পুই।

(৩) য়েৎকী খুত্থংনা লমশেনবা লাইনা পুই।

(৪) ওইগী খুত্থংনা তুশেনবা লাইনা পুইএ।

২। শগোলগী মচিন্দা থম্লাংবা ( পাখংবা ) লাইনা পুইএ, য়োংপু চগেম শায়বগুম শায়এ।

৩। শগোলগী মনা অনীদা রাংব্রেম্না পুইএ, অছুনা শগোল মনা য়াম্না শিংএ।

৪। মমীৎ অনীদা অতিয়া গুরুনা পুইএ, অছুনা শগোলদি অহীং অমম্বদা মমিৎ উইএ।

৫। ময়াংলেন্দা— য়াংবীরেন পাখংবগী শাদোং তাউরোইনাইনা পুইএ, অছুগা মৈতৈনা শগোল তোংলমদাইদা মরাইবক কৎলগা তোংনৈএ।

৬। মমৈনা থাংজিং লাইনা পুইএ।

# মৈত্রবাক্কী খোঙ অমসুং শগোল কাঙজৈগী মৈহোরোন

অতিংকোক গুরু সিদবনা কোকচিন তুখোকপা পাখংবা পোকএ। কোনজিন তুখোকপা পাখংবনা নোংমাইথু লিলি লৈমদা খুমখুম খুমহে নিংথৌ পোকএ। শিলগী লৈমা লৈতং নিংথৌ চত্থুনা মিংথৌ কাংবা পোকএ।

কাংজৈরোন কৌবা মৈতৈ পুরাণদা অমুম হায়রি, মখুদি-- সত্য যুগকী মতমদা নিংথৌ কাংবা হায়বসিনা চৈ মতোন কাঙবা ( কোনবা )

অমনা, মতুম তাবা পোৎ অমবু ঋয়ৈত্তুনা শান্নবদগী, চৈ মতোন কাংবা পায়ত্নুনা শানৈ হায়বদগী, নিংথৌ অত্তুগী মমিং কাংবা হায়না থোনখি।

নিংথৌ অত্তুনা শান্নবা মশান্না অতুনা কাংচৈ শান্নবা হায়না কৌখি। মসি থোঙ কাংচৈ শান্নবনি। থোঙ কাংচৈনা হান্না শান্নরগা, মতুংদা, শগোল কাংচৈ শান্নখি। মতু কাংচৈরোন কৌবা পুরাণদা অস্তুম হায়রিঃ— "হয়েং ইস্তুং সোয়রবদা, ইদাইরেম পাখো পুন্নমা, য়াঙ্গোই শায়াঙথক্তা কয়া, লীচৈ তোয়ান হায়না, মুন্না থেঙ্গু মতুম তানা, নাইন্নু পাঙল তানসে হায়রবদা।

নিংথৌ কাংবা কোলোয় মমিংথোনগী মৈনা রায়না, চৈবু কাংচৈগু থোন্নেএ। হুন্না মতুম্বু কাংদ্রুমও কৌনা থোন্নরে। (কাংচৈরোন পুং)

শগোল কাঙজৈ হায়বসি, সতা যুক্তা নিংথৌ কাংবা হাক্তক্তা হৌদোক্নুনা শান্নগ্রবস্তু, মতুগী অকুপ্পা মরোন্দি, দ্বাপুর যুক্তা, মণিপুর লৈবাক অসিদা, নোংপোক নিংথৌ পান্থোইবনা, পান্থোইবী অমস্তু লাইয়ামগা লোয়ননা, মৈতৈগী লাই হরাওবা লীলা, গুমিং তরেংনা শান্নরগা, মতুং নোংমা কোনবা কুংথিন্দা, লাইরোই শগোল কাঙজৈ শান্নবসি, মারজিং কৌবা লাইনা হৌদোক্নুনা শান্নখি।

মথুক্তা লীগী কাঙহু, mallet ফুট মরিরোম শাংবা অনমম পায়বা; কাঙচৈরোয় তরান্নুরি শগোল তোংন্নুনা থোক্কে। মখোয়তগী কাঙজৈরোয় তরেৎনা, মখা যৈবা কাঙবু ওইনা, মমায় নোংচুপ ওন্দুনা, নোংপোক পাংবা মায়গৈদা, কাঙজৈবুংদা কাংহু লেংদা থোংন্নুনা লৈরে মখোয়ন্নুদি— ১। মারজিং পুনঙাকপা। ২। থঙ্গাংবা পুনঙাকচন। ৩। ইরুম নিংথৌ পল্লকচন। ৪। ইকোপ নিংথৌ ল্যাঙজৈ। ৫। ইরোং নিংথৌ পঞ্জেন পল্লকচন। ৬। নোংসাবা পঞ্জেনচন। ৭। পান্থোইবা পঞ্জেনবা।

মখোয়সিনা কাঙজৈবুংগী নোংপোকলোমদা থা-রাং পরেং শানা লেপ্লে। শগোল তোংবা কাংজৈরোয় তরেৎ অমনা, অরাং যৈবা

কাংবু ওইনা, মমায় নোংপোক ওন্দুনা ; নোংচুপ মায়ংগৈদা ; কাঙজৈ লেংদা থোংহনা লৈরে। মখোয়হৃদি— ১। খাংজিং পনঙাকপা। ২। খোরিফাবা পনঙাকচন। ৩। রাংব্রেন পল্লকচন। ৪। য়াঙ্গোই নিংথৌ লাঙজৈ। ৫। নম্বুল লাকপা পনজেন পল্লকচন। ৬। ওকনরেন পঞ্জেনচন। ৭। লোয়ারাকপা পঞ্জেনবা।

মখোয় অসিনা খা-রাং পারং শানা কাঙজৈবুংগী নোংচুপলোমদা লেপ্লে।

## শগোল কাঙজৈবুং

ফুট -- ৪৮০ ( লম ৮০ )

অরাংগী পাঞ্জনফম Goal line of north.

মখা য়ৈবা কাঙচৈরোয়

| | |
|---|---|
| ৭। লোয়ারাকপা পঞ্জেনবা | ১। মাজিং পনঙাকপা<br>Goal keeper |
| ৬। ওকনরেন পঞ্জেনচন | ২। খম্নাংবা পনঙাকচন<br>Back |
| ৫। নম্বুল লাকপা পল্লকচন | ৩। ইরুম নিংথৌ পল্লকচন<br>Half back |
| হক্লেংফম | |
| ৪। য়াঙ্গোই নিংথৌ লাঙজৈ O | ৪। ইকোপ নিংথৌ লাঙজৈ |
| Centre | Forward |
| ৩। রাংব্রেন পল্লকচন | ৫। ইরোং নিংথৌ পল্লকচন<br>Inside forward |
| ২। খোরিফাবা পনঙাকচন | ৬। নোংসাবা পঞ্জেনচন<br>Outside forward |
| ১। খাংজিং পনঙাকচন | ৭। পাম্থোইবা পনজেনবা<br>Forward |
| অরাং য়ৈবা কাঙচৈরোই | |

মখাগী পানজনফম Goal line of South

ফুট — ৪৮০ ( লম ৮০ )

Off side line ফুট ২৭০ — লম ৫০ · Out side line পনজানফম

পনজানফম outside line · Off side line ফুট ২৭০ — লম ৫০

কাঙজৈবুং = মরাক ময়ুং ফুট ৪৮০ X ২৬০ — লম ৮০ X ১৭০ চাউগনি। মসিদগী খরা ত.বা, হেনবস্মু য়াই।

কাঙহু (mallet) – ফুট ৪ রোম শাংই।

কাঙদ্রুম (ball = ইঞ্চি ১৪/১৫ না কোয়া চাঙবা ( circumference ) ওইবা

পনঙাকপা — খাইদগী হেন্না হৈ-শিংবা, ওই-য়েং চাবা, কাঙদ্রুম য়ৈবদা শোয়গন্দবা মীনা পনঙাকপা ওইগনি।

পনজেনবা—শগোল অয়াঙবা জ্ঞ:বা, কাঙদ্রুম য়ৈবদা শোয়গনদবনা পনজেনবা ওইগনি।

অম্মুম্না কাঙজৈবুংদা, কাঙজৈরোয় কাঙবু অনিনা মায়োক্কনা কাঙদ্রুম হস্লে হুনবা ঙাইহুনা লৈরে। মংমহুদা কৌক্রনা রাক্ক অশংবনা কংলগা ইঞ্চি ১৪/১৫ রোম কোয়া কোয়া চাউবা কাঙদ্রুম থুক্তা পায়রগা নোংথৌ পাংনা কাঙদ্রুম অহু হস্লে হায়না হুনগৎতুনা কাঙজৈ শান্নবা হোরে। কাঙজৈ শান্নবা লোইরগা হুমিদাং কৌক্রনা তোকপা শারগা, খাংজিংনা কম্বা শাহুনা ঔগ্রি হঙ্গেন কৈ-এন শান্নহুনা লৈতাই নোংদাইরে।

শগোল কাঙজৈ অমুক হন্না হোদোক্কুনা দ্বাপুর যুক্তা শান্নরম্বা মাজিং, থাংজীং, কৌক্র, রাংব্রেম্নচিংবা লাইশিংসি মণিপুরগী মায়গৈ ঙাকপা লাইনি। হায়রিবা মায়গৈ ঙাকপা লাইশিং অসিনচিংবা উমং লাই ৩৬০ রোম মণিপুরগী মহুংদা লৈ। মখোয়সি লৈবাক ঙাকপদা মতেং পাংলম্বা মৈতৈ জাতিগী মপা মপু পোকপা লাইশিংনি।

মৈতৈ অরিবা জাতিদি মপা-মপু পোকপবু লাই ওইনা নিংনৈ ( Arcestor worship )। নিংথৌনা পাখংববু ইবুধৌ পাথংবনা কুবিসঙ্গু, থৌজানবিসঙ্গু হায়নৈ। মোইরাংগী খম্বা-থোইবীনা, নিংথৌনা ইবুধৌ থাংজিং কোইরেন লাই, য়োল্লবা কাদা কনবিয়ু, লাল্লবা কাদা

ঙাকপিয়ু হায়না খুরুমই। রাংব্রেম্না কোনবা লমদা লৈবশিংনা ইবুধৌ রাংব্রেম্না সাক্ষী ওইগনি, ওইসমু অচুম্বনি অসুম্না রাশক্লে।

নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাঙদা লৈবাকসি মতীক চাবা নিংথৌ লৈতরনা প্রজা অয়াম্বা মাগী মাগী লমদমগী মপা-মপু পোকপা উমং লাইশিংবু নীংনহুনা মহৈ মহৈ অনগা অমগা পুকচেল লিংজেন তিম্নদে। নিংথৌসু মতম খল্লা কংখি।

নোংদা লাইরেন পাখংবনা (খৃঃ ৩৩-১৫৪) দা নিংথৌ ওইরবদা পোইরৈতোন, খোঙারেম্নচিংবা অনৌবা প্রজা লাকপসিগা, উম্নংলাই নীংথনা লৈরম্বা প্রজাশিংগা মান্ডৌ করম্না তিম্নহনসিগে হায়না থন্দুনা লৈরিঙৈদা, লাইস্না মহারাণীনা মায়গৈ পুম্বগী প্রজা উমংলাই নীংবা, বকোক ওইবশিংবু শক খঙনবা চাক্কৌগ হায়না হোদোকপদগী পাখংবসু মতা চারে হায়তুনা, উমংলাই নীংবা প্রজাশিংগা থুম্লিম্নতুনা তাম্নবদা, মাখয়না মাখয়গী মমা শক্লবী লাইস্না মহারণীনা শক খঙনবা চাকৌবিগে হায়রিবসি মখোয়না করিঙম্বা কুম্মে- অমা উৎলগা মতুংদা চাকৌবিম্নু হায়জ্জে

খৃঃ ৭৪ গী লমতা থাগী থাংজ অহানবা সুমিত্তা মথকী উম্নংলাই নীংবা সুচিংবা কাডবু কাঙজেরোয় ১৪ না শগোল তোংহুনা মথুত্তা কাঙহ পায়তুনা, মীচঙ অমি থোক্না ৭/৭ থায়দগা, কংলাগী লোইরেন লম্পাক্তা, অযুক্তা শগোল কাঙজে শান্নবা কুম্মে তৌখি।

লাইনিংথৌ পাখংবা, লাই পোইনাওতা (সনামহি), লাইস্না মহারাণী, কৌব্রু, থাংজিংনচিংবা লাই মরাম অপুম্বা অমম্নং তাইবং প্রজা পোইরৈতোনঃ খোঙারেম্নচিংবা অপুম্বা কুম্মে ওইনা রেংবখি।

লাইয়াম্না অযুক্তগী শগোল কাঙজে শান্নবনা হুমিং যুংবা মতমদা পোথানরবদা মহারাণী লাইস্নানা অহানবদা চাজ্জা অনৈ হায়বদি চাহাওপোইরৈতোনগী য়ামগা, 'সজোম-চুহি, লফোইনচিংবা তোৎলগা, প্রজা

নত্রবস্থ, মতম মতমতুদা লাইশিংতুগী ফম মমিং ওইতুনা, কৌতুনা, লৈহৌবনি, মখোয়তুনা নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতম, কলিযুক্তা মমাংথৈগী থাংজীং, মারজিং, কৌক্র, রাংব্রেম্নচিংবগী মহুং শিন্দুনা শান্ন-রবনি, হৌজিক কাওবদা পনভাকপা কাঙজেরোয়না থাংজীং, মারজিগী মশক্তি অশুম্না লৌনগনি।

প্রমাণ অমদা হায়রগা, হৌজিক্ সংকীর্ত্তন মপুদি নিত্যাইনন্দনি হায়নরি। নিত্যাইনন্দ প্রভুদি নত্তে, মশামক নত্তে, অতবু নিত্যাইনন্দ প্রভুনা মমাংথৈদা সংকীর্ত্তন মপু ওইনা হৌদোক্লম্বদগী হৌজিক্সু সংকীর্ত্তন মপুদি নিত্যাইনন্দ প্রভুনি হায়বগুম্বনি।

অশুম্না উমংলাই নীংবা মকোক্ ওইবশিনা শগোল কাঙজে শান্নতুনা কুম্মৈ তৌরগা প্রজা ময়ান অমত্তা ওইনা তিন্নতুনা কুম্মৈ য়েংলগা, লৈমা নিংথৌনা প্রজা ময়ামু চাকখাঙতুনা পাখংবা নিংথৌগী প্রজা ওইহনখি। মতৌ অশুম্না, পাখংবনা মণিপুরগী মৈতৈ অরিবা য়েক্ ৭ সলাই ৯ গী চীংবুরোই, তম্বুরোই, উমংলাই ৩৬০ নীংবা প্রজা অপুম্বা অমত্তা ওইনা তিন্নতুনা নিংথৌ সনা কোম্নুংদা লাল্লুপ কাতুনা লৈথাক ভাকখি।

## শগোল কাঙজেগী মচাক

১। শগোল কাঙজে শান্নগে হায়রবদি, কাঙজেবুং মরাক্ লম ৮০ (ফুট ৪৮০), মম্নুং লম ১৬০ (ফুট ৯৬০) রোম চাউবা অমা লৈতবা য়াদে। মসিদগী খরা পীকপা নত্রগা চাউবস্থ য়াই।

২। কাঙজে চাবা হায়বদি, মচং নীংথিনা শেম্নবা শগোল ১৪, সাবন, য়াচন, শাজেগা কোম্নরা লৈতবা য়াদে।

৩। কাঙজেরোয়—শগোল তোংবা হৈবা, মথুত্তা লীগী কাঙতু অমমম প্লায়বা ১৪ না মীচঙ অনি থোক্লা ৭/৭ না মীচঙ অমমম ওইনা থায়রগা শান্নদবনি।

৪। মীচঙ খুদিংগী ১। পনঙাকপা ২। পনঙাকচন ৩। পল্লকচন ৪। লাঙজৈ ৫। পল্লকৃচন ৬। পঞ্জেনচন ৭। পঞ্জেনবা, অম্মুম্না কাঙজৈরোয় ৭/৭ লৈগদবনি।

৫। মীচঙ অমগী পনঙাকৃপগা— অতোপ্পা মীচঙগী পঞ্জেনবগা পায়গদবনি।

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ,, | ,, | পনঙাকৃচনগা — | ,, | ,, | পঞ্জেনচনগা | ,, |
| ,, | ,, | পল্লকৃচনগা — | ,, | ,, | পল্লকৃচনগা | ,, |
| ,, | ,, | লাঙজৈগা — | ,, | ,, | লাঙজৈগা | ,, |
| ,, | ,, | পল্লকৃচনগা — | ,, | ,, | পল্লকৃচনগা | ,, |
| ,, | ,, | পঞ্জেনচনগা — | ,, | ,, | পনঙাকৃচনগা | ,, |
| ,, | ,, | পঞ্জেনবগা — | ,, | ,, | পনঙাকৃপগা | ,, |

৬। পনঙ কৃপা— খাইদগী হেন্না হৈ শিংবা, কাঙদ্রূম য়েবা শোয়গন্দবনা পনঙাকৃপদা লৈগনি।

পঞ্জেনবা— শগোল অয়াঙবা তেংবা, কাঙদ্রূম য়েবদা শোয়গন্দবনা পনঞ্জেনবদা চেইগদবনি।

৭। মীচঙ অনিগী কাঙজৈরোয় খুদিংনা, কাঙ্গ লীচৈ লীতিং ফুট ৪ রোম শাংবা অকনবা উ (উয়ুংগুম্বা) ইঞ্চি ১০ রোম শাংবা, ইঞ্চি ২/৩ রোম কোম্না চাউবা অমগী ময়াইরাইদা মথুল ফেন্না হুৎলগা, মতুদা লীচৈত্ত খিনচিল্লগা উক্তগা লীচৈতুগা নাখোক্তনবা উগা, লীচৈগী পনা হুৎলগা রাচেংকী হুই পাগনি। অতুম্বা কাঙহু অহু কাঙ-জৈরোয় খুদিংনা অমমম্ পায়গদবনি।

৮। কাঙদ্রূম ২/৩ চঙগনি। রারু অশংবনা কংহল্লগা ইঞ্চি ১৪/১৫ রোম কোম্না চাউবা কাঙদ্রূম, কংলগা ভোনবা মুক্ত তৈবা কাঙদ্রূম ২/৩ লৈতবা য়াদে।

৯। কাঙজৈরোয়গী ফিজেত্তি, শগোল লাম্নীগী ফিজেৎনি। কৈজোম খুকউ য়োনা তাথৎনা শেংকনি। ফুরিং শাইককৃপা লীংকনি।

কোয়েৎ চাউনা য়েংকনি, কাত্রংগী চুম্থুক্লিনা কোয়েৎকা খদাঙচেৎ লাক্লা পুনগনি। থোঙ খুবেমদা খোঙয়োম য়োমগনি। খুনিংদা সাবন নাকথং শউটাগা তক্লবদা শোকুনবা শউনগী খুনিংথাঙ হাপকনি।

শউনগী শাক্ত, মতোন ৪/৫ ফাংবা ওইগী খুৎচাদা পায়গনি। হায়রিবা ফিজেৎ অসি নিংথৌ ভনম্মুং অচন অথৌদি, মুগা কৈজোম খামেনচৎপা শেংকনি। লেসন পুরিং সাইককপা কোঙ্গোল খিনবা লীংকনি। সনা খুজি, তান শিগনি। নীংখম শমজিন চিন্দুনা পাক্ত ফীরাল থেংপা য়াই। কাত্রংগী শমজিন মরিনা শমজিনগা পান্সনা খদাংচেং লক্লা ফাগনি।

১০। কাঙঠৈজরোয়দি মীচঙ ভ্রমমদা ৭ নত্রগা ৯ অত্রদগীম্মু হেন্না ওইরগা শাম্নবা য়াই। মরমদি, মীম্মু, ল'ইস্মু সলাই ৭/৯ থোক্লা খায়বগী মতুংইন্না, নিংথৌগী থোগল নত্রগা শা-লান্দা হৈ-শিংনবা, য়েক ৭, সলাই ৯ গী মী খুদিংনা নশাগী অমদি নিংথৌগী থোগল তৌবদা হৈ-শিংনবা, খুদোং চনবা, য়েক; সলাই খুদিংগী অমমম য়াওনবা মরমগনি।

---

## শগোল কাঙজৈ—কাঙলোন

১। শগোল তুম্মা, শগোল কাঙজৈগী কাঙলোন কুপ্পা লৈ, মতুগী মঙুংদা কাঙজৈরোয় অমনা শগোল থৌজুনা কাঙক্রুম য়েরিজৈ অমম্মুং কাঙ-ক্রুম তান্নরিজৈদা, অতোপ্পা অমনা, শগোল কৈনা থোজিন্দুনা থেংনবা য়াদে। মসিনা শগোলগা লোয়ননা মীম্মু শিবা য়াঙই। অম্মুক্কা

শগোল কৈনা থোৌজিন্দুনা খেংনবা অসিবু শগোল তুম্না কৌই। শগোল তুম্না অসিনা শগোল কাঙজেগী অরূবা তৌনবা য়াদবা কাঙলোম্নি।

২। মীচঙ খুদিংগী কাঙজেরোয় খুদিংনা, পন্নিং, পনমাঙ শগোল থোৌতুনা কাঙত্রূম য়ৈতুনা পাঙনু চন্নবা হোৎনবদা বেরা লৈনদে, য়াই।

৩। মীচঙ খুদিংনা মাগী মাগী লাম্বা পানৈ, অতুবু মাগী লাম্বাতু থাতুনা অতোপপা লাম্বানা কাঙত্রূম পুখিবতু তান্নতুনা য়ৈহন্দনবা হোৎনবা য়াই।

৪। মীচঙ অমগী কাঙজেরোয়না কাঙত্রূম য়ৈতুনা পুখিবদা, অতোপপা মীচঙগী কাঙজেরোয়না তান্নরদি, তুংগী তান্নরগা, মীতুগী ওই-রোমদা শগোল থোৌগৎতুনা, মানা কাঙত্রূম য়ৈগদৌরিবা কাঙচতু রাংনা হাইগৎতুনা লৌতুনা শোয়হনগনি। মানা নেম্না শীংতুনা য়ৈরগা, নেম্না কৈনা কোৎতুনা লৌশ্না শোয়হনগনি।

৫। তান্নরিবা শগোম্না য়াঙবা হেল্লবদি, মীতুগী য়েৎলোম থোৌগৎলম্না, কাঙত্রূমতু কাঙচতু ওইরোম হাইতুনা হন্না য়ৈরমগনি।

# শগোল কাঙজৈ

শগোল কাঙজৈ চুম্না ইচম চম্না শান্নবা নত্তে। মপান্দনা য়েক্রববু লাকচনবা, ওন্নবা লৌশিং অতুনা, কুম্মৈগী মশক ওইনা পুথোক্কুনা শান্নবা, মনুংদনা মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা, লূরবা দর্শন শাস্ত্রগা চানবা অমদি সাইন্টিফিক ওইরবা ভাব পুথোক্লি।

শগোল কাঙজৈ শান্নরিবা কাঙচুগী মরমদা— কাঙচু, ফুট অমদগী খয়া ভাবা, ম্রাংপা, উগী মথুন্দা, লীচৈনা থিজিন্দুনা লেংবা কাঙচুনি।

দর্শণ শাস্ত্রগী মতুংদা. খোঙতেকপা অমম্বুং মিংতাঙবা ওইনা উৎলিবা প্রকৃতি পুরুষ লাইরেম্বী, লাইনিংথৌ অনিগী তিন্নবগী মশক্তি। অনি-সিনা তিন্নরগা, তাইবংপানবা অসি পো কাওবা, লেওবা হোই। হায়বদি, য়ামথোরকপা অমদি শন্দোরকপা হোই, অতুনা,

কাঙছু = কাঙবা + হৌবা = কাঙহৌ = কাঙছু, হায়বনি, মসিনা, মসিদগী মালেম অঙানবা (ভুমিং) থোরকই। অম্বুম্বা ভুমিং অসিদগী (ব্রহ্মদগী) বীজগী মশক ওইবা বিন্দু (কাংদ্রুম) অতু মশক নাইনা থোরকপনি।

তরং নোংমদোন্দা তাউতুনা লৈরিবা ভুমিংসিবু, কাঙছুতুনা থোম্নগা, য়ৈরগা, পাইতুনা চৎলিবা কাঙদ্রুম ওইনা মশক পানবনি, হায়বদি ভুমিংকী মঙাম্না থোরকুনা বীর্য্য (বিন্দুগী) মশক ওইনা লাপকবু, কাঙ-দ্রুম ওইনা প্রমাণ তৌবনি।

ভুমিংকী মঙান্দি, ভুমিং মশাগা কোম্নবনি, অতুনা সাকোম্নবা মঙান অমম্বুং মঙান্দুদি য়াম্না য়াঙনা চৎলি, উচেকুম, শগোলগুম য়াম্না য়াঙনা চৎলি, অতুনা ভুমিংকী মঙানবু উচেক অমম্বুং শগোলগা প্রমাণ তৌনা লৌনৈ, খঙনৈ। ভুমিংকী মঙানবু শগোল ওইনা লৌনৈ। অতুনা মৈতৈনা মশাগা কোম্নবদা কাম্নবা শানি হায়তুনা শাকোন, শগোল হায়না কৌনৈ।

ভুমিংনা তাখিবা মতমদা মঙাম্না কোলহৌববু, ভুমিংনা য়াঙনা হায়বদি থুনা তাপ্রবদা, মঙাম্না ভুমিংপু ভাম্নবনি হায়না লৌতুনা, ভুমিংকী মশক ওইহল্লিবা কাঙদ্রুম্বু, মঙানগী মশক ওইহল্লিবা শগোম্না তাম্নতুনা শাম্নবা ওইনা পুথোকপনি।

মনিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লৈরম্বা হডসন সাহেবনা মাগী "মৈতৈ" হায়বা লাইরিক্তা অম্বুম্না ইরি, মতুদি—

"To describe the game is beyond of any but an imaginative and practised pen, for in respect of

brilliance of play, constant excitement, dashing, courage skill and popular enthusiasm, there is no game equal to it."

---

# মণিপুরগী শগোল কাঙজৈ Polo (পোলো) হায়না শন্দোকখি

হৌজিক্কী মতমদা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা, শগোল কাঙজৈ শান্নবসি মমিং পোলো (polo) হায়না শন্দোকখ্রে। মসি মণিপুরদগী শৌ-দোকখিবনি অমসুং তনশিননি হায়রবসি, এন্সাইক্লোপেদিয়া ব্রিতেনিকা কৌবা Encyklopadie Britanica বৃটিশকী লাইরিক্তা হায়রি—

The English game of polo was introduced from Manipur. where it forms a great national past me, (Encyklopadie Britanica).

খৃ: ১৮৫৮ দা মণিপুর মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা (১৮৫০-১৮৮৬) মণিপুরদা লৈরম্বা বৃটিশ মাউন্টেন আর্টিলেরীগী অফিসারশিংনা মণিপুরগী শগোল কাঙজৈ শান্নবসি উবদা, পামজনা মণিপুরদগী মখোয়না তমখি।

হায়রিবা চহি ১৮৫৮ অসিদা মখোয়না মণিপুর মচা শগোল কাঙজৈ হৈবা খরা পুল্লনা কলিকতাদা মখোয়গা শীংনল্লনা শান্নরকই। পাঙনদি মৈতৈনা খোইরকই।

মহু উবদা, পামজনা ১০ সুবা রয়াল হসার (10th Royal Husar) বৃটিশ রেজিমেণ্টকী কাঙবুনা মণিপুরদা লাকুনা মৈতৈদগী শগোল কাঙজৈ

শান্নবসি তমখি। মখোয়না মতুংগী চহিদা ইংলণ্ডদা শগোল কাঙজৈ শান্নবসি মমিং পোলো (polo হায়না কৌহনা উৎখি। মণিপুরদা মীচঙ অমমমদা ৭,৭ না শান্নরি। মীরৈবাক্তদি মীচঙ অমমমদা ৪।৪ শান্নরে।

চন্দ্রকীত্তি মহারাজগী মতমদা ( ১৮৫০-৮৬ ) পোলিটিকেল এজেণ্ট ওইনা লৈরম্বা সার জেমস জোনষ্টোন সাহেবনা মাগী লাইরিক—

My experience in Manipur & Naga Hills কৌবদা মণিপুরগী শগোল কাঙজেগী মরমদা অস্নুম্না ইরমই—

"Between the Residency ground, the Sana Keithel and the great road, was the famous polo ground, where the best play in the world might be seen."

মতৌ অস্নুম্না, মণিপুরদদি কুইরবা, লিরহনা থৌওইনবিরবা শগোল কাঙজৈ শান্নবসি, মীরৈবাক্তনা (polo) পোলো হায়না তৌহনা, পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা অতকপা অমম্নং অনৌবা মখলগী মশান্না কুম্মৈ অমা ওইনা শন্নোকখি।

---

# মৈতৈ শগোল লান্মী

অমুম্বা মৈতৈ শগোল তোংবা লান্মীগী থুংলায়, ফিজেং, লৌশিং অসি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা ( খৃঃ ৩৩-১৫৪ ) পানবদগী মৈত্রবাক্তা অমুক নৌনা লৌশিংপুন্না হৌদোকুনা চৎনরকই। মসিগী প্রমাণ খুদম মীরৈবাক মচানা হায়রি মহুদি—

We hear of horse riding, playing polo, hunting and wrestling fighting etc. encouraged by Meidingoo-

Nongda Lairen Pakhangba. Swords, spears, arrows, and feathered arrows (darts) for the cavalry etc. were the chief weapons in his time.

মৈদিংঙু ক্যাম্বা ( খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ ) হাক্তা খৃঃ ১৪৭০ দা হয়াগী পোং নিংথৌ খিংখাম্বগা লোয়ননা অরাগী ক্যাং খম্বাং লান্দাবদা, মৈতৈ শগোল লাম্মী ১০০ না লানচঙবদগী ঙমখি।

মৈদিংঙু গরীবনিৱাজ নিংথৌরেন্না অরাপুম্বা জয় তৌরম্মু, শগোল লাম্মীগী মথৌনা, মরৌশিংননি হায়বদা হায়মনবা ওইরোই। অথুম্বা গরীবনিরাজ নিংথৌনা ত্ংখন, ত্রিপুরা হম্মু, শগোল তোংহুনা ত্রিপুরাগী সেনাপতি হাংপদগী তংখন ঙমখিবনি। অম্মুম্বা নিংথৌরেন অসিনা শগোল লাম্মী ৩০০০ রোম হেন্না খনমই।

মৈতৈ শগোল লাম্মীসি লোন্নবা লৈবাকশিংনা অম্মুক্তী মর্ত ক কীনৈ, মৈতৈ শগোল লাম্মী লাক্লবদা, মথোয়না হিংগনি হায়বা খাজনদে। অম্মুম্বা শগোল লাম্মীঅ সিনা মৈত্রবাক চাক্লবা অমম্মুং, মীরৈবাক্তা লান্দানবা মরু ওইনাশী জিন্নরকই।

মৈতৈ শগোল লৈতুনা বর্ম্মা নিংথৌশিংনা, শগোল লাম্মী তেঙ্গোল শেম্বা অমম্মুংঅ ফবা মৈতৈ শগোল লাম্মীবু মথোয়গী তেঙ্গোল শেমগংহল্লি, মতুগী মরমদি, মৈতৈ শগোল লাম্মী খরতনা, অরা পুম্বা চাইখায়তুনা মায়থিবা পীবা ঙম্বা, অরা জাম্মীনা জান্নারকপদা, মৈতৈ শগোল লাম্মীনা লায়না মখোয়বু মায়থিবা পীবা ঙম্বদগী, অরানা শগোল লাম্মী শেমগংপনি, অম্মুবু হৌজিক ফাওরদা মৈতৈগা লাম্বা পাবা ঙমদ্রি, মসিনা মৈতৈ শগোল লানমীগী মিংচংনি।

( Dr. D. G .E. Halle—Burma—Page 42 )

# মৈতৈ শগোল তোংবা লান্মী

মৈতৈ মচাদি মক্মাংদদা. চহি ১০ রোম মুবদগী শগোল তোংবা হৈ। চুম্না তোংবা হৈবতা নত্তে. শগোলদু মানা তোইহন্নিংবগী মতুংইন্না লয়বা, চোংবা, হনবা খুদুংদা লেপহনবা, কন্না থৌরিভেদা লৈবাক্কী খুংলায়ন-চিংবা পোং লোখৎপা ঙমই )

অন্নম্বা মৈতৈনা শগোল লানমী ওইরবদা. থাঙ, তা. খুংলাই মতীক চানা হৈ. অরাম্বাই অমসুং শগোল তা. হুন্না তা, ত.রোন তানচিংবা নাক ওই-য়েত্তা লৈতুনা, মাঙ্‌লোমদা পাকথহুনা অমদি তুংলোমদা লোংনা তুথরগা. শগোলগী মথাদগী অমদি তুংনগী য়েৎ-ওইদা অরাম্ব.ই তানচিংবা লংবা হৈ। থাঙনা য়েক্লবগী শগোল চুপ্পি অমদি শামু পুক্রি লায়না ককপা ঙমই।

শগোল লান্মীনা লান চঙবদা, য়েক্লবনা তা পায়রম্লগা, মাগী য়েৎলোম চঙই, মরমদি য়েক্লবগী মখুৎ ওইনা তা পায়বদা খুদোং চাদনবনি, তানা থিনবদসু খুদোং কন্না চাদনবনি।

-য়েক্লবনা থাঙ প্পায়রগা. মাগী ওইরোমদা চঙই, মরমদি য়েক্লবগী থাঙনা মঙোন্দা য়ানবদা লাম্বা ফংদনবা লাপথোকহনবগীদমক্তি।

য়েক্লবনা তানশিল্লক্লগা, নকশিল্লকপা ঙনদনবা অরাম্বাই লংহুনা ঙাকই। মৈতৈ শগোল লান্মীনা য়েক্লবা থেংনবদা শগোলদু অরেপ্পা লৈতনা থোদোক, থৌজিন কোয়না. লম্না থোহুনা য়েক্লবগী অশোয়বা খুদোং থীবা য়েংলগা তান চাবদা খুংলায় শীজিন্নে. য়েক্লবনা করি তৌ-রক্লদগে হায়না লেপতুনা, ঙাইহুনা, য়েংহুনা লৈথোক্কে। শগোল কন্না থোহুনা য়েৎ-ওইদা কোয়না লয়না লম্না থোহুনা. য়েক্লবগী অশোয়বদু কিংনবা লৈতনা য়েংহুনা. মিংকুপ অমত্তা লেপতনা থিনবগা. য়ানবগা. হাইরগা. ঙাকপগা, লৈরগা চোংবগা, হনবগা তৌহুনা য়েক্লববু অঙকপা ফংহন্না য়েক্লবগী মশাদা নত্রগা শগোলদা খুংলায়না শোক্লবা হোংদৈ।

অশুম্না ভৌবদা য়েক্লবা অছু ভৌকম খঙদনা অক্রিবা অমমুং অঙকপগা লোয়ননা জ্ঞান মাঙহুনা পঙথহল্লি।

মৈত্তে শগোল লান্মীদি য়েক্লবনা পাবদা খরা লুনা থোকই। মরমদি, মখোয়না ভৌনিংবতা ভৌবা ঙম্বা, শগোলস্যু মখোয়না ভৌহন্নিংবতা ভৌহনবা ঙম্বা, খুৎলায় অয়াম্বা মখোয়না শীজিন্নবা হৈবনা, য়েক্লবনা লান্দারকপদা লায়না মায়থিনা পীবা ঙমই। মখোয়না লান্দারুবদস্যু য়েক্লবগী থাঙ, তা, নোংমৈ গুলি ফাওবা পান্দবা, চঙহন্দবা মরম্না য়েক্লববু লায়না লাকচবা ঙমই। শগোল কন্না খৌবনা য়েক্লবগী নোংমৈ গুলি ফাওবা পাক পানবা ঙমদে।

# শগোল লানমীগী ফিজেৎ

শগোল লান্মীদি মুগা ফৈজোয়ম্না চিবা, থামেন চৎপা ফৈজোম খুকউ মথক কৌতক শেংনৈ। খুকউগী খুজেং য়োবনা, শউনগা ফিগা ভুবা খোঙয়োম্না খুদোম য়াই ওইনা লোমশিল্লি। খোঙগী খুনিংগা শগোল সাবনগী নাকথং শউনগা ভক্লবদা খুনিং শোকুনা ঈ গোক্তনবা শউনগী খুনিংখাঙ হাপই।

হকচাংদা রেসম ফুরিৎ শাইককপা নত্রগা লশিং থাবা ফুরিৎ শাইককপা লীংলি। ফুরিৎসিগী মথক্তা মুগাগী নত্রপা লংজমগী মথক মথা অয়াম্বা শা, ভা, উচেক্লচিংবা য়েকপা ল.নকি থাওন ওনশিল্লে।

খুৎকী খুনিংদগী খদাং য়োবনা লশিং থাবা খুদাং য়াই য়োমই। কোক্তা রুমওইনা কুয়াওগুম্না অয়াংবা, অশিকপা কায়গন্দবা উনা টুপীগুম্না শারগা, কোক্কী মথক থংবা শরুক্তু উপশিল্লগা মতুংগী মথক্তা কোয়েৎ চাউনা য়েংশিল্লি। কাত্রংগী থাঙগঙ মরীনা কোয়েৎকা খদাঙগা পাম্ননা চুম্বুল্লি খবাংচেৎ ওইনা লাকশিন্দুনা পুনশিল্লি।

হায়রিবা কোয়েৎ অসি, নিংথৌনচিংবা অঙম-অথৌ কম্নাইবশিংদি লমথা', থুলংনা শমজিনগা পানা য়েৎলগা, পজেং ফিরাল, মথল মথল থেৎনগা, শমজিনগী মরী অহুনা থদাংগা পানা কাজিন্নৈ। খাঙদা নিঙথম শেৎলি।

লান্দা হৈবা, নীংথিনা মচং শেম্লবা, রেৎওই চাবা, য়াঙ্গোই লানশা শগোলগী শামাংদা স্বরূপা কোংগোল থিনবা য়াচন চনগনি। স্বরূপপা শাবন হাপ্লগা, শাবনগী ওই-রেৎ নাক অনিদা হু তৈবা অরাম্বাই তেন থম্না হাপ্লবা তেংন্সোং অনী য়েপশিল্লি।

লম্মাগী মশাদা ওই শংবা নাকন্দা খাঙ, খাওনফি মহুংদা য়েপকনি। চুঙ্গোইনা থবাক্তা নক্লগা রেৎলোম থংবা নাকন্দা য়ানগনি।

তারোন তানা নাকন ওইদা য়ানগনি, ত্রিমেন তানা নমদা পোগনি; লানফি খাওনগী মহুংদা খাঙদা য়েপকনি। হকথং খুৎস্থু তানা খুৎ য়েৎনা পাংগনি।

শউন সাঙ্জ মতোন ৫।৭।৯ ফাংবা ওইগী খুংচাদা য়ানশিনগনি। অম্মুম্না শগোলৎ লানপোৎ মশিং শুনা, রাৎতনা শেৎচিন, হাপচিল্লগা লাঙ্গোই শগোল লানশা নরাইবক কৎতুনা, শগোলগী ওই থংবা নাকন্দগী তোংখংতুনা লান চঙই।

# মৈত্রবাক্কী শগোল লানমী

মৈত্রবাক্কী শগোল তোংবা লান্মীদি, নক্লবা লৈবাক্লা লাম্বা লুবা, লাক্লবদা য়াদবা, মখোয়না তোগে হায়বতা মনিং তোবা ভম্বা কাঙবুনি হায়না মমিং চৎলি। মৈত্রবাক্কী শগোল লান্মীদি চুম্নগী শগোল তোংবা হৈবতা নত্তে, মথায়সি সেনতুরনি ( **Centaur = Creature, half man and half horse** ) হায়বদি, মশানা শগোল ওইবা, মথাংদগী কোক কাওবনা মী ওইবা জীব অমনি হায়বা য়াই।

অরা নিংথৌশিংনা, মৈতৈ শগোল লৈরগা, শগোল তেংবা লান্মী কাঙলুপ শেমগৎতুনা, মৈতৈগী শগোল লান্মীগা (cavalry) লাম্বা পানবা হোৎনবদা হৌজিক ফাওবদা মহয় য়ানবা ঙমদে, লাম্বা পাবা ঙমদে, মৈতৈনা হেন্দুনা লে।

মৈতৈ নিংথৌশিংনা, অরা, খাগী, ময়াং, তখেন, ত্রিপুরা, অ.ন.ম. বেঙ্গলনচিংবা লৈবাক্তা লান্দারুবা অমসুং হায়রিবা লৈবাকশিংগা মণিপুরদা লান্দারকপদা, মৈতৈনা লায়না লায়না মায়থিবা পীবা ঙম্বা অমসুং মখোয়না লান্দারকপদা লায়না থিংবা ঙম্বসি, মৈতৈ শগোল লান্মীগী মথৌনা অমসুং মরোশিংননি হায়বদা অচুম্বনি।

অরাম্বাই, শগোল তা, থাঙ পায়বা মৈতৈ শগোল লান্মীনা লান্দাবা, থিংবা অমসুং লাঞ্জেনবা তাম্নবসি, য়েক্নবশিংগী মরাইবক থিবা দশানি।

শগোল লানমীদি কৈফেজোম থুকউ মথক য়োনা তাথৎলগা শেংলি, হকচাংদা ফুরিং সাইককপা লীংলি, খুদাং য়াই, খুবোম য়াই শিজিল্লি। লানফি থাওন্নে। কেক্তা কোয়েং য়েংশিল্লি, থাংদা কবাক থাঙ য়েপশিল্লি। চুঙ্গাই থবাক্তা য়েপশিল্লি। তাগোন তানা নমদা পো, হকথং তানা য়েংনা পায়, শগোল সাবল নাক অনিদা অরাম্বাই থম্না হাপপা তেন্দোং য়েপ্লগা, য়েক্নবগী পনমাঙদা শগোলদু পাইবগুম থৌজিল্লগা, অরাম্বাই লংতুনা য়েক্নবগী তেঙ্গোন চাইখায়, তানা খিদুনা য়েক্নবা হাৎলি, থাঙনা য়ান্দুনা কয়া হাৎলি, লাকঙম ফ ঙমদে।

তা পায়বা শগোল লানমী থেংনরগা য়েক্নবগী য়েংথংবা নাকন্দা চঙই, মরমদি, য়েক্নবা তানা থিনবদা থুদোং চাদনবনি অমসুং য়েক্নবগী ওই থংবা মথুংনা তা শীজিন্নবা য়াদনবনি।

থাঙ পায়বা য়েক্নবা শগোল লান্মীগা থেংনরগা, য়েক্নবগী ওইথংবরোমদা চঙই, মরমদি য়েক্নবগী থাঙনা য়ানবদা থুদোং চদনবনি অমসুং

থাঙনা য়ানুবদা লামবা ফংদনবনি। হায়বদি য়েক্লবনা পায়বা থাঙ অত্তুনা মাগী ওইরোমদা লৈবা য়েক্লববু থাঙনা য়ানবদা থুদোং চাদনবনি, য়াল্লকপদা য়েক্লবনা লাপ্পা লৈব্দগী মানা লামবা ফংদনবনি।

শগোল লান্মীদি য়েক্লবনা, য়ান্বা, থিন্বা চৌরকপদা শাইহুনা, লেপতুনা লৈবা য়াদে। চিংনবা লৈতনা চংশিনগনি, হন্দোক্কনি, অতৎপা লৈতনা, লেপ্তুনা শগোল থোদোক থৌজিন্ তৌগনি। চিংনবা লৈতনা তত্তুনা, ভম্বমথৈ চুম্না, কন্না, খোঙমী লান্মীগুম্না ফুজিংবা, হৌও, মতুনা য়েক্লবগী তৌকম থঙদবমথৈ অমম্বং য়েক্লবগী নাংবা, তম্বা, কায়বনি, তত্তুনা ফুজিন্বা, থেংনবদা য়েক্লববু মকোক শাওহল্লো, মতুনা য়েক্লববু লায়না লাকচবা ভম্বনি।

অম্মুন্না শগোল কন্না থৌরা, অরাম্বাই লংবা, থাঙ হাইবা, তানা থিন্বা, অসিদা ক্লেবগী নোংমৈ গুলি পান্দে, থাঙনা য়ান্বা নংহৌদে, তানা থিন্বস্মু পালহৌদে, অম্মুন্না থাঙ, তানা ভম্বমথৈ হাৎলগা শগোল থৌনা থৌনা অমুক হন্দাক্তুনা শগোল থোদোরক্কনি।

মৈতৈ শগোল লান্মীদি পৃথিবীদা লাম্বা, মপা লৈতে, হায়বা য়াই, অতুবু বৃটিশকী শগোল লানমীস্মু পৃথিবীদা মান্নবা লৈতে, মখোয়বু হেন্বা লৈতে হায়রি :—

"The officers of British cavalry, equalled by few and excelled by none in the world."

খৃঃ ১৮৯১ ইংগী মণিপুরগী খোংজোমগী লান্দা, বৃটিশ শগোল লান্মী থাঙ, তা, নোংমৈ পায়বা, খাইগী লুচিংববু, মৈতৈগী খোঙমী লান্মী পাউনা ব্রজবাসীনা চুম্নগী থাঙ পায়রগা থেংনবদা, বৃটিশকী লাম্বা লৈতে হায়রিবা শগোল লান্মীগী লুচিংববু, পাউনা ব্রজবাসীনা, শগোলগা লোয়ননা লান্মীহ্ হাৎখি।

খৃঃ ১২০৬ অত্তুরাইদা তার্তারগী চেঙ্গিশ খান্না, চীন্ লৈবাক্কী পেকিং কোম্বুং খৃঃ ১২১৫ গী মতমদা লৌরগা নিংথৌ ওইখি।

চীন লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরবা চেঙ্গিশ খানগী মনাও কুব্লাই খান্না, অরা লৈবাক পুম্না লৌরগা খৃঃ ১২৬৪ দা, পেকিংদা কোম্নুং ওইহনা নিংথৌ ওইখি। কুব্লাই খান্না মতম অহুরাইদা (১২৬০-১২৬৪), মণিপুরদা লান লাকখি। মৈতৈ নিংথৌ পুরাণ থাবনা (১২৪৭-১২৬৩), তাতার নিংথৌ লান লাকপগী পাউ তাবদা নিংথি তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্কবান্দা মৈতৈ তেঙ্গোল লানবন শাহনা, শগোল তোংবা লাননীগা লোয়ননা ডাইহনা লৈখি। মৈতৈ নিংথৌনা খুদোং চাবা তুরেল মপান্দা ডাইহনা লৈখি। মৈতৈ নিংথৌনা খুদোং চাবা তুরেল মপান্দা ডাইহনা লৈবা অহুদা কুব্লাই খান তৌকম খওহনা হনখি।

মতম অহু তাতারশিংসু শগোল লানমীনা মরুওইনা শীজিন্নবনি, মৈতৈগী শগোল লানমীগী পাউ তাবদা, তাতার শগোল লানমীনা কিহনা হনখিবনি হায়নৈ।

---

# মৈত্রবাক্কী অফাওবা শগোল লানমী অমসুং লানশা

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবগী (খৃঃ ৩৩-১৫৪) লানশা খুনেংশা কারু খোঙদাংবা—

What we hear in the Manipur State of the famous horse riding, playing polo, hunting and wrestling encouraged by Meidingoo Nongda Lairen Pakhangba.

He introduced various kinds of war weapons, viz.—swords, spears, arrows & arambais & to learn

the weapons for defensive & offensive against the neighbouring countries.

Moreover he ( Pakhangba ) Introduced to use & play Thangaus ( spiritual dance of sword & spear ) for defence & offence of enemy.

For this reason that as soon as the males attain majority, they learnt mukna ( wrestling ), kangjei, jumping and lamjen ( race ). They learnt riding horses and they keep their physique good & fit.

Every Manipuri adult male was to remain ever ready to fght against the enemy whether man or beasts. So, they had to learn how to use every kinds of weapons such as swords, spears of every kinds, arrows including arambai.

In the days of independent Manipur, when their was political supremacy in the eastern countries, those persons who could show merit in the war, catching elephant & tigers, where honoured & respected, got good & high post & married even the daughter of the king without considering their caste and colour.

( One foreigner )

লাইনিংথৌ খাগেম্বা ( খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২ ) কাঙ্গং লানশা থোঙ-নেংশা, কে ওয়োন পিনবা মরক্তা য়াচন মাঙ্গোই শ মরদা চনশিন্নে। মরক্তা শাবন য়াঙ্গোই শারাঙগক্তা হাপচিন্নে। নাকথং ওই-রেঙ্গা অরাপ্লাই থনবা তেঙ্গোং য়েপশিন্নে। তারেমা তানা নংলা য়ান, তিমেন তানা নমদা পো, খুৎসু হকথং তানা য়েৎনা পায়।

খুৎসু থাঙ থৌবোম্বনা ওইগী খাঙদা য়ানশিন্নে। চুঙ্গাই থবাক্তা য়েপ্লদনা, লাঙ্গোই কাঙ্গং লানশা খুনেৎনা, ময়াং তেঙ্গান পনমাঙদা

থোদোকখ্রে। পল্লিং পনমাঙ ফাওদোক্লা, য়াঙ্গোই পাইনা থোরদনা অরাম্বাই থুবাম লংলদনা, ময়াং মানর্মা তেংঙ্গান চাইখায়থি।

মৈদিংঙু গরীবনিৱাজ পামহৈবগী ( ১৭০৯-১৭৫১ ) কাক্ক থোঙ-দাঙবা থুনেংশা। স্বরূপা কোঙ্গোন থিন্‌বা য়াচন্না। লাঙ্গোই শামায়দা চন্‌শিল্লে। স্বরূপা শাবন, লাঙ্গোই শায়াংথক্তা হাপচিল্লে। সাবন্ নাক ওই-য়েত্তা, অরাম্বাই থন্‌বা তেন্দোং য়েপশিল্লে।

খাঙদা খাঙ থোবোম্বা য়েপশিল্লে। থবাক্তা চুঙ্গোয় য়ান্‌শিল্লে। খুংসু তা থানস্নুনহানা য়েংনা পায়। তারোন্ তানা নমদা থোং। য়াংগোই থক্তা লেঙখৎত্রে। অরা তেংগোন পন্‌মাঙদা। কবোক পোকপগুম কাপপা নোংমৈ গুলি মরক্তা, থাঙগী জংগোই সারদনা, য়াংগোই পাইবগুম থোরদনা। অরাম্বাই থুরাম লংশিল্লা। চরাম্বা নোংশানা। শক্তি-শঙাই তান্নবগুম। য়াংগোই লানশা থৌজিল্লা। অরা তেংগোন চাইখায়থি।

মৈদিংঙু কার্ত্তা নিংথৌগী ( খৃঃ ১৭৭৫-১৭৯৮ ) ভ্রঃসিং লানশা খুনেংশা। স্বরূপপা শাবন হাপচিল্লা। শাবন নাক অনিদা অরাম্বাই তেন্দোং য়েপশিল্লা। য়েংথাঙ, ওইথাঙ য়ানশিল্লা। খুংসু তানা য়েংনা পায়। তিমেন তানা গুইদা থম। তারোন তানা নমদা থোং। য়াংগোই লান্দা হৈবগী শামায় কোংগোন থিনবলু, শাদা কাইবা নিংথৌনা, সনা খুনেং ওইদনা। য়াংগোই থক্তা লেঙখৎত্রে। অরা তেংগোন ময়ায়দা পল্লিং পনমাঙ থোরদনা, খাঙগী জংগোয় শারদনা। অরাম্বাই থুনাম লংলদনা। অরা তেংগোন চাইখায়থি।

মৈদিংঙু চৌরজীৎকী ( খৃঃ ১৮০৩-১৮১৩ ) রজিৎ লানশা খুনেংশা।

মনাও ইবুঙো-মারজিৎনা। হায়নবা রারেপ শোয়বগী

লানশা মঙ্গে মরু থোঙদাঙবা। স্বরূপপা য়াচন্ চন্‌শিল্লা

স্বরূপপা শাবন হাপচিল্লা। অরাম্বাই তেন্দোং য়ানশিল্লা

খুংসু খাঙনা গুইদা য়েপ। চুঙ্গোই থবাক্তা য়ানশিল্লা

তারোন তানা নমদা পো। হকথং তানা য়েংনা পায়।
কংলা মহুং কাঙজৈবুংদা। ময়াম্বুং থৌগন ঙাইরমখি।

ময়াম্বুং চৌরজীৎ নিংথৌম্বু রনজীৎ লানশা অফাওবা
স্বরূপপা য়াচন চনশিল্লে। স্বরূপপা শাবন হাপচিল্লে
য়েংথাঙ-ওইথাঙ য়ানশিল্লে। য়াঙ্গোই খুনেং থৌরোকখি।
নিংথৌনা থাঙগী জগোই শারদনা। যুবরাজনা তানা থৌগন তৌরদনা
কংলা কাঙজৈবুং লনদমদা। য়াঙ্গোই-লাঙ্গোই থৌনদনা।
লান্দা হৈবা মচিন-মনাওনা। অশোয়বা তাঞ্জা য়েংনখি।

ময়াম্বুং চৌরজিৎ নিংথৌনা। শগোল চুপ্পি হৈখংতুনা।
লানশা খুড়ংনা লেপহল্লগা। সারাউ লাল্লাউখোন লাউতুনা।
লানশা মথাদা পাকথতুনা। সনা খুৎস্থু থাঙশাংনা
থাঙহাই অমুক্তং হাইবদা। মনাও মারজীৎ যুবরাজগী
লানশা মংগে মরু থোঙদাঙবগী। স্বরূপপা চুপ্পি ককথংখি।

মৈদিংঙু নোংপোক কাইরং পামহৈবা মার্জীৎকী ( খৃঃ ১৮১৩-১৮১৯ )
লানশা মজ্জে মরু থোঙদাঙবা। স্বরূপপা য়াচন চনশিল্লে।
স্বরূপপা শাবন হাপচিল্লে। অরাম্বাই তেন্দোং য়ানশিল্লে।
খুৎস্থু থাঙনা ওইদা য়েপ। চুংঙ্গাই শবাক্তা য়ানশিন্না।
তারোন তানা নমদা পো। হকথং তানা য়েংনা পায়।
য়াঙ্গোই পাইবগুম থৌরদনা। ময়াং লাম্মী চাইথায়রে।
শগোল তোংবা হৈবনা। য়াঙ্গোই চুপ্পি হৈখংনা।
লানশা খুড়ংনা লেপহন্না। থাঙহাই অমুক্তং হাইবদা
মনাও মারজীৎনা পাকথতুনা। শরাউ লাল্লাউখোন লাউতুনা
ময়াম্বুং মধুচন্দ্র কৌবগী য়াংগোই চুপ্পি ককথংগ্রে।
ময়াম্বুংনা ফাগে চোংশিল্লকপদা। মনাও মারজীৎ কৌবনা
ওইগী বাক থাঙহাইনা। ময়াম্বুংগী মডক্তা থৌগনখি।

# ৩ সুবা মতাং
# তা খোৌসারোন

মথক্কী মতাংদা হায়রক্লে, মৈত্রবাক্কী খুলায় থাঙ-তানচিংবগী অকুপ্পা মরোন পুম্বা, মৈদিংগু নোংদা লাইরেন পাখংবা হাক্তুক্তা, লৈবাক নিংথৌ ডাক্কবদা শীজিন্নরকই। মসিগী প্রমাণবু, পাখংবনা নিংথৌরেন ওইনা পাল্লবদা, লৈবাক, নিংথৌগী কুম্মৈ তৌরকপদা অমস্তুং লৈবাক ডাক-লোন্দা থুংদাং চানবা মৈত্রবাক অসি পানা মরি থোক্লা খায়রগা, মচু কংলা রায়েনশঙ অমস্তুং মৈত্রবাক্কী অতোপ অতোপপা মফমদা, লাল্লুপ ওইনা কাড়ুনা, লৈবাক নিংথৌ ডাক-শেন্নবা তৌখি।

করিগুম্বা লৈবাক নিংথৌগী থবক থোরকপদা, মথক্কী পানা মরি হায়বদি, ১। লাহারুপ ২। অহল্লুপ ৩। খাবম ৪। লাইফম হায়বা-পানা মরি অসিনা থাঙ হাইবা, পানা খোৌসাবা তৌড়ুনা লৈবাক নিংথৌদা উংলি, মহদা পানাগী ওইনা খোৌসানরকপদা, পানা মরিগী অকল-অথৌ নিপা মরিনা তোঙান তোঙানবা মরোনগী খোৌসা পুথোক্নুনা শানৈ। অদুনা খোৌসারোন অসি য়ামথ্রবদা মরি গুবোরে হায়না খঙনৈ।

খোৌসাবগী অকুপপা মরোন, খোঙচোং, খোঙনিক্তি পুরাণদা খোই-দোকপা থম্বিরমদে। ওজাশিংনা মথং মথং হৈনহৌবদগী, ওজাশিংগী খোঙচোং, খোঙনিক মরোন্দগী, খোঙচোংনচিংবগী পাকলনচিংবা পুথোক-চবনি।

খোৌসাবা :—লাইনিংথৌ খাগী ওম্বনা ( খাগেম্বনা ) খৃঃ ১৬০৯ গুবদা খাগী ( চীন ) লৈবাক্কী লাই মুচুবাক কোৌবা, লাকঙম ফাঙমদ্রবা, মঙ্গোসা কোৌবা, নিপা অমবু থাঙ খোৌবোম্বা, খানজুনাহা তানা হাংলবদা,

লাইনিংথৌ খাগেম্বনা, তা পায়রদুনা, শারাউ লাল্লাউখোন লাউদুনা, খোঙ ৱাংনা ৱাংনা চোংদুনা শাম্ববদগী খৌসারোন হায়বা মমিং, মরোন অসি পুখোকখি।

খেঙ্গোরোন :—লাইনিংথৌ খাগেম্বনা, খাঙ, তা অহু পায়দুনা কোয়না কোয়না খৌসাবদা, শারাউ লাল্লাউখোন লাউবত্ত ভাবদা, লৈবাক প্রজাপুম্বা খেন্দুনা য়েংনখি, হায়বদি, লাল্লাউ খান্দুনা কৌবগুম খোরক্তুনা খেন্দুনা য়েনখি হায়বগী, লাইনিংথৌ খাগী ওম্বা খেঙ্গোরোন (খেনকোৌরোন) হায়না কৌনখি।

অম্নুম্বা তা খৌশারোন অসি, লাইনিংথৌ খাগেম্বনা, তানা মরু ওইনা শীজিন্নবা চৌংমীশিংদা ভম্বিখি, মরম অদুগী, খৌসারোনগী মমিংবু কবুই, তাংখুল, মরাম, মৈতৈ হায়না কৌনরি।

কনাগুম্বা ওজাশিংনা হায়নবনা, অম্নুম্বা হায়নরমই, মতম্দি, মৈদিংগু লোয়ম্বা খাকম্বা (খৃঃ ১০৭৪—১১১২), মোইরাং নিংথৌ শংলোন লৈনাঙ্খম্বগী মতমদা, কেগে মোইরাংগী নোংচুপ থংবা চৌংদা, কবুই খুংগং শংলমই। কবুই খুনশিংগী মকোক চুচিংবা, সজু নিংথৌ কৌবনা মচানুপী চইত্রি পাদম্বী শিংপা থারবী কৌবী হুমা পোকই।

লমদমচুগী কবুই মাল্লাং মাইবা হায়বা, অমম্তু লৈরমই, মানা চইত্রি পাদম্বী অসি লোগে হাইনা হোংনবদা, ওমদহুনা লৈরিবদা মতমমচুগী মোইরাং নিংথৌদুনা, কবুই খুনশিংদু লোই চনগে হায়না, মোইরাংগী অথৌবা পুরেম্ববু থারমই।

পুরেম্বনা সলাং মাইবগা মুক্তাও শামদুনা, কবুইগী মরমপুম্বা হংবদা, সলাং মাইবনা, মানা লৌবা ওমদহুনা লৈরিবা চইত্রি পাদম্বী অসিবু মঙোম্বা শীরবদি, মরমপুম্বা ওম্নবা তোগে হায়না য়ানদুনা, পুরেম্বনা, ঈশিং খোংদা, কবুই পাখং থরগা, লৈশাবী থরগা লোয়নদুনা লাকপা চইত্রি পাদম্বীবু, কবুই খৌসারোন শাদুনা কবুই পাখং লৈশাবীশিংবু চাইথায়রগা, পুরক্তুনা, সলাং মাইবদা পীখি।

মতুংদা কবুই খুঙং মরাম্না হৌরক্কদা, সনাং মাইকগী পম্বোঙদা, পুরেম্বনা মৈতৈ খৌসারোন শাহুনা, কবুই মরাম্বু শুন্দুংলগা, কবুই খুঙং ৯ লোই চনখি।

মরম অসিদগী পুরেম্বনা অহানবদা সঙ্গ, নিংথৌগী মচানুপী লুইজ্রি পাম্বীবু কানবা হোৎনবদা কবুই পাথংশিংবু ওম্নবা শাথিবা খৌসা অহুবু কবুই খুলেম খৌসারোন হায়না কৌখি।

মতুংদা কবুই খুলেন ৯ না লাল হৌরক্কবদা, কবুইশিংবু ওম্নবা সনাং মাইবগী পম্বোংদা, কবুইশিংবু পন হেন্দোকহন্দনবা, শুন্নবা মরমগী পালাম্লুবী খৌসা শাহুনা কবুইশিংবু চেম্নখি হায়বা মরমদগী খৌসা অহুবু পালাম্বী মৈতৈ খৌসা হায়না কৌখি।

তাংখুল খৌসা :—মৈতৈ নিংথৌ চীংথংখোম্বনা খৃঃ ১৭৬৪ সুবদা খেলেম্বনা অম্মাপা কেতুনহুনা, অরানা মণিপুরদা লান্দারকপদা, খুদোং চাদহুনা কার্ত্তা লাঞ্জেনখি।

খেলেম্বনা, চীংস্না-তময়া, মৈত্রবাকপুম্বদা, কার্ত্তাবু কনাগুম্বনা থনবা, চানা থরুবা শীরবদি, শাগৈগা লোয়ননা হাংকনি হায়না পাউ চেন্‌বা মরমদগী, কার্ত্তানা লাঞ্জেনবদা, চীংমী খুল মচা অমা লৈরম্বদা, চানা থরুবা নিরুবদা য়াম্না তাওনা ফংখি।

কার্ত্তানা চানা থরুবা থম্না ফংবদা, মুতাইংনা, খৌসারোল চোংহুনা হয়াউখি। খুল অহুদা চানববু তাওনা ফংখি অমম্মুং মহুদা মুতাইহুনা খৌসাখি হায়বগী, খৌসারোন অহুবু তাংখুল খৌসা হায়খি।

মরাম মচা খৌসা :—খৃঃ ১৭৬৫ দা কার্ত্তনা অসুম লাঞ্জেল্লকপদা, মরাম খুল মচা অমা য়োরকপদা, শা, কৈনা শাগ্রেম-লালগ্রেম্নরমই। কার্ত্তানা চীংশাংওম্বা তা পায়হুনা, খৌসাহুনা চোংবদা, শা অহু তোকখি। মরম অহুদগী খৌসারোন অহুবু মরাম মচা খৌসারোন হায়না কৌখি।

মরাম অচৌবা খৌসা :—কার্ত্তানা মরাম মচা খুন্দগী মরাম খুঙ্গাওদা কারকুনা লাকপদা, চানা থক্রবা মরাং কায়না ফংবদগী হুৎচাইহুনা, মফমত্তুদা খৌসারমই। মত্তুগী খৌসারোন অত্তুবু মরাম অচৌবা কৌখি।

মরাম নুংসেৎপা খৌসা :—কার্ত্তানা লাঞ্জেনবদা, খেবু চীংদা, নুংপাক অমগী মথক্তা, লাইবক চাং য়েংবগী খৌসাবদা, নুংদা খোঙগুন্দু কুৎতক তৌনা লৈহৌই। হায়বদি কার্ত্তানা লাঞ্জেল্লকপদা, খেবু চীংথক্তা, খুদোং কয়া চাদবা, য়াম্না ঙম্বা, মত্তুদগী করিগুম্বা শে য়হুনা নাম্বদা হিংবগী থবক লৈতবা, শিরগদবা মফম অমদা, মানা অমুক হন্না মণিপুরদা নিংথৌ ওইরগদবা লৈরবদি, নুংপাক অসিদা খৌসাবদা শোয়দবা ওইসনু, নিংথৌ ওইরোইদবা লৈরবদি নুংপাক অসিদগী ওন্থনা শিরসনু হায়না রাশকুনা খৌসাবদা, কার্ত্তা শোয়খিদে, নুংপাক অত্তুদা খোঙগুন কুৎতক তৌনা লৈহৌই। মরম অত্তুদগী খৌসারোন অত্তুবু মরাম নুংসেৎপা কৌখি।

মরাম নুংচোংবা খৌসা :—কার্ত্তানা খৃঃ ১৭৬৫ গী লাঞ্জেনবদা, খেবু চীংদা চীংথক্তগী চোংথখিবদা লোকখদা, নুং অমগী মথক্তা লেপতুনা লৈরমই। মফমত্তুদা কার্ত্তানা নুং মথক্তা খৌসাবা খোঙকম কুৎতক তৌনা লৈহৌই, মত্তবু মৈতৈনা মরাম নুংচোংবা খৌসারোন হায়নখি।

মরাম নুংসেপ্পা খৌসা :—কার্ত্তানা অমুম মথং মথং চীংদা লানচেল্লকপদা, মাও, মরাম, মখান, খেইজুমান, হাওখুল য়ৌরকপদা, রাশকুনা মণিপুরদা অমুক হন্না নিংথৌ ওইনা পাল্লগদবা লৈরবদি সাক্ষী প্রমাণ পীবিয়ু হায়না রাশকুনা খৌসাবদা, নুং অমগী মথক্তা খোঙকম কুৎতক তৌনা লৈহৌই, মরম অত্তুদগী খৌসারোন অত্তুবু মরাম নুংসেপপা কৌখি।

খুঙ্গাও-লৈচাউ :— লৈসেম-লৈতাই, লৈতাই-নোংদাই—লৈবাক প্রজা হুৎচাইনবা, চাওথংনবা শাবা খৌসাবু খুঙ্গাউ-লৈচাউনচিংবা খৌসারোন হায়না কৌএ।

খুন্তাক লৈতাক :—মীগী লৈবাক লোই চন্নবা, মাঙনবা, পাখংবগী ময়েক পাকল মথক্তা শাবা খৌসাবু খুন্তাক লৈতাক খৌসা কৌএ।

মৈত্রবাক্তা ওজাশিং অহুম্না তা খৌসারোন মরোন খরা চোংহ্না পম্বিরমই, খৌসারোন মরোন অমত্তদা খোঙচোং মান্নদবা, খর-খরা খেন্নবা ওইনা তৌই, ওজাশিং অহুদি :—

১। হিজম নৌতুন সিংহ—সাং চীংঙামকক নামৈরাকপম লৈকাই।

২। লাইশ্রম মুক্তা সিংহ—সাং সগোলবন্দ।

৩। তোংব্রম চাওয়াইমা সিংহ—সাং কাংঙবম লৈকাই, সগোলবন্দ।

মখাদা ওজাশিং অহুমগী খৌসারোন, খোঙচোং, খোডনিক, কুপনা শুগ.য়না ইরি।

# তা খৌসারোন

তা খৌসারোনসি মরু ওইবদি মরিতনি, মরিসিগী মতুংদা অমমমদা ২।৩।৫।৭ থোক্না খায়দোকপা য়াওরি। অহুগা ইংতাপ তোপপা খৌসা খরম্সু লৈ হায়নবগা, ডয়মক্না খৌসারোনসি ২৫ রোম স্মুরি, মহুদি :—

১। মৈতৈ খৌসা ১। (১) অনোয় খৌসা—হিজম নৌতুনগী মত।
২। (২) পালান্দবী খৌসা—লাইশ্রম মুক্তাগী।

২। কপুই খৌসা ৩। (১) কপুই খুলেন—লাইশ্রম মুক্তাগী মত।
৪। (২) কপুই য়েনখাও—হিজম নৌতুনগী মত।
৫। (৩) তামৈ কপুই—তোংব্রম চাওয়াইমগী মত।

৩। তাংখুল খৌসা ৬। (১) তাংখুল খৌসা— হিজম নৌতুন মরোন
৭। (২) তাংখুল „ —লাইশ্রম মুক্তাসিংগী „
৮। (৩) অথৌ তাংখুল—তোংব্রম চাওয়াইমা „
৯। (৪) খেং খৌসা— „ „ „
১০। (৫) খুঙাও-লৈচাও— „ „ „

১১। (৬) খুম্ভাক-লৈভাক—তোংব্রম চাওবাইমগী মরোন

১২। (৭) পল্লিং-পনমাঙ— ,, ,, ,,

ঙ। মরাম খোৌসা ১৩। (১) মরাম মচা খোৌসা - হিজম নৌতুন

১৪। (২) মরাম ,, ,, —লাইশ্রম মুক্তা

১৫। (৩) মরাম ,, ,, —তোংব্রম চাওবাইমা

১৬। (১) ,, অচৌবা ,, —হিজম নৌতুন

১৭। (২) ,, ,, ,, —লাইশ্রম মুক্তা

১৮। (৩) ,, ,, ,, —তোংব্রম চাওবাইমা

১৯। মরাম নূংসেপপা, নূংসেংপা, নূংচোংবা — হিজম নৌতুন

২০। মরাম নূংসেপপা — তোংব্রম চাওবাইমা

২১। মরাম নূংসেংপা —লাইশ্রম মুক্তা

২২। মরাম নূংচোংবা — ,, ,,

২৩। লুপী খোৌ (লুথ্রাবী) ,, ,,

২৪। শৈন খোৌসা — ,, ,,

২৫। পঙেং মরিং—অতোপপা ওজা অমগী মরোন

হিজম নৌতুন সিংহ লাইকম লাকপা সাং চৌংথামথক নামৈরাকপম লৈকাইদা লৈরবগী অসি খোৌসারোনগী মরোন।

১। মৈতৈ খোৌসারোন (অনোয় খোৌসা)।

২। কবুই খোৌসারোন (কবুই রেনগাও)।

৩। মরাম মচা খোৌসারোন

৪। মরাম অচৌবা খোৌসারোন

৫। মরাম নূংসেপপা খৌসারোন ( নূংসেৎপা, নূংচেংবা )।

৬। তাংখুল খৌসারোন।

ওজাশিংনা তাংখুল খৌসাসি ৬/৭ থোক্লা খায়দোকপা য়াওই।

মতুদি :—

(১) পম্লিং-পনমাঙ খৌসা—( সৌ কাইবগী মতাং )

(২) অথৌ তাংখুল ,, —( লান য়েংবা লান কোয়বগী মতাং )

(৩) থেং ১দি থেন ,, —( সৌ নেৎপগী মতাং )

(৪) থেংকৌ খৌসা ,, —( শা খিনবগী মতাং )

(৫) লৈতাই-নাংদাই খুজাও-লৈচাউ ,, —( সৌ নেৎলগা হনবদা খোঙ তপ তপ নেৎলগা হনবগী মতাং )

(৬) লৈতাক-খুত্তাক ,, —( সৌ নেৎলগা হনবদা খোঙ খেংনা কাওথোক্লা হনবা মতাং )

(৭) তাংখুল ,, —পুম্নমক্লা পুল্লগা কৌবা মমিং।

ওজাসিগী মরোল্দা :—

১। সালামি অসি মখল ৩ সুই (১) খোঙ রাংনা চোংতুনা, ভা লয়তুনা তৌবা অমা।

(২) খোঙ নেন্না চোংতুনা ভাম্বু তপ্না লয়তুনা তৌবা অমা।

(৩) ভা তুল্লগা ওকুনা লয়তুনা সালামি তৌবা অমা।

২। সৌ অসি মখল ২ সুরি— (১) খুয়া সৌ নেন্না কাইবা অমা।

(২) খুরাই সৌ রাংনা নেৎপা অমা।

হিজম নৌতুন লাইকম লাকপগী মরোন ।

তা খৌসারোন পাকল ।

খৌসারোন পাকল




১। মৈতৈ খৌসারোন পাকল ( অনোয় )




২। কবুই খৌসারোন পাকল ( য়েনগাউ )।




৩। তাংখুল খৌসারোন পাকল ।




৪। নরাম মচা খৌসারোন পাকল ।




৫। মরাম অচৌবা খৌসারোন পাফল।




৬। মরাম নুংসেপ্পা খৌসারোন পাফল।

১। মৈতৈ খৌসারোন—হিজম নৌতুন লাইফম লাকপগী মরোল।

কৌব্রু অরাং মার্জীং




মৈতৈ খৌসারোন পাফল।

থাংজীং ওয়াংব্রেন

(১) সাজামি—য়েংকী খুৎনা তা খুৎনা পায়রো। ওইনা চুক্ত পায়রো। পাফলগী ময়ায় ১ থাবা খোঙকমদা খোঙ ২ পুন্না লেপও। মায় থাংজীং, মোইরাং, সনখোং পাংনা ওল্লো।

তা ওই-য়েত্তা লয়ফুনা য়েংকী সেগাদা য়েল্লগা লুকখহনা কোক নোন্না অত্যা গুরু খুরুমও, অতুগা তা শংলো।

(২) খোঙ নিকও—হকচাং, খোঙ খরা নমথরগা, য়েৎকী খোঙ খিত্তং থাঙৎলগা নিকও। অতুম্না অমুক নমথরগা ওইগী খোঙ নিকও।

(৩) হকচাং নোয়য়ো—১ থাবা মফমতুদা য়েৎকী খোঙ হান্না চোংতুনা খোঙচোং ১১ রক চোংতুনা হকচাংপুম্বা তিনফা ইরোইবগুম্না ১১ রক নোয়য়ো।

(৪) মতুদগী ওইগী খোঙনা হান্না চোংতুনা খোঙচোং ১১ রক চোংতুনা চৎলগা ২ সুবা থাংজীং থাবা খোঙকম য়োরগা, মফমতুদা য়েৎকী খোঙনা হান্না চোংতুনা, খোঙ রাংনা রাংনা চোংতুনা ১১ রক নোয়য়ো। অতুদগী মায় অরাং কৌক্র পাংনা ওল্লগা,

(৫) ওইগী খোঙনা হান্না চোংনা, খোঙচোং ১১ রক্তা ৩ সুবা কৌক্র থাবা খোঙকম য়োরগা, য়েৎকী খোঙনা হান্না চোংতুনা, খোঙ ২ মক রাংনা রাংনা চোংতুনা ১১ রক চোংতুনা নোয়য়ো। মতুদগী মায় য়েৎলোম লয়তুনা নোংপোক পাংনা মাজীং থাবা খোঙ-কম ৪ সুবদা ওইগী খোঙনা হান্না চোংতুনা খোঙচোং ১১ রক চোংতুনা চৎলগা মফমতুদা য়েৎকী খোঙনা হান্না চোংতুনা ১১ রক নোয়য়ো।

(৬) মতুদগী য়েৎলোম লয়তুনা, ওইগী খোঙনা হান্না চোংতুনা ১১ রক সুনা চোংতুনা চৎলগা ৫ সুবা রাংত্রেন থাবা খোঙকমদা য়োরগা মতুদা য়েৎকী খোঙনা হান্না রাংনা রাংনা চোংতুনা খোঙ ২ মক ১১ রক চোংতুনা নোয়য়ো।

(৭) সলামি—৫ সুবা খোঙকম অতুদা, তা ওই-য়েত্তা লয়তুনা য়েৎকী সেগাদা তা য়েপ্পগা, কোক নোন্না তা লুকা লৈবাক নিংথৌ খুরুম্না লোইয়ো।

মথক্কী অশুম্না ২/৩ লক হন্দুনা খোঙফম ১ থাবদা খোঙ ২ পুম্না, মায় ২ সুবা খোঙফংন্নাম ওন্না লেপও।

(৩) খোঙ নিকও—খোঙফম ১ দা খোঙ ২ পুন্না লেপ্লগা, হকচাং কপ্পাক থন্না কোন্না নমথরগা হৌগংলকপদা য়েংকী খোঙ থিত্তং থাঙংলগা নিকও। অচুম্না অমুক নমথরগা, ওইগী খোঙসু থাঙংলক্না নিকও।

(৪) সৌ কাইয়ো—খোঙফম ১ দগী ওইগী খোঙ চোংথংলগা অচুম্বক থাবা, য়েংকী খুদোন ২ সুবা খোঙফমদা তিংও।

হকচাং মাঙলোম লুকথনা, চুঙ তাদোমসু খুদোন তন্না কন্না তান্না, চোংহুনা য়েংকী খুদোন খোঙফম ২,১ গী মরক্তা তিংবা ওইগী খুদোন ২ দা সং তিংবা, ওই সং চিংশিন্দুনা ২, ১ গী মরক্তা থবগা য়েং ২, ৩ গী মরক্তা তিংবা। ওইগী খুদোন সং ৩ দা তিংবদা লকক্ তৌনা তান অমা পীরমও।

মসিগী সৌ মকাইসি, খুয়া সৌ ওইবা মরম্না, হকচাং মাঙলোম লুকথনা, খোঙ ২ সি মাঙলোম সং-সং তিংবা, হনবসু সং-সং হনবা, হকচাংগা লোয়নননা খোঙ ২ সি নৈমায়দা সং-সং সিত্তোক সিংচিন তৌনা তাসু; চুঙসু খোঙনা খুদোন তিংনা থুদিংদা, য়েং ওইগী খুদোন তন্না চক-চক, চক-চক, থিনবা সৌ মকাইনি।

মথক্কী অশুম্না, ৩ সুবা খোঙফমদগী ওইগী খুদোন্দু সং চিংশিন্দুনা ২, ৩ গী মরক্তা হন্না থাও। য়েংকী খুদোন ৩ সুবদা সং তিংলুও। অসিদগী অমুক সৌ কাইবা হৌগনি।

য়েংকী খুদোন তিংলুবস্থ সং চিংশিন্দুনা ৩, ৩ সুবগী মরক্তা থাও, ওইগী খুদোন ৩, ৪ গী মরক্তা তিংও, ওইগী খুদোন সং চিংশিন্না ৩ দা হনবগা, য়েংকী খুদোন ৪ দা সং তিংও, য়েংকী খুদোন চিংশিন্না ৩, ৪ গী মরক্তা হনবগা, ওইগী খুদোন ৪ দা সং তিংও। মসিদা লকক তৌনা তাল অমা পিরমও।

মথক্কী অসুম্না অমুকসু ওইগী খুদোল ৩, ৪ গী মরক্তা সং হনবগা, য়েংকী খুদোল ৪ দা থিংলুও। অসুম্না খোঙকম ৫ য়োবা সো কাইরগা অকোনবা য়েংকী খোঙনা থিংবা মতমদা, মতাঙদা সো কাইবা লোইও, কাইরুরিবা সো ময়াম অত্থু খোত্তোক্লবা হনগনি।

(৫) হল্লো:— হকচাং উপথনা, পাকথনা, মাঙলোম নোম্থোও, য়েংকী খোঙ হান্না তুংলোম শিংনা, ওইসু মতুগা ইরোয়ননা শিংনা ৩/৪ রক শিংতুনা তুং হল্লগা হান্নগী খোঙকম ১ দা য়োও। খোঙকম ১ দা য়েংকী খোঙ লৈহৌরগা, ওইগী খোঙ তুংলোমদা সং থিংথোকও, হকচাং মাঙলোম পাকথোও, অত্থুদগী ওইগী খোঙ মাঙলোম লাকুনা ১ দা থাও, য়েংকী খোঙ চোংথংতুনা ২ দা থাও। ওইনা অমুক মাঙলোমদা কপ্লাক কোন্না ফুং কাওথোক্লা থিংতুনা, হকচাং থেক লোংনা, তাম্সু থুং রাংনা থিংনা থাঙ্গংনা লৈয়ো।

অত্তুদগী হকচাং য়েংলোম হুং লৈথনা পাকথতুনা; ওইগী খুদোল মাঙলোম ওইরোম থিংলহত্‌, তুংলোম য়েংকী কপ্লাক মপাদা কোনশিন্না, খুয়া লোংনা উংলগা, য়েংলগা চোংথংতুনা, মথক্তা হায়রিবা ২ সুবগী মহনগা মান্নমা হন্দুনা, হান্নগী খোঙকম ১ দা খোঙ ২ পুন্না লেপও।

(৬) খোঙ থীল্লগা হোংলো—১ দা।

থীলবা:— হকচাং থথা নমথোও, কপ্লাক থরা কোল্লো, ওইগী খোঙপাক হান্না লৈপাক্তা থীল্লো, য়েংকীসু থুনা মতুংইন্না থীল্লো, অত্তুগা ওইগী খোঙপাক থীলবনা লোইয়ো। অসুম্না খোঙ ২ সি ২/৩ লক থীল্লো।

হোংপা-খোংপা:—হকচাং মাঙলোম লুক,কপ্লাক কোন্না, ওইগী খুদোল্লা ওইরোম হোংনা কোথোক্লা খোংলো, ৩ লক হোংলো। মখোত্তি—

ওইগী খুদোল্লা মৈলপাক্তা য়োংনা চোংখংলগা তারবা য়েংকী খুদোনসু চোংহুনা তাও। অসুন্না ওইগী খুদোন্না ওইরোমদা ৩ লক খোংলগা অমুক খোঙ ২ থীন্নগা, য়েংকী খুদোন্না, য়েংলোমদা ৩ লক খোং-লো। অসুন্না খাঙ ওই-য়েং, ওইনা ৬।৩ লক খোংলো।

(৭) উরোক মখা শেংলোঃ— খোঙ ২ মক পুন্না, খুকউ শয়না, য়েংকী খুদোন্না মাঙ থানা, খুকউদগী খুদোন ফাক্না চোংখংলো, তারকপদা খুদোন ২ পুন্না তাও।

অমুক খুকউ ২ শয়না, য়েংকী খুদোন্না তুং থানা ফাক্না চোংখংলো, তারকপদা খুদোন ২ পুন্না তাও। মসিবু উরোক মখা শেংপা মচোং কৌএ। অসুন্না য়েংনা হান্না মাঙ থানা শেংলো, ওইনা অমুক মাঙ থানা শেংলো।

(৮) সৌ নেংলোঃ— ওইগী খোঙ হান্না চোংখংলগা খোঙফম ১ দা তারবা য়েংকী খোঙ শংনা তিংনা খোঙফম ২ সুবগী a থাবা সার্কল তঙ্খায় অহু খুদোন্না তিংনা কোংনা কোয়রগা চোংখংতুনা খোঙফম ২ দা তিংনা নেংলো।

অসুন্না ওইগী খোঙ চোংখংতুনা ২ দা থাবগা, য়েংনা ৩ দগী b থাবা সার্কল তঙ্খায় খুদোন্না তিংনা কোংনা কোয়রগা চোংখংতুনা ২ দা তাও। ওই চোংখংতুনা ৩ সুবদা তিংনা নেংলো।

অসুন্না ওইনা চোংহুনা ৩ দা তারগা, য়েংনা ৪ দগী c থাবা সার্কল তঙ্খায় খুদোন্না তিংনা কোংনা কোয়রগা, চোংহুনা ৩ দা নেংলো, ওই চোংহুনা ৪ দা তিংনা নেংলো।

অসুন্না অমুক ওইনা চোংখংতুনা ৪ দা নেংথবগা য়েংনা ৫ দগী d থাবা সার্কল তঙ্খায় কোয়না কোংনা মৈরগা চোংখংতুনা ৪ দা নেংথবদা, ওইনা চোংখংতুনা ৫ দা তিংনা নেংলো।

অসুম্না সৌ নেৎপা লোইরগা হান্না হনরগুম হন্দুনা হান্নগী খোঙফম ১ দা খোঙ ২ মক লেপও।

(৯) লান য়েংও:— ওঙ্কিবা মায়কৈহুদা, নীঙ্গাওনা, খোঙ ২ ফাক্লা ফম-জরগা, খোঙ ২ ফাক্লা ভিংনা, য়েৎলোম লয়না চোংখৎনা, খুৎ ২ সু কন্দোক্লা, থংনবা মায়কৈরোম ওন্না লম তান্না লান য়েংও।

মথক্কী অসুম্না মায়কৈ ৪ সুনা লান য়েংও।

(১০) লান কোয়য়োঃ— খোঙফম ১ দা খোঙ থীঙ্গা য়েৎকী খে ঙনা য়েৎ-লোম শেৎনা শেৎনা; কাওনা কাওনা, চোংনা চোংনা য়েৎলোম A থাবরোমদগী হৌনা লান কোয়য়ো, অসুম্না তাসু য়ুংনা, খুত্তগী থাদোক থাদোক্লা, য়েৎলোম লনা লয়না, খুৎনা পাক পাক ওক্লা কোয়বনা সার্কল থুংনা কোয়রগা, হান্নগী মফম ১ দা খোঙ ২ মক পুমচোং চোংখৎতুনা পুন্না তাহনা লেপও।

(১১) শা থৎলগা থিল্লোঃ— খোঙফম ১ দা খোঙ থীল্লগা য়েৎলোম হান্না থীন্না থীন্না চৎতুনা শা থৎলো, অতুম্না খোঙ থীন্না থীন্না ওইরোমদসু চৎতুনা শা থৎলো। অতুগা হকচাং য়েৎলাম লয়রপ তৌনা খোঙ থীল্লগা য়েৎকী খোঙনা হান্না য়েৎলোম শেৎনা কাওরক্লগা চোংশিন-তুনা ২ দা খোঙ ২ তাবদা তা অতুনা চুঙগী মপান্দা শা থিল্লো।

অতুম্না অমুকসু য়েৎনা য়েৎলোম শেৎনা কাওনা, চোংশিন্দুনা ৩ দা খোঙ ২ তাবগা, চুঙগী মপান্দা তানা শাবু থিল্লো।

অতুম্না অমুকসু চোংশিন্দুনা ৪ সুবদা তাবদা ওইগী খোঙ থুপ্না ওইরোম রাংন্না থাঙ্গৎলগা চুঙগী মনুংদা শাবু কোনশিল্লগা, চুঙগী মনুংদা শারাউ লাল্লাউখোন হাঃ হায়বা লাউতনা শা থিল্লো।

অম্মুন্না শা থিন্দুনা ফারগা, ওইগী খোঙ ৪ দা থাক্লুনা, য়েৎকী খোঙ য়েৎলোম রাংনা থাঙ্গৎনা, তা য়েৎলোমদা রাংনা থাগৎতুনা, ওইগী খোঙদা লেপও।

(১২) সলামিঃ—ওইগী খোঙদা লেপল্লবত্তুদগী, য়েৎকী খোঙনা ওইরোম কোংনা, হাইগৎনা, শেৎনা চোংনা ৪ দা তারগা, তাম্মু ওইরোম কোংনা লয়য়ো, অত্তুগা ওইগী খোঙনা য়েৎলোম কোংনা শেৎলগা, চোংনা ৫ দা তাবদা তাম্মু য়েৎলোম কোংনা লয়হুনা, য়েৎকী সেগাদা য়েপ্লগা তাদোন লুকথনা, হকচাং কোক নোম্না, লৈবাক নিংথৌবু থুরুমও।

# ৩। মরাম মচা খোঁসারোন

* হিজম নৌতুন লাইকম লাকপা।




মরাম মচা খোঁসারোন পাক্কল।

(১) খোঙ ২ নিকওঃ— হকচাং নমথনা কপ্পাক কোম্না ফমথরগা হোঁগৎলকপদা য়েৎকী খোঙ খিত্তং থাঙ্গৎলগা খুদোন নিকও। অত্তুম্না অমুক ফমথরগা হোঁগৎলকপদা ওইগী খোঙসু নিকও।

(২) সলামিঃ— য়েৎকী খোঙনা ওইরোম কোংনা হাইগৎনা চোংখৎপগা লোয়ননা তাম্মু ওইরোম কোংনা লৈরগা খোঙকম ২ দা তাও। ওইগী খোঙনা ৩ দা তাও।

অতম্না অমুকসু য়েৎকী খোঙনা ওইরোম্র কোৎনা চোংখৎনা তানা য়েৎলোম কোৎনা লয়ন্নে অতুগা য়েৎকী মেগাদা য়েপও। য়েৎকী খোঙনা ৪ দা তাও। ওইগী খোঙ রাংনা মুপনা মৈরগা য়েৎকী খোঙনা পুমচোং চোংখংলো, তারকপদা ওইগী খুদোল্দা তিংও, তাদোন সুবথনা, হকচাং নমথনা কোক লোন্না ২ রক পুম-চোং পুমচোং চোংখৎনা অত্যা গুরুবু খুরুমও।

(৩) হল্লো :—৪সুবা খোঙফমদা লেপ্পনা, য়েৎলোম মৈতুনা হকচাং নমথনা, ওইগী খোঙপাক্কা ওইরোম কাওনা কাওনা, শেৎনা শেৎনা, য়েৎনা য়েৎলোম হন্না হন্না, চোংনা চোংনা হল্লো। অতুম্না ২ রক হল্লগা ওইরোম অমুক লয়তুনা, য়েৎকী খোঙনা য়েৎলোম কাওনা কাওনা ওইনা ওইরোম হন্না হন্না শেংনা চোংনা হল্লো। অতুম্না য়েৎ-ওই লয়না লয়না খোঙফম ১ য়োবা হল্লো, মায় ২ রোম ওল্লো।

(৪) সো কায়য়ো :—১ দগী খোঙ ২ মক পুমচোং চোংলগা, ওইনা ২ দা তাবা, য়েৎনা ৩ দা তিংবা, অমুক চোংখৎতুনা য়েৎনা ৩ দা তাবা, ওই তুংলোম তিংতুনা, হকচাং উপথনা অমুক চোংতুনা ৪ দা ওই তাবা, হকচাং লোংখৎনা য়েৎনা ৪ দা তাবা, ওইনা ৫ দা তিংবা। য়েৎলোম লয়তুনা ৪ দা খোঙ ২ পুল্লো। অতুদগী মথক্কী হুনবগুম্না হল্লো।

(৫) খোঙ থীল্লো, খেৎলো :—য়েৎকী খোঙনা ৩ লক থাল্লগা ৩ লক খুদোল্লা য়েৎলোম খোত্তোক্কা খোৎলো, ওইগী খুদোনসু য়েৎলোম খোত্তোক্কা খোৎলো, অতুন্না ওইনা ৩ লক থীল্লগা ৩ লক ওইরোমদা খোৎলো, য়েৎসু ওইগী তুংইন্না ওইরোম খোৎলো।

(৬) উরোক মথা সেংলো :—য়েৎনা অমুক, ওইনা অমুক অনিরক শেৎ-লো।

(৭) সোঁ নেৎলো :—ওইনা হায়্না চোংখৎলগা ১ দা তাবা, য়েৎকী খুদোম্না ২ দগী সার্কল তথ্য়ু ৪ কোয়না কোৎলগা চোংখৎতুনা ১ দা তাবা, ওইনা চোংখৎলগা কপ্লাক কোয়্না, খুদোম্না তনোপ তনোপ ২ দা নেৎলো। অতুন্না ৫ সুবা ফাওবা সোঁ ৫ রক নেৎলো।

(৮) লান য়েংও :—খোঙ ২ পুম্না লেপ্পনা, ফমথরগা হৌগৎলকপদা য়েৎ-লোম লয়তুনা, খোঙ ফাক্না, খুদোন্দা লেপতুনা চোংখৎনা, থানবা মায়কৈদা খুৎ ২ সু ফন্দোক্না দম লাপন, লান য়েংও। মায়কৈ ৪ য়েংও।

(৯) লান কোয়য়ো :—হকচাং নমথনা, খোঙ য়েৎনা হায়্না য়েৎলোমদা খোৎনা, শেৎনা য়েৎলোমগী কোয়য়ো। তাম্সু লয়না লয়না কোয়য়ো।

(১০) শা থৎলগা থিল্লো :—খোঙ থীল্লগা, য়েৎলোম থীন্না-থীন্না চত্তুনা থৎলো, অমুক থীন্না থীন্না ওইরেমদসু থৎলো।

খোঙ থীল্লগা য়েৎকী খোঙনা হায়্না মাৎলোমদা চোংশিন্দুনা চুঙগী মপান্দা শা থিল্লো। অতুন্না অমুকসু খোঙ থীল্লগা য়েৎনা হায়্না চোংশিন্দুনা চুঙগী মপান্দা শা থিল্লো। অতুন্না অমুকসু খোঙ থীল্লগা য়েৎকী খোঙ খোৎনা শেৎনা চোংশিন্দুনা, চুঙনা শবু কোনথিন্না চুঙগী মখুংদা, হাঃ হায়-। শারাউ লাল্ল উগোন লাউহ্না শা থিল্লো। ওইগী খোঙ তুম্না রাংনা থাঙৎলো। ওইগী খোঙ থাম্নগা য়েৎনা রাংনা চোংখৎতুনা তা শৎলগা।

(১১) সলামি :—য়েৎনা ওইরোম কোৎনা, তাম্সু ওইরোম কোৎনা, লৈরগা ওইনা অমুক চোংলগা তা সেগা য়েপ্পগা লৈবাক নিংথৌ খুরুমও।

# ৪। মরাম অচোবা খোৎসারোন

-হিজম নৌতুন।




মরাম অচোবা খোৎসারোন পাফল।

(১) খোঙ ২ নিকও :—খুকউ ফম্ন', চুঙ তা ফন্দোক্লা নিঙ্োংনা ফমথোও। খুদোন্না লেপ্লগা হৌগৎলকপদা য়েংকী খোঙ খিত্তং থাঙ্গৎলগা নিকও। অতুন্না অমুক ফমথরগা হৌগৎপদা ওইস্নু নিকও।

(২) সলামি তৌও :—মরাম মচাগী সলামি মওংদা তৌও।

(৩) হল্লো :—মরাম মচাগী মহনগুম হল্লো।

(৪) সৌ কাইয়ো :—খোঙফম ১ দগী য়েং চোংতুনা ৬ তা নেৎলো, ওই চোংতুনা ৭ তা তারগা নেৎলো, য়েৎন অমুক চোংতুনা ৪ দা নেৎলো, খোঙ ২ খোঙফম ৪ দা পুল্লো।

(৫) খোঙ থীল্লগা খোৎলো :—৪ দা খোঙ য়েৎ থীল্লগা য়েৎনা য়েৎলোম খোৎলো, ওইস্নু ইরোয়ননা খোৎলো, অতুন্না ৩ লক খোৎলো। ওইনা ৭ তা চোংলগা মতুদা ওইনা থীল্লগা ওইনা ওইরোম খুদোন খোৎলো, য়েৎস্নু ইরোয়ননা খোৎলো, অতুন্না ৩ লক খোৎলো। য়েৎনা অমুক ৬ তা চোংতুনা তারগা মতুদা খোঙ থীল্লগা য়েৎনা য়েৎলোম ৩ লক খোৎলো, ওইস্নু ইরোয়ননা খোৎলো। অতুদগী ওইনা ১ দা চোংতুনা তারগা মতুদা খোঙ থীল্লগা ওইনা হান্না

ওইরোমদা য়েংসু য়াওনা ৩ লক খোংলগা অমুক থীল্লগা য়েংনা হাম্না য়েংলোমদা ওইসু য়াওনা ৩ লক খোংলো।

(৬) উরোক্ক মথা শেংলো :—মথক্কী মরাম মচাগী অহুম্না শেংলো।

(৭) সৌ নেংলো :— ওই চোংহুনা ১ দা তাবগা, য়েংকী খুদোন তিংনা ২ দগী ৪ সার্কল তজ্ঞায় কোয়না চোংহুনা ১ দা তাবগা. ওইগী খুদোন ২ দা তিংলুও, ওই হন্দুনা ১ দা তারগা, য়েং মাঙলোম কাওনা চোংখত্তুনা ১ দা তাবগা, ওই কপ্লাক কোম্না তনোপ তনোপ ২ দা সৌ নেংলো। মসুম্না ৪/৫ রক নেংলো।

(৮) হল্লগা লান য়েংও :— মথক্কী মহনগুম হল্লগা, ১ দা মথক্কী লান ময়েং-গুম মায়কৈ ৪ লান য়েংও।

(৯) লান কোয়য়ো :—মথক্কী মরাম মচাগী মত্তৌগুম লান কোয়য়ো।

(১০) শা থংলগা থিল্লো :- খোঙ থীন্দুনা য়েংলোম ২/৩ লক চংনা থংলো, থীল্লগা অমুক ওইরোম চংনা থংলো।

খোঙ থীল্লগা য়েংনা কাওথোক্লা মাঙলোম চোংশিন্দুনা চুঙগী মপান্দা শাবু তানা থিল্লো।

অহুম্না অমুকসু খোঙ য়েংনা চোংশিন্দুনা চুঙগী মপান্দা শা থিল্লো।

অকোনবদা য়েংনা চোংশিন্দুনা শাবু চুঙনা কোনশিন্দুনা কাবগুম চুঙগী মখুংদা ওইগী খোঙ থুম্না য়াংনা থাকংলগা, চুঙগী মখুংদা তানা শাবু থিল্লো, শিনবদা হাঃ হায়না খুরাউ লাক্লড্রিখোন লাউহুনা থিল্লো।

(১১) সলামি :—ওইগী খোঙ থাবগা, য়েং রাজ্ঞা থাকংহুনা তাম্ব শংলো, খোঙ য়েংনা ওইরোম কোংনা চোংনা তাম্ব লয়না ওইনা য়েংলোম চোংনা, তাম্ব য়েংলোম লয়না য়েংকী য়েংদা য়েংহুনা সলামি তৌও।

# ৩। মরাম নুংসেপ্পা-নুংচোংবা খোঁসা

—হিজম নৌতুন




মরাম নুংসেপ্পা-নুংচোংবা খোঁসারোন পাকল।

(১) সলামি :—খোঙকম ১ দগী তাতু মাঙলোমদা হল্লো, খোঙকম ২, ৩, ৪, ৫ ক্ষাওবা, য়েংনা হান্না চোংনা চেন্দুনা তা ওক্লগা, তাহ্ন য়েংলোম ওইরোম নৈরগা য়েংকী সেগাদা য়েপ্পগা, অদোন লুকথনা কোক নোম্না অত্যা গুরু খুরুমও।

(২) হল্লো :—সলামি মতুংদা হকচাং রেংলোম নৈরগা, নমথনা ওইগী খোঙপাক্লা ওইরোম কাওনা শেংনা, য়েংনা য়েংলোমদা চোংনা চোংনা ২ রক হল্লো, ওইরোম অমুক লয়হুনা, য়েংকী খোঙপাক্লা য়েংলোম কাওথোক্লা, ওইনা ওইরোম চোংনা চোংনা ২ রক হল্লো। অমুম্না য়েংলোম অমুক ওইরোম অমুক লয় লয়না ২/৩ রক হন্দুনা খোঙকম ১ য়োরগা লেপও।

(৩) সৌ কাইয়ো :—খোঙকম ১ দগী খোঙ ২ পুন্না পুমচোং চোংহুনা ৩ লক চোংহুনা ৬, ৭, ৪ দা ওইগী খোঙ তারগা, য়েংনা মাঙলোম ৫ দা খুদোন তিংও।

৪ দা খোঙ য়েং হন্না চোংহুনা তারগা, ওইনা তুংলোম তিং-থোকও, হকচাং উপথনা পাকথরগা চোংহুনা ৪ দা ওই তাও, য়েংনা মাঙলোম চোংহুনা ৪ দা অমুক তাবগা, ওইনা মাঙলোম

কাওথোকও তিংনা, হকচাং থোক লোংও, তাম্মু রাংনা থাঙনা পায়য়ো। হকচাং য়েংলোম হুৎ লৈথনা থোঙ ২ থোঙফম ৪ দা পুল্লো।

৫ দা থোঙ থীল্লগা য়েংনা হন্না য়েংলোম থোংপদা ওইম্মু য়েংলোম থোংনিল্লো। ৩ লক থেংংলো। অদুদগী,

৭ তা থোঙ ওইনা চোংতুনা তারগা মতুদা থোঙ থীল্লগা ওইনা হান্না ওইরোম থেংনা য়েংম্মু ইরোয়রনবা ৩ লক থোংলো। অদুদগী,

৬ তা থোঙ য়েংনা চোংতুনা তারগা মতুদা য়েংনা থীল্লগা, য়েংনা য়েংলোম থোংপদা ওইম্মু য়েংলোম য়াওনা ৩ লক থোংলো। অতুগা ১ দা ওইনা চোংতুনা তারগা, মতুদা থোঙ থীল্লগা, ওইনা হান্না ওইরোম থোংপদা য়েংম্মু য়াওনা ৩ লক থোংলগা, থোঙ অমুক থান্দুনা য়েংনা হান্না য়েংলোম থেংপদা ওইম্মু য়াওনা ৩ লক থোংলো।

(৪) উরোক মথা শেংলো :- মরাম মচাগী মতৌগুম য়েং-ওই শেংলো।

(৫) সৌ নেংলো :—য়েংকী থোঙ চোংখংনা ১ দা নেংপদা, ওইনা কপ্পাক কোন্না, তনোপ তনোপ ২ দা সৌ নেংলো।

ওইগী থোঙ চোংখংতুনা ২ দা নেংপগা, য়েংনা কপ্পাক তনোপ তনোপ কোন্না ৩ সুবদা সৌ নেংলো।

য়েংনা চোংখংতুনা ৩ দা নেংপগা, ওইনা কপ্পাক তনোপ তনোপ খুদোন্না ৪ দা সৌ নেংলো।

ওই চোংখংতুনা ৪ দা নেংপগা, য়েংনা তনোপ তনোপ কোন্না ১ দা সৌ নেংলো। অতুদগী হায়গুম হল্লো।

(৬) লান য়েংও :- খৌসারোল মমাঙগী মতৌগুম মায়কৈ ৪ লান য়েংও।

(৭) লান কোইয়ো :—য়েৎকী খুদোন য়েৎলোম খোংনা কাওনা, য়েং-লোমদগী হৌনা চোংনা, ওইনা খুদোন ওইরোম খোংলম্লগা য়েৎকী মাডদা কারন চন্না চোংশিন্না কোইয়ো।

অম্বুম্না য়েৎনা হান্না খোংনা খোংনা, চোংনা চোংনা, ওইস্নু ওইরোম খোংনা খোংনা, য়েৎকী মাঙ থানা কারন চন্না চন্না চোংতুনা লান কোইয়ো।

(৮) শা থংলো :—খোং পীন্দুনা পীন্দুনা য়েৎলোম হান্না থংলগা, থীন-তুনা পীন্দুনা ওইরোম অমুক থংলো।

(৯) শা থিল্লো :— খোঙকম ১ দগী খোঙ পীল্লম্লগা, য়েৎনা য়েৎলোম কাপখোক্লা মাংলোম চোংশিন্দুনা, চুঙগী মপান্দা শা ২ রক থিল্লগা ৩ লক শুবদা চুংনা শা কোনশিন্দুনা চুঙগী মহুংদা, ওইগী খোঙ থুপ্পা রাংনা থাক্তংলগা, হাঃ হায়না শারাউ লাল্লাউখোন লাউতুনা শা থিল্লো।

শা থিল্লগা ওইগী খোঙ থাবগী য়েৎকী খোঙ রাংনা চোংথংপগা লোয়ননা তাস্নু শংতুনা রাংনা পায়রগা—

(১০) সলামি, লৈতাই-নেংদাই লৈনেংনা লোইয়ো :—হান্নগী মতৌগুম সলামি তৌও। খুরুউ ২ শুপচিন্না, পাকথনা, লৈপাক্তা, খুদোন ২ না, ওই-য়েং, তপ তপ, তপ তপ নেংনা তুং হন্না ৭ লক হন্না নেংলো।

# ৬। তাংখুল খোঁসারোন

—হিজম নৌতুন লাইফম লাকপা




তাংখুল খোঁসারোন পাফল।

(১) খোঙ ২ নিকও :—য়েৎকী খোঙ হান্না নিক্লগা ওই নিকও।

(২) সলান্নি :—খোঙকম ১ দা খোঙ ২ লেপ্লগা নেম্না চোংছুনা ওইগী খুদোন তিংনা ২ দা থাও, ইরোয়ননা তাম্নু ওইরোম কোৎনা লয়য়ো।

য়েৎকী খুদোন নেম্না চোংনা ৩ দা থাও, ইরোয়ননা তাম্নু য়েৎলোম লয়ছুনা য়েৎকী সেগাদা য়েপও।

ওইগী খুদোন তিংনা ৪ দা তাও।

মসিগী ফীবমদা হকচাং কোক নোম্না, তাদোন লুকখনা অন্ত্যা গুরুবু থুরুমও।

(৩) হল্লো :—৩ দা খোঙ ২ পুন্না লেপ্লগা, হকচাং তিংখৎলকপদা নাকল্লা য়েম্না তা শৎতুনা পায়রগা, হকচাং নমথরগা হৌগৎলকপদা ওইগী খুদোম্না ওইরোম হোৎনা, য়েৎকী খুদোম্না য়েৎলোম হোৎনা হল্লো। অচুম্না অমুক নমগরগা হৌগৎলকপদা ওই-য়েৎ হোৎনা হোৎনা ২/৩ লক হোৎনা হোৎনা হন্দুনা খোঙফম ১ য়োরগা লেপও।

(৪) সৌ কাইয়ো :—ওইগী খোঙ নেম্না, চোংনা ১ দা তাবগা, য়েংকী খুদোন তিংনা ২ গী মপাদা তিংও। চোংহুনা য়েং ২ দা তাও।

ওই নেম্না চোংহুনা ৩ গী মপাদা তিংলগা, চোংহুনা ২ দা থাও। অহুম্না নেম্না চোংহুনা য়েং ৪ গী মপাদা তিংলগা, চোংহুনা ৪ দা থাও। ওই চোংহুনা ৫ দা তিংলগা থাবদা, হকচাং য়েংলোমদা হুং পুম্নে লয়হুনা য়েংনা ৫ দা থাও।

য়েংনা ৫ দা থাবগা, ওইগী খুদোন ৪ দা তিংলগা চোংহুনা ৪ দা থাও। য়েংনা ৩ দা তিংলগা চোংহুনা ৩ দা থাও। ওইনা ২ দা খুদোন তিংলগা চোংহুনা ২ দা থাও।

য়েংনা ১ দা খুদোন তিংলগা চোংহুনা ১ দা থাবগা হকচাং ওই-রোম পুম্নে লৈহুনা ওই ১ দা থাহুনা খোঙ ২ পুল্লা।

(৫) খোঙ ২ থাল্লগা খোংলো :—খোঙ ২ নক ২/৩ নক থাল্লগা ওইগী খোঙ খুদোম্না ওইরোম ৩ লক খোংলো। খোঙ অমুক থাল্লগা য়েংকী খুদোম্না য়েংলোম ৩ লক খোংলো।

(৬) উরোক মথা শেংলো :—য়েং-ওই অনিরক শেংলো।

(৭) সৌ নেংলো :—ওইগী খুদোম্না চোংখাহুনা ১ দা নেংলো, য়েংকী খুদোম্না ২ দগী য়েংলোম ৪ থাবা সার্কল তত্মায় কোংনা কোয়রগা চোংহুনা ১ দা নেংলো।

ওই চোংথাহুনা ১ দগী খুদোম্না ওইরোম কোংনা ৩ থাবা সার্কল তত্মা মতু খুদোম্না কোংনা কোয়রগা চোংহুনা ২ দা নেংলো।

ওইনা চোংহুনা ২ দা নেংলগা, য়েংনা ৩ দগী খুদোম্না য়েং-লোম কোংনা c থাবা সার্কল তত্মায়কু খুদোম্না কোংনা কোয়রগা চোংহুনা ২ দা নেংলো। ওইনা ৩ পুবদগী খুদোম্না d থাবা সার্কল তত্মায় কোংনা কোয়রগা সৌ অহু কোংশিন্দুনা ৩ দা নেংলো।

ওইনা ৩ দা নেৎপগা, য়েৎকী খুদোল্লা ৪ দগী e থাবা সার্কল তল্খায় অহু কোৎনা সো কোৎশিল্লগা চোংহুনা ৩ দা নেৎপগা, ওইনা ৪ দগী সৌহু কোৎশিন্না f থাবা সার্কল তল্খায়দগী খোমজিল্লগা চোংহুনা ৪ দা নেৎলো।

অতুম্না ওইনা ৪ দা নেৎপগা, য়েৎনা ৫ দগী সৌ খুদোল্লা g গী সার্কল তল্খায়দা কোৎনা খোমজিল্লগা চোংহুনা ৪ দা নেৎপগা, ওইনা ৫ দগী h থাবা সার্কল তল্খায় সো কোৎনা খোল্লগা চোংহুনা ৪ দা নেৎলো।

(৮) হল্লো :—হকচাং নমথরগা হৌগংলকপাদা খুদোন ২ না লৈপাক্তা তপ তপ, তপ তপ,, নেৎনা নেৎনা, খুকউ ২ সুপচিন্না, খুদোন কন্না ২/৩ লক হল্লো।

(৯) লান য়েংও :—মথক্কী মরাম খৌসাগী লান ময়েংশুম মায়কৈ ৪ য়েংও।

(১০) লান কোইয়ো :—তাংখুল খৌসাগী লান কোইবদি অতিংবনি। খোঙ ২ কুপথাং কুপথাং থাংনা য়েৎলোমদগী সার্কল থুংনা কোইয়ো।

(১১) শা থংলগা থিল্লো :—খোঙ থীন্দুনা য়েৎলোম কৈনা ২/৩ লক চৎলগা থংলো, অতুম্না খোঙ থীন্দুনা থীন্দুনা ওইরোমম্ম থংলো। অহুদগী খোঙ থীল্লপা য়েৎকী খোঙ য়েৎলোম শেংনা কাওথোক্লল্লগা কৈনা মাঙলোন চোংশিনহুনা, চুঙগী মপাল ওইনা শাবু ভানা থীল্লো। অতুম্না অমুক্তা য়েৎনা চোংশিনহুনা শাবু চুঙনা কোনশিন্না ফাবশুম, চুঙগী মথংদা, খোঙ ওই থুপচিন্না ওইরোন রাংনা থাজৎনা হাং হয়না শারাউ লাল্লাউখোন লাউহুনা শা থীল্লো।

শা থাল্লগা, ওইগী খোঙ লৈপাক্তা থাবগা, য়েৎ য়েৎলোমদা চোংখৎনা থুপতুনা হকচাং তিংখৎনা তা শংলো, রাংনা শংল্লো।

(১১) সলামি :—য়েংনা ওইরোম কোংনা তাম্বু ওইরোম কোংনা লয়না, চোংহুনা তাবগা, ওইগী খোঙনা য়েংলোম কোংনা, তাম্বু য়েংলোম লয়না য়েংকী সেগাদা তা য়েপ্পগা হকচাং লুকনা তাদোনম্বু লুক্লা কোক নোগা, লৈবাক নিংথৌ অঙম্বা খুরুমও।

(১৩) লৈতাই-নোংদাই লৈনেং খোঙনেংনা লোইয়ো :—হকচাং নমথনা, খুকউ স্থপ্পা, খুদোন কম্না লৈপাক্তা খুদোম্না তপ তপ, তপ তপ, নেংনা নেংনা ৭ লক স্থনা নেংলো। লৈপাক মরা তপ্পবা, তাই-শিন্নবা খোঙনেংনে।

ওজাশিংনা তাংখুল খোৌসাসি ৬/৭ থোক্না খায়দোকপা য়াওই।

১। পঙ্গিং পনমাঙ—খোৌসা

২। অপ্পী তাংখুল—খোৌসা

৩। থেং নক্রগা থেন—খোৌসা

৪। থেক্রে—খোৌসা (মৈতৈ খোৌসারোন)

৫। লৈতাই-নোংদাই অমদি খুনজাউ-লৈচাউ—খোৌসা

৬। লৈতাক-খুন্তাক—খোৌসা

৭। তাংখুল—খোৌসা

---

# তা খোৌসারোন পাফল।

—লাইশ্রম মুক্তা সিংহ, সাং শগোলবন্দ।

১। মৈতৈ খোৌসারোন (পল্লান্দবী)

২। কবুই খোৌসারোন (কবুই খুম্লেন)

৩। তাংখুল খোৌসারোন

৪। মরাম মচা খোৌসারোন

৫। মরাম অচৌবা খোৎসারোন

৬। মরাম নূংসেংপা খোৎসারোন

৭। মরাম নুংচোংবা খোৎসারোন

৮। ছুপী খোৎসা

৯। খেন খোৎসা

ওজাসিগী মরোন্দা—

১। তা অসি চুম্না পায়রগা খোৎউ চোংহুনা ওই-য়েং লয়হুনা সেগাৎদা য়েপ্লগা সলাম্মি তৌই।

২। সৌগী মতাংদা (১) কাইবা সৌদি, খোৎউনা কোংনা তুংলোমদা কাইবা ১।

(২) মাউদা খুদোন থাজংনা কাইবা হমগা ২ নি।

৩। লানগী মতাংদা (১) হকচাং চোংথংহুনা, পাৎকথবগা নোয়না য়েংবা অমা।

(২) খোৎউ ওই-য়েং কাওখোক্লা লান য়েংবা অমা।

(৩) হকচাং পুমচোং চোংথংনা চোংনা, থুনা য়েংবা অমা।

(৪) হকচাং চোংথংনা, তাংকপা নিক্লা, হকচাং খুদোল কাউনা, ত[illegible] থং, মেনগা তৌনা নিক্লা য়েংবা অমা।

৪। শাগী মতাংদা (১) শা থংপা

(২) শা থিনবদি ২ রক্লা মথিল্লি।

# খোসারোন পাফল।

—লাইশ্রম মুক্তা সিংহ




১। মৈতৈ খোসারোন পাফল।




২। কবুই খোসারোন পাফল ( কবুই খুল্লেন )




৩। তাংখুল খোসারোল পাফল।




৪। মরান মচা খোসারোন পাফল।



৫। মরাম অচৌবা থৌসা পাকল।



৬। মরাম নুংসেংপা থৌসারোন পাকল




৭। মরাম নুংচোংবা খৌসারোন পাকপ।

৮। হুপী খো।

৯। খেন খৌসা।

# ১। মৈতৈ খৌসা

—লাইশ্রম মুক্তাসিং




১। মলামি :—১ দা খোঙ য়েং তিংনা থাও।
২ ,, ,, ওই কোম্না থাও। য়েংনা চোংতুনা
৩ ,, ,, য়েং থাও। ওই চোংতুনা ৩ দা থাও।
৪ ,, ,, য়েং চেংতুনা কোম্না লেপও।

৪ ,, ,, ওই খুদোন তিংলুও।
মসিদা তা ওই, য়েং লৈছুনা য়েংকী সেপ্পাদা
য়েপ্পগা লুকথনা সলামি তৌও।

তা ইন্দোল্লিগা থোঙ ওই, য়েং তুং হন্না হান্নগী মকম ১ দা থোঙ ২ পুন্না লেপও।

২। পালান্দবি পাফল লয়না চংলো :—

১ দা (ওই + য়েং), ১ দা ওই লৈহৌরগা, ওইরোম উপ্পা লয়ছুনা,
৩ তা য়েং থাও। ওইরোম লোংনা লয়ছুনা,
৭ ,, ওই থাও। ওইরোম উপ্পা লয়ছুনা,
৮ ,, য়েং থাও। অছুদগী ৭ তগী ওই হন্দুনা,
৯ ,, ওই থাও। ওইরোম উপ্পা লয়ছুনা,
০ ,, য়েং ,, । ওইরোম লোংনা লয়ছুনা,
১০ ,, ওই ,, । ওইরোম উপ্পা লয়ছুনা,
১১ ,, য়েং ,, । অছুদগী ১০ দগী ওই হন্দুনা,
১২ ,, ওই ,, । ওইরোম উপ্পা লয়ছুনা,
২ ,, য়েং ,, । ওইরোম লোংনা লয়ছুনা,
৬ ,, ওই ,, । ওইরোম উপ্পা লয়ছুনা,
১৩ ,, য়েং ,, । অছুগা ৬ তগী ওই হন্দুনা
৭ ,, ওই ,, । ওইরোম উপ্পা লয়ছুনা,
৯ ,, য়েং ,, । ওইরোম লোংনা লয়ছুনা,
১৪ ,, ওই ,, । ওইরোম উপ্পা লয়ছুনা,
৫ ,, য়েং ,, । অছুগা ১৪ দগী ওই হন্দুনা,
৪ ,, ওই ,, । ওইরোম উপ্পা লয়ছুনা,
৩ ,, য়েং ,, । ওইরোম লোংনা লয়ছুনা,
২ ,, ওই ,, । ওইরোম উপ্পা লয়ছুনা,
১ ,, য়েং ,, । মহুদা থোঙ ২ পুন্নো।

৩। সৌ কাইয়ো :—

১ দা খোঙ ২ থীন্দুনা, ওই কোম্না লৈহৌরগা চোংহ্নুনা

২ ,, য়েৎকী খুদোন তাও।

ওইগী খুদোম্না য়েৎকী কপ্লাক মপাদা তিংনা কোংলমও।

২ ,, চোংহ্নুনা ওইগী খুদোন ২ দা তাবগা, য়েৎকী খুদোন ওইগী কপ্লাক মপাদা তিংনা কোংলমও।

২ ,, চোংহুনা য়েৎ ২ দা তাবগা, ওইগী খুদোন য়েৎকী কপ্লাক মপাদা তিংনা কোংলমও।

৩ ,, ওইগী খুদোন তিংলুও। ( হন্দুনা খোঙ ২ থীল্লগা )

৩ ,, য়েৎকী খুদোন চোংহুনা ৩ দা তাবগা

ওইগী খুদোন য়েৎকী কপ্লাক মপাদা তিংনা কোংলমও।

চোংহুনা ওই ৩ দা তাবগা

য়েৎকী খুদোন ওইগী কপ্লাক মপাদা তিংনা কোংলো।

চোংহুনা য়েৎ ৩ দা তাবগা

ওইগী খুদোন য়েৎকী কপ্লাক মপাদা তিংনা কোংলো।

৪ দা ওইগী খুদোন তিংলমও। ( হন্দুনা ৩ দা খোঙ ২ থীল্লগা )

য়েৎকী খুদোন চোংহুনা ৪ দা তাবগা

ওইগী খুদোন য়েৎকী কপ্লাক মপাদা কোংলমও।

চোংহুনা ওই ৪ দা তাবগা

য়েৎকী খুদোন তিংনা ওইগী কপ্লাক মপাদা কোংলমও।

চোংহুম্না য়েৎ ৪ দা তাবগা

ওইগী খুদোন য়েৎকী কপ্লাক মপাদা তিংনা কোংলমও।

৫ দা ওইগী খুদোন তিংলমও।

৪ দা খোঙ ২ থীল্লগা

৪। উরোক মথা শেংলো :—

৪ দা খোঙ ২ থীল্লগা উরোক মথা য়েৎ-ওই শেংলো।

৫। লান য়েংও :—

৪ দা খোঙ ২ চোংখংনা তারকপদা খোঙ ফাক্লা

নোংচুপ্লোম লাপ্না লান য়েংও। চোংখৎতুনা খোঙ ফাক্লা তাবদা য়েৎলোম হকচাং পাকথনা নমথনা নোয়রমও। ওই-রোমদসু অমুক নোয়রমও।

খোঙ ২ পুন্না চোংখৎলগা মখা ওন্না খোঙ ফাক্লা তারগা, য়েং ওই নোয়রমও।

অমুক খোঙ ২ পুন্না চোংখৎলগা নোংপোক ওন্না য়েংও। য়েং ওই নোয়রমও।

অমুকসু অয়াং ওন্না তারগা য়েং-ওই নোয়না লান য়েংও।

৬। লান কোইয়ো :—

৪ দা খোঙ ২ থীন্দুনা চেংংনা

৫ দা অমুক থংলগা ওইরোম লয়হনা, য়েংনা হান্না চোংহনা নম্বর ৮, ১৩, ১, ১১, ৫ কেইনা সৌকাইরোনগী খোঙচোংদা লান কোইরগা, সার্কল থুংনা কোইরগা, (সৌকাইরোনগী খোঙ-চোংদা মরক্তা অমুক অমুক খোঙ থিন্দুনা থুদোন তিংমও)।

৫ দা খোঙ ২ পুন্না লেপ্লগা

৭। শা থংলো :—

৫ দা খোঙ পুন্না থীল্লগা য়েংলোন কৈনা চংলগা, ওইনা শীংতুনা য়েংকাপ্লগা, অমুক খোঙ থীল্লগা

৪ দা ওই থারুও।

৫ দা য়েং তিংনা থাও।

৮। শা থিল্লো :—

৪ দা খোঙ ২ পুন্না থীল্লগা

৩ দা .খাঙ য়েং চোংহুনা খারগা

৪ ,, ,, ওইগী খুদোন তিংলুও।

মসিদা খোঙ চোংবগা লোয়নননা তাম্ব ওই-য়েং লয়নো য়েংকী সেগাদা য়েপ্লগা হকচাং লুকথনা সনাম ভৌও। হকচাং তিংখংলকপগা লোয়নননা তাম্ব সেগাদগী হন-দোক্তুনা, তুং হন্না হান্নগী মফম

১ ,, ,, ২ পুন্না লেপ্পও।

৫। খোঙ ১ নিকও:—

১ দা .খাঙ ২ পুন্না লেপ্লগা, হকচাং নমথনা হৌগ ল .পদা য়েংকী খোঙ হান্না খুদোন থেকচিন্না কোন্না নিকও। অন্তুনা ওইস্ন নিকও।

৬। সৌ বাইরো:—

১ দা খোঙ ২ মক পুন্না চোংহুনা ওই কোন্না তাবগা,

২ ,, ,, য়েং খুদোন তিংও। চোংহুনা

১ ,, ,, য়েং তাবগা, ওইগী খোঙ তুংলোম হকচাং পাকথনা খুদোন তিংলুও, চোংহুনা

২ ,, ,, ওই তাবগা, য়েংনা কাওখংতুনা ১ দা তাবগা ওইনা কপ্লাক কোন্না, খুদোন্না য়েংকী খুকউ মাঙদা খাঙ্গংনা লৈয়ো।

২ ,, ,, চোংহুনা ওই ২ দা তাবগা, য়েংকী খুদোন তিংনা ওইগী খুকউ মাঙদা লৈয়ো।

২ ,, ,, চোংহুনা য়েং ২ দা তাবগা, ওইগী খুদোন তিংনা, য়েংকী খুকউ মপাদা লৈয়ো।

২ ,, ,, ওই চোংহুনা ২ দা তাবগা য়েংকী খুদোন তিংনা য়েংকী খুকউ মপাদা লৈয়ো।

২ দা য়েং চোংহুনা ২ দা তাবগা

৩ ,, ওই খুদোন তিংলুও।

চোংহুনা ওই ২ দা তাবগা, য়েংনা হকচাং পাকথনা খুদোন চিংনা তুংলোম খোঙ তিংলুও। চোংহুনা য়েং ৩ দা তাবগা, ওইগী খুদোন কাওখংনা হন্দুনা য়েংকী খুকউ মপা মাঙদা লৈয়ো।

৩ ,, ওই চোংহুনা তাবদা,

য়েংকী খুদোন, ওইগী খুকউ মাঙদা তিংনা লৈয়ো।

৩ ,, য়েং চোংহুনা ৩ দা তাবদা, ওইগী খুদোন, য়েংকী খুকউ মাঙদা তিংনা লৈয়ো।

৩ ,, ওই চোংহুনা তাবদা, য়েংকী খুদোন তিংনা ওইগী খুকউ মাঙদা তিংনা লৈয়ো।

৩ ,, য়েং চোংহুনা ৩ দা তাবদা

৪ ,, ওই খুদোন তিংলু।

ওই চোংহুনা ৩ দা তাবদা, য়েংকী খোঙ, হকচাং পাকথনা তুংলোম তিংলুও। চোংহুনা য়েং ৪ দা তাবদা,

ওইগী খুদোন মাঙলোম কাওখংনা ৪ দা তাবগা,

য়েংকী খুদোন তিংনা ওইগী খুকউ মাঙদা তিংও।

৪ ,, য়েং চোংহুনা তাবা, ওই অমুক চোংহুনা তাবা, য়েং অমুক চোংহুনা তাবদা, ওইগী খুদোন খাঙংলম্মগা,

৫ ,, ওই খুদোন তিংলুবা, হনহুনা।

৬ ,, ওই + য়েংপুন্না লেপ্লগা খোঙ ২ থীল্লগা।

৪। উরোক মথা শেংলো :—

৪ দা খোঙ ২ পুন্না থীল্লগা উরোক মথা ২ রক শেংলো।

৫। লান য়েংও :—

৩ দা খোঙ পুল্লগা পুমচোং চোংখংনা ওইরোম লয়রক্তুনা

৪ ,, ওই থাবা।

৫ ,, য়েং থাবা, খোঙ ২ ফাক্লা তারগা, খোঙ ওই-য়েং অনিসি য়েংনা হাম্না কপ্লাক থুম্না থুন্দা য়ৈনা য়েংলোম কাওখোক্লমও। অতুম্না ওইস্ত্র অতুম্না ওইরেপ্না কাওথোক্লমও।

৬। লান কোইয়ো :—

৩ দা খোঙ থীল্লগা, চোংতুনা, ওইরোম লয়না, তা সেগা য়েত্তা য়েপ্লগা

৫ ,, য়েং তাও।

৩ ,, ওই থাও।

খোঙ য়েংনা ফৈনা থুদোম্না য়েংলোম কাওখোক্লা চোংতুনা চোংতুনা লান কোইয়ো। অতুম্না সার্বস্ত পুংনা কোইয়োব ৩ লোমদগী ৭-৫ ফাওবা।

৭। শা থংলো :—

১ দা খোঙ ২ পুল্লগা শীন্দুনা, খোঙ য়েংনা য়েংলোমদা ফৈনা চং-লগা, ওইনা শীংতুনা ইল্লগা, য়েং-ওই শা থংলো।

৮। শা থিল্লো :—

৩ দা খোঙ ২ পুল্লগা, থীল্লগা ওইনা চোংশিন্দুনা

২ ,, ওই জাবগা, য়েংনা ওইগী ছুংদা থুম্না লৈয়ে।

চোংশিনবগা লোয়ননা, খাবু অহানংদা চুঙগী মপান্দা থিল্লগা, শংল্লগা অমুক চুঙগী মহুংদা থিক্লো। অতুম্না

৩ ,, খোঙ য়েং চোংতুনা হল্লোখ

৪ ,, ,, ওই, য়েংকী ছুং ওইনা হল্লো।

৫ দা খোঙ য়েং হল্লো।

অসুম্না অমুকসু চোংশিন্না শা থিল্লো, ২ রক চোংশিল্লো।

৯। সলামি তৌহুনা লোইয়ো:—সলামিদি, খোঙকম ৫ দুগী ১ রোমদা চোংশিন্না সলামি তৌহুনা লোইয়ে। খোঙচোংদি অহানবা চোংখিবগা মান্নগনি।

---

# ৩ তাংখুল থৌসা

—সাইত্রম মুক্তা।

সলামি তৌওনঃ—মরাম মচাগী সলামিগা মান্ননা।

১ দা খোঙ ওই থাও।

২ „ „ য়েং থাও। য়েংনা চোংশিন্দুনা

৩ „ „ য়েং তাবগা, ওইসু চোংহুনা ৩ দা তাও। য়েংনা অমুক চোংহুনা

৩ „ „ য়েং তাবগা,

৪ „ „ ওইগী খুদোম তিংও। তা ওই-য়েং লৈহুনা য়েংকী সেগাদা য়েংলগা সলামি তৌও।

তা য়েংবা হল্লোকুনা, খোঙ ২ সু হল্লু।

৫ „ „ (ওইগী য়েং) পুল্লো।

২। মাঙলোম চোংশিল্লো :—

৩ দা খোঙ ওই লৈহৌরগা

৬ ,, ,, য়েং তুংলোম তিংখোক্লগা, য়েংনা মাঙলোমদা চোংতুনা

৫ ,, ,, য়েং অবা, খোঙ ওইনা য়েংকী তুংদা কে.ম্না, থুপ্না, হক-চাং পাকথনা ফমথনা থুপ্না ফমংথোও।

হৌগৎলকপদা, ওইগী খোঙনা হাম্না তুংলোম হল্লো।

৪ ,, ,, ওই

৩ ,, ,, য়েং

৬ ,, ,, ওই

২ ,, ,, (ওই + য়েং) পুল্লগা।

৩। য়েংলোম হন্না চোংও।

৭ দা খোঙ য়েংনা চোংতুনা তাবা, ওইনা শীৎতুনা ইনবা চোংতুনা

৮ দা খোঙ য়েংনা চোংতুনা ,, ,, চোংতুনা ,,

২ ,, ,, য়েংনা চোংতুনা ,, ,, ,, ,, অতুগা

৮ ,, ,, ওইনা হান্না চোংতুনা তাবা য়েংস্থ চোংতুনা ইনবা

৭ ,, ,, ওইনা ,, ,, ,, ,, ,, ,,

৩ ,, ,, ওইনা ,, ,, (ওই + য়েং) পুল্লো ,, ,, ওইরোম লয়তুনা।

৪। ওইরোম হন্না চোংও।

৯ দা ওই চোংতুনা তাবা, য়েংস্থ চোংতুনা ইনবা, তামিন্নবা

১০ ,, ,, ,, ,, ,, ,, ,, ,,

১ ,, ,, ,, ,, (ওই + য়েং) ,, ,, ,,

১০ ,, য়েংনা চোংতুনা তাবদা ওইস্থ ইল্লকপা ,,

৯ ,, য়েংনা চোংতুনা তাবদা ওইস্থ ইল্লকপা ,,

৩ ,, য়েংনা চোংতুনা তাবদা ওইস্থ ইল্লকপা ,,

৫। সৌ নেংলো :—

৩ দা (ওই + য়েং) পুম্নমক্না, য়েংনা চোংহুনা

১১ দা য়েং তাবা। চোংহুনা

১২ দা ওই তাবা। চোংহুনা

৪ দা য়েং হান্না তারগা (ওই + য়েং) পুম্না তাহুনা [illegible] [illegible] সৌ নেংলো।

১৩ দা য়েং চোংহুনা তাবা, চোংহুনা

১৪ দা ওই ,, ,, ,,

৫ দা য়েং চোংহুনা তাবদা (ওই + য়েং) পুম্না সৌ নেংলো।

১৫ দা য়েং চোংহুনা তাবা, চোংহুনা

১৬ দা ওই ,, ,, ,,

১৭ দা য়েং চোংহুনা তাবদা (য়েং + ওই) পুম্না সৌ নেংলো।

৬। উরোক মথা শেংলো :—১৭ দা উরোক মথা শেংলো, ওই-য়েং।

৭। লান য়েংও :—

১৭ ভগী খোঙ ২ ফাক্না পুম্না চুম্না চোংখৎলগা, খোঙ ফাক্না নোংচুপ, মথা, নোংপোক, অরাং মায়ৈক্কৈ ৪ দা হকচাং পুমচোং পুমচোং চোংনা, গুনা, লেপ্তুনা চোংনা লান য়েংও।

৮। লান কোইয়ো :—লান কোইবদি খোঙথম্ ১৭ ভগী মায় সার্কলগী মপানলোম ওন্না, ওইরোমদগী য়োনা ওইগী খোঙনা কাওনা কাওনা কৈনা চোংহুনা কোইয়ো। ১৮ দগী ২৩ কাওবা থুংনা কোইরগা ১৭ দা থুংও।

৯। শা থৎলো :—

১৭ দা খোঙ ২ থীল্লগা য়েং-ওইদা কৈনা কৈনা চংহুনা খোঙ থীল্লা থীল্লা থৎলো।

১০। শা থিল্লো :—

১দা তগী খোঙ থীল্লগা য়েংনা থাল্লা চোংলুনা

৩, ৪ দা খোঙ য়েং তাকলা ওইনা য়েংকী ভুংদা থুম্মা ইল্লো,

ঙুভগী মপান, অচুংদা থানা ২ রক থিনগনি, অচুম্বা

২ দা ওই তাম্বা

১৭ দা য়েং তাবা

১৭ তা ওই (ওইনা য়েং) পুল্লো।

অস্থুম্বা অমুকস্থু চোংশিল্লা শা ২ রক থিনগনি।

১১। সলামি তৌরগা লোইয়ো।

---

# ৪। মরাম মচা খৌসা।

— লাইশ্রম মুক্তা




১। খোঙ ২ নিকও :—

১ দা খোঙ ওই, চপ তিংনা লেপও।

২, ৩ য়েং,

ওই, য়েং খুদোম্দা লেপ্পা, ২ রক তিংথংনা লেপখংলো।

২। সলামি তৌও :—

১ দা খোঙ ওই

১ ,, ,, য়েং, য়েংনা চোংহুনা

৪ ,, ,, য়েং, য়েংনা চোংহুনা তা ওইরোম নৈয়ো।

৩ ,, ,, ওই চোংহুনা তাবগা, য়েং চোংহুনা

৪ ,, ,, য়েং তাবগা তং য়েংলোম লৈহুনা সেগা য়েত্তা য়েপ্পগা

২ ,, ,, ওই তিংলুদনা, হকচাং লুকথনা, নোম্না সলামি তৌও। তা য়েম্না হন্দোকুনা, খোঙ হনহুনা

৩ দা খোঙ (ওই+য়েং) পুল্লা নৈরম্নগা

৩। খোঙ খুদোন মায়কৈ ৪ তিংও :—

৩ দা ওই লৈহৌবা

৬ দা য়েং ফৈনা তিংও

৩ দা (ওই+য়েং) পুল্লো।

৩ দা য়েং

২ দা ওই ফৈনা তিংও।

৩ দা (ওই+য়েং) পুল্লো।

৩ দা ওই লৈহৌও

৪ দা য়েং তিংলুও।

৩ দা (ওই+য়েং) পুল্লো।।

৩ দা য়েং লৈহৌরগা

৮ দা ওই তুংলোম তিংও।

৪। খোঙ ২ পুল্লগা কাওখংলো :—

৩ দা খোঙ (ওই+য়েং) পুল্লো, য়েংনা হান্না চোংখংলগা, য়েংলোম লায়না

৩ ,, ,, য়েং তাবগা,

৪ দা খোঙ ওই তিংও। অমুম্মা, য়েংনা হাম্মা হাম্মা চোংথংনা মকমসিদা ৩ লক চোংথংনা কাওথংলো।

৫। খোঙ খোংলো :—

৩ দা খোঙ ২ পুম্নগা, য়েংকী খোঙনা য়েংলোম চোংছুনা চোংছুনা ৩ লক খোংলো। মায় ওইরোম লাংছুনা

৩ ,, ,, ২ পুম্নগা, য়েংনা অমুক ৩ লক চোংনা চোংনা খোংলো।

৬। সৌ কাইয়ো :—

৩ দা খোঙ ২ পুম্নগনা, খোঙ য়েংনা য়েংলোম, খোঙকম ৪ দগী ৯ থাবা সার্কল তঙ্খায়সি কোংনা সৌ কাইরগা, ৩ দা য়েং থাবা,

৪ ,, ,, ওই চোংতুনা হাম্মা, ওই + য়েং পুম্নগা, য়েংনা ৫ দগী ১০ থাবা সার্কল তঙ্খায় কোংনা সৌ কাইরগা ৪ দা য়েং তাতুনা পুম্লো,

৫ ,, ,, ওইনা হাম্মা চোংনা, ওই + য়েং পুম্নগা য়েংনা ১২ তগী ১১ থাবা সার্কল তঙ্খায় কোংনা সৌ কাইরগা ৫ দা খোঙ ২ পুম্লো।

৭। উংবাক নখা লেংলো :—

৮। লান য়েংও :—

৫ দা খোঙ ২ পুম্না মৈরম্বন, হকচাং পুম্মচাং চোংথংনা তারকপদা ওইরোম লয়তুনা

৫ দা খোঙ ওই থুংদান তাবা

১২ দা খোঙ য়েং থুদোক তাবা। মসিদা, হকচাং নিক্না লান য়েংও ; নিকপদি, থুদোন কাউনা হকচাং রাংথং নমথা রাংথং নমথা তৌনা হকচাং নিকও। অমুম্মা মায়কৈ ৪ য়েংও।

৯। লান কোইয়ো :—

১২ দা খোঙ ২ পুল্লগা, খোঙ য়েংনা য়েংলোম কৈনা কাওথংনা চোংনা চোংনা য়েংলোমদগী হৌনা সার্কল থুংনা লান কোইয়ো। ১৩ দগী ১৪ থুংনা কোইরগা ১২ দা তাও।

১০। শা থংলো :—

১২ দা খোঙ ২ থীল্লগা য়েংলোম হাল্লা চংনা থংলো, ওইরোম অমুক থংলো।

১১। শাথিল্লো :—কবুইগী শাথিনগী মাল্লনা চু গী মপান-মশুংদা ২ রক থিল্লগা খোঙকম ৩ হল্লোক্লগা, অমুক্‌সু চোংশিংদা ২ রক থিল্লো। খোঙ ওইনা হাল্লা চোংশিল্লা থিল্লো।

১২। সলামি তৌরগা লোইরো :—



# ৫। মরাম অচৌবা খোংসা

—লাইশ্রম মুক্তা।




১। সলামি তৌও :—

১ দা খোঙ য়েং তিংনা থাও।

২ দা ,, ওই কোয়া থাও। য়েংনা চোংহুনা

৩ ,, ,, য়েং ত্ত বগা, ওইস্থু চোংহুনা ৩ দা তাও।

৩ ,, ,, য়েং চোংহুনা তাবগা।

৪ ,, ,, ওইগী খুদোন তিংলুও।

৬ ,, ,, (য়েং + ওই) পুলো। কবুই সলামিগা মান্নবা তৌও তা ওই-য়েং লয়হুনা য়েংকী সেগাদা য়েপ্লগা হকচাং কোক লুক্না সলামি তৌও।

২। য়েংলোম চোংও :—

৩ দা খোঙ (ওই + য়েং) পুল্লগা য়েংলোম লয়হুনা ওই লৈহোৌরগা

১৩ দা খোঙ য়েং তুংলোমদা তিংলমও। য়েৎনা চোংহ্না
৬ দা খোঙ য়েং তাও।
৭ দা খোঙ ওই তাও। য়েৎনা চোংহ্না
৮ দা খোঙ য়েং তাও।
৯ দা খোঙ ওই তাও। য়েৎনা চোংহ্না
১০ দা খোঙ য়েং তাও।
১১ দা খোঙ ওই তারগা, য়েৎলোম পুম্নৈ লয়হ্না
১২ দা খোঙ য়েং তিংলমও। য়েৎনা চোংহ্না
১০ দা খোঙ য়েং তাবা।
৯ দা খোঙ ওই তাও। য়েৎনা চোংহ্না
৮ দা খোঙ য়েং তাবগা
৭ দা খোঙ ওই তাও। য়েৎনা চোংহ্না
৬ দা খোঙ য়েং তারগা
৩ দা খোঙ ওই তাও। য়েৎনা চোংহ্না (ওইরোম চোংবা)
১৩ দা খোঙ য়েং তাবগা
১৪ দা খোঙ ওই তাও। য়েৎনা চোংহ্না
১৫ দা খোঙ য়েং তাও।
১৬ দা খোঙ ওই তাও। য়েৎনা চোংহ্না
১৭ দা খোঙ য়েং তাও।
১৮ দা খোঙ ওই তাও। হকচাং য়েৎলোম পুম্নৈ লয়হ্না
১৯ দা খোঙ য়েং তিংলমও। য়েৎনা চোংহ্না
১৭ তা খোঙ য়েং তাও।
১৬ তা খোঙ ওই তাও। য়েৎনা চোংহ্না
১৫ দা খোঙ য়েং তাও।
১৪ দা খোঙ ওই তাও। য়েৎনা চোংহ্না

৫। মাঙলোমদা খোঙ ২ পুল্লগা ৩ লক কাওখৎলো :—

৩ দা খোঙ (ওই + য়েৎ) য়েৎনা চোংখৎলগা, তারকপদা য়েৎলোম লয়হুনা।

৩ ,, ,, য়েৎ তাবগা

৪ ,, ,, ওই থৈনা তিংলুও।

অসুম্না য়েৎনা হান্না হান্না চোংহুনা ৩ লক চোংকহলো।

৬। সৌ কাইরো :—( নেৎলো )

৩ দা খোঙ ( ওই + য়েৎ ) পুল্লগা থীল্লগা, য়েৎনা হান্না চোংহুনা

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ২০ ,, ,, | য়েৎ তাবগা, | (য়েৎ + ওই) পুল্লো, | য়েৎনা চোংহুনা | | | | |
| ২১ ,, ,, | য়েৎ | ,, | (য়েৎ + ওই) | ,, | ,, | ,, | |
| ২২ ,, ,, | য়েৎ | ,, | (য়েৎ + ওই) | ,, | ,, | ,, | |
| ২৩ ,, ,, | য়েৎ | ,, | (য়েৎ + ওই) | ,, | ,, | ,, | |
| ২৪ " " | য়েৎ | " | (য়েৎ + ওই) | " | " | " | |
| ২৫ " " | য়েৎ | " | (য়েৎ + ওই) | " | " | " | |
| ২৬ " " | য়েৎ | " | (য়েৎ + ওই) | " | " | " | |
| ২৭ " " | য়েৎ | " | (য়েৎ + ওই) | " | " | " | |
| ২৮ " " | য়েৎ | " | (য়েৎ + ওই) | " | " | " | |

৭। উরোক মখা শেৎলো :—

২৮ দা খোঙ ২ পুল্লগা, য়েৎ-ওই উরোক মখা শেৎলো।

৮। লান য়েংও :—

২৮ দা খোঙ ২ পুল্লা চোংখৎলগা তারকপদা খোঙ ফাক্লা, নোংচুপ্লোম লয়না লানবু হকচাং নোয়না য়েংও। অতুম্না মখা, নোংপোক, অরাং মায়কৈ ৪ নোয়না লান য়েংও।

৯। লান কোইয়ো :—

২৮ দা খোঙ ২ (য়েৎ + ওই) পুল্লগা য়েৎনা চোংহুনা

২৯দা খোঙ য়েং তাবগা, ওই চোংহুনা
২৭ " " ওই তাও। য়েংনা চোংহুনা
৩০ " " য়েং তারগা, (ওই + য়েং) পুল্লগা
৩১ " " ওই হুন্না তিলমও।
৩০ " " (ওই + য়েং) পুল্লগা, খোঙ থীন্নরগা, য়েংনা চোংহুনা
৩২ " " য়েং
৩৩ " " ওই
৩৪ " " য়েং। (ওই + য়েং)
৩৫ " " ওই তিংলমও।
৩৪ " " (ওই + য়েং) পুল্লগা, খোঙ থীন্নরগা, য়েংনা চোংহুনা
৩৬ " " য়েং
৩৭ " " ওই
৩৮ " " য়েং (ওই + য়েং)
৩৯ " " ওই তিংলগা। অমুন্না সার্কল খুংনা কোইগনা
২৮ " " (য়েং + ওই) পুল্লগা

১০। শা থংলো :—২৮ দা খো ও ২ থীন্না থীন্না য়েং, ওই চংতুনা থংলো

১১। শা থিল্লো :—
২৮ দা খোঙ ২ পুল্লগা, খোঙ থীন্দুনা, হকচাং ওইরোম লয়হুনা
খোঙ ওইনা হান্না চোংহুনা
২৫ " " ওই তাও। য়েংনা ওইগী তুংদা থুপ্পা তাও।
২৬ " " য়েং হল্লো।
২৮ " " ওই হল্লো।
২৯ " " য়েং হল্লো। অমুন্না চমু চমু
২৮ " " (ওই + য়েং) পুল্লগা মথক্কী মচোংগুন্না ওইনা হান্না চোংহুনা
চুঙগী মপান মহুংদা শা ২ রক থিন্না, ২ রক চোংখিল্লো।

১২। সলামিদা লোইয়ো :—

# ৬। মরাম নূংসেৎপা খোসারোন

—লাইশ্রম মুক্তা সিংহ।




১। সলামি ভৌও:—১ দা খোঙ ২ ফুট ১ রোম ফাক্না লেপও।

৩ ,, ,, য়েৎ চোংনা তাও। ওইস্থ চোংহ্না ২ দা তাও।

৩ ,, ,, য়েৎ চোংনা তাঙ।

৪ ,, ,, ওই তিংলুও। তা য়েৎ লৈংগা য়েৎকী সেগাদা য়েপ্লগা কোক, হকচাং নোম্না সলামি ভৌও। হন্দুনা

১ ,, ,, (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

২। মাঙলোম চোংও:—

১ দা (ওই + য়েৎ) ওই লৈহৌরগা

৬ ,, য়েৎ চোংহ্না তাবগা

৭ ,, ওই চোংহ্না তাও।

৩ ,, য়েৎ তাও।

৪ ,, ওই তিংও।

৩ ,, (ওই + য়েৎ) পুল্লগা

৭ দা ওই চোংহুনা হল্লো
৬ ,, য়েং চোংহুনা হল্লো
১ ,, ওই চোংহুনা তাবগা, য়েংস্সু পুল্লো।

৩। ওইরোম চোংও :—১ দা (ওই + য়েং)
২ ,, য়েং চোংহুনা তাও।
৮ ,, ওই চোংহুনা তাবগা
৯ ,, য়েং চোংহুনা তাও।
১০ ,, ওই তিংলুরগা
৯ ,, (ওই + য়েং) পুল্লো।
৮ ,, ওই হন্না চোংহুনা তাও।
২ ,, য়েং চোংও।
১ ,, ওই চোংহুনা তারগা, য়েংস্সু পুল্লো।

৪। য়েংলোন চোংও :—১ দা (ওই + য়েং)
১১ ,, য়েং চোংহুনা তাও। ওইনা মাঙলোম চোংহুনা,
১২ ,, ওই চোংহুনা তারগা, য়েংনা মাঙলোম চোংহুনা,
১৩ ,, য়েং চোংনা তাও।
১৪ ,, ওই খুদোন তিংলুরগা হন্দুনা
১৩ ,, ( ওই + য়েং ) পুল্লো। হন্দুনা, ওইনা চোংহুনা,
১২ ,, ওই চোংহুনা হল্লো, য়েংনা হন্না চোংহুনা
১১ ,, য়েং চোংহুনা হল্লো। ওইনা চোংহুনা,
১ ,, ওই চোংহুনা হল্লগা (ওই + য়েং) পুল্লো।

সৌ ক্বাইয়ো :—

১ দা খোঙ (ওই+য়েং)

৬ তা খোঙ য়েং চোংতুনা তাবগা

৭ ,, ,, ওই চোংতুনা তাও

৩ ,, ,, য়েং চেংও।

৮ ,, ,, ওই খুদোন তিংও।

৩ ,, ,, (য়েং+ওই) পুন্নগা

১৫ ,, ,, য়েং চোংতুনা তাও।

১৬ ,, ,, ওই চোংনা তাও।

৫ ,, ,, য়েং তাবদা

১৮ ,, ,, ওই খুদোন তিংজুও।

৫ ,, ,, (য়েং+ওই) পুন্নগা

১৭ ,, ,, য়েং চোংনা তাও।

১৯ ,, ,, ওই চোংনা তাও।

২০ ,, ,, য়েং তাংগা

১১ ,, ,, ওই খুদোন তিংজুও।

২০ ,, ,, (য়েং+ওই) পুন্নো।

৩। উরোক মখা শেংলো :—২০ দা খোঙ ২ পুন্নগা, য়েং-ওই উরোক মখা শেংলো।

৭। লান য়েংও :—২০ দা খোঙ ২ পুন্না চোংখৎলগা, ওইরোম লয়তুনা

২০ দা খোঙ ওই তাও।

২১ দা খোঙ য়েং তাও। অতুগা নোংচুপ্লাম লান য়েংও।

অতুম্না খোঙ ২ পুন্না চোংতুনা, ফাক্না তারক্লগা বখা ওন্না লান য়েংও।

অতুদগী পুম্না চোংখৎলগা ওইরোম লয়তুনা নোংপোক্তা য়েংও।
অতুদগী পুম্না অমুক চোংখৎলগা ওইরোম লয়তুনা অরাং য়েংও।

৮। লান কোইয়ো ঃ– ২১ দা খোঙ (ওই+য়েং) পুল্লগা মায় অরাং ওন্না লৈরম্বদগী য়েংনা হান্না চোংতুনা, সোকারোনগী খোঙচোংদা, য়েং-লোম লয়তুনা, সার্কল থুংনা লয়না চোংতুনা লান য়েংলগা ২২, ২৪, ২৬, ২৭, ২৮, ২৯, ৩০, ৩১, ৩২, ৩৩, ৩৪, ৩৫, ৩৬, ২০ য়োরক্না, খোঙকম ২১ দা য়োন্থনা থুংলগা খোঙ ২ পুল্লো।

৯। শা খৎলো ঃ—২১ দা খোঙ ( ওই+য়েং ) পুল্লগা, মায় হকচাং ওইরোম লয়তুনা
২১ দা খোঙ থীল্লগা, য়েং-ওই ফৈনা থীম্না খাঁন্না চংতুনা শা খৎলো।

১০। শা থিল্লো ঃ—
২১/২০ দা খোঙ ২ পুল্লগা ওইনা হান্না চোংতুনা
২০/২ দা খোঙ ওই তাবদা য়েংনা ওইগী তুংদা পুম্না লৈয়ো।
মতুদা শাবু চুঙগী মপান, মথুংদা ২ রক থিল্লো।
অতুদগী,
১৮ দা খোঙ য়েং হন্না থাও।
২০ দা খোঙ ওই তাও।
২১ দা খোঙ য়েং থাও।
অম্বুম্না অমুকম্বু চোংশিন্না, ২ রক চোংনা, ২ রক চোংশিন্না, চুঙগী মথুং, মপান্দা শাথিন ২ রক থিল্লো।

১১। সলামিদা লোইয়ো।

---

# ৭। মরাম নুংচোংবা খৌসা

লাইশ্রম মুক্তা




১। সলামি তৌও :—

১ দা খোঙ ওই তিংনা লেপও।

২ দা খোঙ য়েৎ তিংনা লেপও। য়েৎনা হান্না চোংহুনা

৪ দা খোঙ য়েৎ তাবগা, ওইনা চোংহুনা

৩ দা খোঙ ওই থাও। য়েৎনা চোংহুনা

৪ দা খোঙ তাবগা, ওইগী খুদোন

৫ দা খোঙ ওই খুদোন তিংলুও।

খোঙ চোংবগা লোয়ননা তাম্থু ওই, য়েৎ লয়হুনা য়েৎকী সেগাদা য়েপ্পগা হকচাং কোক নোন্না সলামি তৌও। অতুগা তা হল্লোকপগা লোয়ননা খোঙসু হন্দুনা ।

৩ দা খোঙ (ওই + য়েৎ) পুন্না লেপও।

২। খোঙ য়েৎ-ওই, য়েৎ ওইদা তিংও।

৩ দা খোঙ (ওই + য়েৎ) পুনবনা, ওই কোন্না লেপহৌরগা য়েৎনা য়েৎলোম

৬ দা খোঙ য়েৎ তিংলুও।

৩ দা খোঙ (ওই + য়েৎ) পুল্লো। য়েৎ কোন্না লৈহৌরগা ওইনা ওইরোম

৭ দা খোঙ ওই তিংলুও।

৩ দা খোঙ (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

৩। খোঙ কাওখৎলো :—

৩ দা (ওই + য়েৎ) পুনবনা, য়েৎনা হান্না কাওখৎলগা য়েৎলোম লয়রুনা

৩ দা য়েৎ তাবগা, ওইনা

৪ দা ওই খুদোন তিংলুও।

অসুন্না য়েৎনা হান্না চোংজনা চোংথুনা ৩ লক কাওখৎলগা

৩ দা (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

৪। খোঙ খোংলো :—

৩ দা (ওই + য়েৎ) পুল্লগা, খোঙ থীল্লগা

য়েৎনা হান্না য়েৎলোমদা ৩ লক খোংলো, অতুগা খোঙ থীললগা ওইনা ওইরোম ৩ লক খোংলো। অতুগা অমুকহ্ন খোঙ থীললগা য়েৎনা হান্না য়েৎলোম ৩ লক খোংলো, অতুগা খোঙ থীল্লগা ওইনা ওইরোম ৩ লক খোংলো।

৫। সো কাইয়ো :—

৩ দা খোঙ (ওই + য়েৎ থীললগা, য়েৎকী খুদোন্না ৪ দগী ৮ থাবা সার্কল তঙ্খায় খুদোন্না কোৎনা সো কাইরগা, চোংখৎ-তুনা

৪ দা খোঙ য়েৎ তাবগা, ওই খুদোন্না ৫ দগী ৯ থাবা সার্কল তঙ্খায় খুদোন্না কোৎনা সো কাইরগা চোংতুনা

৫ দা খোঙ ওই তাবগা, য়েৎকী খুদোন্না ১০ দগী ১১ থাবা সার্কল তঙ্খায় খুদোন্না কোৎনা সো কায়রগা চোংতুনা

১০ দা খোঙ য়েং তাবগা, ওইগী খুদোম্না ১১ দগী ১৩থাবা সার্কল তঙ্খায় খুদোম্না কোংনা সৌ কাইরগা চোংহুনা

১২ দা খোঙ ওই তাবগা, য়েংকী খুদোম্না ১৪ দগী ১৫ থাবা সার্কল তঙ্খায় কোংনা সৌ কাইরগা চোংহুনা

১৪ দা খোঙ য়েং তাবগা, ওইনা ১৬ তগী ১৭ থাবা সার্কল তঙ্খায় খুদোম্না তিংনা সৌ কাইরগা চোংহুনা

১৬ দা খোঙ ওই তাবগা, য়েংকী খুদোম্না তিংনা ১৮ দগী ১৯ থাবা সার্কল তঙ্খায় কোংনা সৌ কাইরগা চোংহুনা

১৮ দা খোঙ য়েং তাবগা, ওইগী খুদোম্না তিংনা ২০ দগী ২১ থাবা সার্কল তঙ্খায় কোংনা সৌ কাইরগা চোংহুনা

২০ দা খোঙ ওই তাবগা, য়েংকী খুদোম্না তিংনা ২২ দগী ২৩ থাবা সার্কল তঙ্খায় খুদোম্না কোংনা সৌ কাইরগা চোংহুনা

২০ দা খোঙ য়েং তহুনা (ওই+য়েং) পুল্লো।

৬। উরোক মখা শংলো :—

২০ দা খোঙ (ওই+য়েং) পুল্লগা, পুন্না য়েংকী খুদোন মাঙলোম ওইগী খুদোন তুংলোম ফাক্লা চোংখৎলগা, তারকপদা খুদোন ২ পুন্না তাও। অতুন্না অমূক খোঙ ২ পুন্না, ওইগী খুদোন মাঙলোম, য়েংকী খুদোম্না তুংলোম ফাক্লা চোংখৎলগা তারকপদা খুদোন ২ পুন্না তাও।

৭। লান য়েংও :—মৈতৈ থৌসারোনগী লান য়েংবগুম্না, চোংখৎলগা হকচাং নোয়না নোয়না, মাইকৈ ৪ লান য়েংও।

৮। লান কোইয়ো :—

২২ দগী খোঙ অনি, য়েংনা হাম্না য়েংলোম শেংনা কাওখৎনা য়েং-লোম চোংনা চোংনা, তাম্নু খুত্তগী খুবাক্লা থাদোক-থাদোক্লা লয়হুনা লয়হুনা ২৪ দগী ৩৩ ফাওবা সার্কল থুংনা লান কোইয়ো।

৯। শা থংলো :—

২২ দগী খোঙ য়েংনা থীগ্না থীগ্না, য়েংলোম ২৪ দা চংলো, অতুগা অমুক ওইরোমদা

৩৩ লোমদা ওইনা চংনা শা থংলো।

১০। শা থিল্লো :—

২০ দা খোঙ (ওই + য়েং) থীল্লগা, ওইনা হাগ্না চোংথুনা

১৬ তা খোঙ ওই তাবগা, য়েংন্নু ওইগী তুংদ. থুপ্না লৈয়ো, চুংগী মপান, মন্নুংদা তানা শাবু ২ রক থিল্লো,

১৮ ,, ,, য়েং হল্লো,

২০ ,, ,, ওই হল্লো

২২ ,, ,, য়েং হল্লো। অমুন্না অমুকম্নু

২০ ,, ,, (ওই + য়েং) পুল্লগা থীন্দুনা ওইনা হাগ্না চোংশিন্দুনা

১৬ ,, ,, ওই তাবগা, য়েংন্নু ওইগী তুংদা হকচাং নমথনা, থুপ্না লৈয়ো। চুংগী মপান মন্নুংদা ২ রক থিন্না

১৮ ,, ,, য়েং হল্লো

২০ ,, ,, ওই হল্লো

২২ ,, ,, য়েং হল্লো।

১১। সলামি তৌথুনা লোইয়ো।

# তা খোৌসারোন

—তোংব্রম চাওয়াইমাগী মরোন ।

খোৌসারোনসি :—

১। কপুই খোৌসা ( ঙামৈ কপুই ) —কপুই খোৌসা ।

২। অপৌ তাংখুল খোৌসা
৩। খেং খোৌসা
৪। খুনচাও-লৈচাও (লৈতাই-নোংদাই)
৫। খুস্তাক লৈতাক
৬। পনিং-পনমাউ

—তাংখুল খোৌসা ।

৭। মরাম মচা খোৌসা
৮। মরাম অচৌবা খোৌসা
৯। মরাম নুংসেপ্পা খোৌসা ।

—মরাম খোৌসা ।

ওজাসিগী মরোল্দা :—

১। তা পায়নসি :—

(১) তা অসি চুন্না পায়রগা লয়তুনা য়েপ্তুনা শাবা অমা ।

(২) তা চুম্না হ্রাংনা থাঙৎনা পায়তুনা শাবা অমা ।

(৩) তা সেগাদা হান্না য়েপ্তুনা শাবা অমা ।

২। সৌ অসি :—

(১) খুয়া সৌ হায়বা অমা ।

(২) খুরাই সৌ হায়বা অমা । সৌ অসি কাইবসু

(১) সৌ কাইবা হায়বা অমা ।

(২) সৌ কানবা হায়বা অমা ।

(৩) সৌ নেৎপা হায়বা অমা ।

৩। লানগী মতাংদা :—

(১) লান য়েংবা হায়বা অমা ।

(২) লান কোয়বা হায়বা অমা ।

(৩) লান চেনবা হায়বা অমা । অমুম পল্লি ।

৪। শাগী মতাংদা :—শাদি ওক-শানি হায়না পল্লি :

(১) শা থংপা

(২) শা থিনবা

---

## খৌসারোন

—তোংব্রম চাওয়াইমা,
শগোলবন্দ কাংভবম লৈকাই।




১। কপুই খৌসা ( ঙামৈ কপুই ) পাফল।




২। গাথৌ তাংখুল খৌসা পাফল।




৩। খেঃ খৌসা পাফল।




৪। খুজ্ঞাঙ-লৈচাঙ থৌসা পাফল।




৫। খুন্তাক-লৈতাক থৌসা পাফল।




৬। পাম্নিং-পনমাঙ থৌসা পাফল।




৭। মরাম মচা থৌসা পাফল।




৮। মরাম অচৌবা খৌসা পাফল।




৯। মরাম নূংসেপ্পা থৌসা পাফল।

---

## ১। কপুই খোঁসারোন (ঙাঁমৈ-কপুই)

—তোংব্রম চাউয়াইমা।




১। সমাপ্মিঃ— খোঙ নাম-নামা ও লক চোংশিন্দুনা, তা নরহুনা মেগাদা য়েপ্পগা সলামি তৌগনি, খোঙচোংদি চুমনা তিংনা চোংবনি।

১ দা খোঙ ২ পুম্না থারগা, য়েৎনা তা পায়ও, ওইদা চুঙ য়াল্লো।
২ ,, ,, য়েৎনা চোংতুনা তাও, তা ওইরোম কোৎনা লয়ও।
৩ ,, ,, ওই চোংতুনা তাও, তা য়েৎলোম কোৎনা লয়ও।
৪ ,, ,, য়েৎ চোংতুনা তাও, তা য়েৎকী সেগাদা য়েপও।
৫ ,, ,, ওইগী খুদোন তিংনা, হকচাং লুকনা, তাদোন লুকনা, কোক নোম্না সলামি তৌও।

২। খোঙ ২ উচেকখোঙ হৌও ( নিকও ):—

৪ দা খোঙ (ওই + য়েৎ) পুল্লগা, খোঙ উচেকখোঙ হৌও। মহৌদি, খোঙ য়েৎ হাম্না খিত্তং থাঙ্গৎলগা, খোঙ খুদোন নিকও, হকচাং নমথৌও।

হকচাং নমথনা হৌগৎলকপদা অমুকস্নু,

খোঙ য়েৎ হাম্না খিত্তং থাঙ্গৎলগা অমুকস্নু নিকও।

য়েৎনা ২ রক নিকও।

মথক্কী অস্নুম্না, হকচাং নমথরগা হৌগৎলকপদা, ওইগী খোঙ খিত্তং থাঙ্গৎলগা খুদোন নিকও। অস্নুম্না অমুকস্নু হকচাং নমথরগা ওই নিকও। ওইগী খোঙস্নু ২ রক নিকও।

৩। হল্লো :—৪ দগী খোঙ ২ পুমচোং চোংতুনা

৫ দা তাও। অতুদগী অমুকস্নু খোঙ ২ পুমচোং চোংতুনা

৬ তা তাও। অতুদগী হল্লো; মহন্দি—, হকচাং য়েৎলোম লয়রগা, নমথনা, ওইগী খুদোন, য়েৎকী কপ্লাক মপা তুংদা খুয়া লোংনা উৎলগা, চোংতনা ওইগী খোঙ ৬ তা তাবগা চোংতুনা

৫ দা য়েৎ হন্দুনা তাও। অতুদগী অমুকস্নু, ওইগী খুদোন য়েৎকী কপ্লাক মপাদা, তুংদা উৎলগা, ৫ দা ওই তারগা,

১০ দা য়েৎ হন্দুনা তাও। অস্নুম্না ৩/৪ রক হন্দুনা,

১ দা খোঙ য়েং ভারগা, হকচাং ওইরোম লায়হুনা (ওই+য়েং) পুল্লো।

৪। খোঙ খীল্লো, হোংলো:—

১ দা খোঙ ২ পুল্লগা, ৩ লক খীল্লো, ৩ লক হোংলো। কৈনা হোংলো। অসুম্না অমুক ৩ লক খীল্লগা ওইনা কৈনা ৩ লক হোংলো।

৫। সৌ কানবা (কাইবা), সৌদি খুরাই সৌল্লে, মকাল্লি:—

১ দা খোঙ ২ (ওই+য়েং) থাও। য়েংবী খোঙ, খোঙকম অমুক চোংহুনা লয়হুনা,

২ ,, ,, য়েং তাহুনা সৌ কানগনি। অহুম্না অমুক চোংহুনা লয়হুনা,

৮ ,, ,, য়েং তাহুনা সৌ কাল্লো। অহুম্না অমুকস্থ য়েংনা চোংহুনা,

৯ ,, ,, য়েং তাহুনা সৌ ৩ লক কানগনি।

৬। খোঙ খোংল্লো:—

৯ দা খোঙ ২ (ওই+য়েং) পুল্লগা থীন্দুনা,

খোঙ য়েংনা য়েংলোমদা খুদোন খোংলো, ওইস্থ চোংহুনা তাও। চোংহুনা,

৮ ,, ,, য়েং তাবগা (ওই+য়েং) মতুদা খোঙ ওই, ওইরোমদা খুদোন খোংলো,

৭ ,, ,, ওই তাবগা (ওই+য়েং), মতুদা য়েংনা খোংলো, চোংহুনা,

১ ,, ,, য়েং তাবগা (ওই+য়েং) পুল্লো।

৭। উরোক মথা শেংলো:—

১ দা খোঙ ২ পুল্লগা, হকচাং নমথনা চোংখংহুনা য়েংনা মাঙ থানা

অমুক শেৎলো, হকচাং নমথনা পাকথনা, চোংখৎপদা খোঙ ওই, খুদোন মাঙ থানা অমুক শেৎলো। অত্তুগা খোঙ খুদোম্দা লেপ্পুনা য়েৎনা অমুক, ওইনা অমুক খপও।

৮। লান য়েংও :—১ দা মায়গৈ ৪ লান য়েংও।

১ দা খোঙ ২ পুন্না লেপ্পগা, হকচাং নমথনা, পাকথনা, চোংতুনা হৌগৎপদা খোঙ ২ সি তিংনা, খুদোম্দা লেপতুনা, য়েৎলোম লয়-তুনা চুঙ, তাম্ব থংগৎনা, লমদম তান্না লান য়েংও। অত্তুন্না অমুক ১ দা হকচাং নমথনা, পাকথনা, চোংতুনা হৌগৎলকপদা, য়েৎলোম লয়না মায়গৈ অমদা লান য়েংও। অতুন্না মায়কৈ ৪ সুনা লান য়েংও।

৯। লান কোয়ও :— ১ দা খোঙ ৩ লক থীল্লগা ফৈনা য়েৎলোমদগী হৌনা চোংতুনা ওইরবস্থু, চুন্না তিংনা চৎতুনা ওইরবস্থু লান কোয়রগা ১ দা হল্লকুনা খোঙ ২ পুল্লো।

১০। শা থৎলো :—১ দা খোঙ ২ থীল্লগা, য়েৎলোম ফৈনা, থীন্না থীন্না চৎতুনা শা থৎলো, অত্তুন্না খোঙ থীন্না থান্না ওইরোমদা ফৈনা চৎতুনা থৎলো।

১১। শা থিল্লো :—শাদি ওকশানি।

১ দা খোঙ ২ থান্দুনা, য়েৎলোম লয়রগা, ফৈনা মাঙলোম (ওইরোম) চোংশিন্দুনা চুংগী মপান্দা তানা শা থিল্লো।

অত্তুন্না অমুকস্থু থীন্দুনা, ফৈনা শা থীল্লো। অত্তুন্না শা ২ রক থিল্লো।

১২। সালামি তৌরগা লোইও :—

সালামি মতৌদি, খোঙ ২ না, ২/২ রক শীৎতুনা হল্লগা সালামি তা ওই, য়েৎ লয়তুনা, সেগাদা য়েল্লগা সালামি তৌও।

# ২। অথৌ তাংখুল খোৌসারোল

—তোংব্রম চাওবাইবা




১। সালাম্বি তৌও :—তামাঙ য়ুংখংনা, য়েংকী খুংনা তা পায়ও।
তাদোন মখারোম য়ুস্থনা, তা য়েংকী স্নেগাদা হান্না য়েপও।

১ দা খোঙ ২ (ওই + য়েং) পুন্না লেপও, য়েংনা হান্না চোংহনা,

২ ,, ,, য়েং তাও। ওইনা চোংহনা

৩ ,, ,, ওই তাও। য়েংনা চোংহনা

৪ ,, ,, য়েং তারগা, হকচাং কোক লুকথনা, মোন্না সালাম্বি তৌও।

২। চোংবা, খোঙ হাইয়ো :—

৪ দগী খোঙ চোংহনা

৫ দা খোঙ (ওই + য়েং) পুন্না তারগা, তু'দা খোঙ ৩ লক হাইয়ো।

৩। খোঙ থীল্লো অতুগা হোৎলো :—

৫ দা খোঙ ২ পুল্লগা থীল্লো। অতুগা খোঙ য়েংনা হান্না য়েংলোমদা ৩ লক হোৎলো। অতুগা খোঙ অমুক থীন্দুনা, ওইনা অমুক ওইরোমদা ৩ লক হোৎলো।

৪। হল্লো :—

৫ দা খোঙ (ওই + য়েং) পুনবনা, য়েংলোম লয়হনা, ফৈনা খোঙগাও ৩ লক কাওরগা, চোংহনা

৪ দা য়েং তাও। মচুদা ওইরোম লয়তুনা ওইনা ফৈনা ৩ লক কাওরগা,

৩ দা ওই তাও। অম্মুম্না য়েংবা অমুক ৩ লক কাওরগা চোংতুনা;

২ দা য়েং তাও। অতুদগী ওইনা ৩ লক কাওরগা চোংতুনা,

১ দা ওই তারগা, য়েংলোম লথতুনা (ওই -- য়েং) পুন্না লেপও।

৫। উরোক মথা শেংলো :—মথক্কী খোঁসারোন্দা শেংপগুম শেংলো।

৬। লান য়েংও মায়গৈ ৪ :—মথক্কী লান ময়েংগুম য়েংও। অমুক চোংশিন্দুনা লৈবনা মায়গৈ ৪ লান য়েংও।

৭। লান কোয়ও : - খোঙ থীন্দুনা, তুংলোম খোঙ হাইতুনা য়েংও।

৮। শা থংলো :—খোঙ য়েং, ওই ৩/৫ লক থীন্দুনা. ফৈনা, ফৈনা শা থংলো।

৯। শা থিল্লো :—খোঙ থীন্দুনা শা অনিরক চোংশিন্দুনা থিল্লো।

১০। সালামি তৌরগা লোইও : - সালামিদি খোঙ ২ অমুক্তা চোংথংতুনা সালামি তৌগনি।

অথৌ তাংখুল খোঁসাদা, তা নাকন্দা অতুম য়েংতুনা সাগনি।

সো কাইবা, কনবা, নেংপা য়াওদে।

সালামিসু অরোইবদা অমুক্তং চোংখংলগা, লুকথতুনা সালামি তৌগনি।

# ৩। থেং খোৌসারোন

—তোংব্রম চাওয়াইমা




১। সালামি তৌও :—অথৌ তাংখুন খোৌসাগুম, অহানবদা ঙা নাকন য়েত্তা হাল্লা য়েপ্লগা,

১ দা খোঙ ২ ( ওই + য়েৎ ) পুল্লা লেপও। য়েৎকী খোঙনা হাল্লা চোংহুনা,

২ ,, ,, য়েং তাও। অহুদগী অমুক ওইগী খোঙ চোংহুনা,

৩ ,, ,, ওই তাও। অহুদগী অমুক য়েৎনা চোংহুনা

৪ ,, ,, য়েৎ তারগা, খোঙ ওই মাঙলোম তিংহুনা, হকচাং লুকথনা কোক নোল্লা সালামি তৌও।

২। ১বা চিথেক ৫ দা তাও :—

৪ দগী খোঙ (ওই + য়েৎ) পুনবনা, য়েৎকী খোঙনা হাল্লা চোংহুনা, খোঙচোং খোঙগাও ৩ লক্তা,

৫ দা ,, য়েৎ তারগা (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

৩। খোঙ থীল্লো, হোৎলো :—

৫ দা খোঙ ২ (ওই + য়েৎ) পুল্লগা মফম অহুদা খোঙ ৩ লক থীল্লগা, য়েৎকী খোঙনা হাল্লা, য়েৎলোম খুদোন ওলক হোৎলো। অহুল্লা ৩ লক থীল্লগা, ওইগী খুদোন ওইরোমদা ৩ লক হোৎলো।

৪ উরোক মখা শেৎলো :—

৫ দা খোঙ ২ (ওই + য়েৎ) পুন্নগা, মতুদা উরোক মখা য়েৎনা অমুক ওইনা অমুক মাঙ থানা শেৎলো।

৫। লান য়েংও :—হকচাং নমথনা চোংথৎনা হৌগৎলগা, মায়গৈ ৪ লান য়েংও।

৫ দা লৈতুনা তাও।

৬। শা থৎলো :—৫ দা খোঙ থীন্দুনা য়েৎ, ওই কৈনা শা থৎলো।

৭। শা থিল্লো :—খোঙ থীন্দুনা শা ২ রক থিল্লো। অতুদগী

৮। ২ সুবা চিংথেকতা তারুও :—৫ দগী খোঙ য়েৎনা হান্না চোংতুনা ৩ লক্তা ৬ তা য়েৎ তাও। (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

মসিদা মথক্কী ১ বা চিংথেক্তা সাবা অম্মুন্না, হায়বদি ৩, ৪, ৫, ৬, ৭ তা সাবা অম্মুন্না, খোঙ থান্নো, হোংলো, উরোক মখা শেৎলো, লান য়েংও, শা থৎলো, শা থিল্লো।

অতুদগী অমুক খোঙ য়েৎনা হান্না চোংতুনা ৩ লক্তা ৩ সুবা চিংথেক্তা তারুও।

৯। ৩ সুবা চিংথেক ৭ তা য়েৎনা তারগা (ওই + য়েৎ) পুল্লো, মসিদসু মথক্কী চিংথেক্তা সাবগুম্না,

(৩) খোঙ থীন্দুনা হোংলো।

(৪) উরোক মখা ২ রক শেৎলো।

(৫) লান য়েংও।

(৬) শা থৎলো।

(৭) শা থিল্লো।

অতুদগী অমুক ৭ তগী য়েৎকী খোঙনা হান্না চোংলগা, খোঙচোং খোঙগাও ৩ লক্তা, ৪ সুবা চিংথেক ৮ দা য়েৎ তায়গা (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

১০। ৪ সুবা চিথেক ৮ দা তারগা ( ওই + য়েং ) পুম্নগা, মতুংদগী মথক্কী চিথেক্তা তাকওৌ,

(৩) গী খোঙ থীন্দুনা হৌংলো।

(৪) „ ওয়োক মখা লেংলো।

(৫) „ লান য়েংও।

(৬) „ শা থংলো।

(৭) „ শা থিল্লো।

১১। মায়কৈগে ৪ গী চিথেক ৩ দা মথক্কী খোঁসারোন অমুম্না। রক সারগা, পাফল ময়ায়রোমদা ওনসিন্দুনা য়েংকী খোঙনা হাম্না চো হুনা, খোঙচোং, খোঙগাও ও লক্তনা ময়ায়দা রোঁরগা, খোঙ ২ মক অমত্তং চোংথংলগা, হক্চাং কোক নোম্না সালামি তৌরগা লোইয়ো। থেং খোঁসাদা—তা নাকল্না অতুম য়েপতুনা সাগনি।

লান কোয়বা য়াওদে।

সো কাইবা, কানবা, নেংপা য়াওদে।

---

## ৪। খুঞ্জাও-লৈচাও খোঁসারোন

— তোংব্রম চাওবাইমা




১। খেলাবি তৌও :—

১সু খুঞ্জাও ২ ( ওই + য়েং ) পুম্না লেপও। ওয়েংকী খোঙনা হাম্না চোংহুনা, ভা ওইরোম লয়না,

২ দা খোঙ য়েং তাও। অতুদগী ওইনা অমুক চোংতুনা য়েংলোম লয়না

৩ ,, ,, ওই তারগা, অমুক য়েংনা চোংতুনা তা য়েংকী নাকন্দা য়েপ্লগা,

৪ ,, ,, য়েং তারগা, ওইগী খুদোন মাঙলোম তিংনা হকচাং নম-থনা, কোক নোম্না সালামি তৌও।

অতুদগী ৪ দা খোঙ (ওই + য়েং) পুল্লগা, য়েংকী খোঙনা হান্না চোংতুনা খোঙকাও ৩ লক্কা,

২। ৪ দা (১বা চিংথক্কা) খোঙ য়েং তারগা (ওই + য়েং)

৩। ৫ দা খোঙ থীল্লগা খোংলো :— ৶৹ লক থীল্লো, ৩/০ লক খোংলো।

৪। ৫ দা উরোক মথা য়েংনা অমুক, ওইনা অতক শেংলো।

৫। ৫ দা লান য়েংও মায়গৈ ৪ সুনা। চোংতুনা চোংতুনা লান য়েংও।

৬। ৫ দা শা থংলো। খোঙ থীল্লুনা য়েংলোম, ওইরোম কৈনা চতুনা থংলো।

৭। ৫ দা শা থিল্লো। শা ২ রক থিল্লো।

৮। ৬ তা (২ সুবা চিংথক্কা), খোঙচাং ৩ লক্কা তারগা মতুদা মথকী ৩, ৪, ৫, ৬, ৭ কী খোংসা অসি শাও। অতুদগী অমুক য়েংনা হান্না চোংতুনা ৩ লক্কা,

৯। ৭ তা (৩ সুবা চিংথক্কা) তারগা, মতুদমক মথকী ৩, ৪, ৫, ৬, ৭ কী খোংসা অসি শারগা, অমুক খোঙ য়েংনা হান্না চোংতুনা ৩ লক্কা,

১০। ৮ দা (৪ সুবা চিংথক্কা) তারগা, মতুদমক মথকী খোংসা ৩, ৪, ৫, ৬, ৭ কী অসি শারগা, পাফল ময়ায়দা য়েংনা হান্না চোংতুনা য়েং, ওই ৶৹ লক থীল্লো।

১১। পাফল ময়ায়দা খোঙ য়েংনা হান্না চোংতুনা হোংতুনা তারগা, ময়ায়দা খোঙ থাঙংতুনা ওই, য়েং ৶৹ লক থীল্লগা,

১২। তা লয়তুনা সেগাদা য়েল্লগা সালামি তৌরগা লোইও।

খুন্তাও-লৈচাও খৌসাদা :—

১। সৌ কানবা, কাইবা, নেংপা য়াওদে।

২। লান কোয়বা য়াওদে।

---

## ৫। খুন্তাক-লৈতাক খোৌসারোন

——তোংব্রম চাওবাইবা

8 4 5
3 2
7 1 6

খুন্তাক-লৈতাক খোৌসারোন :— খুন্তাও-লৈচাও খৌসাদা, খোঙ নামা রাংনা থাঙ্গৎনা শারগা খুন্তাক-লৈতাক খোৌসা ওইএ। মরোন অপুম্বা চপ মান্নগনি।

১। সালামি তৌও :—

১ দা খোঙ ২ (ওই + য়েৎ) পুল্লগা, য়েৎনা চোংতুনা, খোঙ চোংবগা তা ওইরোম লয়ও।

২ „ „ য়েৎ তাও। অত্তুদগী অমুক চোংতুনা, তা ওইরোম লৈও।

৩ „ „ ওই তাও অত্তুদগী অমুক চোংতুনা, তা য়েৎলোম লয়ও।

৪ „ „ য়েৎ তাও। তা য়েৎকী সেগাদা য়েল্লগা ওইগী খুদোন মাঙলোম তিংনা হকচাং, কোক মমথনা, নোম্বা সালামি তৌও। অত্তুদা খোঙ (ওই + য়েৎ) পুল্লগা, য়েৎনা হাম্বা চোংতুনা ও লক্তা,

৩। খোঙ থীল্লো, খোংলো :—

৪ দা খোঙ ২ পুল্লগা, খোঙ ৩ লক থীল্লগা য়েংবী খোঙ খুদোন য়েংলোমদা ৩ লক খোংলো।

অতুম্না ৩ লক খোঙ থীল্লগা, ওইগী খুদোন ওইরোমদা ৩ লক খোংলো।

৪। উরোক মথা শেংলো :—

৫ দা খোঙ ২ পুল্লগা, মতুদা উরোক মথা য়েংনা অমুক, ওইনা অমুক খুদোন মাঙ থানা চোংথংতুনা শেংলো।

৫। লান য়েংও :—হকচাং নমথনা, চোংথংপদা মায়গৈ অমরোম ওল্লা; চোংতুনা, চোংতুনা, ৫ দা মায়গৈ ৪ লান য়েংও।

৬। শা থংলো :—

৫ দা খোঙ ২ থীন্দুনা, থীন্দুনা য়েং, ওই ফৈনা, ফৈনা চংতুনা শা থংলো।

৭। শা পিল্লো :—খোঙ থীন্দুনা শা ২ রক পিল্লো। অতুদগী মথক্কীগুম্না য়েংনা,

৮। ৬ তা (২ সুবা চিথেক্তা) তারগা খোঙ ২ (ওই + য়েং) পুল্লো। মতুদা মথক্কী খোসা ৩, ৪, ৫, ৬, ৭ তা সাবা অতুম্না সারগা, মতুদগী অমুক খোঙ য়েংনা হাম্না চোংতুনা ৩ লক্তা,

৯। ৭ তা য়েং তারগা (ওই + য়েং) পুল্লগা, মতুনা মথক্কী ৩, ৪, ৫, ৬, ৭ কী খোসা অতুম্না সারগা, অমুক খোঙ য়েংনা হাম্না চোংতুনা ৩ লক্তা (৩ সুবা চিথেক্তগী),

১০। ৮ দা (৪ সুবা চিথেক্তা) তারগা খোঙ ২ পুল্লগা, মতুদা মথক্কী খোসা ৩, ৪, ৫, ৬, ৭ অপুম্বা সারগা, খোঙ য়েংনা হাম্না পাফল ময়ায়রোমদা চোংতুনা খোঙচোং ৩ লক্তা,

১১। পাফল ময়ায়দা য়োরগা (ওই + য়েং) পুল্লগা, মতুদা খোঙ ৩/৪ লক থীল্লগা,

১২। তা লৈহুনা সেগাদা য়েপ্লগা সালামি তৌরগা লোইও।
মসিদা সৌ কাইবা, লান কোয়বা য়াওদে।

---

## ৬। পন্নিং-পনমাঙ খোৌসারোন

—তোংব্রম চাওয়াইমা




১। সালামি তৌও :—তা নাকন য়েং থংবদা, মথক্কী মতৌগুম্না তা য়েপ্লগা,

১ দা খোঙ ২ (ওই+য়েং) পুন্না থারগা, খোঙ য়েং হান্না চোংহুনা,

২ „ „ য়েং তাও। অত্তুদগী ওইনা অমুক চোংহুনা,

৩ „ „ ওই তাও। অত্তুদগী অমুক য়েংনা চোংহুনা,

৪ „ „ য়েং তারগা, খোঙ ওইগী খুদোন

৫ „ „ ওইগী খুদোন তিংলগা হকচাং কোক নোন্না সালামি তৌও।

২। ৪ দা খোঙ ২ (ওই+য়েং) পুল্লগা, য়েংলোম লয়হুনা, খোঙ তুংলোম হোংহুনা,

১ „ „ ২ (ওই+য়েং) পুল্লগা, ৪ দগী চেল্লকুনা পন্নিং হায়বদি ১ দা তাহুনা খোৌসাগনি।

মসি ৪ দগী য়েৎলোম লয়হুনা, খোঙ তুংলোম হোৎতুনা ১ য়োনা চেল্লকপা অমা। অহুগা,

৪ দা খোঙ ২ (ওই + য়েৎ) পুল্লগা, য়েৎলোম লয়হুনা, য়েৎকী খোঙ ৩ দা য়েৎ তাবা। অহুদগী অমুক ওইনা চোংহুনা,

২ দা ওই তাবা। অহুদগী অমুক য়েৎনা চোংহুনা,

১ দা য়েৎ তারগা (ওই + য়েৎ) পুন্দুনা মহুদা খোঁসাবা অমা।

৩। পন্নিংদা খোঁসাবা :—

১ দা খেঙ ২ (ওই + য়েৎ) পুল্লগা,

খোঙ থীনবা, হোৎপা :—৩ লক খোঙ থীল্লগা য়ৎকী খুদোন য়েৎ-লোমদা ৩ লক হোৎলো। অহুম্না, ৩ লক খোঙ থীল্লগা, ওইগী খুদোন ওইরোমদা ৩ লক হোৎলা,

উরোক মখা শেৎলো :— ১ দা উরোক মখা ২ রক, য়েৎ, ওই শেৎলো।

লান য়েংও :—মায়ুংগ ৪ চোংহুনা লান য়েংও। অহুদগী,

৪। পনমাঙদা খোঁসাবা :—১ দগী পনমাঙ ৫ তানা চেল্লকুনা মহুদা মথক্কী অহুম্না, খোঙ থীন্দুনা হোৎকনি, উরোক মখা শেৎকনি, লান য়েংগনি।

৫। পনয়ায়দা হন্না চেল্লকুনা, য়েৎলোম লৈশিন্দুনা সালামি কৎলো। পন্নিং-পনমাঙ খোঁসাদা—তা নাকন্দা হান্না য়েপও।

(১) সো কাইবা, কানবা, নেৎপা য়াওদে।

(২) লান কোয়বা য়াওদে।

(৩) শা থৎপা য়াওদে।

(৪) শা খিনবম্ব য়াওদে।

## ৭। মরাম মচা খোঁসারোন

—তোংব্রম চাওয়াইমা




১। সালামি তৌও:—তাদি থাঙ্গৎহুনা রাংনা পায়ও।

১ দা খোঙ ২ (ওই+য়েৎ) পুন্না লেপও। য়েংকী খোঙ হান্না চো হুনা,

২ " " য়েৎ তাও। অহুদগী ওইনা চোংহুনা,

৩ " " ওই তাও। অহুদগী য়েৎনা চোংহু ",

৪ " " য়েৎ তারগা; ওইগী খুদোন

৫ " " ওইগী খুদোন তিংনা, তা ওই, য়েৎ লয়হুনা, সেগাদা য়েপ্পগা সালানি তৌও, হকচাং, কোক নোম্না।

৪ দগী য়েৎ চোংহুনা,

৫ দা য়েৎ তাও, অতুদগী অমুক ওইনা চোংহুনা,

৬ তা ওই তারগা (ওই+য়েৎ) পুল্লো, য়েৎলোম লয়হুনা,

২। হল্লো:—

৬ তা খোঙ (ওই+য়েৎ) পুল্লগা, য়েৎলোম লয়হুনা ওইগী খুদোন য়েংকী কপ্পাক মপাদা লোংনা উৎলগা, তুংদা চোংহুনা,

৫ " " ওই তাও। চোংহুনা,

১০ " " য়েৎ হল্লো, তাও। অহুম্না ওইগী খুদোন, খুয়া লোংনা য়েংকী কপ্পাক মপাদা, তুংদা উৎলগা চোংহুনা,

১০ দা খোঙ ওই তাও। চোংহুনা,
১১ " " য়েৎ তাও। অহুম্না অমুক হন্দুনা,
১১ " " ওই তারগা চোংহুনা,
১ " " য়েৎ তাহুনা, ( ওই + য়েৎ ) পুল্লো।

৩। খোঙ থীল্লো, হোৎলো :—

১ দা খোঙ ৩ লক থীল্লগা, য়েৎনা, খুদোন য়েৎলোম ৩ লক হোৎলো। অহুম্না অমুক ৩ লক থীল্লগা, ওইগী খুদোন ওইরোমদা ৩ লক হোৎলো।

৪। সৌ কাইয়ো, সৌদি খুরাই সৌনে, মকাইদি :—

১ দগী য়েৎকী খোঙ য়েৎলোমদা হাইদোকপা, কোৎনা চোংহুনা, সৌ কাইনা,

৭ তা য়েৎ তাও। অহুম্না, অমুক য়েৎনা, য়েৎলোম হাইদোকনা সৌ কাইনা,

৮ দা য়েৎ তাও। অহুম্না অমুকস্থ য়েৎনা, য়েৎলোম হাইদোকনা সৌ কাইহুনা,

৯ দা য়েৎ তাও। অহুদগী য়েৎনা হন্না চোংহুনা,

৮ দা য়েৎ তারগা, অমুক চোংহুনা,

৭ তা ওই তারগা, য়েৎনা অমুক হন্না চোংহুনা,

১ দা য়েৎ তাও। ( ওই + য়েৎ ) পুল্লো।

৫। উরোক মথা শেৎলো :—

১ দা খোঙ ২ থীল্লগা, চোংথত্তুনা য়েৎনা অমুক, ওইনা অমুক শেৎলে।

৬। লান য়েংও :—

১ দা খোঙ ২ পুন্না চোংথত্তুনা, তারকপদা, খোঙ ফাকনা, মায়গৈ অমদা চুং তা রাংনা ফন্না থাংগৎনা, লমদম তান্না লান য়েংও। অহুম্না চোংহুনা চোংহুনা, মায়গৈ ৬ শুনা লান য়েংও।

৭। লান কোয়ও :—

১ দগী খোঙ ২ পুন্না ৩ লক থীল্লগা, য়েৎকী খোঙনা হান্না হোৎতুনা, য়েংলোমদগী হৌনা, চোংহুনা, চোংহুনা, সার্কল থুংনা লান কোয়ও।

৮। শা থৎলো :—

১ দা খোঙ থীন্দুনা, য়েৎলোম কৈনা চৎনা চৎনা শা থৎলো, অতন্না খোঙ অমুক থীন্দুনা, ওইরোম কৈনা চৎনা চৎনা শা থৎলো।

৯। শা থিল্লো :—

১ দগী খোঙ থীন্না মাঙলোম চোংশিন্দুনা শা ২ রক থিল্লো।

১০। সলামি কৎলো :—

ওইনা অমুক, য়েৎনা অমুক হন্দুনা, সলামি কৎলো।

---

# ৮। মরাম অচৌবা খোসারোন

— তোংব্রম চাওরাইমা




১। সলামি কৎলো :—তা থাংগৎলগা রাংনা পায়ও।

১ দা খোঙ ২ ( ওই + য়েৎ ) পুল্লগা, য়েৎকী খোঙনা হান্না য়েৎলোম চোংশিন্দুনা,

২ দা খোঙ য়েং তাও। তা ওইরোন কোংনা লয়ও। অমুক ওইনা চোংহুনা,

৩ ,, ,, ওই তাও। তা য়েংলোম কোংনা লয়ও। অমুক য়েংনা চোংহুনা,

৪ ,, ,, য়েং তাবগা, তাম্মু য়েংকী সেগাদা য়েপও।

৫ ,, ,, ওইগী খুদোন তিংলগা, হকচাং কোক নোম্না, তাদোন লুকনা সলামি তৌও

২। হল্লো :—

৪ দা খোঙ (ওই + য়েং) পুম্না লৈবত্থ, হকচাং য়েংলোম লংরগা ওইগী খুদোন য়েংকী কপ্লাক মপা তুংদা, খুয়া লোংনা উংলগা, চোংহুনা ৪ দা ওই তাবগা, য়েংনা চোংহুনা,

৬ তা য়েং তাও। ওইগী খুদোল ৪ দ হন্না তিংল-ও। অহুদগী ওইগী খুদোন য়েংকী কপ্লাক মপা তুংদা লোংনা উংলগা চোংহুনা ওই ৬ তা তাবগা চোংহুনা,

১ দা য়েং হন্না তাও। মহুদা ওইগী খুদোন ৬ তা তিংলরগা, ওইগী খুদোন খুয়া য়েংকী বপ্লাক মপদা তুংদা উংলগা, চোংহুনা ১ দা ওই তাবগা, চোংহুনা,

১ দা য়েং তাবগা (ওই + য়েং) পুম্না লেপও।

৩। খোঙ থীল্লগা হোংলো :—

১ দা খোঙ ২ থীল্লগা, য়েংনা য়েংলোম ৩ লক হোংলো। অহুম্না খোঙ থীল্লগা, ওইনা ওইরোমদা ৩ লক হোংলো।

৪। সৌ কাইয়ো :— সৌদি খুয়া সোনে। নেম্না থাকপা সোনে।

মকাইদি :—

১ দা খোঙ ২ পুম্না থাবনা, য়েং ওই পুম্না চোংখৎহুনা,

১ ,, ,, ওই তাবা, য়েংকী খুদোম্না,

৬।৭ থাবা সার্কল য়েংলোম কোংনা, সৌ কাইরগা, চোংহুনা,

১ দা খোঙ য়েং তাবা। ওইনা চোংছুনা,
৬ ,, ,, ওই তাবদা সৌ নেংলো। অহুদগী অমুক চোংছুনা
৬ ,, ,, ওই তারগা, য়েংকী খুদান্না,
৪ ৮ থাবা সার্কল কোংনা সৌ কাইরগা, চোংছুনা,
৬ তা খোঙ য়েং তাবা, ওইনা সৌ নেংতুদা,
৪ ,, ,, ওই তবা। ওইনা চোংছুনা ৪ দা ওই তারগা, চোংছুনা
৫।৯ থাবা সার্কল কোংনা সৌ হাইদোকনা কাইরগা চোংছুনা,
৪ দা খোঙ য়েং তাবা, ওইনা চোংছুনা
৫ ,, ,, ওই তাহুনা সৌ নেংলো। (ওই + য়েং) পুল্লো।
নক্রগা মথক্কা (২) গী হংবগুন্না হল্লগা,
১ ,, ,, ২ (ওই + য়েং) পুল্লো।

৫। উরোক মথা শেংলো :—
খোঙ থীল্লগা উরোক মথা য়েং ওই শেংলো। ১ দা ওইরবস্থ ৫ দা ওইরবস্থ শেংলো।

৬। লান য়েংও :—
১ দা নক্রগা ৫ দা, মাংগী ৪ লান চোংখং চোখংনা য়েংও।

৭। লান চেল্লো : —
৫ দা খোঙ ওলক থীল্লগা, তুং হন্না, য়েংলোম লয়হুনা, ওইগী খোঙ কাওখংনা,
৪ ,, ,, ওই তাও। য়েংনা তুং হন্না চোংছুনা,
৬ ,, ,, য়েং তাও। অমুক ওইনা কাওখংলগা, চোংছুনা,
৬ ,, ,, ওই তাবগা, য়েংনা চোংছুনা,
১ ,, ,, য়েং তারগা (ওই + য়েং) পুল্লো।
খোঙ কৈনা কাওখংলগা, মীনা ওইরোম তুং ওইনা য়েংনা চেল্লো। হকচাং চেপথনা, মীংনা মাঙলামদা শাবু য়েংনা তুং হন্না চেপ্পা চেনবনি।

৮। শা থৎলো :—

১ দা শাবু য়েৎ ওই থৎলো।

৯। শা থিল্লো :—

খোঙ থীন্দুনা থীন্দুনা শা ২ রক থিল্লো।

১০। সলামি কৎলো :—

তুংলোমদা ওইনা অমুক, য়েৎনা অমুক হল্লগা সলামি কৎলো।

খোৌসাবদা লান কোয়বদি য়াওদে, লান চেনগনি।

---

# ৯। মরাম নুংসেপপা খোৌসারোন

— তোংব্রম চাওয়াইমা




১। সলামি কৎলো :—

১ দা খোঙ ২ (ওই+য়েৎ) পুন্না লেপও। য়েৎনা হান্না চোংহুনা,

২ ,, ,, য়েৎ তাও, তাস্নু ওইরোম কোৎনা লয়ও। অতৃদগী ওইনা চোংহুনা,

৩ ,, ,, ওই তাও, তাস্নু য়েৎলোম কোৎনা লয়ও, য়েৎনা অমুক্ত চোংহুনা,

৪ ,, ,, য়েৎ তাবদা তাস্নু য়েৎকী নাকল্লা য়েপও। ওইগী খুদোন তিংনা,

৫ দা খোঙ ওইগী খুদোন তিংও। হকচাং, কোক, নোম্না, নমথনা তাদোনস্থু লুকথনা, সলামি কৎলো। অতুগা,

৪ ,, ,, ২ (ওই + য়েৎ) পুন্না লেপও।

২। খোঙ ২ ফৈদোকও :—

৪ দা খোঙ ২ (ওই + য়েৎ) পুল্লগা, য়েৎকী খোঙনা য়েংলোম ফৈদোকও, হলজিন্না খোঙ ২ পুল্লো। অতুন্না, ওইগী খোঙনা ওইরোম ফৈদোকও, অমুক হনজিন্না খোঙ ২ পুল্লো।

৩। হল্লো :—

৪ দা খোঙ (ওই + য়েৎ) পুনবনা, হকচাং য়েৎলোম লয়তুনা পাকথনা ওইগী খুদোন,

৫ ,, ,, ওই খুদোন ফৈনা তিংলুও। অতুগা ওইগী খুদোন, খুয়া, য়েৎকী তুংদা কপ্লাক মপাদা খুয়া উৎলো, চোংতুনা,

৪ ,, ,, ওই তাও। য়েৎনা চোংতুনা হন্না,

৬ ,, ,, য়েৎ তাও। ওইনা চোংতুনা খুদোন,

৪ ,, ,, ওইগী খুদোন তিংলুরগা, হন্দুনা, য়েৎকী কপ্লাক মপা তুংদা খুয়া উৎলগা, চোংতুনা,

৬ ,, ,, ওই তাও। য়েৎনা চোংতুনা,

১ ,, ,, য়েৎ তাও। (ওই + য়েৎ) পুল্লো, ওইরোম লয়তুনা হকচাং, মায় ৬ থাবদা ওল্লো। কবুই খৌসাগী মহনগা মাইন্নেএ।

৪। খোঙ থীল্লগা, হোৎলো :—

১ দা খোঙ ২ (ওই + য়েৎ) পুল্লগা, খোঙ ৩ লক থীল্লগা, য়েৎকী খোঙনা চুন্না খুদোন ৩ লক হোৎলো, অমুক ৩ লক থীল্লগা, ওইগী খুদোন চুন্না ৩ লক হোৎলো।

৫। সৌ কাইয়ো :— সৌদি খুয়া সৌনে।

১ দা খোঙ ২ (ওই + য়েৎ) পুল্লগা, পুন্না চোংখৎতুনা,

১ " " ওই তাবদা, য়েৎকী খুদোন্না,

৬ ৭ থাবা সার্কল তংখায়হু, সৌ কাইরগা, চোংহুনা য়েৎ

১ দা খোঙ য়েৎ তাবা, ওইনা চোংহুনা, খুদোন্না ওইরোমগী,

৬।৮ থাবা সার্কল তংখায়হুনা, ওইনা কোয়না সৌ কাইরগা, ওই, য়েৎ অনি পুন্না চোংহুনা,

৬ তা খোঙ (ওই + য়েৎ) পুন্না তাহুনা সৌ নেৎলো। অহুন্না অমুক চোংহুনা,

৬ " " ওই তারগা, য়েৎকী খুদোন্না,

৪ দগী ৯ থাবা সার্কল তংখায়হুনা কোৎনা কোয়না সৌ কাইরগা চোংহুনা,

৬ তা খোঙ য়েৎ তাবগা, ওই চোংহুনা,

৪ দগী ১০ থাবা সার্কল তংখায়হু কোৎনা সৌ কাইরগা চোংহুনা,

৬ তা খোঙ ওই, য়েৎ তাহুনা সৌ নেৎলো, অহুন্না অমুক, ওই, য়েৎ চোংহুনা,

৪ " " ওই তাবগা, য়েৎকী খুদোন্না,

৫ দগী ১১ থাবা সার্কল তংখায়হু কোৎনা সৌ কাইরগা, চোংহুনা,

৪ দা খোঙ য়েৎ তাবগা, ওই চোংখৎতুনা খুদোন্না,

৫ দগী ১২ থাবা সার্কল তংখায়হু কোৎনা সৌ কাইরগা, চোংহুনা,

৪ দা খোঙ ওই তাবগা, য়েৎসু চোংহুনা,

৫ " " (ওই + য়েৎ) পুন্না সৌ নেৎলো।

৬। উরোক মথা শেৎলো :—

৫ দা খোঙ ২ (ওই + য়েৎ) পুল্লগা, খোঙ থীন্দুনা, য়েৎ অমুক, ওই অমুক উরোক মথা ২ রক শেৎলো।

৭। লান য়েংও :—

৫ দা খোঙ থীন্দুনা, চোংখৎতুনা, মায়গৈ ৪ শুনা লান য়েংও।

৮। লান কোয়ও :—

২ দা খোঙ ৩ লক থীন্দুনা, য়েংলোমদগী সার্কল কোয়বা থুংনা ১৩/১৪ সার্কল থুংনা, চোংহুনা, খোঙ হাংতুনা লান কোয়ও।

৯। শা থৎলো :—

৫ দা খোঙ ২ (ওই + য়েং) পুল্লগা, খোঙ থীন্দুনা থীন্দুনা, য়েংলোম অমুক, কৈনা শা থৎলো অহুনা খোঙ থীন্দুনা থীন্দুনা, কৈনা ওইরোন চৎতুনা থৎলো।

১০। শা থিল্লো :— শাদি ওক শানি।

৫ দা খোঙ থীন্দুনা কৈনা, ওইরোম চোংশিন্দুনা ২ রক থিল্লো।

১১। সলামি কৎলো :—

ওইনা অমুক, য়েংনা অমুক হন্দুনা সলামি তৌও।

------

কোংলোতোং লৌথিবনা ( পাখংবনা ) হাও মুক্তা লেংকাই চন. মেংবা তাচিন খুয়ো মেংনরে, অনিমক্ক তমজে।

'লাইরেমা চাখা খোংচোমখীনা, উরক্তুনা পাখংবগী মীচক চওলে। অস্থুম তৌরিঙৈদা, অত্যা শিদবনা হায়এ, অপানবও! নঙ নতোমতা সেম্বদি তম্নরোই, থাদা লৈবা অশিবনা তৌএ, ঐ কৌথগে হায়না ভানোই সেরলপনা য়ু কৌরে।

অশিবও! কুম্ভকও, নংগা অপানবগা নপিঙা মী সাও ; থরাই সুত্তে, থরাই হাপসে হায়এ। অশিবনা করম সাও হায়বনো হংএ। অতিং শিদবনা হায়এ, ঐগী ইশক তমও হায়রবদা, অশিবনা, মী অহুবু অত্তিয়াগী মশক তম্না সারিঙৈদা, অতিয়ানা সকোন ফানবা খোয় মরী চিংথোকতুনা, মহুনা চাখা খোংচোম্বীনা সকোন পুন্দুনা ফারে। মমিংদি মারিচিং কৌএ।

অস্থুম্না হরিচুক্তা ( সত্যযুক্তা ) গুরুনা লৈবাক সেম্বা লোইশবদা, লৈবাক ভাক্লবা মচা পাখংবদা লৈবাক্কী মপু ওইনা শীরবদা, অশিবা সনা-মহিনা শাউত্নুনা, লৈবাক নিংথৌ পানবা লৈখাযনবা, মশামক্তা (সনামহিনা) সমতোন অয়াওবা কৌবা সকোন ওইনা সায়োন্দুনা, পাখংবনা কোইবা ইংখোলবু নেৎথৎতুনা চাইখায়রবদা, পাখংবনা লৈপকপী লাং থাক্তুনা, অশাকা হকথেংননা ফাগে হায়না, ভকথি চপ্তুনা, মখোঙনা, মখোঙদা (সমতোনগী মখোঙদা ) লোংশ্রৌ চন্দুনা, নমহুনা ফানবা হোৎনবদগী মুক্তা হায়রবসি পোকখি। ( লৈথক লৈখারোন পুরাণগী রানে )।

মীবু, থোঙ খুৎকী লৌশিনো মক্তওইনা হকচাংসি, মুক্তহুনা, নমহুনা তুহল্লি হায়বা মরমদগী, মুক্তা কৌখনি। তুবদি লাম্বা অনিমক তুমিনৈ, অহুবু মথক থংনা নমহুনা তুরিথা মীহুনা মুক্ত লৌরে ( থারে ) হায়নৈ। মখা থংনা তুরিবহুবুনা তুরে হায়নৈ।

মুক্তা হায়বা মহেসি, মীগী খাংগী ফিদা, খুৎ ২ না পায়রগা, থোঙ অনম্বুং খুৎকী লৌশিংনা মক্ত ওইনা, মীহুবু মুক্তুনা, ওই, য়েংতা, মাঙ, তুংদা মীহুবু নমতুনা তুহরবা লৌশিংনি।

মৈতৈ মুক্তা হৈবা মীনা, রাং চাউরবা, মপাঙ্গলশু হেন্না কল্লবা, মীবু, মুক্তা হৈবা হেনবা মীনা, শিক্লবশু, পাঙ্গল শোল্লবশু, অকনবশুবু, লায়না থাবা ঙমই। মরম অসিদগী, খুৎলাই য়াওনদবা মতমদা, শিক্লবা, পাঙ্গল শোনবশিংনা, চাউ শংবা হেনবা, মপাঙ্গলশু হেনবা মীবু লায়না লাকচবা য়াবা মথমদগী, মৈতৈ অহলশিংনা মচা মগুবু চহি ৭।৮ ওরকপদগী হৌনা মুক্তা নিংথিনা ওঁখ্র। মৈতৈ মচাশি ১০০ দা ১০০ মুক্তা হৈ হায়রম্মি।

## মুক্তাগী ফিজেৎ :—

মৈতৈ মুক্তাগী ফিজেৎ অনি শুই; (১) ফিশুৎগী হকচাং (লিঙ্গ) শে তুনবা নিংগ্রি (লেংগুম = under wear) শেৎলগা, মতুগী মথক্তা ওৗবং নম্রগা খুদৈ ১২ না তাশিন্দুনা খাংদা বিশি শেৎলগা, তুংদা নাৈম য়েন্না ফিজেৎ অমা। (২) অমমা লৈবাক নিংথৌ মমাঙদা, মনা কংবা মুক্তা যাত্রাশিংনা, খামেন চৎপা নম্রগা চুমগী কৈজেম শেৎলিবা অহু খুকউ মথক যৌনা তখৎলগা, নম্রগা নীঙথম, শমজিল চিনবগী কৈজোমশু তাখৎলগা, মতুগী মথক্তা, খুদৈ ২ না মসৈ মসৈ থৌনওনা তাংলগা, খাংদা বিশি কিতুনা শেৎলগা, মতোন্দুনা নমৈ যেপকনি, মসিবু কপজেং ফিজেৎ কৌই।

মৈতৈ মুক্তা যাত্রা যৎপ্রবা, অফাওবা মুক্তা হৈবা ওজাশিংদি কনা অহল ওইববশু, পাঙ্গল শোল্লবশু মপাঙ্গল কল্লবা, রাং চাউরবা মুক্তাশু যাত্রা মৎলবা নহাবালশিংনা মুক্তা পাক থাবা ঙমদে। খুদমদি, রাং চাউবশু হেনবা, মপাঙ্গলশু কনবা হেল্লবা, নহাশু ওইনিবা লৈশং যাত্রা অমসুং খুবাইগী থবি যাত্রা অনিবু; অহলশু ওইরবা, পিবশু পিকপা, পাঙ্গলশু শোল্লবা, রাংজীংগী খুমনথেম যাত্রা (খুমন যাত্রা হায়না, মনম লৈবাক তাদে হায়না কাওখি) মুক্তা থাবা ঙমখিদে, য়খোব অনিবু, খুমন যাত্রানা লায়না মুক্তা থাখি।

শমজ্জীন শেৎতুনা, লাম্বা যাত্রাশিংচু মফি নিংথিনা শিন্নহল্লগা, থুৎ য়েং, ওই শুনা পায়নহল্লগা শান্নহল্লি।

(৪) হকচাংগী মফম চাদবা অথীফম্নচিংবা ( লিঙ্গ ) পান্নবা য়াদে। করিগুম্বা লাম্বা অমনা পায়রবদি, অতোপ্পচুস্নু পায়বা য়াই, পায়রোই হায়রগা, মখুৎ অনিমক ফি পান্নবা থাদোকনি। লাম্বা অমনা মখুৎ অনিমক ফি পায়বা থাদোক্লবদি, অতোপ্পা লাম্বাচুস্নু ফি থাদোকনি, পায়চুনা লৈনদে, মানা ফি থাদোকলিঙৈদা লো তৌচুনা থানবা হোৎনবা য়াদে, অমুক নৌনা ফি শিন্নচুনা শান্নগনি।

(৫) মুক্লাদা খোঙনয়া, লাম্বাচুগী খুকউ মথক্কী কৈবাক মচুংদা কাওবা য়াই, পঙনা কাওনদে। মচু নত্তনা খুয়ানা কাওবা য়াদে, খুৎনা ফুনা, শিনবা, খৌরা মেৎপা য়াদে, লো তৌনরকপদা, খুদাংনা ঙকথী চপ্পবদি য়াই।

(৬) মুক্লাদা কৈগন মরুদগী মথা হস্থনা খুৎনা পায়নদে। কৈগন মরু ফাওবদি, করিগুম্বদা লো ওকপদা পায়নবস্নু য়াওই, পঙনা পায়নদে। কৈগন মরুদগী মথা থংবা খোঙগী শরুক্তা খুৎনা পায়নদে।

(৭) ফি শিন্নবা মতমদা, মতুংদস্নু, করিগুম্বা খুৎনা লৈপাক্তা শোকপা, শোবা, খুকউ লৈপাক্তা শোবা য়াদে ; মচু তৌরবদি মুক্লা তুরে হায়না লৌনৈ।

(৮) মুক্লাগী লো তৌনরকপদা, অনিমক চপ মান্ননা চেপ্পা নত্রগা উপনা তুনিন্নরবদি, মুক্লাচু কৈচুনি ( drawn ) হায়না লৌনৈ। কৈচু তুরবদি মুক্লাচু অমুক হন্না শান্নৈ।

(৯) মুক্লা কৈচুদা, লো হোবা নত্রগা লো ওক্লিবা মীনা মকোক মথৈত্তা ওইরবস্নু, লৈখংতুনা মথক থংনা, ননবা ঙম্নবদি, নক্লিবা অচুনা মুক্লা থারে হায়না লৌনৈ।

(১০) লো ওক্লবদা, লাম্বা অনিচু, তোঙান তোঙান তানা তুনবদা, অমনা উপ্পা তুবা, অমনা লোংনা তুরবদি, উপ্পা তারিবা নিপাচুনা মুক্লা থাবনি হায়না লৌনৈ।

(১১) মুক্না থারিবা লাম্বাহুনা, তুরিবা লাম্বাহুবু; নিংথিনা কোনখৎতুনা হোৌগৎনৈ, থারিবহু মতোমতা হোৌগৎনদে। মসি মৈতৈ জাতিগী ফজবা হৌনবী লমচৎ, নিংথিবা ব্যবহারনি।

(১২) লৈবাক নিংথৌ মমাঙদা যাত্রা মশেল, নিংখম শনজীন, মনাফি শেৎতুনা মুক্না শান্নবদা, থারিবা যাত্রাহুমক, তুরিবহুগা হোৌগৎমিন্নরগা, খোল্লাউ অমা লাউহুনা লৈবাক নিংথৌবু খুরুমনৈ।

খোল্লাউদি :— নাহাদে যাত্রাদে, নহারূপ পানাদে, লৈশং যাত্রাদে, শ্রীযুৎকী মনাইদে হায়না, মখোঙ নাম চোংখৎতুনা মথুৎ য়েৎনা মথুন্দা য়ৈরগা, লৈবাক নিংথৌ খুরুনই। মতুংদা মনা ফংই।

## মুক্নাগী লৌ (লৌশিং) :—

মুক্না থানবা লৌ (লৌশিং) য়ামই; মহুগী মথুংদা মরু ওইবদি :—

(১) কপ্লাক কোৎপী ১। য়েৎকী খোঙনা বোৎপা, ২। ওইনা বোৎপা অনি শুই।

(২) থুকউ থৈবী—১। য়েৎলোমদা থৈবা ২। ওইরোমদা থৈবা।

(৩) নিংগোং লংবা—১। য়েৎকী নিঙোং ২। ওইগী নিঙোং।

(৪) চেপচিং চিংবা—১। য়েৎলোমদা চিংবা ২। ওইরোমদা চিংবা।

(৫) হৈবোং কাবী—১। য়েৎকী খোঙনা কাবা ২। ওইগী খোঙনা কাবা।

(৬) খোঙচেপ হাইবা—১। য়েৎনা হাইবা ২। ওইনা হাইবা।

(৭) লোংথ্রৌ থকইন—

(৮) লোংথ্রৌনা লৈবা—১। য়েৎনা লোংথ্রৌ চল্লগা লৈবা ২। ওইনা চল্লগা লৈবা।

(৯) খুদোং পুখৎপা—১। ওইগী খুদোং ২। য়েৎকী খুদোং।

(১০) খুদোং হাইপু—য়েৎকী খুদোং হাইপু।
(১১) খুদোং অরাংবা, অসিনচিংবা মুক্নাগী লৌ মখল মখা য়াগই।

থায়না মমাংদৈদগী চৌনা, মৈতৈ জাতিনা, মুক্না, লমজেন, থাঙ-তা, কাঙজৈদা মীথোই-মীহেল্লকই। দ্বাপুর যুক্তা লাই হাউবা লোইবা মতুং নোংমা কোনবগী অমুক্তা, লাইগা, তাইবংগা লুখায় ফমহনা মুক্না শানৈ।

খয়ুম নোংপোক অরিবগা, তাইবং লায়বা নহাগা মুক্না যাত্রা শান্নবদা তাইবং লায়বা নহানা থারে। মতুদা লাইপংথৌ অনা চৎতুনা যাত্রা লায়বা নহাবু কোল্লি। মতুদা খয়ুম পুম্বনা হাংদি, সনা যুম্বী কারল যাত্রা লায়বনি। খয়ুম লৌনম্বদি মহাক্কি হায়না শাংথানৈ।

মৈদিংঙু মোংবা লাইরেল পাখংবগী মতম খৃঃ ৩৩ দা, ইরা চিংখোঙ পোইরৈতোনগা পাখংবগা লানথোংনবদা, নুং শুক, তা, থাঙনচিংবা খুৎলায়না লাকচনবা ঙম্নদ্রবদা, পাখংবা, পোইরৈতোন অনি মফি তাখৎনরগা মুক্না শান্নখি। শামান লেংমান্নবা, পাঙল নান্নবা, লৌশিং মান্নবা অনিনা মুক্না শান্নরকপদা, লৌ অপুম্বনা ঙম্নরকপ্রা। পোইরৈতোন্না খুদোং পুংৎপদা নোংদা লাইরেল পাখংবা খুদোং অরাং কাড়ুনা নপখি। পোইরৈতোন্না খুদোং অরাংবা থোংনবা লৌশিং ঙক্কিদৈদা পাখংবনা থক্তগী খুদোং অরাংবা তভুনা সেৎতুনা পোইরৈতোনবু মুক্না থখি।

মৈত্রবাক্কী য়েক ৭ কী মনুংদা নিংথৌজা মঙাং য়েক্না মুক্না, কাঙজৈ, থাঙ-তানচিংবা খুৎলায়দা ফাওই। খুমন য়েক্না মুক্নাদা ফাওই। মোইরাংনা লমজেন্দা ফাওই।

মুক্নাগী লৌ করম হৌরগা মীবু তুহনগদগে, অতুগা মীনা লৌ অতু তৌরক্লগা মতু করম ঙক্লগা তুদনবা হোৎনগনি হায়বা মরোন নাংশিংলি :—

১। কপ্লাক কোৎপী লৌ :—(ক) য়েৎনা কোৎপা (খ) ওইনা কোৎপা।

(ক) ঐগী খোঙ য়েৎনা, মাগী ওইগী কপ্লাক্তা মপান্দগী কোৎলগা,

ঐডোল্লোমদা চিংশিন্দুনা, হকচাং থবাক্কা মাবু লোংনা ইন্দুনা তুহনগনি।

ওকপা :— মসি মীনা তৌরক্লবদি, হকচাংসি য়েৎলোম লয়দুনা থবাক য়েৎলোম উপথনা পাকথরগা, মাদুবু য়েৎলোম চিংও।

(খ) ঐগী ওই খোংডনা মাগী য়েৎকী কপ্লাক মপানলোমদগী কোৎলগা ঐডোল্লোমদা চিংশিন্দুনা মবু লোংনা ইন্দুনা তুহনগনি।

ওকপা :— মসি ওক্কে হায়রবদি, হকচাং ওইরোম লয়থনা পাকথরগা, ওইগী খুৎনা মাগী য়েৎকী কৈগন (সগন) ওইরোমদা চিংও।

২। খুকউ থৈবী—(ক) য়েৎনা থৈবা (খ) ওইনা থৈনা।

(ক) ঐগী খুকউ অনিসি শন্নবা স্থপচিল্লগা, য়েৎকী খুকউনা মাগী ওইগী খুকউদা ভাদুনা থম্লগা য়েৎলোম মুক্তুনা মবু য়েৎলোমদা চিংনো তুহল্লো।

ওকপা—য়েৎকী খুৎনা মাগী ওইগী শাগন পায়দুনা খাংলগা খুকউ নাম্বোক্লবা হোৎনৌ।

(খ) খুকউ ২সি স্থপচিল্লগা, ওইগী খুকউনা মাগী য়েৎকী খুকউদা ভাদুনা ফারগা হকচাং ওইরোমদা মুক্তুনা মাবু চিংদুনা তুহনগনি।

ওকপা—ওইগী খুৎনা মাগী য়েৎকী শাগন পায়দুনা খাংলগা খুকউ নাম্বোকনবা হোৎনৌ।

খুকউ থৈবী সৌ অসি য়াম্না লায়বা অচম্বা লৌনি, অদুবু মুক্রা থৈবা মাত্রা ওজাশিংনা লৌ অতৈনা থানবা ভম্নত্রবদা খুকউ থৈবী লৌনা লায়না লায়না থানৈ।

৩। নিঙ্গোং লংবা—(ক) য়েৎকী নিঙ্গোং (খ) ওইগী নিঙ্গোং।

(ক) য়েৎকী নিঙ্গোং লংগে হায়রবদি, ফি পায়রিবা খুৎ ২মক্তু লোংনা পায়রগা, লাম্বাদুগী মখুৎ ২ মক্তু চপশিল্লগা, হকচাং ওইরোম লয়দুনা,

হকচাং চেপ্পা য়েংকী খোঙসি মক্রাংদা চঙশিল্লগা, থা লুকথনা নিঙ্গোংনা মীহুবু মথক্লোম ইনখৎলগা, ওইগী খুৎনা মীহুবু মথক্লোম ইনখৎনা, ওইগী খুৎনা ওইরোম হকচাংগা কোমনা মীহুবু ওইরোম চিংহুনা লংহুনা তুহল্লো ।

ওকপা—মীনা য়েংকী নিংগোং লংলবদি, য়েংকী খুৎনা মাগী ওইগী চগোৎ শাগন লামহুনা পায়রগা ঐডোল্লোম চিংশিল্লগা, য়েংকী খুৎতুনা থাদোক্তুনা মাগী ওইগী কৈরুদা লামতুনা ফারগা ঐঙোল-লোমদা চিংশিল্লগা হকচাং থানা মশাহু মাঙলোম ইল্লো ।

(খ) ওইগী নিঙ্গোং—য়েংকী খুৎনা ফি পায়রিবহু কল্লা চিংশিল্লো, ওইগী খোঙ মক্রাঙদা লোনশিল্লগা, নিঙনা মথক্লোম মুকখৎনা, হকচাং য়েংলোম পাকথনা লংহুনা তুহল্লো ।

ওকপা—ওইগী খুৎনা মাগী য়েংকী চগোৎ, শাগন লামতুনা চিংশিল-লগা, হকচাং লুকথনা, খুৎ ওইহুনা অমুক থাদোক্লগা মাগী য়েংকী কৈরুদা নমতুনা ফারগা, থানা মাবু মাঙলোমদা নমথনা ইল্লো ।

(৪) চেপচিং—(ক) য়েংলোম চিংবা (খ) ওইরোম চিংবা ।

(ক) য়েংকী চেপচিংনা মীবু তুহনগে হায়রবদি, য়েংকী খুৎনা, মাগী ওইগী শাগন লামহুনা পায়রগা, য়েংকী খোঙ তুংলোমদা খোঙকম অমা হন্দোক্লা মীহুবু য়েংলোম চিংহুনা তুহল্লো ।

ওকপা—মীনা চিংলবদি, ওইগী খোঙ চঙশিন্না, ওইগী খুৎনা মাগী য়েংকী শাগন নত্রগা পান্থোম অফংবা অমা পায়হুনা ওইরোম চিং-হুনা থাঙও ।

(খ) ওইগী চেপচিং, মগী য়েংকী শাগন চগোৎ লামহুনা পায়রগা, ওইগী খোঙ তুংলোমদা খোঙগাপ অমা হন্দোক্তুনা হকচাং পাকথনা, ওই-রোমদা মীহুবু চিংহুনা তুহল্লো ।

ওকপা—য়েংকী খুৎনা মাগী ওইগী শাগন নক্লগা পাম্বোম্না পায়-হুনা য়েংলোম চিংহুনা খাঙও, য়েংকী খোঙ মাঙলোমদা চঙশিনা খাঙও।

৫। হৈবোং কাবী—(ক) য়েংকী খোঙনা কাবা (খ) ওইগী খোঙনা কাবা

(ক) য়েংকী খোঙ থুপচিল্লগা, খুদোন য়েংলোম লৈনা, মাগী ওইগী খুকউ মথক্তা, খুদোল্লা য়েংলোম মপাল্লোম লৈনা, ফৈনা, খোঙ নম্না নল্লগা, মীস্তবু য়েংলোম লোংনা মুক্কুনা তুহল্লো।

ওকপা—মীনা ভৌরক্লবদি, খুকউ অনি সুপচিল্লগা মানা নপলিবা মখোঙজু, য়েংকী খুকউদা, ফৈবোমদা তানবা হোৎনরগা মখোঙ নাম্বোক্লবা হোৎনরগা, য়েংকী নিঙোং লংও।

(খ) ওই থুপচিল্লগা, খুদোল্লা ওইরোম লৈনা, মাগী য়েংকী খুকউ মথক্তা নপলগা, ওইরোম লোংনা মুক্না চিংহুনা তুহল্লো।

ওকপা—খুকউ অনিসি সুপচিল্লগা, ওইগী খুকউ মথক ফৈবোমদা, মাগী মখোঙ নপলিবতু তাননবা হোৎনরগা, নাম্বোক্লবা হোৎনৌ, ওইগী নিঙোং লংউ।

৬। খোঙচেপ হাইবা—(ক) য়েংনা হাইবা (খ) ওইনা হাইবা।

(ক) য়েংনা হাইগে হায়রবদি, ঐগী য়েংকী খোঙবী মরুনা, মাগী ওইগী খুজেংদা য়েংলোমদগী থক হেক হাইহুনা ফুরগা, খুৎ অনিমকপু মশাবু য়েংলোম মুক্কুনা চিংলগা তুহল্লো।

ওকপা—মামা খোঙচেপ হাইরকপতুগা ইরোয়ননা, চৎলগা, মাবু ঐগী য়েংলোমদা চিংহুনা খাঙও।

(খ) ওইনা খোঙচেপ হাইবদি, ওইগী খোঙবী মরুনা, মাগী য়েংকী খুজেংদা ওইরোমদগী থক য়ৈহুনা হাইরগা, মনাক্ত ওইরোমদা মুক্কুনা চিংলগা তুহল্লো।

ওকপা— মীনা হাইরগা তুদনবদি, মানা হাইরকপগী ইন্নোরননা চংলগা, মাবুস্তু ওইরোমদা চিংতুনা থাওও।

৭। লোংগ্রো থকইন— লোংগ্রো থকইন্না মীবু তুহনগে হায়রবদি, য়েংকী খোঙনা মীতুগী মক্রাংদা লোনশিল্লগা, মখোঙ ওইগী কপ্পাক মতুংদা কোংনা চিংশিল্লগা, হকচাং লুকথনা, চোংশিন্দুনা, মীতুবু থক থক ইল্লগা তুহনগনি।

ওকপা— মীনা থকইন তৌরবদি, হকচাংসি খা নমথনা নক্লগা লেংথোক্না, য়েংলোম হকচাং লৈথনা, খা য়েংলোম চপনা, পাকথনা, খুং য়েংনা মাগী ওইগী সেগ্না লানতুনা য়েংলোমদা চিংনা লৈথনা ওকও।

৮। লোংগ্রো লৈতুনা তুহনবা— (ক) য়েংকী লোংগ্রো (খ) ওইগী লোংগ্রো।

(ক) খোঙ য়েংনা মাগী ওইগী খোঙদা মক্রাংদগী লোনশিন্দুনা য়েংলগা য়েংলোম লোংনা লয়তুনা তুহনগনি।

ওকপা— মীনা অস্তুন্না লোংগ্রো চন্দুনা লয়রবদি, ঐগী ওইগী খোঙতু তুংলোমদা য়েংলোমদা চিংথোকও। হকচাং মঙোন্দা নপশিনগনো, য়েংকী খোঙদা ঐগী হকচাং লেপ্লগা ওইরোম লয়রতুনা, ফৈবোম অনিনা চল্লক্লিবা মখোঙ য়েংতু চপতুনা ফারগা ওইগী খুংনা মথাংদা নমও, য়েংকী খুংনা মশাতু ওইরোমদা মুকথংনা ইন্দুনা তুহল্লো।

(খ) ওইগী খোঙনা, মাগী য়েংকী খোঙদা লোংগ্রো চল্লগা, ওইরোমদা লোংনা লয়তুনা তুহল্লো।

ওকপা— খোঙ ওইদা লেপতুনা, ফৈবোম অনিনা মখোঙ লোংগ্রো চল্লিবা মখোঙ ওইতু চপলগা, য়েংকী খোঙসি তুংলোম, ওইরোমদা মখোঙ ওইতুগা লোয়ননা চিংথোক্নুনা তুহল্লো।

৯। খুদোংনা মীবু তুহন্নবা—

খুকউ অনি সুপনা, হকচাং নমথনা স্বর হোন্দোক্লা থিংনা. খুৎ অনিনা মীতুগী মশা মুকখৎনা. মীতুবু মথক্রোম পুখৎলো। মানা মখোঙ নামা. য়েৎ ওইরবস্থ ওই ওইরবস্থ খোঙনন্না. ঐগী ফৈবোমদা নপ্পগা, নামা অমনা মখুকউ কোনশিন্না, সুপচিন্না নপলিবা মখোঙ অতুগা পক্লনা খুদোন মতুংলোমদা ইম্থোক্লা লৈগনি। ঐনা খুকউ ২ সি সুপচিন্না, খুকউ নামনা মাগী নপলিবা. অমনা পক্লরিবা মখোঙ অনিগী কারক্তা লোনশিন্নবা হোৎনরগা, মীতুবু মখক্তগী খোঙ নামনা শেৎতুনা নিঙ্গোংনা লংবগুম লংতুনা তুহনগনি।

ওকপা—(১) মীনা খুদোং পুখৎকে তৌরবদি, মানা খুদোং হেক পুখৎকে তৌবদা. ঐস্ন মাবু পুখৎকে হায়না চপ মান্ননা তৌতুনা খুদোং পুখৎহন্দবা মওক অমা।

(২) করিগুম্বা খুদোং হেক পুখৎথ্রবদি, থা অসি লুকখনা, মঙোন্দা নপশিন্না, হকচাং লুকথনা খাঙলগা. মানা খুদোং শেৎকে তৌবদা চৈরক্তা হকচাং নাম্থতনা লৈপাক্তা খোঙ তাহৌরগা, মাবু অমুক খুদোং পুখৎনবা হোৎনবা অমা।

১০। খুদোং হাইপু— মীতুবু খুদোং পুখৎপগা লোয়নননা য়েৎলামদা ইশাগা লোয়ননা উরু উরু ২।৩ রক লৈরমলগা হন্দুনা, ওইরেমদা শেৎতুনা থাদোও।

১১। খুদোং অরাংবা. পুখৎথ্রবদি হায়বদি খুদোং পুখৎপদা, মীতুনা ঐগী চনিং খ্বাংগী ফিদা মখোঙ অনিনা চোংখৎতুনা খুদোন্না নেৎতুনা খুকউ অনিতুনা ঐগী খজিন্দা সৌতুনা লৈরবদি, নপলিবা, খুদোং অরাংবা কারিবা মীতুগী অথিকম ( লিঙ্গগা লোয়ননা বেল ) অতু খুৎ নামনা পায়তুনা চিংথতুনা ওকনি।

থুদোং অরাংবা কারিবা মীহুনা, তুদনবা ওকে হায়রগা, পুথংলিবা মীহুগী খদাঙগা, মকোকা থুং নাম নাম্না পায়হুনা থুং অনিনা মঙক লৈথেক্না ওক্লনি।

মসি মুক্লাগী লৌগী মতুংদা অরুবা লৌনি, পুথংলিবা মীস্থু ফীবম শোয়রগা কারিবনা থাখিগনি; কারিবনা শোয়রগা পুথংপনা থাখিগনি।

( মুক্লাগী নিয়ম ৪ সুবদা অথোফম পায়নবা য়াদে হায়বহু, থুদোং অরাংবনদি তঙাইফদনা পায়গনি )।



# Thangkou or Thangou Spirituale Dance

From the records of the world, it is known that dancing was considered the important game in the primitive society.

In some places dancing is used for the purpose of evoking good will and help of gods on their side.

In same regions, it is considered serious and religious activity.

In some parts, there are pantomime dance that is to show the meaning by dumb-show acting.

In some places, they used war dances by the armed brave men before a war, Supposing to bring to their side helpful spirits.

Specially dancing is used or regarded as the most effective means of exorcising evil spirits and free from their influence.

Exorcise means to call forth or drive away evil spirit and deliver from the influence of an evil spirit.

Exorcism, act of exorscising or expelling evil spirits py certain ceremonies.

A formula for exorcising—

Exorcist— one who exercises or drive away the evil spirits by action.

Exercise— ( ভূ.তা ওঝা ) one who pretends to cast evil spirits by adjurations.

When an occasion is beginning expert dancers perform some short of dances for that occasion as a ceremony, that kind of dances are called initiative dance.

In the region of Manipur, the primitive Meitei Society, considered Thangkou dance, serious and religious activity, originally done by the gods and engaged in by the gods during the earth creation.

Since very early times, Thangkou dance ( Spiritual Dance ) or war dance used by the armed brave warriors before a war. Supposing to bring the deities to their side, in winning the war.

By taking principle of initiative cosmic dances, the Meitei people used in war dances by the armed brave men before a war since very early time, with or by swearing some holy names and songs.

Even now, the Meitei people use such war dances, (sword and spear Thankous) as affective means of evoking the good will and help of deiteis to their side.

Thus the Meitei people consider & wish to keep these sacred Thankou dances secretly and not to publish.

But their is no expert Thangkou dancer or real demonstrator in the country but has only the story, recorded in the old record without any practicable clear idea. I, therefore publish some of the valuable Thankou dances, in the hope of existing in future.

There are some 40 separate kinds of sword and spear Thangkou dances or spiritual dances.

—The Writer.

## ৫ সুবা মতাং

# থেংকৌরোল

মতাং অসিদা লাইনিংথৌ লৈবাক শেম্বা, অমম-অঙান খায়ববু খুরুম্না থেংকৌরোলগী রাংব শরা নীংশিংজরি। থেংকৌরোল হায়বসি, অরুবা রানি হ য়না ওজাশিংনা তাকপি, লুম্বু লুবনি. অহুবু অরুবা, অথুপপা, মরোনসি তাকথোক্কদনা নরোন পুম্বা মাঙনরক্নে ।

মতমগী মতুংইন্না, নীওইদনা, মীওইবা জাতিগী কান্নবা, মানা মানা খঙবা, হৈবা মইং লৌশিং পুথোক্লুনা, জাতিগী অমম্বুং সমাজগী কান্নবা তৌনরকপা অসিনা মরম ওইদুনা মৈতৈ জাতিগী অরুবা কান্নবা অসিবু খরা পুথোক্লুনা, তুংদা মাংদনবা ওইনা ফোঙদোকপনা ফগত্রা হায়না খনবদগী লুরে হায়রিবা মরোনসিবু ইরায় লায়না পুথোকপগুম ত্তৌবসিদা, মৈতৈ অথঙ অহৈবা ওজাশিংনা অয়োন অরান পুম্বা ঙাকপি-নবা হায়জরি ।

ঐনা তমজনৌবা অনম্বুং শঙজবা থেংকৌরোল হৈবা ওজাশিং ৫।৬ কী মরোনবু, চাউরাক্না নীংশিংজরি, ওজাশিং অদুদি :—

১। খরাইজম ( খরাইবম ) দেবসিং—সাং থোংজাউ বস্তি।

২। নিংথৌজম ধন পণ্ডিত--সাং লৈমাম বস্তি।

৩। খুরুখুল তেপিপা পণ্ডিত— সাং খুরুখুল বস্তি।

৪। গিরেন মৈরম লীবা পুরাণগী থেংকৌরোল।

৫। সলাম সনাবা ( সনা ) পণ্ডিতকী থেংকৌরোল।

৬। চনম্বা বীরহরি পণ্ডিতকী থেংকৌরোল পুরাণগী মরোননা ওজাশিংগী মরোনসি মথাদা মথং মথং নীংশিংজরি—

# ১। থেংকোরোল

—ওজা দেবসিং

থেংকোৗগী নৈহোরোল :—( নৈথক নৈথারোল অমমুং পুদিল পুরাণগী লৈশেমলোন )।

তাইবংপানবা মপু ওম্লো যাইবিরেন শিদবা, ছঁ হায়না মবুক কনজাউরক্লে ( শাউরে ), তাইবংপান মুংলে। উঁ হায়না মবুক নাং-শিংলক্লে ; তাইবংপান অসিবু শেনগে হায়না নীংলে।

হেরে মকে নহে কারে, হুন মিহে হাসি নারে।
নারে হাসি হসি কারে, নারে সহে মরু কারে।
হেরেতি উইতে নীবিংহিং নীহিংসং।
চিংতেতে চিংতেতে নপ্লু অংক শ নিং।
কীরিং শীরিং অমনরিং কাইনোত্তা।
কাঙপিরু হুঙপিরেন্ পুরিং হরিং স্বহা॥
উইতে হুঙতারেৎপি সংথুপ্লু উইতেপা।
উইতেতে হুচিংতেতে চিংতেতে নাতেহু॥
অনিমক অমা ওই স্বাহা॥
নোংথাঙ কুপ্লকপানে থঙও।

ওম্ চিঙু থমুন লাইনিংথৌ, অতিংকোক গুরু শিদবা!
য়াইবি য়েলহৌঙে অমম নৈসা হল্লকপা।
খেরে নুংগুম্ তঙুপ্হো পোইদিঙু নোংথাঙ তাংলেন।
তাইবং লাইজা ঈপোকপা ! চিঙু লিন্দাউ তাউবী ঈরোইনাই,
লাইরেন তাউরোইনাই নমু শিদবা। নুংগাং মহারাবা।
য়াইবি হুঙৌ পীমাবা, চিঙু কোরৌ অয়েংবা,

রাংবা নিংথৌ পানজুম্বা। হুপ্‌লা মপান্‌গী হারমউগী
মিসেম্‌বোঙ কাইবী মহুম্‌হুংগী পরিং লাংসং হুন্‌।
উকা মাঙ্গথেংয়ান্না নপোক্‌ থোইরা য়াল্লকপা।
চীঙ্‌ য়ারা খোন্‌জেন্‌ অহান্‌বদা লাংবন্‌ থোইমু খোন্দানবনা
খোন্‌জেন্‌ ওম্‌কার ময়েক গোকনা নপোক্‌ থোইরা য়াল্লকপা।
চীঙ্‌ য়ারা নখোন্‌জেন্না নমু পোঙবু থেতম্লকপা !

অসি থিবিকপু নীংশিংলকুনা. অকোয়বা থবি ময়ুমগী ( Holo ) মশক থোরক্লে। অকোয়বা থা মহাক্তি মরুনে। তাইবংপানবা মপু কুয়োম্লে। মহুবু তাইবংপানবা মপুনে। অকোয়বা থবি ময়ুম (Holo) অহুবু চুমথাঙগী মশককুম্না ( Rainbow ) অনি ওইনা থরহনা মতোল লোঙলে। মতোল মাদি স্নচীং ( Gold Hill ) ওইরে।

স্নচীং মহাক্তি অতিংকোক্লে। স্নচীংগী মথাদা অমম্বা লৈএ। অনম্বগী মথাদম্ব অতিংকোক লৈএ। অতিংকোক্কী শিলকুদি তাইবংপানবগী মপুনে। অতিংকোক্কী মথাদা তাইবংপানবগী মপুনা লৈএ। অসি থিবিকপু স্নুনা লৈএ হায়বগী তাইবংপানবা মপু কৌএ।

হৌজিক তাইবংপানবা সেম্লকৈগী রাবু ফাওনা হায়গে, তাইবংপানবা মপুনে, অতিংকোকনে, অমম্বনে, লাই অহুম্না, স্নচাংগী ময়ায়দা, তাই-বংপানবা অসিবু সেমগে হায়রুনা রা তাম্লরে।

অসাই হায়থিবা অকোয়বা থবি ময়ুম অহু, মচু তরেৎ ওইনা থোরক্লে, চুমথাঙ ওইরে। অকোয়বা থবি ময়ুম চুমথাঙ অহু অনি থোক্লা কায়রে। য়েৎকীনা অতিংকোক লাইনিংথৌ ওইরে। ওইগীনা অমম্বা লাইরেম্বী ওইরে।

হৌজিক রারম অমা হায়গে; তাইবংপানবা মপুনা, তাইবংপানবা থোরক্লবা, অসাই তিম্নবৈদা, অতিংকোক্কা, অমম্বগা তিম্নবৈদা পোকপা, অতিয়া শিদববু কৌথোক্লগা, অতিংকোক নংদা অতিয়া পুথখিহনা

তাইবংপানবা সেমলুও হায়না শিথরকএ, অতূগী অশিবা কৌএ।

অতিংকোক শিদবনা, অমম্ববু তাওবিরোইনাই কৌরদনা, অনিনা তিন্নছুনা, ওঁশি পোকএ, মহাক্তি অশিবনে (ঈশিংনে), সন মহিনে।

অতিংকে ক্কা তাওবিরোইনাইগা তিন্নবদা, সা পোকএ, মহাক্তি কুনজিন তুখাকপানে (মৈনে), পাখংবনে।

হৌজিক ঋ রম অমা হায়গে, তাইবংপানবা অসিবু নাইরোম ওইনা পুরিবদি তাইবংপানবা মপুনা অতিংকোকপু য়োমএ (পোকএ)।

Lord of Universe enveloped (begot) Atingkok.

অতিংকোকনা অমম্ববু য়োমএ (পোকএ)।

Atingkok enveloped (begot) Dark.

অমম্বনা নোংশিংপু য়োমএ (পোকএ)।

Dark enveloped (begot) wind.

নুংশিংনা লৈচিলবু য়োমএ (পোকএ)।

Wind enveloped (begot) Cloud.

লৈচিল্লা ঈশিংবু য়োমএ (পোকএ)।

Cloud enveloped Water.

ঈশিংনা লৈপাকপু য়োমএ (পোকএ)।

Water enveloped (begot) Earth.

অম্বন্না তাইবংপানবা অসি লৈসেম্বগী মমাংদা অহানবদা, ঈশিং তরং ওইনা লৈরমই। তাইবংপানবা মপুগী য়াথং মতুংইন্না, অতিংকোকনা লৈবাক সেমনিংলে, মচা অতোয়া শিদববু কৌগেকুনা, নপাদি কনানো হায়না হংএ। মচা অতোয়া ইপাদি নংনে হায়না খুমএ। তোনা নংনা ইপাবু থঙলবদি, ইপা অরিবনে, অসি খিবিকস্থু নংগীনে হায়না শিন্নরগা, মচা অতাবু লৈবাক সেমলুও হায়না শিম্বরকএ অতূগী অশিবা কৌএ।

অতিয়া শিদবনা লৈবাক অসিবু করম সেমগদগে হায়না হংলবদা, অতিংকোক্লা হায়এ, ঐবু য়েংও হায়না গুরুনা ময়া কাথোক্লে। অতিয়ানা

গুরুগী মবুক মনুংদা শিংলিনা তিংলিবা লাইগী ময়েক কুম্থ্রমগানা শিংলিগী মরক্তা য়োমলিববু উরে। ময়েক অত্ত উরবদা, গুরুনা উরবরা হংএ, অত্যানা উরে হায়এ, গুরুনা ময়েক অত্থ য়েংনা সেমও হায়রবদা, অত্যানা, গুরুগী মবুক মনুংদা লৈবা খিবিকপু হোইদোক্লগা সেমগে নিংজুনা, গুরুগী মবুক মনুংদা লৈবা খিবিকপু হোইদোরক্কে হায়জুনা গুরুগী মবুক মংদা হুনজিনখ্রে।

অহৈ হো হোইরৌ, হোইরৌ,
হোইরৌ হোইরৌনগেসে।

অতিয়ানা ইশৈ অসিবু শকুনা হোইদোরকএ। হোইদোরকপা অত্থবু গুরুনা তারজুনা, মবুক মনুংদা য়েংবদু, অতিয়ানা লৈচম্বু গুরুনা উরে। মবুক মনুংদা লৈবগী লোংগে তৌবা ওইএ, ঐনা য়াম্রবদি ফরাংই খন্দুনা, গুরু মহাকঙ্কম্বা অমবু গুরুগা ময়োক্লনা মমাঙদা ফমহল্লে। অদুগা গুরুনা ময়া কাংথোক্লে।

গুরুগী মবুক মনুংদা লৈবা খিবিকনা, গুরুগী মমাঙদা লৈবা অত্থবু উরজুনা, হিং ঐংগাগনা খাঙলা অসিদি নত্রে, গুরুদি অসিদগুম লৈরে হায়জুনা ডননক হান্দারকলে, থোরকলে।

গুরুগী মবুক মনুংদা লৈবা খিবিকনা হাথোরকপগী ইশৈ শরূপদি—

হো হোই, হাহা হা,
হোরিল্লো হোরিল্লা
হযুতে থুলাইতে হৈয়া হে হৈয়া হে।
অত্থবু থোইনা হরাউবা লৈবনেদা,
হৌ হে হৌ হয়া নগেদা। (পুদিল পুরাণ)।

হো হোই হাহা হা, হোই হোই হাহা হা।
হেরিল লীলা হেরিলা হেরিলা,
হযুতে থুলাইতে হৈয়া হে হৈয়া হে,

অহুবু খোইনা হরাউবা লৈবনেদা,
হৌ হে হৌ হয়নাকেদা। (লৈথক লৈথারোন পুরাণ)।

হরাউনা থোরককৈংগী শকনবা ঈশৈদি অসিনে। গুরুগী মবুক মন্নুংদগী হোইদোরকপা মহাক্তি থরানমিচাক অপকপাগী মমুং থিবিক্লে। মমুং মহাক্তি অতিয়ানা য়োমএ। অতিয়া শিদবনা মবুক ফারে।

অতিয়া শিদবও! লৈপাক্কুম সেমলুও হায়না গুরুনা শীথরকলে। অতিয়ানা হংএ, গুরুনা লৈপাক সেমও হায়বহুবু করম সেমসিবা হায়এ। গুরুনা তাকপিগে নিংথৌনা পরিং লাইসং উরোং লাইশোন শিংকাপ মণ্ডা-মক সুনা তাকপিএ।

অতিয়া শিদবনা, লৈপাক্কী মপুদি গুরুনে, লৈপাকপু পিনবিয়ো হায়না নিরবদা, গুরুনা মখোয়দগী লৈপাক লৌও হায়না য়াবিরবদা, অতিয়া শিদবনা থেংকৌ সাদুনা লৈসেমএ।

## থেংকৌ :—

১। লৈহৌ থেংকৌ :— ক—পাখংবা
খ—অতিয়া
গ—লাইস্না
ঘ—লাইহনবী
ঙ—অশিবা।

লৈহৌ থেংকৌ কৌবদি ময়েক ৫ অসিনা সাবনে। থেংকৌগী মমিংদি সমপুতোংবা কৌএ। মচুদি অশংবনে।

২। লৈসেম থেংকৌ :— চ—চীংথৈ
ছ—লমাবী
জ—কৌব্রু

ঝ—থবা

ঞ—শজিক

লৈসেম থেংকৌ কৌবদি ময়েক ৫ সিনা সাবনে। মচুদি অগনবনে।

৩। লৈতাই থেংকৌ :— ত—থোডারেন

থ—ইরাইলৈমা

দ—শিনতাকপী

ধ - মালেম

ন—খানা চাওবা।

লৈতাই থেংকৌ কৌবদি, ময়েক ৫ অসিনা সাবনে। মমিংদি সননিক কৌএ। মচুনা অঙৌবনে।

৪। লৈরোই থেংকৌ :— প—নোংপোক

ফ—হুমলেল

ব—লাইরেম্বী

ভ—নামানেং

ম—মারচিং।

লৈরোই থেংকৌ কৌবদি ময়েক ৫ অসিনা সাবনে। মচুদি অঙনবনে।

থেংকৌ মরিমক লৈসেম্বদা সাবনে, মমিং লৈসেম থেংকৌ কৌএ।

থেংকৌরোল অমা হায়গে :—লৈচাই থেংকৌ কৌবদি, অশিবনা মতোম সেম্বদা তেংবাংনবা মঙোন্দগী লাইপুংথৌ ময়াম (Divine youth), লাইহুরা ময়াম (Divine girls) পুথোকলে।

১। লৈহৌ থেংকৌ :- (১) লৈসাতাও (২) নোংসাতাও (৩) লৈথোমতাও, (৪) নোংথোমতাও, মরিনা সাবা থেংকৌ, লৈহৌ থেংকৌ কৌএ। মরিনা থোক্চোং ৩ লক চোংনা সাইএ।

২। নোংহৌ থেংকৌ :—(১) চকমরিংবা (২) তাংমরিংবা (৩) লৈপুরিংবা (৪) নোংপুরিংবা মরিনা সাবদি নোংহৌ থেংকৌ কৌএ খোঙ-চোং ৫ লক চোংনা সাবনে।

৩। লৈসেম থেংকৌ :- (১) করি (২) করা (৩) পিসাতাও (৪) নোংতমথুবা মরিনা সাবদি লৈসেম থেংকৌ কৌএ। খোঙচোং ৭ লক চোংএ। খোঙনিক ৭ লক নিকএ।

৪। লৈরোই থেংকৌ :—(১) নোংতমথুবা (২) নোংদমলে বা (৩) করি (৪) করা মরিনা সাবা থেংকৌদি লৈরোই থেংকৌ কৌএ। খোঙ-চোং খোঙনিক ৯ লক চোংএ, নিকএ।

হায়রিবসিনা লৈসেম নোংসেম্বগী থেংকৌ কৌএ।

লৈসেম থেংকৌসি মতাং ৩ থোকনা খায়রি, মতুদি :—

১। হৈহৌ :— ( নোংদোন, শিংককলোন, নোংঙৌ অমদি নোংদাই, নাপ ) থেংকৌ। মসি গুরুগী খোয়দগী লাইপুংথৌসিংনা লৈপাক লৌরগা হুন্বরকপদা, লাইগুরাশিংনা নোংদোন্দা মথুং খাংগৎতুনা অত্তিয়াদা লৈবাক ওকপগী মতাং।

২। লৈতাই থেংকৌ :— লাইগুরাশিংনা নোংদোম্দগী লৈপাকু ওক্লগা মতু ঈশিংদা লয়না চাইনা থাদতুনা সেম্বা মতাং।

৩। লৈনৈং অমদি লৈরোই অমদি পরিং লাংসং মসি লাইপুংথৌশিংনা ঈশিংদা থাদবা লৈপাকু, খোঙনা, কাওতুনা চাইতুনা, লৈতুনা, নিকুনা, হাইতুনা নেৎপগী মতাং।

অন্নুমা লাইপুংথৌসিংনা লৈনেংঙৈদা, লৈনেং থেংকৌবু মখাগী অন্নুমা খায়রি, মতুদি—

লৈনেং থেংকৌসি ৭ থোকনা খায়রি, মতুদি :—

১। অকাও থেংকৌ :—খোঙনা, মাঙ, তুং, ওই, য়েত্তা, কাওনা কাওনা নেখনা সেম্বা

২। অচাই (লৈচাউ) :—চোংথোক চোংশিল, মাঙ, তুংদা নেত্তুনা সেম্বা।

৩। লৈকল থেংকৌ : চোংনা চোংনা, লয়না লয়না নেৎথবগী মতাং।

৪। অনিক লৈনিক :—চোংনা চোংনা, নিক্না নিক্না নেৎতুনা সেম্বা।

৫। লৈকক্ থেংকৌ :—লয়না লয়না, হাইনা হাইনা নেৎতুনা সেম্বা।

৬। নোংফল থেংকৌ :—লয়না লয়না, খোঙ থাঙ্গৎনা নেৎনা সেম্বা।

৭। অতান ( অচোং ) :—চোংনা চোংনা নেৎথনা সেম্বগী মতাং।

অসুম্না লাইপুংথৌ অমসুং লাইহুরাংশিংনা গুরুগী খোয়দগী লৈপাক লৌরগা, মতু ঈশিংদা হুন্থনা পুং ( দণ্ড ) ৮ দা ; পুং (লৈপুঙ ) ৮ খোন্দুনা সেমই। মতাং অসিদা, পুং হায়বা রাহৈসি, অর্থ অনি থংনৈ, (১) অমনা দণ্ড = মিনিট ২২$\frac{1}{2}$ গী মতমবু পুং ( দণ্ড ) থংনবা অমা। (২) অমনা লৈশাকনা থোনবা লৈপুঙবু পুং হায়না থংনবা অমা।

মতৌ অসুম্না নখোয়না, পুং ( দণ্ড ) ৮ ( মিঃ ২২$\frac{1}{2}$ × ৮ ) মি ১৮০, অমদি পুং ৩ গী ঃতমদা, পুং ( লৈপুঙ ) ৮ থোন্দুনা লৈসেমই। অতুগা লৈপুঙ ৮ অতু থোন্দুনা সেমলগা, মতুগী মথক্তা মখোয়না ফমতুনা পোথাংগা, যু থকই। অতুনা পুং ৩ গী মতমবু য়ুংক অমা হায়না মতম থংনৈ। অসুম্না পুং ৩ দা লৈপুঙ ৮ থোন্দুনা সেম্বনা, পুং ( ৩×৮) ২৪ হায়বদি নোংমদা, লৈপুঙ ( ৮×৮ ) ৬৪ থোন্দুনা লৈসেমই।

অকোনবদা তাইবংপানবা মপু অভিয়া গুরুনা ( অশিবনা )

লৈফল ৩ লক ফল্লে :—চোংনা চোংনা, লয়না লয়না লৈনেৎলে,

লৈনিক ৭ লক নিকএ :—চোংনা চোংনা, নিক্না নিক্না লৈনেৎলে,

খোঙফম ৭লক নিকএ : - খোঙ নামা রাংনা থাঙ্গৎলগা নেথনা সেমএ।

কিশি ৭ লক কিএ :—খোঙ নামা কোয়না লয়বা নক্লগা হকচাং পুম্নে

লৈববু কিশি কিবা কৌএ, অসুম্না ৭ লক

নিকএ। মসিবু অথম থেংকৌ কৌএ।

মথেক ৯ মক্তা সাও। লৈবাক খোমচল্লবনে। লয়না লয়না. চোংনা চোংনা সাবদি অথম থেংকো কৌএ, লৈরোই থেংকোনে।

থেংকোবোল অমা হায়গে :—

লাইস্নানা ফৌ ফৌরম্নগা, খুইদা শিম্নবম্নগা, লাইরেম্বী তরেৎকা উনবা চৎথিদৈদা পাখংবনা নুংচেংদগী লিন অচৌবা ওইনা কারক্লুনা, ফৌ অত্থু ৎইদিরে। অত্থবু খাবনা ঊরত্থনা, পাখংববু মাঙহনগে হায়বগী. মচানা লৈবদি কন্নিম্ন তোরোই হায়না নিংত্থনা, খাবনা সনথোঙগা (সনামহিগা) তানক্লনা, সম্বাংডনা থুই ওইরে। খাবনা হায়এ, তৌনা য়েরগা শিগনি, চৈ অতৈনদি হুম.লাই হায়রে।

খাবনা থুইবু কৌদনা, থুই নমানা ফৌরম্বা ফৌদা. ফৌরাদা লিন অচৌবা অমনা ফৌ চাইখায়রে হায়রবদা. থুইনা চেম্থোবকক্লুনা, তৌনা পাখংবগী মকোক্তা য়েরে। পাখংবা হাৎলে ; নুংজংদা থাদরে।

লাইস্নানা হেলোই তরেৎকা লাক্লগা, মরম পুম্বা খড়লে ; পাখংববু নুংজেংদা থাদথে হায়ম্নু শড়ত্থনা, পাখংববু লোখৎলগা ফৌরাদা থমলে, লাইনুরা লই পাখং পুম্বা, কোয়ত্থনা ঈশৈ শক্লুনা চোংলে, ইশৈদি :—

হো হোই হাহা হা ; হোই হোই হাহা হা।
হেরিলে হয়াহে ; অসিবু থোইনা হরাউবা লৈবনে
সে সে নাসে সয়া নাসেদা

ইশৈসি শকপদা পাখংবগী মকোক শমলে, অত্থদগী মী ওইনা চোংথোরক্লুমা, থুইবু ( সনথোঙ সনামহি ) বু হাৎকে হায়রবদা, গুরুনা পাখংববু কৌদনা, পেংনা ভাকএ থেংকো কৌএ, থেংকো সাত্থনা থুইবু (সনথোঙবু ) মশম পায়ত্থনা, মঙক কক্লুনা হাৎলে, কংলাদা থেংকো সারে।

পাখংবনা সাবা থেংকৌদি, মায়ওক্নি থাংজিংনে। ময়েকতি র নে। পাখংবনা পায়বা থাঙদি ক্ষ নে। অতিংকোক অসিগী মথক্তা থাবা কিশি অনি অসিনে। খোঙচোংদা সাবা থেংকৌদি ময়েক্তি র লৈরাগ-লেম্লে; খোঙচোং খোঙনিক্তি ১১ বক্লে। মমিংদি অমোয় থেংকৌ কৌএ।

কংলাদা সাবা থেংকৌদি অথম থেংকৌ কৌএ। ময়েক্তি ল থংহই লৈমনে। খোঙকাপক্তি ৯ নে। খোঙথাংদি ১২ নে।

অথম লাঞ্জাবা থেংকৌদি, ময়েক্তি হ নে। মসিদি পিসাতাওনা সাবনে।

লান্নিংকাংদি, মক্রকচীংদা সাবা থেংকোনে। ময়েক্তি ব তাংবেম্লে। লাইদি তব খোইস্নুচানে। খোঙচোং খোঙকাপক্তি ১২ বক্লে। খোঙদি লেঙহৈদে।

লানপোনথানবী থেংকৌদি, থুচু পাউতাকপদা সাবনে। ময়েক্তি স নে। লাইদি লাইয়িবেম্লে। লৈখোমতাওনা সাবা থেংকৌনে, মানা চোংবা খোঙচোং খোঙনিক্তি ২৭ লকনে।

সমনিক চাওবিক থেংকৌদি, ময়ায় কারম্বা পাখংবনা সাবা থেং-কৌনে, লৈবাক লাইস্নু, নোংদান লাইস্নু, অনেম্বা লৈবাকপু রাংথংনবা, অপাকপবু পিকনবা, অয়াংববু ককনবা, অনেম্ববু শম্নবা, অকাযনবু ত ই-নবা, অকায়ববু কাযদনবা, অহোববু মেন্নবা। হোদববু হোনবা। লৈত-ববু লৈনবা। অবৈববু লৈতনবা। উদববু উনবা। অউববু উদনবা। নিংথৌগী থাঙনা, তানা মথাঙ লৈতরবদা, নিংথৌগী মকম তাওরবদা, ময়ায় কারম্বা পাখংবদা, গুরুনা শিন্নবা থেংকৌনি, পাকংবনা সাথিএ। থেংকৌগী মমিংদি, সমনিক চাওরিক মমিং অনিমক অনিনে। সাকমদি মথায় কারম্বনে। গুরু পিদবগা লৈমরেনগা লৈবা মকমদি অদুনে। লিদবনা পাখংবদা অথেংবা রা তাকএ হায়বগী থেংকৌ কৌএ। থেংনা তাকপে হায়বগী থেংকৌ কৌএ। কৌদনা তাক্লে থেংকৌ কৌএ।

(২) লৈফম থেংকোনা থমলগা চাক হোঙএ।

(৩) নোংফম থেংকোনা থমলবদি লৈবাক নিংথৌ পুনচেল তিন্নদে, নিংথৌ মবুক শাঙএ হাযনা থঙও।

(৪) লৈকক থেংকোনা থমলগা, শা-লান মখে লাংএ, রা-লান্দি ইবৈ-বাক্তা কৈএ।

(৫) লৈচাক থেংকোনা থমলগা লৈবাক মশা তপএ।

(৬) অথম থেংকোনা থমলবদি, লৈবাক মশা তপএ, তা.স্থাং কেমথেং ময়ুং মকৈ পকনা শাক্লে, নিংথৌ পুক্তিএ।

হৌজিক্কি লাইপু থৌসিংগী লৈনেংউগী থেংকৌ অসেদি :—

( অশিবনা লৈসেনউদা শকপা থেংকৌ ঈশৈ)

আ হাই হে হে ইবৌ হে ইবৌ হে ইবৌ নাকেসে॥ অসি হায়দুনা হৌদোকএ॥

গুরুগী মবুক মগুন্দগী লাইমা হবাউনা থাবকৈগী শরুবকপা ঈশৈদি—

হো হাই হ হা হা। হোই হোই হা হা হা।

হেবিল লীলা হেবিলা হেবিলা।

হায়ুংত থুল হৈত হযাহে হয হে।

অত্বু থে ইনা হন উবা লৈননেত্তা।

হে হে হৌ হয়া নাকেতা হযা ন কেতা॥

( লৈথক লৈখারোল পুরাণগী রা )

( অহৈ হে হৈয়া হৈয়া হৈয়া হৈয়া হৈয়া হৈয়া নগেসে ) অসি হায়না গুরুনা যাহেমএ।

অহৈ হো হোইরৌ হোইরৌ

হোইরৌ হোইরৌ নগেসে॥ অশিবনা অসি শক্তুনা হোইদোকএ।

হো হোই হাশা হা
হোরিল্লো হোরিল্লো, হয়ুম্ভে খুলাইতে হৈয়া হে হৈয়া হে
অংবু থোইনা হরাওবা লৈবনেদা।
হো হে হো হয়ানগেদা ॥ (পুদিল পুরাণগী মরোন)

থেংকৌ :—(১) তাইবংপানবা মপু অতিংকোক গুরুনা মচা অতিয়া শিদববু কৌথোক্লুনা তাইবংপান সেম্নবা অথেংবা য়া তাকএ হায়বগী থেংকৌ কৌএ। কৌদনা তাকএ থেংকৌ কৌএ থেংকৌ সাক্লুনা অতিয়া অশিবনা লৈসেমএ।

(২) পাখংবগা খুইগা (সনথোং সনামহিগা) হাৎনহৈদা, গুরুনা পাখংববু কৌদনা থেংনা তাকএ থেংকৌ কৌএ। থেংকৌ সাহুনা খুইবু হাংলে। গুরুনা পাখংবদা অথেংবা য়া তাকএ থেংকৌ কৌএ। থেংনা তাকএ থেংকৌ কৌএ। কৌদনা তাকএ থেংকৌ কৌএ।

(৩) থেংকৌ কৌবদি, লাইনিংথৌ পাখংবগী ময়েক তরেৎ কৌবনে। লাইনিংথৌ পাখংবগী থেন ৭ মক্তা কাহুনা সাই হায়বগী থেনকৌ কৌএ হায়বদি লাইনিংথৌ পাখংবগী সাদোং তাউরোইনাই পাখংবগী মথেক ৭ তা কাহুনা সাই হায়বগী থেনকৌ কৌএ। অরুবা য়ানে।

থেংকৌগী ফিজেৎ :—

থেংকৌ হায়বসি মী খুদিংমক সাবা য়াদে, মরমদি থেংকৌ হায়বসি পাখংবগী সাদোং তাউরোইনাই পাখংবগী মথেক্তা কাহুনা সাবনি, শোয়রবদি মশাদা লাইথুং পাল্লি, মচা মণ্ড থারা পান্দে, মুংলি। অহুনা মসি সাবদি, লৈমা সিজা মচা মশু ওইবা, লৈমা সিজগী মপুরোইবা নভ্রগা লৈমা নিংথৌনা চানবা মনাই, শাশিং লানশিং য়াম্না ঙমলবা, লৈবাক নিংথৌবু মীগী খুত্তগী কনবা ঙমলবা, অকন-অথৌ, মশা নিয়ম নাইবা মীনা শানৈ।

অহুম্বা শাফা লানফারবা, নিংথৌগী মনা ফংলবা মীনা শাগদবনি। অহুম্বা শাফা লানফারবা, অকন-অথৌ, নিংথৌগী মনা ফংলবা মীনা শাবদি,

থামেন চংপা কৈজোম শেংকনি। নীংথম শমজিন নিগনি। লমথাং থুলং কোয়েং যেংকনি। পজেং ফীরাল থংকনি। নিংথৌফি মনা ফুরিং লৌংকনি। খুদাং যাই, খুবোম যাই শিগনি। শিবে নবা খোঙগ্রাই মথক মথা হাপ্‌কনি। উচেক লাংমৈ মতু খেংকনি। খুদা খুজি শিগনি। পাম্বৈ'ম তান শিগনি। লৈখাম পাজেং থান মথক্তা থোনমা, ফিরাল নামা মথক্তা নামা থেংকনি। নিংথৌফি তাঙ্গান হাপ্‌-কনি। সায়াঙ তাংচপ হাপকনি অসিনচি বা . . . . . । শাফি লানফি থাওন ওনগনি।

থেংকৌ সাবদা পাযবা-খুংলাই : —

থেংকৌ সাবদা পাযবিবা থাঙ অহুগী মমি দি :—

থাঙ :- তুবী চৌবেং হাইনাইবা থাঙককলেন যাশৌবা নপাথুং চ-নাইবা, নপুথঙ চাঁবো বা থাঙ নংগী নমিংদ হেন্নৈ। তুম্বা কৌএ। পিতা থাঙ কুপফেং সেং মাবাকথাঙ কৌএ।

মতুংদা ওজাশিংনা শাঁজিন্নবদি, মথক্তা মন্ত্রসিগা লোয়নন —

ওঁ ক্লীঁ ক্লীঁ ক্লীঁ হ্রীঁ হ্রীঁ হ্রীঁ হ্রুঁ হ্রুঁ হ্রুঁ ॥ দেবীগী মন্ত্রনে। খুংলাইদা শোফবনে ॥

ওঁ ক্রুঁ হ্রাঁ ক্লীঁ হুর্লা হ্রাঁ ক্লীঁ নমঃ॥ দেবীগী নবাক্ষর মন্ত্রনে॥

চুঙ :—থাঙ পায়রগা, পায়বা চুঙগী মমিংদি —

লৈমরেন চুঙলেন হাইপুবা কৌএ। মসিনা চুজোয়দা শোম্নবনে॥

তা :—তা পায়রগা, তাদি ইপানে, অতিয়া গুরু শিদবনে।

চুঙ :—লৈমরেন চুঙসেল লৈনপক্কা কৌএ। অমদি,
লৈমরেন চুঙলেন হাইপুবা কৌএ॥

থেংকৌ ঈশৈ :—

(১) আ হাই হে হোইরৌ হোইরৌ হোইরৌ নাকেসে॥ অসি হায়না হোইদোকএ।
হো হোই হাহা হা। হোই হোই হাহা হা।
হেরিল লীলা হেরিলা হেরিলা।
হায়ুত্তে খুলাইতে হয়াহ হয়া হে।
অছুবু থোইনা হরাউবা লৈবনেত্তা।
হৌ হে হৌ হয়া নাকেত্তা॥ অসি শকুনা থোরকএ।
(লৈথক লৈখারেন পুরাণ)

(২) অহৈ হো হোইরৌ হোইরৌ হোইরৌ হোইরৌনগেসে॥ অসি হায়না হোইদোকএ।
হো হোই হাগা হা।
হোরিল্লো হোরিল্লা।
হায়ুত্তে খুলাইতে হৈয়া হে হৈয়া হে।
অছুবু থোইনা হরাউবা লৈবনেত্তা।
হৌ হে হৌ হয়া নাগেত্তা॥ অসি শকুনা থোরকএ॥ (পুদিন পুরাণ)

এনবুম চুইরে ই চনবা :—

শা লান ফাবদা, শাফা, লানফা চুমদনা ফারবদি, হায়বদি, শা অছু মবুক কংবীগী ওইরবা নত্রগা লান্দা চেল্লবা, কিছুনা হাংপিগনু হায়না হায়জরবা মী, থুংলাই থারবা চঙজরবা মী, অছুগুম্বা শা, লান অছুবু ওমইদো হায়দনা হাংলবা, অছুম্বা শা, লান কাক্রিবা, হাংলুরিবা মী অছু, মশামক নত্রগা মচা মগুদা ফত্তবা, অঙাও-অফৈবা, শরৈ হৌবগুম্বা,

মথৈ নিকপা, মখিং মনা পৈবনচিংবা, উশারাই হৌবনচিংবা তৌবা য়াওই।

মথক্তা হায়রিবা ফত্তবা পুন্নমক কোক্লবা, শাফা, লানফ ক্রুরিবা মীহুনা, মাগী য়ুমগী খেনজঙলাংগী ( শুমাঙগী ) অরাং থংবা নাকন্দা, শামিং লানমিং কৌদনা, শাচাক, লানচাক থাক্লগা, শাফা ঈশৈ লানফা ঈশৈ শকনৈ। অমুম তৌনা শাফা, লানফাগী ফত্তবা কোক্লবা তৌদসিবু, এনবুম হুইরোই চনবা কৌনৈ॥

মসিগী অকুপপা মরোন্দি, শাতুরোন, লানতুরোন, শাফারোন, লানফারোন অমসুং লানচাকলোন কৌবা পুরান্দা সুগায়না ইরি।

কনাগুম্বনা করিগীদমক শামিং লানমিং কৌরিবনো হায়বা অহুনা, লানফমগী সনা লমলেন রা হায়বা লাইরিক্তা খঙগনি।

কনাগুম্বনা শাফা লানফাদা দোস লৈবহু কোকনবা এনবুম হুইরোই চনবহু তৌরমদ্রবদি, মচা মগুদা তেনবাল্লবদি, লৈহৌরিবা মচা-মগুনা মপা-মপুনা শাফা লানফাদা কায়খিদা কাহুগী দোস কোকনবা, লানচাক থাকপা জাৎ অমসু তৌনৈ। মহুদি য়ুমগী নাকথনা ( নাকন্দা ) তৌনদে, মাগী ইংখোলগী রাংমদা, লমহাঙদা তৌনৈ।

চুপ সাবা :-- কনাগুম্বনা মশি চাদনা শিরবা হায়বদি, উদগী তাহনা শিবা, ঈশিংদা ঈরাক্লহনা শিবা, মরম চাদনা শোক পন্দুনা শিবা, শিবগা মাল্লনা চোক্লনচিংবা তৌরবদি, মহক্কা ফত্তবা থোদোক্তু, মাগী শাগে নাত্তে, মচা মগুদা অমুক হন্না তেকশিন, হজিন্দনবা হায়হনা অথঙবা পণ্ডিতশিংবু কৌহনা চুপ শাহল্লি, হায়বদি, মহুগী হৌনবা অচা অথক, পোং-চৈ লাই-তিন্দা কখোকই, মহু হৌজিক কাওবা মণিপুরদা তৌনরি।

হৌজিক রারম অমা হায়গে, শাতুরোং লানতুরোং শাহুংশি লানহুংশি, লানলিংকাও, লানলোইথম, লানফম ও মকনে।

শাচাক খাওবগী শামিং লানমিং কৌনা মরোল হায়গে :—

শা লানগী মমিংদি, য়েনখা পাউতাবা, সাইকং পোল্লিবা কৌএ।

লানচাক খাওবদি :—

ময়ুমদা লৈবা লৈমরেনবু, তাইবং মীওইবনা চাবা হৌনবা চিনচাক পুবা মুনা, য়াংকোক অমদা হাপতুনা, পুখোকহল্লো; রাহৈদি,

নপাবুসু ইপানা ডমএ, নমাবুসু ইমানা ডমএ। হৌজিক্তি নংবু ইচা ইনাই ওইগে, নমিংদি, শাতুরোং লানতুরোং শাজুংশি, লানজুংশি, লানমিংকাও, লাল্লোইগম লানকম ৫ মকতা, শা লানগী নমিংদি য়েনখা পাউতাবা, সাইকং পোল্লিবা কৌএ। নংগী নচিনচাক শীরবনি, নংনা ঐবু ফজল্লবা হৌকরোই। অসুম হায়না, অখম নিংপোকপা, অথৌ লাংগোনবা গুরুদা শিধলগা, চয়োল ৭ কী সুমিৎ মমিং হায়দনা লৈই ৭ ইরগা চৎলকও।

অসি থৎল্লবদি শা লান্দা মশা মাঙএ। অরুবা রানে।

শাচাক লানচাক থাকপা :—

শা লান্দা নীংথনা কিতুনা চেল্লবদা তান্নতুনা শাথিনা লাক্লতুনা হাংপা, ৎপ্পা কায়না, ডমইদো হায়তুনা লাক্লতুনা হাংপা, হায়জরবা মীবু হাংপা, অসিনচিংবা তৌথিবনা মশা নল্লগা মচা মঙদা ভেনবানবা থোল্লবদা, কতুনা শাগে নাক্তে কাওবদা অঙাও অকৈ য়াওরবদা, শাচাক লানচাক থাল্লগা ফগনি।

চাক ইনশাংদি চফু কান্দুদা থোংগনি। কৌনদা থোংবা য়াদ্রে। চাকসু চফু অমদা থোংগনি। ইনশাংদি মথেল ১২ মুনা থোংগনি মথেল্লুদি :—

১। ভা অঙৈকপা থোংবা মথেল ১
২। ভা অকংবা „ „ ১
৩। হয়াই „ „ ১

৪। অথুম্বা থোংবা মথেন ১

৫। অখাবা ,, ,, ১

৬। অক্ককপা ,, ,, ১

৭। অশিনবা ,, ,, ১

৮। অচম্বা ,, ,, ১

৯। অয়াকপা ,, ,, ১

১০। অসাবা ,, ,, ১

১১। মনা-মশিং ,, ,, ১

১২। শিংজু ,, ,, ১

তোঙান তোঙানবা চফু অমমমদা ( চফু ১২ দা ) পোংহুনা হাপকনি।

ফীরাল অডোবা লেপমক্রুম রংবা ১ য়াওগনি।

অচৌবা খোইরু থাউমৈ ১ য়াওগনি। হৈরুক তাঙ্গা ১। পানা তাঙ্গা ১। দক্ষিনা ১।

হায়রিবা পোৎশিংসি য়াওনা মাঙ্গোন্দা থেন্দুনা থুরুম্রগা কৈথেন্দা নম্রগা লমলোং ৩ ফাংবদা নম্রগা মোংফমদা, অহুমসিগী মরক্তা অমদা, খুদোং চাবা য়েংহুনা থাগনি।

ম্রাহৈদি:—শাফা, লানফাবা মী অতুগী মমিং অমদি, মপা মপুনচিংবা শাফা, লানফাখিবা, শাগৈ অতুগী মীনচিংবগী মমিংশিংহু হায়রগা, মথোয়না শা লান্দা মীহাৎ মীপুন, থাঙনা য়ানবা, ককপনচিংবদা শিঙম আঙমদনা শিখিবা, নথোয় পুম্বগী ( নথোয় পুম্বনা ) ঐগী শাগৈসিদা ওৎলিন্না অসিগী কোক্লবা, চাকলুক অসিগা. ইনশাং মথেন ১২ অসিগা, ফীরাল, থাউমৈ, হৈরুক, পানা, দক্ষিণা য়াওনা মথোয়গী নচিনচাক শাচাক লানচাক অসি পীরবসিনি, অসি চারগা হল্লো।

মায়য়োন্দি :—মখা ওন্না চাক থোংগনি। মখা ওন্না রাতৈশিংসি হায়দুনা শাচাক লানচাক অসি মখা ওন্না চাক ইনশাংনচিংবতু থাদোকউ।

ইমুং-মনুং অমদি শাগৈগী ওইনা অমমম তত্তুনা ভাও-কৈবদি, অহল্ল লমন হাক্তক্তা তৌরম্বা দোযনা মচা মশুদা অচাও-অক্কে য়াওদুনা, অনা-অয়েক ফাওবা অদু, শাচাক, লানচাক অসি থাকপসিনা কোকই।

---

# ২। থেংকৌরোল

—নিংথৌজম ধন পণ্ডিত।

থাঙদি ইপানে। চুঙদি ইমানে। তাদি ইপানে। চুঙদি ইমানে। থাঙদি মারজিংনে। থাংজিংদি মখোকনে। কৌক্রনা মথুম্নে। থাঙগী মমিংদি হাইনাইবা কৌএ। চুঙগী মমিংদি চুংশেল লৈনপক্পা কৌএ। লাইনিংথৌ ঈপুবা পাঙ্গনবগী য়াথংনে।

হকচাং তাক্লবগী য়া হায়গে, থাঙদি ইপানে। চুঙদি ইমানে। তাদি ইপানে। চুঙদি ইমানে। চুঙ্গোয়দি হকচাংদি মিং অনিমক্নে। হকচাং চুঙনা থল্লো খুবাক্নে।

মায়গৈ ৪ হান্না খুরুমও। থাংজিংনা হান্না খুরুমও। মথং কৌক্রনে। মথং মারজিংনে। মথংদা রাংব্রেন খুরুমও।

মখা মায়গৈ হান্না খুরুমও। মথংদা নোংচুপনে। মথংদা অন্নাংনে। মথংনা নোংপোক্নে।

অতুদগী খোঙফম ৭।৭ চংলো। য়েংলোম লয়দুনা খোঙফম ৩।৩ নিকও। খোঙফম ৭ অসিদি লাই সনাই ৭ কী খোঙফমে।

অতিয়া শিদবনু খুরুম্না ইঙ্করক্লে। থেংকোইরোলগী মরোলশু। নিংথৌনা মীগী লৈবাক থুগায়গে হায়রবদি, পাকল্লদা নেৎতুনা, অথৌবা, নিংথৌবু ঙম্বা, মী, তাঙবল লোই চাবা, খুবোম য়াই শিবা, ফীরাল নামা থেৎপা, মৈবুল হাইজাউ থানবা মী অমুনা থেংকো সাগদবনে। মীগী মথুঙ্গা শিগদবা, নিংথৌবু কনবা ঙমগদবা মীনা, অথৌবনা থেংকোইরোল সাগনে। শা লান ও লক ফারবা, নিংথৌবু মীগী মথুঙগী কনবা ঙম্ববা মীনা থেংকোইরোল সাগনে।

তাগী থেংকোইরোল ১০ নে। খাঙ পায়বশু য়াইএ।

১। পাফল থেংকো
২। চকপা ,,
৩। লম্ফান ,,
৪। পাল্লান্দী ,,
৫। অম্মুনবী ,,
৬। কিশি ,,
৭। লৈনেৎ ,,
৮। অতান ,,
৯। পাসি লোইথোম থেংকো
১০। চুপসা নোংগা ,,

থোঙচোং থোঙলোন্দি মখানা সুগায়না ইরি।

# ৩। থেংকোরোল (থাঙগী)

—খুরুখুল তেপিপা

থেঙ্গৌরোল ৯।

১। অতান থেঙ্গৌ—হাইনা হাইনা, ইম্না ইম্না, খাইনা খাইনা, ৯ লক চোংবনা অতান থেঙ্গৌ কৌএ।

২। পাসি লোইখোম্বা থেঙ্গৌ— লয়না লয়না, তোপ্না তোপ্না, লাম্না লাম্না, সাবা থেঙ্গৌদি, পাসি লোইখোম্বা থেঙ্গৌ কৌএ। ৭ লক চোংনা সাও। মায় ওল্লকপা য়াদে।

৩। অকাও থেঙ্গৌ—কাওনা কাওনা নেংলি হায়বগী অকাও থেঙ্গৌ কৌএ।

৪। লৈফল থেঙ্গৌ—চোংশিল চোংশিল অনিরক নেৎপনা লৈফল থেঙ্গৌ কৌএ।

৫। নোংফল থেঙ্গৌ—চোংখোক, চোংশিল নেৎপনা নোংফল থেঙ্গৌ কৌএ।

৬। লৈচাই থেঙ্গৌ—সিংনা সিংনা ৪ রক চোংবনা লেচাই থেঙ্গৌ কৌএ।

৭। লাংচক থেঙ্গৌ—শিংনা শিংনা, তোপ্না তোপ্না ৪ রক চোংবনা লাংচক থেংঙ্গৌ কৌএ।

৮। লৈকক থেঙ্গৌ—সিল্লা সিল্লা, তোপ্না তোপ্না ৭ লক য়াম্বা খাঙনা লৈকক থেঙ্গৌ কৌএ।

৯। অখোম থেঙ্গৌ—তাইবংপানবা মপুনা অকোনবদা,

লৈফল ৩ লক ফল্লে,
লৈনিক ৭ লক নিকএ,
কিশি ৭ লক কিয়ে,
অসিবু অখোম থেংগৌ কৌএ।

লানকা ৫ গী ত্ৰাবু খায়গে।

১। লানবোনখেল
২। লানথুলোং
৩। লানলিংক্লাং
৪। লানলোইখম
৫। শাথুরোং লানথুরোং কৌএ।

অমকা,

১। শাথুরোং লানথুরোং
২। শানুংশি
৩। লানগুংশি
৪। লাননিংকাও
৫। লান লোইখম, লানকম মঙামক্লে।

---

# ৪। থেংকৌরোল

—থিরেন মৈরম লীবা পুরাণ।

ভাইবংপানবা মপু গুরু শিদবা হায়বসি, মঙালদি নোংথাং কুপ্পগুমই। মাহাক্তি কুই কিলা মরক ওই।

লয়াই লুতোন্দা হায়ুন চুড়া লয়রগা গুরুগী মশক ওই। কমাঙদা শমজিন চিন্নবা নিপাগী মশক ওইএ। লুতুন্দা শমজিন লয়রগা পলেমগী লুপীগী মশক ওইএ।

গুরু শিদবা লাই অসিনা, মহাক্লী হকচাং য়েংলোমদগী অশিবা, ওই-রোমদগী কোনচিন থিংথোক্লপা, মাঙদগী হাঞ্জবা, তুংদগী লৈরূপকোং ভাথোকখি।

গুরু শিদবনা. অশিবদা হায়য়ে. পারি ইথুংঙো অহন নঙ কৌরো নোংহৌও, মালেম লৈসেমগ হায়রবদা, অশিবনা ঐবু লৈসেম নোং-সেমগ হায়রবদি, করম সেমগদবনো হায়না গুরুদা হংবদা, গুরুনা হায়এ, পারি অশিবা ! ঐবু য়েংও হায়না গুরুনাময়া কাথোকখি।

গুরুগী মবুক মথুংদা লৈবা ময়াম অহু উরহুনা, অশিবনা য়াম্না কিরহুনা, গুরুদা ময়া উমশিনবিরো হায়রবদা গুরুনা ময়া উমশিনখি।

গুরুগী মবুক মথুংদা তিংলিবা শিংলি পাকলগী মরক্তা য়েকলিবা ময়েকশিংঙ য়েংনা সেনও হায়না গুরুনা তাকপা ময়মদগী, অশিবনা থেংগৌ সাহুনা লৈপাক সেমখি।

অশিবনা মতোমতা সেম্বদা মতেং পাংনবা মতোন্দগী লাইবুংথৌ ময়াম পুথোকখি। হায়রিবা পুথোক থবা লাইবুংথৌ ময়ামশিনা লৈসেম্বগী থেংগৌ সাহুনা লৈসেম্বা মতেং পাংখি।

১। লৈহৌ থেংগৌ—(১) লৈসাতাও (২) নোংসাতাও (৩) লৈথোমতাও (৪) নোংথোমতাও, মরিক্তা খোঙচোং ৩ লক চোংহুনা লৈহৌ থেংগৌ সাখি।

২। নোংহৌ থেংগৌ—(১) চুকমরিংবা (২) তাংমরিংবা (৩) লৈপুরিংবা (৪) নোংপুরিংবা মরিমক্তা, খোঙচোং ৪ রক চোংহুনা নোংহৌ থেংগৌ সাখি।

৩। লৈসেম থেংগৌ—(১) কুরি (২) কক্তা অনিমক্তা সাবদি লৈসেম থেংগৌ কৌএ। খোঙচোমদি ৭ লক চোংএ, খোঙনিক ৭ লক নিকএ।

৪। লৈরোই থেংগৌ—(১) নোংতমথুবা (২) নোংতমলেংবা অনিমক্তা সাবদি লৈরোই থেংগৌ কৌএ। খোঙচোং, খোঙনিক্তি ৯ লক চোংএ। হায়রিবদি লৈসেম নোংসেম্বগী থেংগৌ কৌএ।

লৈসেমলকপদা লাই পাখং ৯; করিগুম্বদা ৭ না লৈনেংভৈদা গোকখিবসি :—

১। অকাও থেংগৌ :—কাওনা কাওনা নেংলকই হায়বগী অকাও থেঙ্গৌ কৌএ।

২। লৈফল-থেংগৌ :—চোংনা চোংনা নেংশিল্লকই হায়বগী লৈফল থেংগৌ কৌখি।

৩। লৈচাই থেংগৌ :—চোংথোক চোংশিন নেংতনা লাকপনা লৈচাই থেংগৌ কৌএ।

৪। নোংফল থেংগৌ :—চোংথোক চোংশিন, লয়না লয়না নেংতনা লাকপনা নোংফল থেংগৌ কৌএ।

৫। লৈকক থেংগৌ :— সিকনা সিকনা নেংতনা লাকপনা লৈকক থেংগৌ কৌএ। ৪ রক চোংও।

৬। লৈনেং থেংগৌ :— চোংথোক চোংশিন, লয়না লয়না নেংতনা লাকপনা লৈনেং থেংগৌ কৌএ।

৭। অতান থেংগৌ :—চোংনা চোংনা, নিকনা নিকনা নেংতনা লাকপনা অতান থেংগৌ কৌএ।

৮। লাংকক্ থেংগৌ :—চোংশিন চোংশিন, নিকনা নিকনা নেংতনা লাকই হায়বগী লাংকক থেংগৌ কৌএ।

৯। অথম থেংগৌদি :— লৈফল ও লক ফম্লে,

লৈনিক ৭ লক নিকএ,

খোঙকম ৭ লক নিকএ,

খোঙকম ৭ লক নেংলে,

কিশি ৭ লক কিএ,

অসিবু অথম থেংগৌ কৌএ।

লৈশেম্বা লোইরবদা অকোনবদা তাইবংপানবা মপুনা শাবা থেঙ্গোনে। ( খিরেন মৈরন লীবা )

থেংগৌ লাথাপি থম্বান মাওঙ্গা মেনসাবা অথম থেংগৌ সাবদা সোম্নরবদি, মচা মঙ ম্লুক্তা সোইদাদে, মশা লাইথুং থুংএ।

থেংগৌগী চুঙনা লৈমরেম্মি, থাঙনা ছুবী চীরোং য়াসাবা থাঙকক্লেন য়াসাবা কৌএ।

অথম থেংকৌ অমনা কংলাদা সাবা থেংগৌনে, ময়েক্তি ল থরাই লৈমনে। খোঙকাপত্তি ৯ নে। খোঙথাংদি ১২ নে। লৈনা লৈনা, চোংনা চোংনা সাবদি অথম থেংগৌ কৌএ।

কিংশি ৭ লক কিও।

লৈনিক ৭ লক নিকও।

লৈপাক খোমচম্নবনে। ময়েক ৯ মক্তা শাও। অথম থেংগৌনা থমজগা লৈবাক নিংথৌ মরা তপএ, তাম্বোং লেমথেং ময়ুং মকৈ মরাক পাকনা পাল্লে। নিংথৌ পুনশিএ।

---

## ৫। থেংকৌরোল

—সলাম সনাবা পণ্ডিত

থেংকৌরোল—

১। লৈনেং থেংকৌ
২। লৈফল ,,
৩। নোংফল ,,
৪। লাংকক ,,
৫। অথোম অচাই থেংকৌ ( অথম থেংকৌ )
৬। লোইথোম ,,
৭। লৈকক ,,

৮। অকাও থেংকৌ
৯। খৈচাই ,,

থেংকৌরোল অসি পণ্ডিত ৭ কী মঙ্গুংদা য়াওবা সলায় সনাবা (সনা) হায়ব। পণ্ডিত অহৃদ, অচিবা সোরনা ( সনামহিনা ) তাকপিবা মরোমে। থেংকৌরোন ৯ নে।

---

## ৬। থেংগৌরোল

— চনম্বা বীরহরি পণ্ডিত

( থংগৌরোন পুরাণগী মরোন ) থেংগৌরোল ১৩।

১। আকাঙ থেংগৌ—লৈহৌ লৈসেমঙেদা লাইনিংথৌ অশিবনা মালেমদা ঞনেৎতুনা লৈপাকপু কাওথোক্লা লৈথোন লৈপাকপু লৈথিনরকপা খোঙবু উবদা, শুরুনা খোঙলম অসিবু আকাও থেংগৌ কৌখিএ।

২। লৈকান লৈচাই থেঙ্গৌ—চোংনা চোংনা, নিকনা নিকনা শাথোক লৈনেৎলে হায়বগী লৈকান লৈচাই কৌএ।

৩। লোংকান থেঙ্গৌ চোংথোক চোংথোক ৪ রক শাথোক্লা লৈনেৎলে হায়বগী লোংকান থেঙ্গৌ কৌএ।

৪। অতান থেঙ্গৌ—খোঙবু সিংনা সিংনা, চোংনা চোংনা ৩ লকপু শাথোক লৈনেৎলে হায়বগী অতান থেঙ্গৌ কৌএ।

৫। লৈনেৎ থেঙ্গৌ—সিংনা সিংনা, চোংনা চোংনা মঙারকপু ( ৫ ) লৈনেৎ শাথোকনরকএ হায়বগী লৈনেৎ থেঙ্গৌ কৌএ।

৬। লৈতক থেঙ্গৌ—চোংথোক চোংশিন্না ২ রক নেৎলে হায়বগী লৈতক থেঙ্গৌ লৈহনলে।

৭। লালকক থেঙ্গৌ—লয়না লয়না কিসি ৩ লক কিনা শাথোকলে হায়বগী লালকক্ থেঙ্গৌ লৈহনলে।

৮। অথম অচাই থেংগৌ - সিকনা সিকনা খোঙফম ৭ লক থাংহূনা কিসি ৭ লক কিনা শাথোক্লে অথম অচাই কৌএ।

৯। লাংকক থেংগৌ—নিকনা নিকনা চোংথোক চোংশিন্না ৩ লক শাথোকনরক্লে লাংকক থেংগৌ থ কৌরে।

১০। লৈহোঙবা থেংগৌ - লয়না লয়না খোঙফম ৭ লক থাংলগা, অমুক হন্জিল্লকুনা লৈনিক ৭ লক নিকুগা গুরু অনিবু (অতিয়া, লৈনরেন) পুকুম লৈপায়না থৌরোইরে। থেংগৌ অসিগী মমুংগী মিংবু লৈহোঙবা হায়খে।

১১। লালবোনথোল— কিসি কিহূনা লৈশা শাদম্বু লালবোনথেল থাকৌনৈএ।

১২। অম্বুম্বী—কিশি ৪ রক কিহূনা লৈশা সাদম্বু কৈয়েল কৌনৈএ।

১৩। কৈয়েল থেংগৌ - কিশি ৭ লক কিহূনা লৈশা সাদম্বু কৈয়েল থেংগৌ কৌনৈএ।

থেংগৌগী চুঙনা ইমা লৈমরেল শিদবীনি।
থেংগৌগী থাঙনা তুবী চিরোং লৈখম্বা থাঙককলেন কৌবনি।
তানা, অতিয়া শিদবা পঙ্গো ইপানি হায়এ॥

থেংগোগী মতম হায়রগে—

১। অকাণ্ড থেংগোনা থমলবদি চাকহোঙ-ভাহোঙ লৈপানমৈ। 

২। নোংকাল থেংগোনা থমলগা লৈপাক, নিংথৌ রাখল তিন্নগে।

৩। লালকক থেংগোনা থমলগা, শা-লান মথেল লাংএ।

৪। লৈকাল লৈচাই থেংগোনা থমলগা, লৈপাক মাংবা কায়বা, লৈপাকী লুচিংবা পীবা শিবা ওইএ।

৫। অতান থেংগোনা থমলগা, লৈপাক নিংথৌ মরা তপা লৈপাগে।

৬। লৈনেং থেংগোনা থমলগা, লৈপাক ইংনা পাগে।

৭। অথম অচাইনা থমলগা, চীংবুরোই, তম্বুরোই খুতম চম্বা, লৈপাক জুঙাই য়াইফনা লৈপাগে।

---

# ১। অকাণ্ড থেংকোরোল

হৌজিক চয়োল ৭ তা সাগদবা থেংকোরোল অমম্মুং অতৈ থেংকো মরোল অপুম্বা চোংগদবা কুপ্পা হায়গে।

১। নোংমাইজিং থুমিত্তা অকাণ্ড থেংকো সাগনি।

(১) ফিজেৎ :—থেংকো সারমদাইদা, অহানবদা ; অহনবা ফি-রোল, ওদোক্কবা ফি রোল ওইরবস্থ, কৈজোম শেংলো, কোয়েৎ য়েংলো, ফি অমনা হকচাংদা থাওন ওল্লো।

(২) খুংলাই :—খুং য়েংনা থাঙ পায়ও, থাঙগী মমিংদি, তুবী চীরোং হাইনাইবা থাঙককলেন য়াশোবা য়েক্কবা তুম্বা থাঙনি হায়না মন্ত্রসি শোন্দুনা, মসিগী মশক্তি হায়না থাঙ পায়ও।

খুং ওইনা চুক ( চুক্লোয় ) পায়ও, মমিংদি, লৈমরেন চুঙলেন হাইপুবা কোঁএ হায়না হায়দুনা চুক পায়ও।

(৩) লাই থুরুমও :—লাইদি মারজিং থুরুমও। মারজিংনা লাই অক্তে মায়গৈ ঙাকপা. কৌব্রু, থাংজিং, য়াংব্রেমচিংবা লাঈয়াম, মখোয়গা লোয়নবা শংব্রেই ময়ামগা লোয়ননা লাকপিয়ো, ঐনা কৌবা নত্তে, মারজিংনা কৌবনি, লাই নখোয় ময়াম্না ঐগী য়েক্কবা তুমহনবিয়ো, ঐনা নিংবা হায়জবা য়াবিও, অসি হায়রগা, অকোনবদা লাইনিংথৌ পাথংবা থুরুমও, রাজৈদি, চিঙু ইবুঙো ননাইনা লোল্লবা কান্দা ঙাকপিয়া তারবা লল্লবা কান্দা কনবিয়ো. অসি হায়না হায়রগা থেংকো সাগনি।

(৪) এঙম : (১) অকাও থেংকৌনা খমলগা শা. লাল কল্লে। মসি



পাফলগী মত্তোন্দগী হৌনা অকাও থেংকৌ চোংলগা মকোক্তা লোইরবাদ শা লাল কল্লে।

( দেবাসিংগী মরোল ) অহুগা,

(২) অকাও থেংকৌনা খমলগা চাকহোঙ ঙাহোঙ লৈপাল্লে। মসিনা পাফল মকোক্তগী অমুক মায় ওন্দুনা, মথৈ য়ৌনা লৈনেং থেংকৌ মরোল্দা চোংবা, অহুগা অমুকন্থু হন্দুনা পাফল মকোক য়ৌনা চোংদুনা লৈনেং থেংকৌদা লোইরবদি চাকহাঙ, ঙাহোঙ লৈপাল্লে।

( দবসিংগী মরোল )

(৫) অকাও থেংকৌ কৌবদি :—

(১) কাওনা কাওনা নেথরকএ হায়বগী অকাও থেংকৌ কৌএ।

( দেবসিং )

(২) কাওনা কাওনা নেংলকই হায়বগী অকাও থেংকৌ কৌএ।

( খিরেন মৈরন নীলা )

(৩) কাওনা কাওনা নেংলি, হায়বগী অকাও থেংকো কৌএ।

( তোম্বিপা )

(৪) অশিকনা মালেমদা নেংতুনা লৈপাকপু ক ওথোক কাওথোকনা লৈথেংনা, লৈপাকপু লৈখিনরকএ হায়বগী অকাও থেংকো কৌএ।

( বীরহরি )

(৬) খোঙচোং :—পাকল মৈতোন মনাক্তা, ওইগী খোঙনা মাঙ থারপ, খোঙ ২ পুম্না লেপও।




১ দা ওইগী খোঙ হাম্না চোংতুনা নেংলো ( ওই + য়েৎ ) পুল্লো।

২ দা ওইগী খোঙ হাম্না চোংতুনা নেংলো। চোংবগা ( ওই + য়েৎ ) পুল্লো। থাঙনা য়েৎলোমদগী য়ানশিল্লো, চুঙনা ওইরোমদগী খোমজিল্লো।

৩ দা ওইগী খোঙ হাম্না চোংতুনা নেংলো, (ওই + য়েৎ ) পুল্লো। চোংবগা থাঙনা ওইরোমদগী য়ানশিল্লো, চুঙনা য়েৎলোমদগী খোমজিল্লো।

৪ দা ওইগী খোঙ হাম্না চোংতুনা নেখোও, (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

থাঙনা য়েৎলোমদগী য়ানশিল্লো, চুঙনা ওইরোমদগী খোমজিল্লো, অদুগা ওইগী খোঙ থুবোম মপা য়োনা থাঙ্গৎলগা অমুক নেখোও, য়েৎকী খোঙনা তুংলোম হম্না খোৎতুনা য়েক্লবদু কাওথাকও, থাঙ চুঙনা য়েক্লবদু শ্যা হায়না জাউত্তুনা চুম্না য়াম্নোও।

৫ দা ওইগী খোঙ হাম্না চোংতুনা নেংলো, ( ওই + য়েৎ ) পুল্লো।

থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো, চুঙনা ওইদগী খোমও।

৬ দা ওইগী খোঙ হাম্না চোংতুনা নেংলো ( ওই + য়েৎ ) পুল্লো।

থাঙনা ওইদগী য়াল্লো, চুঙনা য়েত্তগী খোমও।

# ১। (অকাওদগী লৈনেংতা হল্লকপা) থেংকোরোল

অকাও থেংকোদগী লৈনেং থেংকোদা হল্লক্কবা মরোল :—




লৈনেং খোঙচোং :—(অনিরক হন্না চোংনা চোংমা নেংনা নেংনা সাও )।

৭ তা খোঙ ((ওই + য়েং) পুন্না থারনা. ওইরোন হকচাং পুমলৈ লয়তুনা.

৬ তা ওইগী খোঙ হান্না চোংতুনা নেংলো ( ওই + য়েং পুল্লো,

থাঙনা য়েংলোমদগী য়াল্লো. চুঙনা ওইরোমদগী খোমও।

৫ দা ওই হান্না চোংতুনা নেংলো (ওই + য়েং) পুল্লো,

থাঙনা ওইরোমদগী য়াল্লো, চুঙনা য়েংলোমদগী খোমও।

৪ দা ওই হান্না চোংতুনা নেংলো ( ওই + য়েং ) পুল্লো,

থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো. চুঙনা ওইদগী ভাকও। মসিদা থাঙদোল্ল লুকথনা যুংথনা খোঙবী লুকনা নেংলো।

৩ দা ওইনা হান্না চোংতুনা নেংলো. ( ওই + য়েং ) পুল্লো.

থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো. চুঙনা ওইদগী খোমও।

২ দা ওইনা হান্না চোংতুনা নেংলো ( ওই + য়েং ) পুল্লো.

থাঙনা ওইদগী য়াল্লো চুঙনা য়েত্তগী খোমও।

১ দা ওইনা হান্না চোংতুনা নেংলো ( ওই + য়েং ) পুল্লো. মসিদা থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো. চুঙনা ওইদগী খোমও। মসিদা থাঙদোল যুংথনা খোঙবী যুকনা ৭ লক হন্না নেংলো. কিশি ৭ লক কিও। অচৌগা মায় অমুক পাকল মকোককোম, ওইরোম পুমলৈ লয়তুনা.

অমুক হন্না, মথক্কী লৈবেং থেংকোসি পাক্কল মকোক য়োবা কাওবা চোংহনা সাও, অহুগা, ইশা ভাক্কবা শাম্বেন ভৌরগা লোইরো শারাউ লান্নাউখোল হা হি ঐ লাউহনা লোইও।

———

## ২। লৈফল থেংকোরোল

২। নিংথৌকাবা হুমিত্তা লৈকল থেংকো সাগনি।

(১) ফিজেৎ:—মথক্কী অমুন্না মুনা শেৎলো।

(২) খুৎলাই:—মথক্কী অহুন্না ওই য়েৎ শুনা পায়ও।

(৩) লাইদিঃ—কোনজিল ভুথোকপা পাখংবা নিংও। পাখংবদা খুরুমনা হায়জদনা, মায়কৈ ৪ শী লাইয়াম, মথোয়গী লোয়নবা শরোই ময়ামগা লোয়ননা কৌও। অহুগা, পাখংববু খুরুম্না মথক্কী রাহৈ অহুন্না হায়জৌও।

(৪) মঙম :— লৈকল থেংকোনা খন্নগা চাক হোঙএ। (দেবসিং)

(৫) অকাও থেংকো কৌবদি :—

(i) চোংনা চোংনা, লয়না লয়না নেৎথরকএ হায়বগী লৈকল থেংকো কৌএ। (দেবসিং)

(ii) চোংনা চোংনা নেৎশিলকএ হায়বগী লেকল থেংকো কৌএ। (থিরেন মৈরম লীবা)

(iii) চোংথোক চোংশিন অনিক্ক নেংনা সাবনা লৈকল থেংকো কৌএ। (ভেলিপা)

(iv) চোংনা চোংনা, নিকনা নিকনা লৈনেংদে লৈকল-লৈচাই, কৌএ। (বীরহরি)

(৬) খোঙচোং :— পাকল মৈতোন মনাক্তা, ওইগী খোঙনা মাঙ থারপ, খোঙ ২ পুন্না লেপও।




১ দা ওইগী খোঙ হান্না চোংহনা নেৎলো, (ওই + য়েং) পুল্লো।

২ দা ওইগী খোঙ হান্না চোংহনা নেৎলো, (ওই + য়েং) পুল্লো, চোংবগা লোয়ননা।

৩ দা ওইগী খোঙ হান্না চোংহনা নেৎলো, (ওই + য়েং) পুল্লো, থাঙনা ওইরোমদগী য়াল্লো, চুঙনা য়েং-লোমদগী খোমও।

৪ দা ওইগী খোঙ হান্না চোংহনা নেৎলো, (ওই + য়েং) পুল্লো, মসিদা থাঙনা য়েংলোমদগী য়ানশিল্লগা, চুঙনা ওইরোমদগী খোমও, মসিদা ওইগী খোঙ, য়েংকী খুকউ মপা য়োনা থাংগৎলগা নেৎথোও, মসিবু লৈকল কৌএ। মসিদা ৭ লক নিকও।

লৈকল :— খোঙ নামা খুকউ মপা য়োনা থাংগৎলগা উৎপবু লৈকল কৌএ। লৈকল অসিদি খোঙফম ৩।৩ লক্তা ফল্লো, অতুগা অমুক হল্লকপদসু ফল্লো।

মসিদা পাকল মকোক য়োনা চোংহনা পায়-রুরগা অমুক হকচাং মায় ওইরোম পুমলৈ লয়হনা, মকোক্তগী অমুক হন্না, খেংকৌ চোংহনা সাবা য়াওই (৩গুবা ভেপিপাগী মরোল), অদুদসু, খোঙফম ৩।৩ লক্তা, হকচাং লেপথৎনা লৈকল ফল্লগা, খোঙ ৭ লক নিকও।

৫ দা ওইগী খোঙ হান্না চোংহনা নেৎলো (ওই + য়েং) পুল্লো, থাঙনা য়েংগী য়াল্লো, চুঙনা ওইদগী খোমও।

৬ তা ওইগী খোঙ হাম্না চোংহুনা নেৎলো, (ওই + য়েং) পুল্লো, খাঙনা ওইদগী য়াল্লো, চুঙনা য়েত্তগী খোমও।

৭ তা ওইগী খোঙ হাম্না চোংহুনা নেৎলো, (ওই + য়েং) পুল্লো, খাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো, চুঙনা ওইদগী খোমও। মসিদা, ওইগী খোঙ, য়েংকী খুৎকউ মপা য়ৌনা থাংগৎলগা ফল্লো, অদুগা খোঙ ৭ লক নিকও।

মসিদগী হকচাং ওইরোম পুমলৈ লয়হুনা, অমুক হন্না, মথক্কী থেংকৌ মচোং অমুন্না ৭ তগী চোংলগা, ১ দা লোইহুনা মতুদা ৭ লক নিকও, অদুগা হন্দুনা ইশা ঙাক্লবা শাজেন তৌরগা লোইও।

---

# ৩। লৈনেৎ থেংকৌরোল

৩। লৈপাকপোকপা গুমিৎতা লৈনেৎ থেংকৌ সাগনি।

(১) ফিজেৎ :—মথক্কী অহুম্না গুনা শেৎলো।

(২) খুৎলাই :—মথক্কী অহুম্না, খাঙ চুঙ্গোই পায়ও।

(৩) লাইহৌ :—য়াংব্রেন নিংগনি। য়াংব্রেন্না মায়গৈ ঙাকপা লাই অতৈ গুনা, থাংজিং, মারজিং, কৌব্রুনচিংবা লাইয়াম, মখোয়গা লোয়নবা শরোই ময়াম কৌহল্লো, ঐনা কৌবা নংগু, য়াংব্রেন খানা চাওখনা কৌবনি, লাই নখোয় ময়াম্না গুগী য়েক্কবা মাঙহনবিয়ো. ঐনা নিংবা হায়জবা য়াবিও, অসি হায়হুনা, অংকানবদা, লাইনিংথৌ পাখংববু খুরুমও, য়াইহৌদি চৌংঙু ইবুংঙো, নংনাইনা য়োল্লবা কাদা ডাকপিয়ো, লাল্লবা ফাব্দা ফনবিয়ো, নমাইনা নিজবা ফুবিয়ো হায়না খুরুমগা থেংকৌ সাগনি।

(৪) মঙম :— লৈনেং থেংকোনা থৌগা লৈবাক ময়া ভগা পায়ে।
( দেবসিং )

(৫) লৈনেং থেংকো কৌবদি :—

(i) চোংনা চোংনা, নেৎনা নেৎনা, ২ রক হল্লা নেৎনা সাবা থেংকোবু লৈনেং থেংকো কৌএ। ( দেবসিং )

(ii) চোংথোক চোংশিন, লয়না লয়না নেৎতনা লাকপনা লৈনেং থেংকো কৌএ। ( থিরেন মৈরম লীবা পুরাণ )

(iii) শিৎনা শিৎনা, চোংনা চোংনা ৫ রক লৈনেং সাথোকনরকএ হায়বগী লৈনেং থেংকো কৌএ। ( বীরহরি )

(৬) লৈনেং থোঙচোং :—দেবসিংগী (i) থোঙচোং মতুংইন্না ২ রক হল্লা চোংনা সাবা। পাফল মৈতোন মনাক্তা ওইগী থোঙনা মাঙ থারপ ২ পুল্লা লেপও।




১ দা ওইগী থোঙ হাল্লা চোংহুনা নেৎলো (ওই + য়েং) পুল্লো।

২ দা ওইগী থোঙ হাল্লা চোংহুনা নেৎলো (ওই + য়েং) পুল্লো, মসিদা থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো, চুৎনা ওইদগী খোমও।

৩ দা ওইগী থোঙ হাল্লা চোংনা নেৎলো (ওই + য়েং) পুল্লো, থাঙনা ওইরোমদগী য়াল্লো চুঙনা য়েত্তগী খোমও।

৪ দা ওইগী থোঙ হাল্লা চোংনা নেৎলো, (ওই + য়েং) পুনবদা, থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো, চুঙনা ওইদগী তাকও। মসিদা থাঙদোন লুকথনা, য়ুংথনা থোঙবী মরু লুকনা ৭ লক নেৎলো।

৫ দা ওইগী থোঙ হাল্লা চোংহুনা নেৎলো (ওই + য়েং) পুল্লো, থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো, চুঙনা ওইদগী খোমও।

৬ তা ওইগী খোঙ হায়া চোংহনা নেৎলো (ওই+য়েৎ) পুল্লো, থাঙনা ওইদগী য়াল্লো, চুঙনা য়েত্তগী খোমও।

৭ তা ওইগী খোঙ হায়া চোংহনা নেৎলো, (ওই+য়েৎ) পুল্লো, থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো, চুঙনা ওইদগী খোমও। মসিদা থাঙদোন য়ুংথনা লুকনা, খোঙবী লুকনা ৭ লক নেৎলগা, কিশি ৭ লক কিও। (কিশি কিবা হায়বসি খোঙনা থাক্‌ৎলগা লয়বস্থু য়াই, হকচাং পুক্লৈ লৈবস্থু কিশি কিবা কোএ) অতুগা ৭ তগী হকচাং ওইরোম পুমলৈ লয়হনা, মৈতোনলোমদা অমুক হয়া চোংও।

৬ তা ওইগী খোঙ হায়া চোংহনা নেৎলো, (ওই+য়েৎ) পুল্লো, থাঙনা য়েৎলামদগী য়াল্লো, চুঙনা ওইদগী খোমও।

৫ দা ওই হায়া চোংহনা নেৎলো, (ওই+য়েৎ) পুল্লো, থাঙনা ওইদগী য়াল্লো, চুঙনা য়েত্তগী খোমও।

৪ দা ওই হায়া চোংহনা নেৎলো (ওই+য়েৎ) পুল্লো, থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো, চুঙনা ওইদগী খোমও। মসিদা থাঙদোন লুকথনা, খোঙবী লুকনা ৭ লক নেৎলো।

৩ দা ওইনা হায়া চোংহনা নেৎলো, (ওই+য়েৎ) পুল্লো, থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো, চুঙনা ওইদগী খোমও।

২ দা ওইনা হায়া চোংহনা নেৎলো, (ওই+য়েৎ) পুল্লো, থাঙনা ওইদগী য়াল্লো, চুঙনা য়েত্তগী খোমও।

১ দা ওইনা হায়া চোংহনা নেৎলো, (ওই+য়েৎ) পুল্লো, মসিদা থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো, চুঙনা ওইদগী খোমও। থাঙদোন লুকথনা, খোঙবী লুকনা ৭ লক হয়া নেৎলগা কিশি ৭ লক কিও।

অতুগা ইশা ডাক্লবা শাজেল তোরগা শারাউ লাল্লাউখোন হা হি ঐ লাউহনা লোইও।

# ৪। অচাই ( লৈচাই ) থেংকোৱোল

১। মুমশকৈশা মুমিত্তা অচাই ( লৈচাই ) থেংকো সাগনি।

(১) কিজেং :—মথকী অহুম্বা শুনা শেংকনি।

(২) খুংলাই :— মথকী অহুম্বা য়েং ওই পায়গনি।

(৩) লাইদি :—থম্লাংবা নিংগনি। থম্লাংবগী লাই অতৈ হায়বদি, মায়গৈ ভাকপা খাংজিং, মারজিং, কৌক্ৰু, রাংরেঙ্গচিংবা লাইয়াম, মখোয়গা লোয়নবা শরোই ময়াম কৌহল্লো, ঐনা কৌবা নত্তে, থম্লাংবনা কৌবনে, লাই নখোয় ময়াম্মা, ঐগী য়েক্লবা তুমহনবীয়ো, মাঙহনবীয়ো, ঐনা নিংবা হায়জবা য়াবীও হায়না, অকোনবদা লাইনিংথৌ পাখংবা থুরুমগনি, রাইহেদি, চীংঙু ইবুংঙো ননাইনা য়োল্লবা কাদা কনবিয়ো, লাল্লবা ভারবা কান্দা ভাকপিয়ো, ননাইনা হায়জবা কুবিয়ো হায়না খুরুম্লগা থেংকো চোংও।

(৪) মতম :—(১) অচাই ( লৈচাই ) না থম্লগা লৈবাক মরা তপ্পা পাল্লে। ( দেবসিং )

(২) অচাই ( লৈচাই ) না থম্লগা, লৈবাক মাঙবা, কায়বা, লৈবাকী লুচিংবা শিএ। ( বীরহরি )

(৫) অচাই ( লৈচাই ) থেংকো কৌবদি :—

(i) চোংথোক চোংশিন, লোংনা লোংনা, খোঙ শিংনা শিংনা ও রক শিংনা সাবনা অচাই ( লৈচাই ) থেংকো কৌএ। ( দেবসিং )

(ii) চোংথোক চোংশিন নেৎতনা লাকপনা লৈচাই থেংকো কৌএ। ( থিরেন )

(iii) শিংনা শিংনা ও রক চেংনা নেৎপনা লৈচাই থেংকো কৌএ। ( তেম্পিপা )

(iv) চোংনা চোংনা, নিকনা নিকনা লৈনেংদে হায়বগী লৈচাই থেংকো কৌএ। (বীরহরি)

(ঙ) খোঙচোং :—(১) পাফল মৈতোন্দগী হৌরগা অচাই (লৈচাই) থেংকৌগী খোঙচোংদা লোইরবদি, লৈবাক মাঙবা, কাঙবা তৌএ।

(২) অচাই চোংলগা, লৈনেংতা হল্লক্লগা, অমুক লৈনেংতা হন্দুনা মকোক্তা লোইরগা লৈবাক মরা তম্না পাল্লে।

অচাই (লৈচাই) খোঙচোং :—

পাফল মৈতোন মনাক্তা, ওইগী খোঙনা মাঙথ ল্লগা ২ পুম্না লেপ্লো।




১ দা ওইগী খোঙ হাম্না চোংদুনা নেংলো (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

২ দা ওইগী খোঙ হাম্না চোংদুনা নেংলো (ওই + য়েৎ) পুল্লো, মসিদা থাঙনা য়েৎলোম হাইদোকনা য়াল্লো, চুঙনা ওইরোম হাইদোকও। খোঙ য়েৎনা, য়েৎলোম তুংলোম খোংনা চাইথোকও, খোঙ ওইনা ওইরোম খোংনা চাইথোকনা নেংলো। খোঙ ২ পুম্না লেপ্লদা থাঙ, চুঙ পুম্না খোঙ ২ গী কারক ময়াম তম্না চুম্না য়ানথোও।

৩ দা ওইগী খোঙ হাম্না চোংদুনা নেংলো (ওই + য়েৎ) পুল্লো, মসিদা য়েৎকী খেৎনা তুংলোম খোংনা চাইথোক্না কাওথোকও। ওইগী খোঙসু ওইরোম খোংনা চাইথোক্না নেংলো। থাঙসু য়েৎলোম হাইদোক্না য়ানথোকও, চুঙসু ওইরোম হাইদোক্না তাকথোকও, অদুগা থাঙ, চুঙ খোঙ ২ গী কারক ময়াম তম্না চুম্না য়ানথোকও।

৪ দা ওইগী খোঙ হাপ্পা চোংছনা নেৎলো (ওই+য়েং) পুল্লো. মসিদগী য়েংকী খোঙনা তুংলোম খোংনা কাওংথকনা চাইথোকও, থাঙগী খোঙগা লোয়ননা য়েংলোম হাইদোক্লা য়াল্লো, ওইগী খোঙনা ওই-রোম হাইদোক্লা খোংনা চাইথোক্লা নেৎলো. চুঙগী ওইরোম হাই-দোক্লা ভাকথোকও, অতুগা খোঙ ২ গী কারক ময়ায় তম্মা, থাঙ, চুঙ চুম্মা য়ানথোও।

৫ দা ওইগী খোঙ হাপ্পা চোংছনা নেৎলো, (ওই+য়েং) পুল্লো, য়েংকী খোঙনা তুংলোম খোংনা, কাওংথোক্লা চাইথোক্লা নেৎলো. থাঙগী য়েংলোম হাইদোক্লা যানথোকও। ওইগী খোঙনা ওইরোম হাই-দোক্লা খোংনা চাইথোক্লা নেৎলো, চুঙগী ওইরোম হাইনা ভাক-থোকও। অতুগা খোঙ ২ গী কারক ময়ায় তম্মা, থাঙ, চুঙ চুম্মা য়ানথোও।

৬ তা ওইগী খোঙ হাপ্পা চোংনা নেৎলো, (ওই+য়েং) পুল্লো. য়েংকী খোঙনা নেৎপা মতমদা তুংলোম খোংনা কাওনা, চাইনা নেৎলো, থাঙগী য়েংলোম হাইদোক্লা য়ানথোকও। ওইগী খোঙগী ওইরোম হাইদোক্লা, খোংনা চাইথোক্লা নেৎলো, চুঙগী ওইরোম হাইদোক্লা ভাকও। অতুগা খোঙ ২ গী কারক্তা থাঙ, চুঙ চুম্মা য়ানথোও।

৭ তা ওইগী খোঙ হাপ্পা চোংছনা নেৎলো, (ওই+য়েং) পুল্লো, য়েংকী খোঙনা তুংলোম খোংনা কাওংথোকনা চাইথোক্লা নেৎলো, থাঙগী য়েংলোম হাইদোক্লা যানথোকও। ওইগী খোঙগী ওইরোম হাই-দোক্লা খোংনা কাওনা চাইথোক্লা নেৎলো, চুঙগী ওইরোম হাইদোক্লা ভাকথোকও।

থাঙ চুঙ খোঙ ২ গী কারক্তা চুম্মা য়ানথোও। অতুগা অকোনবদা ৭ শুবা খোঙকমম্লিদা খোঙ ২ সি ৭ লক নেৎলো, থাঙ চুঙগী য়েংলোম ওইরোম হাইদোক্লা ৭ লক য়াম্থোকও, ভাকথোকও।

অকোনবগী ৭ লক শুবদি,

খোঙ ২ সি য়েং ওই, মথক্কী অদুম্না তুংলোম খোংনা, কাওনা চাইনা লেংপগা, খাঙ চুঙসু য়েং ওই য়ানথোকনা, ঙাকথোকনা খোঙ ২ গী কারক্তা চুম্না য়ানথোও। অদুগা খোঙ ২ সি ৭ লক নিকও।

মতুংদা ইশা ঙাক্লবা শাজেল তৌও নত্রবদি ফত্তে।

মসিদা খল্লবদি লৈবাক মাঙবা, কায়বা তৌএ ফংতে। অদুনা লৈবাক মরা তপা পানহনগে হায়রবদি, লৈচাই অচাইদগী প.ফল মকোক্তগী হকচাং মায় মমৈরোম, ওইরোম পুমলে লয়দুনা মকোক্তগী অমুক লৈনেং খোঙচোংদা মমৈ য়ৌনা চোংও, অদুগা মমৈদগী অমুক মকোক তানা মায় ওন্দুনা লৈনেং খোঙচোংদা চোংলগা লোইয়ো। মসুম তৌরবদি ঐগী লৈবাক্তা য়েক্না কল্লক লাকপা, লাক্কদবা, অচাই লৈচাইনা ঙাকথোকলগা ঐগী লৈবাকপু মরা তপনা পান্নবা লৈনেং থেংকৌ চোংদুনা মরা তপহনগনে। তারুবা রানে।

---

# ৫। নোংফল থেংকোরোন

৫। শগোলশেল কুমিত্তা নোংফল থেংকৌ শাগনি।

(১) ফিজেং :—থেংকৌ শারমদাইদা অহনবা ফিরোন, শুদোক্লবা ফিরোল, ফৈজোম শেংলো, কোয়েং তোলোক ফি য়েংলো, অমনা খাওন ওল্লো।

(২) খুংলাই :—খুং য়েংনা তুবী চীংবোং হাইনাইবা থাঙককলেন য়াসৌবা য়েক্লবা তুম্বা থাঙনি হায়না নীংদুনা কবাক খাঙ পায়ও।

(৩) লাই থুরুমও – লাইদি কৌক্র থুরুমগনি। কৌক্রুনা লাই অতৈ থাংজীং, মারজিং, রাংব্রেননচিংবা মায়গৈ ঙাকপা লাইয়াম. মখোয়গী লোয়নবা শরোইশিংগা লোয়-ননা লাকপীয়ো, ঐনা কৌবা নত্তে, কৌক্রুনা কৌবনি, লাই নখোয়না ঐগী য়েক্লবা তুনহন-বিয়ো। ঐনা নাংবা হায়জবা য়াবিও অসি হায়না অকোনবদা লাইনিংথৌ পাখংবা থুরুমও, রাইহনি, চীংঙু ইবুঙো ননাইনা য়োল্লবা কান্দা কনবীয়ো, লাল্লবা কান্দা ঙাকপীও অসি হায়না থুরুম্নগা থেংকৌ শাগনি।

(৪) মঙম :–(১) নোংফল থেংকৌনা থম্লগা, লৈবাক নিংথৌ পুকচেল তিন্নদে. নিংথৌ মবুক শাউএ। (দেবসিং)

(২) নোংফল থেংকৌনা থম্লগা লৈবাক নিংথৌ রাংখল তিন্নদে।

৫। নোংফল থেংকৌ কৌবদি :–

(i) লয়না লয়না নেৎথরকএ হায়বগী নোংফল থেংকৌ কৌএ. চোং-থোক-চোংশিন অহুমলক নেংনা শাগনি। (দেবসিং)

(ii) চোংথোক-চোংশিন. লয়না লয়না নেংতনা লাকপনা নোংফল থেংকৌ কৌএ। (খিরেন মৈরম লাবা পুরাণ)

(iii) চোংথোক-চোংশিন নেৎপনা নোংফল থেংকৌ কৌএ। (তেপিপা)

(iv) চোংথোক-চোংশিন ৪রক লৈনেৎলে নোংফল থেংকৌ কৌএ।
(বীরহরি)

**অহুমগুবা তেপিপাগী খোঙচোংদি, চোংথোক-চোংশিন ২ রক ফল্লগা অমরক চোংহুনা চঙলগা খোঙফম ১ হল্লগা কনবনা তেপিপাগী মরোমে।**

৬। খোঙচোং :— পাক্‌ল মৈতেন্দা, খোঙ ওইনা মাঙ থারম্মা লেপ্পগা,

১ { ১ দা ওইগী খোঙ হাম্না চোংহুনা নেংলো (ওই + য়েং) পুল্লো,
২ দা হাম্না চোংহুনা নেংলগা (ওই + য়েং) পুল্লো, অমুক

২ { ১ দা ওই হাম্না হল্লগা নেংলগা (ওই + য়েং) পুল্লো,
২ ,, ওই হাম্না চোংহুনা নেংলগা (ওই + য়েং) পুল্লো, অমুকসু

৩ { ১ দা ওই হাম্না হল্লগা নেংলো (ওই + য়েং) পুল্লো,
২ দা ওই হাম্না চোংহুনা নেংলো, (ওই + য়েং) পুল্লো,

নত্রগা,

১ { ১ দা ওইনা হাম্না চোংহুনা নেংলো, (ওই + য়েং) পুল্লো,
২ দা ওইনা হাম্না চোংহুনা নেংলগা (ওই + য়েং) পুল্লো,

২— ১ দা ওই হাম্না হাম্না চোংহুনা নেংলগা (ওই + য়েং) পুল্লো,

৩ — ২ দা ওই হাম্না চোংহুনা নেংলগা (ওই + য়েং) পুল্লো,

৩ লক চোংবগী অরোইবদা খোঙ নামা থিঙং থাঙংলগা ফল্লো।

নোংফল : খোঙ নামা থিঙং থাঙংলগা উংপগু নোংফল ( ফনবা ) কৌই।

অমনা নাং থবা রাংনা থাঙংলগা উংপগু নোংফল কৌত্র হায়।




অচেং পুদিংগী থাংনা য়েংলোমদগী য়াল্লো, চুভনা ওইনদি চাক্কশল্লো।

২ দগী ওইনা হাম্না চোংহুনা—

৩ দা ওই চোংহুনা নেংলো (ওই + য়েং) পুল্লো ;

মথক্কা অহুম্না হঙ্গং হন্দা ৩ লক চোংলগা নেংলো, অদুগা ওইগী খোঙ থাঙংলগা ফল্লো, থাঙনা ওইরোমদগী য়াল্লো, চুভনা য়েংতগী ভাকও।

৪ দা ওই হাম্না চোংহুনা নেংলো ( ওই + য়েং ) পুল্লগা, মথক্কী অহুম্না হঙ্গং হন্দা ৩ লক

চোংহুনা নেংলগা, থাঙ চুঙসু হঙ্গং হন্দা য়েং, ওই কায়দনা ঙাক্লগা, ওইগী খোঙ ফল্লো।

৫ দা ওই হাম্না চোংহুনা নেংলো (ওই + য়েং) পুল্লগা, হঙ্গং হন্দা ৩ লক চোংহুনা নেংলগা, থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো, চুডনা ওইদগী ঙাকও। অতুগা খোঙ ওই ফল্লো।

৬ তা ওইনা হাম্না চোংহুনা নেংলো (ওই + য়েং) পুল্লগা, মথক্কী অতুম্না ৩ লক চোংথোক চোংশিল তৌরগা, থাঙনা ওইদগী য়াল্লো, চুঙনা য়েত্তগী ঙাকও। অতুগা ওইগী খোঙ ফল্লো।

৭ তা ওইগী খোঙ হাম্না চোংহুনা নেংলো (ওই + য়েং) পুল্লা, মথক্কী অতুম্না ৩ লক চোংথোক চোংশিল তৌরগা, থাঙনা য়েত্তগী য়াল্লো চুঙনা ওইদগী খোমও। অতুগা ওইগী খোঙ ফল্লো অসিদা খোঙ ৭ লক নিকও।

অতুগা ইশা ঙাক্লদা শাজেল তৌরগা শারাউ লল্লু উংথাল লাউহুনা লোইও।

